বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

# বিষবৃক্ষ



শ্রীঅয়েকপাম শ্যামসুন্দর সিংহ

মমল রুপা—৬·

[illegible] অইবগীনি

অকোংবা—

শ্রীকোইজম অচৌবী সিংহ

ওইনাম থিংঙেল।




১নবা ফোঙবা

কপী—১,০০০

নম্বা

দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস

ইম্ফাল।

# বিষবৃক্ষ

## ( হু-পান্থী )

### অহানবা মচাং

## নগেন্দ্রনা হিদা চংপা

নগেন্দ্র দত্ত হি তোংদুনা চংলি। কালেন থানি, অকনবা নোং-নুংশিংকী মতম্নি; মাগী মুপী সূর্য্যমুখীনা বাশকহন্দুনা হায়খি, হি য়াম্না চেকশিন্না হোলহনগদবনি, জোয়ার কায়রুবদি হি থাংদুনা থমগদবনি। নোং-নুংশিং তৌরকপা মতমদা হিপুংদা কৈদোংংদা লৈরোইদবনি। নগেন্দ্রনা হায়রিবা বাফমশিংসি য়ারত্তুনা হি তোংলকপনি, নত্রবদি সূর্য্যমুখীনা চংকে হায়বা শুকয়া য়াদে। কলিকাতাদা চত্তবসু য়াদে, থবক অরুবা য়াম্না লৈ।—

নগেন্দ্রনাথতি য়াম্না ইনাক খুনবা মীনি, জমিদারনি। মহাকী মযুম্না গোবিন্দপুরদনি। খুলদুনা লৈরিবা জেলাদুগী মমিংদি হায়দোক্রোই, হরিপুর হায়না হেক্তুমক কোয়গে। নগেন্দ্র বাবু পাথংনি, চহি কুন্থ্ তি মগুরি। নগেন্দ্রনাথনা মাগী নিংথিনা শেম শাবরা হিজাওদা চংলি। অহানবগী নোংমা নিনিদি অশোই-অভাম লৈতনা চংলক্লে। নগেন্দ্রনা অস্থম য়েংনা য়েংনা চংলকই, তুরেলগী ঊশিংনা অরেপ্পা নাইদনা বা বা চেল্লি—নুংশিংকী ইপোমদা জগোই শারি—নুংশা মঙান্দা নোক্লি—ইরৈরক্তা

নিল-খোংলি। ইশিংডু পোখ্খাবা নাইদে—ভমথৈ লৈতে—হরাও-তম্নাম্না থল্লি। ইশিং মপান্দা তোর্বান পরেংদা লৌবুক লম্ফাংদা মনশেননহাশিংনা মন শেল্লি, কনানা উথাদা ফম্লদুনা ইশৈ শক্লি, কনানা হিদাক থক্লি, কনা কনানা মৈনা-শুনরি, কনা অমনা চুজ্জাক চারি। লৌমীনা লাঙ্গোলনা লৌবুক খোইরি, মন ফুরি, মনজু মীদা চৈবদগী হেন্না শাথীনা তৈরি, লৌমী-ড়ুস্থু অড়ুম্মক অন্নাবা মনংলি। হিদেন খুদিংদা লৌমীগী মুপীশিংস্থু চফু, শেগাইরবা ফীরোল, মন্নবা ফক, লুপাগী যন্ত্র, নাসিকা, পিথ্রাইগী থাংলাক, থা অনিচুপ্পা মাওমরক্কবা ফীজোন, কান্নিবু ভমজরবা কুচু, খোইনা ফারবা শময়ামগা লোয়ননা ভাম্বোইরি। মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বা নিংখিবীনা কোক্তা লৈখোম তৈশিন্নদুনা মকোক লুখোক্লি। কনানা মচা ফুরি, কনানা মকমড়ুদা মাওদবী, মরৈকাইগী কনাগুম্বা অমা মমিংদি পন্দনা তিংখড়ুনা চৈরি, কনানা উতুপ্পা ফী শুরি। করি করিগুম্বা অচৌ-অশাংনা লৈবা খুলগী হিদেন তাকমদনা ইমুংগী মৌশিংনা ভাম্বোইড়ুনা লৈরি। অহল ওইবীশিংনা বায়াম ভাংলি—মীয়াই চল্লবীশিংনা শিব পূজা তৌরি-মৌ-নহাশিংনা ফীরুম খুম্লড়ুনা ইরুপ্লি—নিপামচা মুপীমচাশিংনা লাও খোংলি, লৈখোম তৈনরি, পূজাগী লৈ খুলি, ইরোয়রি, ময়াম্বক্তা ইশিং চাইরি, করি করিগুম্বদা থান তৌড়ুনা মমিৎ উইশিল্লিবী কনাগুম্বী মুপীগী মমাংদা লৈরিবা লৈখোয়া শাবা শিবড়ু পুরড়ুনা চেল্লি। ব্রাহ্মণ ঠাকুরশিংনা মরাল লৈত্রবা অকবা মীওম মথস্তা গঙ্গাস্তব মুরুম মুরুম থীরি, পূজা তৌরি, মরক মরক্তা ভক য়োনা ইশিংদা লুপ্লিবী কনাগুম্বী মৌ-নহা তম্না মুনা মিৎচিনা হুরান্দুনা য়েংলি। আতিয়াদা অঙ্গোবা নোংনা গংশা মৈশা লাংলড়ুনা কোইচেন চেল্লি, মড়ুগী মথাদা অমুবা বিন্দুগুম উচেক্লা পাইরি, মুবী পাম্বীদা উমাইবীনা তোংলড়ুনা, কদাইবাইদা পাইশিন্দুনা লাকশিগে হায়না রাজমন্ত্রীগুম মাইকৈ মরি কোইয়েং য়েংলি। উরোক্তি মী মচানি লৈখোম মরক্তা চবিৎ-চবাৎ চংলি। ভারাকপীদি বাঙাং মুংভাইবা মীনি তত্তনা ইরুপ্লি অতৈ অতৈ উচেক্লা

তন্নাং তশোইবা মীতা ঙাক্নি, কোইপাই পাইত্রনতা লৈরি। লল্লোনপোৎ পুবা হিনা তক্ষিং তক্ষিং চৎলি—মশাগী কান্নবগীদমক। ইরান-হিনা লেংঙম-শাঙমদনা চৎলি,—মীগী কান্নবগীদমক। পোৎস্নাম পুবা হিদি লেংদে—মখোইগী মবুঙোগী কান্নবতা ওইবনা।

নগেন্দ্রনা অহানবগী লোংমা নিনিদি অস্থম অস্থম য়েংজ্রনা চৎলকই। মতুংদা লোংমদি আতিয়াদা লোংগী মশক উরক্লে, লোংনা আতিয়া কুপ-শিল্লক্লে, তুরেলগী ইশিং মুশিনখ্রে, উপালশিংগী মতোল মকশিল্লক্লে, লোংলক্লা উরোক পাইরক্লে, তুরেল ইচিক হুনখ্রে। নগেন্দ্রনা হিরোয়শিংত্রদা য়াথং পিরকই, "হিত্র তোর্ব্বান্দা থাংজিন্ন।" হিরোয় রহমত মোল্লাদি মতমত্রদা নেমাজ তৌরম্মি, বাত্র থুম্মক্লে। রহমতকী ইমুংদি কৈদৌনুংদা হিরোয় ওইরক্তে—মাগী মমা পোকপা মবেন্দু হিরোয়গী মচাহুপীনি, মদোমগী বাখলদা নাপল তৌত্রনা মঙাক হিরোয় অমা ওইনবা লাক্লরকথি, মন্নাইবক কত্রনা নিংজবস্থ থুংখি। রহমততি মীগী পাখৎপা বাঙাংদা মিপাইবিবা মী নক্তে, নেমাজ তৌবা লোইরগা বাবুয়োমদা ওনশিল্লত্রনা হায়রকই, "কম্রিস্থ কিকম লৈতে, হজুর! নিংঙাইদনা লৈখোকপিয়ু।" রহমত মোল্লানা অস্থক য়ায়া থৌনা কক্লরিবগী মরমদি, তোর্ব্বান য়ায়া নকই, থিন্দনমক হিত্র তোর্ব্বান্দা থাংজিল্লে। অত্রদগী হিরোয়শিংনা কুমথত্রনা হিত্র থৌরিনা পুনশিল্লে।

রহমত মোল্লাগা লাইগা হাইফেৎ ফংঙাইনদবা লৈমাল্লে নিংই, লোং-হুংশিত্র থরা কল্লপ ফাওরক্লে। অকনবা হুংশিংনা মাং থারক্লে। হুংশিংনা ওহাক উপালশিংগা নয়-খোংনরগা মনাও লোংবু কৌরক্লে। অত্রদগী মচিন মনাও অনিত্র শার্থীনা ঙাওবা হৌরক্লে। মনাও লোংনা, মন্নাম্বা হুংশিংকী মরেংবান্দা তোংলত্রনা পাইবা হৌরক্লে। মচিন মনাও অনিনা উগী মতোল পায়রত্রনা নোম্বহল্লি, উশা ... থদংলি, লৈ কেলহল্লি, তুরেলগী ইশিং পাইহল্লি, ... মচিন মনাও মরক্তগী অমনা রহমত মো... মনা মাগী

মকোইদ্বদা ইকুৎ শেমগৎলক্লে। হিয়োয়শিংনা কীজং কোনশিন্দুনা কয়তনা লৈরে। বাবুসু স্বর মপী শাংনা হোললে। মীনাইশিংনা হিগী লৈতেং-খোত্তেং পুন্নমক্তু খোমজিন্ তাশিনবা লাক্লরক্লে।

নগেন্দ্র য়াম্না অবাবদা ভারে। নোং-মুংশিং কিত্তনা হিদগী কুমথরবদি হিয়োয়শিংনা পাংবনি হায়না খনখিগনি—কুমথত্রগনা সূর্য্যমুখীগী মকমদা মীনখা হায়বত্তমা ওইদৌরি। কনাগুম্বনা হংবা য়াই, "মত্তুনা কবি কায়বা লৈবগে?" ঐখোইদি খংদে, অত্তবু নগেন্দ্রদি য়াম্না অকায়বা অমনি হায়না খল্লি। তাপ্লাসিদা রহমত মোল্লা মশামক্তা হায়রক্লে, "হুজুর, খৌরিসি অমনবনি, কনানা খংনি পং তৎখিবস্থ, নোং-মুংশিংসি য়াম্না কনশিল্লক্লে, হিদগী লেংথবনত্তুম কয়নি।" মরম অসিদগী নগেন্দ্র কুমথরে।

চংকম-থুপকম লৈতনা, তুরেল মপান্দা নোং-মুংশিং মরক্তা লেপ্তুনা লৈবা হায়বসি কনানস্থ খাঙত্থা পোৎ নত্তে। অত্তগী মথক্তা সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে, নোং-মুংশিত্তি শুকলেপ লেপত্রে, মরম অত্তুনা থুপকম অমত্তং থিবনা চুম্লে খল্লত্তুনা নগেন্দ্রত্ত খুঙ্গ: তাম্না চংলক্লে। তুরেল মপালত্তুদগী খুঙ্গংত্ত হাইফেং খাপ্লি; নগেন্দ্রনা লৈখোম মরক্তা মখোংনা চৎপা হৌরক্লে। নোং লেপত্রে, মুংশিংস্থ কনা তপথরক্লে, অত্তবু আতিয়াদি নোংনা পুমকুপ কুপ্লি; অত্তুনা অহিংদা অমুক নোং-মুংশিং তৌরকপস্থ য়ানা লৈরি। নগেন্দ্র অত্তুম্বক চংলক্লে, হনবা অমুক তৌদ্রে।

নোংনা আতিয়া শীস্থুংনা কুপখিবা মরম্না য়াচংলকপদা ভাইরিঙৈনা শুক্লা মমশিল্লক্লে। খুল, য়ুম, লমকাং, লম্বী, তুরেল কবিগুম্বা অমতা উবা ফংখিদ্রে। উমংগী উজাওশিং অত্তুতং তন্দন লিশিং লিশিংনা পুমকুপ কুপশিন্দুনা হৌরা-খাম্নবা খুংশেমগী উগুম লৈতেংন্থনা লৈরি। খাক-লাওবা লেপ্লস্থবা বাওখাংনবা [illegible] ইক্লেত্তং ভানকী নোংখাং লৈমানা মরক [illegible] মী মচানি লৈখোম মরক [illegible] মরক্তা কুম্লকপ [illegible] দ খংনেম হেক নেমথদে। কুমগী নো[illegible]ভাং মুংভাইবা মীনি তত্তনা ইরুপ্লি [illegible] ইশিংনা মুংভাই ইরাং

ঠৌরি। হরিনোংনাং মখোজদি মুম্না তাশিল্লক্নগা তারকই, রাবনগী পোং-জোইবা মৈগুম লেপ্পা নাইদনা খোংজি, অতবু পুক্রিং চংউদ্রবদি তাদবগুম্না তৌই। তাররিবা খোঙ্গেলশিংগী মরক্তা, উতোন্দগী লেমহোবা নোং-মরিকশিংনা উনাথক্তা তাররকপগী মখোল. উথাদা তুডবা নোংগী ইশিংদা উনাদগী কেল্লকপা ইশিং মরিক তারকপগী মখোল, লৈখেলদা তুডবা ইশিংদা লমহুইনা চংপগী মখোল, করি করিগুম্বা মতমদা উদা তোংজিবা উচেক্কী অচোংপা ম-শাহ্র কনখোরকপগী মখোল, অসিনি। মরক মরক্তা লেপশিল্লক্রবা হুংশিংকী হাইফেতং ঙংলকপা মখোল, মতুগা লোয়ননা উনাদগী কেল্লকপা ইশিং মরিক মরামগী অমুও দা তারকপগী মখোল. অসিমসুনি। মমৈথংদা নগেন্দ্রনা থাপ্না মৈঙাল অমা উরক্রে। ইশিংনা থল্লবা লমহু লাংোক্তুনা, উদগী তারকপা ইশিংনা চোংলত্তুনা, উথাদা থেংনবা লমহুইদগী নাংোক্লবা হোৎনতুনা, নগেন্দ্রনা মৈঙাল অত মোনবা চংলক্রে। যাম্না যানা হোৎনররবা তুংদা মৈঙাল মনাক য়োরক্রে। মতুদা মহাক্না উরক্রে, চেক্কী মল্লবা যুম অমদগী মৈঙালদু থোরক্লি। যুমদু থোঙ লোন্দে। নগেন্দ্রনা মনাইত্রবু মপালদা থনম্লগা ইমুংদা চংলক্লে। চংলক্লগা মানা উরে, ইমুংছুগী ফীভমদি অকিবগী মশক্লি।

অনিশুবা মতাং

# থাওমৈ মুংখিবা

য়ুমদু ইচম হেক চম্বমক্তি নত্তে। অদুবু হৌজিক্তি মনুংতদা হুংঙাই-য়াইকবগী খুদমদি কয়িমত্তা লৈত্রে। কা-শিংদু ইচে চেথাইরে, মঙ্গে, মী চৎথোক-চৎশিন তৌনদ্রবা ওইনা উরে। মকু. উচি অমসুং তিন-কাংশিংনা ইথন থনখ্রে। কা অমখক্তং মৈ থাল্লি। কা অতদা নগেন্দ্র চংলক্লে। মফমদুদা মানা উরে, য়ুম অমা পানবগী চংদবা য়াদবা পোৎচৈ অমা অনিদমক মরৈ, অদুবু পোৎচৈশিংদু লৈত-লাইরগী ঙাক্তি। চকু অমা অনি—অকায়বা লৈরঙ অমা—পিথ্‌ াইগী কোল অহুম মরি—মসিনি ইমুংদুগী লৈতেং। ফক্লাংদা তেঙ্গালী, কাচিন্দা লৈকাং : মাইকৈ মরিদা চুম, মি, উচিনা কোইচং চংলি। ফদি-কয়া থারবা ফমুং অমদা হনুবা অমা ফিল্লি। মাবু উবদা শিরমদাই য়োরক্লমাঙ্গে নিংই। মমিত্তু তুকথরে, শংখাম্বর থবেং থবেং হোঙ্গে, মচিনবান তনিক তনিক্লে। ফমুং মনাক্তা ফক্লাংদগী কিন্থরক্লবা চেক অমগী মথক্তা কেগামগী থাওমৈ অমা থাল্লি, মদুদু থাও লোইশিল্লক্লে; ফমুংথক্তা লৈরিবা পুম্বিগী থাওমৈসু মদুগা অমঙানি। ফমুংগী অতোপ্পা নাকন্দুদা অতোপ্পা থাওমৈ অমদি লৈ —মক্ত্‌ বা-অঙৌবা-কুচুনা লৈতেংলবা ইংনা মঙাল শন্দোক্লবী মুপী মচা অমা।

থাও য়াওদ্রবা থাওমৈগী মঙাংদু ঙান্দদনবু ওইরবসু, ইমুংদা লৈরিবা মী অনিদুগী থিন্দনা পোক্লকদোরিবা খাইনা-বাথলগী অমম্বনা বাথল-তরঙদা তাওখিবনবু ওইরবসু, নগেন্দ্রনা চংলকপদু মখোই কনামত্তা উখিদ্রে। মতম অদুদা নগেন্দ্রনা থোংজিন্দা লেপ্লদুনা অহলদুনা হায়দোরক্লিবা পুম্বিগী থম থেংলবা অবাবা বায়োল পুয়মক্ত্‌ তাবা ফংলকই। হনুবসিগা মুপীমচাসিগা মখোই অনিসি, মী কুণ্ডনা তারবা মফমসিদা পাম্বে লৈত্রবা ওইনা লৈ। মতম অমদা মখোইগী মরল মথুম চংখোয়া লৈরম্মি, শাগৈ নাতৈ, মীনাই

নুপী নিপা, মীথক থোংবা ফীভম, করিমতা ৱাংলমদে। অদুবু লেপনাইরবী লক্ষ্মীগী থৌজালগা লোয়ন-লোয়ননা অমমম ওইনা অস্থুংঙক মাঙখ্রে। নোনা মায়োক্নরক্লবা লৈত-লাইরগী ওং-নৈবনা মচাশিংগী মাইথোংদু উনখাং চাইরবা থম্বালগুম্ নোংমা নোংমগী মকশিল্লকপা উবদা, মাংজোননা যুমগী মবেম্নদি তুরেলগী-লৈঙোই-কম্বংথক্তা য়াতাখ্রে। অদুগা থবানমিচাক পুম্নমকস্থু থাজদুগা লোয়না-লোয়ননা গুংখ্রে। শাগৈ লেপ্লবা মচানিপা অমতং, মমাগী মিংকী মণি, মপাগী অহল ওইশিল্লকপগী আশা, মহাক অতুস্থু মপাগী মিংথকমক্তদা মৈতালনা ৱাথৈখ্রে। কনাস্থু লৈএ, সুপ্নগী অহল অসিগা শুমহৎনবগী মশক ওইরবী নুপীমচাসিগা, চিক্লবা উমংনা কোয়শিল্লবা অতেকপা যুম অসিদা লৈবা হোৱরকই। অমনা অমগী মতেং অদুক পাংনবতা মঙাই। কুন্দনন্দিনী হৌজিক নুংহোংবগী চহি মতাং হৌজিল্লক্রে, অদুবু কুন্দদি মপাগী মিংতাঙবগী চৈশুনি, ইমুং অসি ফাজিন্নবগী অমতা ঙাইরবা লংলানি ; হন্নুবদুনা মথৱাইমক য়াওনা মাবু মীথুন্তা লাম্থোকপদু ঙমদ্রে। "মতম থরগা লৈথিসনু - কুন্দবু থাদোকথুগা কদাইদা লৈগনি ? করি য়েংদুনা লৈগনি ?" নুংহোংবগী ৱাফম নিংশিংলকপদা, হন্নুবতনা অস্নুম্না চেক থল্লি। ৱাফমসিমদি মহাক থক থক্নকুবা তোদে মহাক্না লৈত্রবা মতমদা, কুন্দবু মফম কৈদা থনমগদগে। ঙসিদি থ হৌদনা যমগা চ্‌ত লাক্কুনা মাগী কম্বং ময়াদা লেপ্লরে। মহাক্তি চংপদা তারে। কুন্দনন্দিনা করেংদি কদাইদা লৈগনি ?

অসিগুম্বা থিঙঙমত্রবা পুঙমত্রবা মৈচাকসি শিরমদাই জ্ঞান মাঙলক্লবা অচুগী স্বর হোন্ থুদিংদা কোংদোক্লক্রি। চিংগুপ-শীরক্লবা মমিত্তা অতং অথম লৈতনা পি শিন্থরি। অদুগা লুখুমদনা নুংগী মুর্তিগুম চহি তরাহুমদোইতা ঙাইরিবী নুপীমচাদুনা মমিং কুপ্রনা অমংগী য়াইথোং কুম্লক্লবা মপাগী শক্তমদু চিংনা য়েংদুনা লৈরি। মথং মথং হন্নুবদুগী ৱাঙাং অদু ময়েক লাশিল্লক্তরে। নুংশাস্বর থবেং থবেং হোল্লক্রে, মমিং উশিল্লক্তরে ; চাক্লবা থবাইত্ত মৈচাক-পুম্বদগী লাম্থোকথরে। চিক্লবা কাদুদা, মুংলি মুংলিরবা থাওমৈ মঙালদা,

কুন্দনন্দিনী মথন্তুমক মপাগী অশিবা মশা৩ মতম্বাঙ্গা কোল্লড়না তুমিন্না কমচুনা লৈরে। অহিংডু শুক্লা তমথীনা মন্নি, মপান্দা হৌজিকসু নোং মরিক মরিক চুবি, ঊনাবঙ্গা মড়ুগী মথোল তারি, ৬৲শিংনা থিলকৌ-থিলহৌ ওইনা ডংলি, অত্তেকপা যুমগী থোড়নাও পুম্বা অহোবা মথোল থোক্লি। ইমুংদা মুৎশিল্লক্রবা ভথক্লবা পিক্রবা থাওমৈ মড়ালনা, ঙহাক ঙহাক অশিবা ঙকচাংথক্তা তাব্রগা ঙহাক ঙহাক অমুক মমথিবগুম্না তৌরি। থাওমৈ অদু থাও হাপ্তবা কুইববনি। তাপ্রাসিদা অহুম মরিরক্তং থংঙাল ঙাল্লম্লগা থাওমৈ মুৎথোকখ্রে।

মতম অদুদা নগেন্দ্রনা থোংথাং তপ্না মথোল থোকহন্দনা থাংলড়ুনা থোংাজলগী কাগ্লোকখ্রে।

---

### অহুম শুবা শরুক

## মাম নোংপোক-পাংথবী

থেংলবা অংংগী নত্তন্নি। অতেকপা যুমগী মনুংদা কুন্দনন্দিনীগা মপাগী অশিবা মশা অড়তগা লৈ। কুন্দনা কৌরকই, "বাবা।" কনাসু খুম্মক্তে। কুন্দনা থল্লকই, মপা- তুম্লিনালে, অতুগা অমুকসু হেক থল্লকই, শিরমালে— মাসগী বাসমদি কুন্দনা মচিংনা তংশংনা পাক হেক হাবদোকপা ঙমদে। মমৈথংদদি কুন্দডু কৌবসু ঙমদ্রে, থনবসু ঙমদ্রে। অমম্বদা হুনাই পাষরড়ুনা মপানা হিংলিদৈদা হিপাখবা, হৌজক্লা অশিবা ওইনা লৈরবা, মফমড ম-পা লাক্তনা ভুম্বা হোরক্লে। তুম্লিবনি হায়বা বাথলসিদা লেপ্লে মরমদি, শিথ্রবদি নন্দনা ওইহোগদবা ফীভমসি করিনো? অহিং সুংথিল নাইদনা মিৎশেল থাঙক্তকপনে, অদুগা লেপ্তুনা মথবাহ বারকপনে, ঙুপীমচাড়ু উইথরক্লে। কুন্দনন্দিনাদি অহিং কুংথিল নাইদনা মপাগ সেবা তৌড়নতা লৈ। অতুবু কম্ন তুম্মংলক্রড়ুনা কুন্দনন্দিনীনা কোনাগী হুমাইদু পায়না পায়না করিসু

থাগ্রবা কল্লবা ইংজবা ইঙ্গি শিংপা লৈমায়গদা, পখৌ হেন্না মাল্লবা মপাম্বোম-থক্তুদা মকোক মোনথাংনবগী তুমথগ্রে।

মতম অদুদা কুন্দনন্দিনীনা মমঙ অমা মঙলকই। মহুদি, অহিং অদু য়াম্না তঙ্গ তঙ্কুবা থাবলনা ইপোম লাংবা ওইনা তৌই। আতিয়াদু লংনা শংবাম্নে, অদুগা লংনা শংবামরবা আতিয়া-মকোবদা চাওরবা থাজগী-মকোয়না লৈতেংলি। অদুক চাওবা থাজ-মকোয়দি কুন্দ কৈদৌহুংদসু উথিদ্রি। মদুগী মঙালসু যাম্না ঙালি, অদুবু মিত্তি মেঙই। অদুবু অদুগা ফজরবা চাওরবা থাজ মকোয়গদা থাজদি য়াওদে, মদুগী মহুত্তা কুন্দনা ময়াই চবুকমক্তদা অচকপগী মশক ওইরবী মঙালনা লৈতেংবী দেবীগী মুর্তি অমা উরক্লে। হায়রিবা মঙালনা লৈতেংবী মূর্তি-কোয়বা থাজ-মকোয়দু অবাংবা আতিয়াথক থাদোক্তুনা অংম অসুম তপ্না তপ্না মথারোমদা কুমথরকপঙম তৌরে। অদুদগী থাজ মকোযদু, মেঙলবা মঙাল লিশিং লিশং ফুদোরক্তুনা, কুন্দনান্দনীগী কোক্তোন য়োনা লাক্লে। মতমদুদা কুন্দনা উরকই, ময়াইদা ঙাম্মোইবিবী, মঙালগী শক ওইবা পুগুপ লিকথাং কয়ানা লৈতেংলিবী মুর্তিদু সুপীগী শকওং ওইনা তৌই। নিংথিজববা থোজালনা তিল্লবা শক্তম্নি; মুংশি-ইয়োয়নরবা মীনোক্না চিনবান্দা ঙাম্মোইরি। অদুগী তুংদা কুন্দনা কিবগা হয়াওবগা লোযদনা থঙলক্লে, থোজালগী মশক ওইরবী মুর্তিদু মহাক্কী মতম কুইনা নোঙ্গাপ্রবী অপোকপীগী শক্তম ওইরক্লে। মঙালগী মশক ওইরবা অদুনা মুংশিনা চায়া কুন্দবু লৈপাক্কুগী কোনথক্তুনা মতম্বাক্তা পমথংলে। অমসুং মমা লৈজগ্রবী কুন্দদু মতম কুইনগী তুংদা 'ইমা' হায়বা মিঙ্গৌসি কৌজবা কংলহুনা পোকপগী ম হু য়াঙ্করে। অদুগী তুংদা মঙাল-মকোয়গী ময়াইদা লৈরিবীগুনা কুন্দবু ময়াইবক্তা চুম্প্লিরগনা হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা! নং অবাবা য়াম্না নংলে। ঐহাক থঙই, অবাবা কযাসু নংথিনি। নংগী নৌয়িবী চহি মতাং, থোংলবা নশা, অসিনদি অযাবগ থাওবা ওয়োইই। অদুনা নং মকর্মসিদা অমুক লৈরগনু। পৃথিবীসি থাদোক্রম্নগা ঐগা লোয়নন।

লাকও।” কুন্দনা মতুদা খুন্বগুম্না ভৌই, “কদাইদা চৎকদবা?” মতুদা কুন্দগী মমানা নোংথরোমদা মথুং থিল্লহুনা লংনা ঙাল্লিব। নক্ষত্রলোক উৎলহুনা হায়রকই, “লৈপাক অসিদা।” মতম অতুদা কুন্দনা য়ায়না অথাপ্পদা-লৈগ্রবা মুমিৎকী-মঙাল-যৌদ্রবা মপাল-নাইত্রবা-সমুদ্রগী-ইরাংমদা-লৈথিবগুম্লবা, মশক খঙদ্রবা নক্ষত্রলোক অহু য়েংলহুনা হায়রকই, “ঐদি অমুক থাপ্নদি চৎপা ঙম্লোই; ঐদি পাঙল শোনবীনি।” মা অসি তাবদা মমাগী মুংশি-মকালাম্লবা অত্নদি ওইরগা চৌং-লেম্লবা মাইথোংতুদা হাইফেৎ মপুক্লিং মুংঙাইতবগী মওংদা পিগুম শুক্লক্লে, অমসুং তপ্না লূম্লব। থোম্বাংদা হায়রকই, “ইমাগী ইবেম্মা, নংনা অপাম্বহুতা ভৌ। অদুবু ঐগা লোয়ননা চৎলবদি নংগী মাইকবদি ওইগনি। মতুংদা নহাক নক্ষত্রলোক তয়া য়েংলহুন' মকমহুদা চৎনিংবগী অথাবা পোক্লক্কনি। ঐহাক মতুংদা অমুক নংগা উনরখিগনি। নংনা নপুক্লিং মুংঙাইরক্তুনা ওন-থোইনা থাংলক্লবা, ঐবু নিংশিংলক্‌না, ঐগী ইনাক্তা লাক্লবা কপ্লক্লবা, মতমতুদা ঐ অমুক নংগা উনবা লাক্কনি, মতমতুদা ঐগা লোয়ননা চৎসি। হৌজিক্তি নং, ঐনা খুৎ থিন্দুনা তাক্লিবা মাইকৈরোমদা আতিয়া তয়া য়ুম্না য়েংউ। ঐহাক নংবু মীগী শক্তম অনিথক উহনগে। মী অনি অসিনা হন্দক্কী মপোক্তা নংগী অক-কক্ত ৎোকহনগদৌ-রিবনি। ঙম্লবদি, মথোইবু হেক উবদা মহু চেনবনি থন্দুনা থাপতোকাথনবা হোৎনৌ। মথোইনা চৎপা লম্বী অদোমদা থক চৎলুগন্ন।”

অতুদগী মঙালশকওইবী অতনা মথুলোনবীনা আতিয়াগী মতাইরোমদা থিল্লক্লে। কুন্দনা থুদোনবী অতুগী তুংইম্না য়েংলকপদা শংবাম্বা আতিয়া-কীজংদা লাইগুম্না নিংথিরবা নিপাগী শক্তম অমা য়েক্‌না লৈবা উরে। মহাক্কী তোঙানবা, ফল্লবা, পাক্লবা ময়াইবক; চয়বা, মুংশি-চাওবা মিংকম, কাংঙগুম হাইকেৎ শাংদানবা মঙকশম অত্নগ। অতৈ পুকচেল-চাওবগী মতৌশিং উবদা, মঙোম্বগী কত্তবা থোক্লক্কনি হায়বসি চিংননিংঙাই থক ওইদে। অতুদগী অসুম অসুম শক্তমত্র কোঙ্গুলগুম্না আতিয়াগী কীজংদা

তাকখ্রে, মমানা কুন্দদা হায়রকই, "মহাক্কী লাইগুম নিংথিবা শক্তমসি উবদা গুমহৎলুগন্ন। মহাক অসি পুকচেল য়াম্না চাওবা মী ওইরবস্থ, নংগীদি খুদোং থীবা ওইকম্নি। মরম অতুনা মহ চেনবনি থন্দুনা মনাক নকউগন্থ।" অতু-দগী মঙাল শক-ওইবী অতুনা অমুক হন্না "য়েংঙ্ত অসে" হায়রগুনা আতি-য়াগী চিদাই অমদা থিন্দুনা তাক্লক্লে কুন্দনা অনিশুবা শক্তম অমা আতিয়াগী শংবান্নবা ফীজংদা উরক্লে। অতুবু হন্দাক্তি নিপাগী শক্তম নত্তে। কুন্দনা মকমতন্দা লংনা মূরপ তৌবী, থম্বাল-মিত্তা-তাবী মথোক কায়কপী মুপী অমা উরে। মাবু উবদস্থ কুন্দনা অকিবা পোক্কে। মমানা হাবয়কই, 'কুচু মুবী অসি মুপীগী শক্তমদা চিংচাবানি। মাবু উবদা চেম্বোকউ।"

অসি হায়ন' হায়না থঙহৌদনা আতিয়াতু মমশিল্লক্লে, চাওরবা-থাজ-মকোয়তু আতিয়াদা মমি শামখ্রে, অমস্থং মতগা লোয়ননা ময়াইদা নৈরম্বী মঙাল-শক ওইবীতস্থ মাঙখ্রে। তাঙ্গাতুদা কুন্দ মিকপ থোক্লক্লে।

---

## ৺ষ্টগুবা মতাং

# মহাক্কুনি অসে

নগেন্দ্রনা থুঙ্গংদা চংল'ক্ল। মহাক্লা তারে, থুঙ্গংতগী মমিং ঝুমঝুমপুর কৌই। মানা হায়জবনে অতগা থরস্থ গুংশিবিবনে থুলতুগী মী থন্না শাক্ত্না অশিবা মশাত পোৎলোইনবা থোন্নাং তৌবিরে। লৈকাইগী মুপী অমথক কুন্দনন্দিনীগী নাক্তা লৈবিরয়ে। কুন্দনা, মাগী মপাবু পোৎলোইনবা পুথিবতু উরক্লবদা, শিবা শোয়ত্রে থঙলক্লতুনা, অতৎ অথম লৈতনা কপ্লক্লে।

শোং ওাল্লক্লবদা লৈকাইগী মুপীত ময়ুমগী থবক-ইংথাং শূবা চৎখ্রে। কুন্দনন্দিনীবু মপুক্লিং ফাথবিনবা মাগী মচামুপী চাঁপাবু থায়ক্লে। চাঁপা হায়-বীসি কুন্দগী লেঙ্গানি অমস্থং মতানি। চাঁপা লাক্লগা কুন্দগা বান্নি কয়ামক্লম

শাহ্নবা মপুক্কিং ফাথনবা হোৎনরক্লে। অদুবু কুন্দদি বা তাবা লৈখিদ্রে, কপ্তু-নভা লৈরে অমসুং মরক মরক্তা করিগুম্বা অমা খোরাংনা ঙাইবগুম আতিয়া তম্না য়েংলি। চাঁপানা লাংতক্লবগা লোয়ননা হংঙকই, "হজিন হজিন্না আতিয়া তম্না করি য়েংলিবনো ?'

মতু তাবদা কুন্দনা খুম্মকই, ' আতিয়াদগী ঙরাং ইমা লাক্লম্মী। মানা ঐবু, মাগা চংসি হায়না কৌরম্মী। ঐহাক ওহোক্লা পগুলুপ্রে, অকিবা অমা পোক্তুনা, ইমাগা লোয়ননা চৎহৌদ্রে। করিগী দমক্তা চৎহৌদ্রিবনো হায়-বসি হৌজিক্তি খল্লক্লে। হৌজিক অমুক মহাক লাক্লবদি, ঐ চৎলগনি। অদুনা তোষনা তোয়না আতিয়া তম্না য়েংলিবনি '

চাঁপানা হায়রকই, "করি বানো। শিগ্রবা মীনবু অমুক হল্লকপা হৌন-বনে ?"

অদুদগী কুন্দনা মঙগী বারি পুম্বা লীরে। মতু তাবদা চাঁপানা ঙক্লহ্না হায়রকই, 'আিতয়াদা নংনা উথিবা নিপাতগা মুপীত্রগবু নলাক মশক খঙব্রা ?"

কুন্দ। খঙদে ; মখোইবু কৈদৌগুংদসু উঁথিদ্রি। নিপাতমুক ফজবা নিপাসি মকম কৈদা লৈরম্মোই। অদুম্বা শক-তি অমুক্তসু উঁথিদ্রি।

অসোমদা নগেন্দ্রনা অয়ুক্তা হৌগৎলগা খুলগী মী পুম্নমকপু কৌরহ্না হংলকই, "শিরিবা নিপাসিগী মচাঙ্গুপীদ হৌজিক কয়ম তোবদা তারি ? মহাক কদাইদা লৈগনি ? মরী-মতা কনা লৈ ?" মত্রদা মরাম্মক্লা খুম্মকই, "মাগী লৈকম লৈতে, মরী-মতাসু কনামতা লৈতে।" মতু তাবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুদি নখোইগী মরক্তগী কনানো অমা মাবু থম্মো। লুহোংনবা শাক্লো। মহুগী শেল-থুম ঐনা পিগনি। অদুগা মহাক্না নখোইগী যুমদা লৈরিবা মতম অদুপকী মথৈ, মাগী শেং-চানবা ঐহাক থাগী লুপা থম্না থম্না পিগনি।"

নগেন্দ্রনা ময়েক ওইনা লুপা থরদং হন্দোরক্লবদি, অযাম্বনা মাগী বাকমতু মাবসু ময়াওয়মগদবনি। অদুগা নগেন্দ্র চৎপ্রবা তুংদনা কুন্দবু তাহোকখিবম্বা নব্রগা মীনাই ওইনা থম্বম্না অমদি তৌরমগদবনি। অদুবু নগেন্দ্রনা অদুগুম্বা

অপঙবা থবক্তু দি তৌরে। অদুনা সুপা মশক উদবদুদা কনানসু মাগী বাত্র থাজবা পোক্তে।

নগেন্দ্রগী তৌকম থঙদবা মতৌদু উবদা নিপা অমথক্না হায়রকই, "শ্যামবাজারদা মাগী মনে অমথক লৈ। বিনোদ ঘোষ কৌই মাগী মাস্মদু। মহাশয় হৌজিক কলিকাতাদা চৎপিরিবনি, মহাকপু লোয়ননা পুবিখিদুনা মকমদুদা থম্বিরম্লবদি, কায়দা সুপীমচাসিগী অকবসু ওইগনি, অদুগা মহাশয়সু নজাভিবু কনবিবা হায়বত্ত থোক্তনি।"

অতৈ লম্বী লৈত্রবনা নগেন্দ্রসু বাতুদা হারে। অমসুং কুন্দদা বা অসি হায়ননবা মী থাগুনা কৌরম্লুরে। চাঁপানা কুন্দ পুদুনা মকমদু তাম্না লাক্লে।

অসুম লাকপদা অয়াপ্পদগী নগেন্দ্রবু উবদা, কুন্দত্ত থঙহৌদনা উতিংবগুম চপ লেপখ্রে। মথোংত্ত থাংবা অমুক থোক্লে। মহাক চংঙক্রবগা লোয়ননা অ্যান ভাদ্রবী অমগুম নগেন্দ্রবু যুম্না য়েংদুনা লৈরক্লে।

চাঁপানা হায়রকই, "কৈদোরে লেপ্লবদি?"

কুন্দনা মখুদোমবীনা খিম্লদুনা হায়রকই, "মহাক্তু নি অসে।"

চাঁপানা হায়রকই, "কনানোনে অসিবো?" কুন্দনা হায়রকই, "ইমানা ঙরাং অহিং আতিয়াথক্তা উহনখিবা মীশক্তো।"

মত্র তাবদা চাঁপাসু ঙকপনে চিংনবনে চপ লেপ্লে। সুপীমচাশিংদু অসুম লাকপদা হঙোইবা পোকপগী মতৌদু উবদা, নগেন্দ্রনা মথোয়গী মনাক্তা চংশিল্লক্লে অমসুং কুন্দদা বায়মপুম্বা শন্দোক্লা হায়রে। কুন্দদু বা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংথোরকপা ঙমখিদ্রে; শাথীনা চংঙক্রবা মিৎয়েংনা নগেন্দ্রগী মাইথোং তম্না য়েংদুনা লৈখ্রে।

---

## অভাশুবা মতাং

# মথল-মথেল কয়াগী বা

কীভমা য়াদহুনা নগেন্দ্রনাথনা কুন্দবু কলিকাতা য়োনা লোয়নহনা পুয়ক্লে। অহানবদা মাগী মাম্মা বিনোদ ঘোষবু কোয়থি থিবা লাক্লয়ে। শ্যাম-বাজারদা বিনোদ ঘোষ কৌবা মী অমতসু থেংনক্রে। বিনোদ দাস কৌবা অমথক্তি থেংনৈ—অদুবু মাদি ময়ী-মতা থোক্কে হায়রে। মরম অদুনা কুন্দদু নগেন্দ্রগা অদুম্মক শাগোয়বদা মতাখ্রে।

নগেন্দ্রগা পোকমিয়বা মচল অমা লৈ। মমিংনা কমলমণি কৌই। মাগী নিপা ময়ুমদি কলিকাতাদনি। মপুয়োইবগী মমিং শ্রীশচন্দ্র মিত্র কৌই। শ্রীশ বাবুদি প্লণ্ডর ফেয়াররলিগী অচৌবা মেনেজরনি। ময়ুম মকৈ য়াম্না চাওই—শ্রীশচন্দ্র য়াম্না ইনাক খুনবা মীনি। নগেন্দ্রগা মাগা য়াম্না চানৈ। কুন্দনন্দি-নীবু নগেন্দ্রনা মকমহুদা পুত্নুনা চৎলে। কমলবু কৌহনা কুন্দগী ময়ী-মথোও পুয়মক তাক্লে।

কমলগী চহি তয়ানিপাল ওয়ে। মমাই মাইথোং নগেন্দ্রগা য়াম্না মান্নৈ। মচল মবুং অনিমক য়াম্না ফজে। অদুবু কমলবুদি ফজবদা থাগৎনবগা লোয়না লোয়নবা মকৈ-মশিংগী মরমদসু মীনা থগুনৈ। নগেন্দ্রগী মপানা মিস্ টেম্পল কৌবী ওঝা অমা থমহনা কমলমণিগা সুর্য্যমুখীগবু য়াম্না চেকশিন্না লাইরিক তমহনথি। কমলগী মনেমবোক লৈদ্রি। অদুবু মহাক্তি শ্রীশচন্দ্রগী মপা-মপুগী ময়ুমদা তোঙাম্না লৈ। কলিকাতাদা কমলনা য়ুমগী মবেম্মনি।

নগেন্দ্রনা কুন্দগী মরম তাক্লকপদা হায়রকই, "হৌজিক নংনা মাবু থম্বি-হ্রবদি থক্ষম অমুক লৈত্রে। ঐনা হয়েং য়ুমদা চৎপা মতমদা গোবিন্দপুরদা মাবু পুখিগে।"

কমলদি য়াম্না ফত্তে। নগেন্দ্রনা বা অসি হায়রগা মতুং হেক ওন্থোক-খিবদা কমলনা কুন্দবু কোনথৎলগা পুত্নুনা চেনখ্রে। টব অমদা পুম্বু পুম্বু শাবা

ইশিং য়াওরম্মি, মসুংহন্দা ইথও থওহৌদনা কুন্দবু থাদরে। কুন্দ ওহোক্লা শাথীনা কিরে। কমলনা অহুদগী নোক্ল-নোক্লদুনা মনম হুংশিরবা সাবান্ শায়রদুনা মশামক্লা মাগী মশা অদু নাঙ্গোকপিবা হৌরক্লে। মৌনাই হুপী অমথক, কমল মশামক্লা তৌরিবা থবক্তু উবদা, তকিং তকিংনা "ঐ নাঙ্গোকে, ঐ নাংখোকে" হায়রদুনা চেনশিল্লকই—কমলনা ইশিং অশাবদু মৌনাইহুবীৎদা চাইশিল্লক্লে, মৌনাইহুবীদু চেনখ্রে।

কমলনা মখুংমক্লা কুন্দবু তকথোক-থোংতোকপিদুনা ইক্লজথোকপিরে—কুন্দদু লিক্লানা চামথোক্লবা থম্বালগুম নিংথিজরক্লে। অহুদগী কমলনা মাবু অঙোবা ফজরবা ফী শেংহল্লগা, মনম হুংশিবা থাও তৈবিদুনা মশম-মনা লাত্তোক-থোংতোকপিরে, অমসুং লিক-কোন থরা শিজিনবিরগা হায়রকই, "চৎলো, দাদাবাবুবু থুরুম্ন্রো। অদুগা য়েংঙোই—মুম অসিগী মুমু বাবুদুবুদি থুরুম-লাকউবা তৌরম্মু— মুমু বাবুনা উথিবা থোক্লবদি নংবু লুহোংগে হায়রক্লনি।"

নগেন্দ্রনাথনা কুন্দগী বারম পুন্নমক হায়দুনা সূর্য্যমুখীদা চিঠি ইখ্রে। হরদেব ঘোষাল কৌবা মাগী চান্নরবা মরুপ অমথক লংকৈ অথাপ্পদা লৈ—নগেন্দ্রনা মঙোন্দসু চিঠি ইবা মতমদা কুন্দনন্দিনীগী বা য়াওই, মদুদি—

"হায় য়েংসি, করখা চহি মতাংদনা মুপীসি খ্বাইদগী হেন্না ফজে? নংদি তায়রক্লনি, নিফু লাল্লগা, মরমদি নংগী ব্রাহ্মণীদি মতাংদুদগী চহি অমা অনি লানখৎশ্রবনা। কুন্দ কৌবী মুপীমচা অমগী মরমদা ঐনা হায়রিবসি—চহি তরাহুমদোই শুরবীনি। মহাকপু উবদা ঐহাক থল্লি, মসিনি খ্বাইদগী ফজবা মতমদি। ইহান হানবা মথোক কারকপগী হেক মাংজোননা—য়াম্না থোং-মেঙবা অমসুং ইচম চম্বা মতৌ অমা লৈবদু, মতুংদদি অদুক হাক্লা লৈরক্তে। হায়রিবী কুন্দ হায়বীসিগী চন্নবা মতৌসিদি অঙকপনি; মহাক করিমতা ভাব তাদে। ওসি ফাওবা লম্বীদা নিপামচাশিংগা কোয়চেন চেন্দুনা

শায়মিন্নে ; অতুগা থান্নু রথস্থ ফিবনা থংতোক হেক তোকই। কমলনা মাবু লাইমিক-লাইগু ভখিন্নি। কমলনা হায়, লাইমিক-লাইগুদদি মহাক মবুদ্ধি চংখোন্নি। অন্থবু অতৈ থারোলদি খঙবা লৈতে। হায়রুম্বগা কোইন্নাও-মরুবা শংবান্নবা মমিং অনিন্থ—হায়ন্নিবা মমিং অনিসিদি শরতকী মভোগুম মতমচুম্নদা লুম্নবা ইশিংনা থল্লি—মম্নিং অনিতুনা ঐঙোন তম্না চুম্না মুম্না য়েংতুনা লৈ ; বা অমত্তা ঙাংদে—ঐহাক মমিত্তু উবদা বুদ্ধি চমন্নে, অমুক গুসাইনা ভাকপা-খোৎপা ঙমদে। নহাক ঐগী পুক্নিং কাহেনজিনবগী থারোলসি ভাবদা নোক্নিংলমগনি, মম্নমদি নহাক্তি নশাগী লায়না ফত্তবদগী নশমত্থ কাবক কাবক ঙোয়ক্তুনা মী লঙননবগী হুকুম চে ফংলবনি ; অথমকপু নহাক নশামকপুস্থ হায়ন্নিবা মিং অনিসিগী মমাংদা অমুক্তং লেপহনবা ঙম্নবদি, নংস্থ নপুক্নিং কা হেনজিনবগী মওংসি মফংগনি নিংই। মিং অনিত্ত কম্নম তোবনো হায়-বসি, ঐ হৌজিক ফাওবা লেপ্পা ঙমদ্রি। ঐহাক মত্থ অনিরক গুনা মওং অমতদা উবা ফংদে, পৃথিবীসিগী মিং নত্তমাল্লে হায়না নিংই ; পৃথিবীসিগী পোংচৈদা নিংথিনা য়েংদবগুম তৌই ; শুক্রং-মালংদা কম্নিগুম্বা অমা উতুনা মিংফম থম্বগুম তৌই। কুন্দবু শিত্র-লৈতনা ফজবীনি হায়বগী থাদি নত্তে। মীপুম কম্নাগা য়েংনক্পবদা মাগী মাইথোংবু হেম্না থাগৎনিংঙাই ওইবগী বা লৈতে, অত্থবু ঐনা থনবদি, অস্থক ফজবদি অমুক্তস্থ উথিদ্রি নিংই। কুন্দ-নন্দিনীদা পৃথিবীগী নত্তবা কম্নিগুম্বা থম্না লৈমাল্লে নিংই, ঈ-তোংনা শাবা নত্তমাল্লে থল্লি ; থাজগী মঙালনা লৈগী লৈনস্থু হকচাং ওইহন্দুনা মাবু শেম্নক্র-বগুম্না তৌই। মহাক্তা চাংদম্নিংঙাই ওইবা পোংশকসি পাক হেক থনফম থোক্তে। চাংদম্ফম লৈতবা পোংশকসি, মশা শীম্না অইংবা-মতৌঙাক-ফোং-দোকই—কম্নিগুম্বা, লুম্নবা পুথ্রিগী লাইজথক্তা শরংকী থাবল মঙাল ভাবদা ফোংদোরকপা মওং মতৌথ্থ, মুম্না কুপশিন্না য়েংলুবা থোক্লবদি, মত্থতনা মাগী চাংদম্ফম ওইবা পোংশক ওইনা হাইফেক্তং পুক্নিংদা ফাওবা ঙমগনি। অতৈ চাংদম্নিংঙাই ওইবা পোংশক্তি থমফম থঙদ্রে।"

নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীদা ইথিবা চিঠিহুগী পাওখুম, থমিৎ থয়নিগী মতুংদা লাক্লে। পাওখুমদুদি অসিনি--

"ননাইনুপীনা শ্রীচরন্দা করি ইয়াল লঙজখ্রবনো, থঙবা ঙমজদ্রে। কলিকাতাদা নহাক অমুক কুইনা লৈবদা তারবদি, ঐহাক করিগী দনক্তা ননাক্তা লাক্কুনা সেবা কংজরোইদোরিবনো? ছিরম অসিদা ঐহাক্না য়াম্না নোম্লক্না হঙচরি; য়াথং হেক ফংবদা চেপ্পরকনি।

"নুপীমচা অমথক থুনবিক্রবদগী ঐবু কাওবিখ্রবরা? পোৎ অয়াম্বা অনৌবনা মপাম্রে। য়ুবী মহি হায়বসিমক্তবু ঊংই। তোপ্লবী নুপী হায়বী লাং-সিমক্তবু শংঙিঙেদা থুম্বগুম তৌমাল্লে? নত্রবদি নুপীমচাদুবু নাক্না ফংবদা ঐবু করিগী দময়ক কাওথোকপিগদগে?

"অচুম্বা ওইনা, নহাক নুপীমচাদুদা নংগী হক লৈহন্দনা মীখুত্তা লাম্থোক-খ্রবরা? নত্রবদি ঐহাক মাদু নংগী নফমদগী নিজনিংই। নুপীমচাদু ঐগী কাম্নগদবা লৈ। নহাক্না করিগুম্বা অমতং ফংলবদি মদুদা ঐহাকীসু হক্ লৈফম থোকই, অদুবু হন্দক ময়াক্তি নংগী নচল ইবেম্মনা মদুগী হক্ পুম্লে লৈপ্রে হায়বসি উরে।

"নুপীমচাদু করি কাম্নবা লৈ হায়রা? ঐহাক তারাচরণদা মাবু থাজ-নিংই। তারাচরণগী দমক্তা নুপী অফবা অমা ঐহাক কোইথি থিরি হায়বসি নংসু থংলিবগনি। অকবা নুপী অমা ফংলবা মতমসিদা ঐবু নিংবা কায়হল্লগনু। কমলনা থাদোয়ক্লবদি, কুন্দনন্দিনীবু য়ুমদা হল্লকপদা লোয়নবিরকউ। ঐহাক কমলদসু বারোলসি ইজখ্রবনি। ঐহাক লিক-কোল শাবা থোৎপা অদুগা লুহোংবগী অতৈ থবক ইনথাংনচিংবা থবক পায়থৎপা হৌরবনি। কলি-কাতাদা পংকুই কুইনা লৈথবিরগনু, কলিকাতাদা থা তরুকপু লৈরবা মীওদি য়াও ওল্লি হায়নৈ। অদুগা কুন্দবু নহাক নশামক্না লুহোংগে হায়বা বাখল লৈরগনা, হায়রো, ঐহাক হুক্ববা লৈপরেং লেংজল্লগে।"

তারাচরণ হায়বসি কনানো হায়বা তুংদা থঙহনজরক্তে। অদুম অদুম

ওইনমক, সূর্য্যমুখীগী বা অদু নগেন্দ্র অমসুং কমলমণি অনিমক য়াবে। অদুনা নগেন্দ্রনা য়ুমদা হনবা মতমদা কুন্দবু পুবা হায়রবসি লেপ্লরে। ময়াম্মক হয়াও হয়াওনা য়ানরে, কমলনসু কুন্দগীদমক লিক-কোল খরা শাবিরে। অদুবু মীওইবা হায়রবসিমক্তবু খঙগনি-উগন্দবোই! চহি খরগী মতুংদা, অসিগুম্বা থুমিং অমা লাকখি, মতম অদুদা কমলমণি অমসুং নগেন্দ্র অনিমক লৈমায়খক্তা ওন-থোইনা ময়াইবক্তা খুতুয়া শুরদুনা খল্লকপা,—করম্বা কত্তবা ফেনকমদা কুন্দনন্দিনীবু থেংনরুবা! করম্বা কত্তবা ফেনকমদা সূর্য্যমুখীগী চিঠিদা য়ারুবা!

হৌজিক কমলমণি, সূর্য্যমুখী, নগেন্দ্র, মখোই অহুম্মক তিন্নদুনা হু-মন্ন হুনখ্রে। মতুংদা মখোই অহুম্মক কপ্পকখিগনি।

তন্না চি-জাও অমুক শেম-শাদুনা, নগেন্দ্রনা কুন্দবু পুদুনা গোবিন্দপুর-য়োমদা যাত্রা তৌরক্লে।

কুন্দদু মঙগী বা থোইনা নিংশিংখিদ্রে। নগেন্দ্রগা লোয়ননা চৎলমদাইদা অমুক্তংদি নিংশিংলকখি। অদুবু নগেন্দ্রগী থৌজালনা থল্লবা মাইথোং অমসুং মীচুংশি খঙবা মরমচও উবদা কুন্দদু, মঙোন্দগী কত্তবা থোক্তনি হায়রবসি কয়ি-মত্তা চিংনবা পোকখিদে। নত্রগনা কনা কনাগুম্বনা অসুম্না মৈরানবীগী লমচৎ চৎপসু লৈ, অচাকপা মৈরি উরূপসু হেক্তমক চোংশিনবা।

---

## তরুকশুবা মতাং

# তারাচরণ

কবি কালিদাসকী মালিনী অমবক লৈরম্বি, মানা লৈ হেক হেক খিরকই। কালিদাসতি লায়রবা ব্রাহ্মণনি, লৈগী মমল পিবা ঙমদে—মদুগী মহুত্তা মানা লেংবা কাব্যশিং অদু মালিনীদা পাঙনা তাহল্লি। নোংমদি মালিনীগী পুস্প্রদা অঙকপা মখক ওইবা থবাল অমা শাৎলি, মালিনীনা মদু হেকলক্তুনা

কালিদাসতা কৎলয়ে। কবিনা মহাগী মনা ওইনা মেঘদুত পাড়না তাইলি। মেঘদুততি কাব্য রসকী সমুত্রনি, অত্তমকপু মন্নাম্বক্রা থওনৈ, মাগী অহানবগী শৈরেং থরদি থজিক্কং রস চেনদে। মালিনীদু কয়া হৈনত্রে—মহাক তানিং-ওক্লুদুনা হোৌগত্তুনা চৎখ্রে। কবিনা হংওকই. "মালিনীসখি! চৎলবরা!"

মালিনীনা হায়রকই, "নংগী শৈরেংসি রসসু রাওদনা ?"

কবি। মালিনী! নং কৈদোনুংদা স্বর্গ য়োবা ওল্লোই।

মালিনী। করিগী ?

কবি। স্বর্গ কানবা সিড়ি লৈ। যোজন লক্ষ অমা বাংবা সিড়ি কাখৎলগা স্বর্গ য়োগদবনি। ঐগী মেঘদুত কাব্য—স্বর্গ অসিগীসু সিড়ি লৈ—রস চেন্দবা শৈরেংশিংসি সিড়িত্তনি। মহাক করিসু লৈতবা সিড়িসিদাও কাখৎপা ওমত্রবদা—করম্না যোজন লক্ষা বাংবা সিড়িদু কাখৎকনি ?

মড় তাবদা মালিনীদু ব্রহ্মশাপগী স্বর্গ ফংদবা তারে হায়না কিরদুনা, মকোক্তগী লোইবা ফাওবা মেঘদুত তারে। তাবা লোইরকপদা মথবাইদু পেল্লদুনা, মত্তুংগী দুমিত্তা মদনমোহিনী কৌবী ফজরবী লৈপয়েং অমা লেংলদুনা কবিগী ওক্তা চকখি।

ঐগী চন্নবা কাব্যসিদি স্বর্গসু নত্তে—যোজন লক্ষা অমা বাংবা সিড়িসু লৈতে। রসসু থজিক্তনি, সিড়িসু নেশ্মি। রস চেন্দবা মতাং থরসি সিড়ি-দুমি। করিগুম্বা পাবিরিবশিংগী মরক্তা কনাগুম্বনা মালিনীগুম্বা রাওররদি, মগোম্বা নিংশিংজনিংই, মহাক সিড়ি অসি লায়োক্তুবদি কৈদোনুংদা রস মহুংদা চংবা ওল্লোই।

সুর্য্যমুখীগী মপামদি কোয়গয়দনি। মহাকী মপাত্ত অচৌবা কায়হ অমনি; কলিকাতাগী করিগুম্বা কারখানা অচৌবা অমদা কেশিয়ারগী থবক তৌই। সুর্য্যমুখী মথত্তনি মহাকী মচা। পিক্লিদৈঙদা শ্রীমতি কৌবী কায়হ নিঙোল অমুখ্রাবী অমা মীনাই ওইনা মাগী মযুমদা লৈদুনা সুর্য্যমুখীবু নাওকোয়রকই। শ্রীমতিগী মচানিপা অশিশক অমা লৈ, মহুগী মমিংদি তারাচরণ হায়বনি।

মহাক সুর্য্যমুখীগা লেঙ্গা অমতনি। সুর্য্যমুখীনা মাগা অঙাং ওইরিবিঙেদা শামমিয়রকই অমসুং অঙাং ওইরিবিঙেদা তিন্নরকপা মররা মাবু মৌপ্‌াঙ্গমা সুংশিখি।

শ্রীমতিদি মশক য়ায়া ফজবী ꠰পীনি, অদুনা খিন্দনা অবাবদা তারে। খুলদুদা লৈবা মরুমচং চুমদবা ইনাকখুনবা অমগী মিংয়েংকমদা তাঙ্গডুনা মহাক সুর্য্যমুখীগী মপাগী য়ুমদু থাদোক্ক্‌না চংখ্রে। কদাইদা চংখ্রবা, কনা-মতনা খঙনখিদ্রে। শ্রীমতি অমুক হল্লকখিদ্রে।

শ্রীমতিনা তারাচরণবু হন্দোক্লগা ꠰চংখি। অদুনা তারাচরণদি সুর্য্য-মুখীগী মপাগী য়ুমদা অদুম্মক লৈরে। সুর্য্যমুখীগী মপাদি য়ায়া থোঙ্গাল হৈবা নিপানি। মহাক্না মপি-মপা লৈত্রবা অঙাং অসিবু মচাগুম্না য়োকখি, অমসুং মাবু মীনাইগী অতোনবা থবক তৌহন্দনা লাইরিক-লাইত তমহনখি। তারা-চরণনা পৈশা তিংদবা মিশনরি স্কুল অমদা ইংরেজী তম্বা হৌখি।

অদুদগী সুর্য্যমুখী লুহোংলে। মতুগী মতুং চহি খরা লৈরগা মাগী মপাড় শিখ্রে। মতমদুদা তারাচরণদু কাবক-শাবক ওইনা ইংরেজী হৈরে, অদুবু থবক্তি জুগোং চাবা অমতা ফংদ্রে। সুর্য্যমুখীগী মপা লৈত্রবা তুংদা মহাক চংফম লৈতদুনা, সুর্য্যমুখীগী মনাক্তা লাক্লে। সুর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রদা হায়জদুনা খুলদা স্কুল অমা লিংখৎহল্লে। তারাচরণবু মদুদা ওঝা হাপ্লে। হৌজিক্তবু, গ্রান্ট ইন্ এডকী মপাম্না খুল খুল থুদিংদা শম নান্না হাংপা, বায়াম ঙাংবা মরাল লৈত্রবা মাষ্টার বাবু কম্না কম্না উবা ফংলবনি, মতমদুদদি "মাষ্টার বাবু" পঙনা পঙউ উবা ফংদে। মরম অদুনা তারাচরণদু খুলগী লাইমাম মরক্তা অমা ওইরক্লে। মরু ওইনা মহাক Citizen of world অমসুং Speotator পাবা ঙম্মি, অমসুং জিওমেট্রি বুক অহুম কৈ হায়নসু কৈথেল্লা নিরে। শুপ পুরমকসিনা মহাক দেবীপুরদা লৈবা জমীদার দেবেন্দ্র বাবুগী ব্রাহ্মসমাজদা তিল্লে, অমসুং বাবুগী খোঙলোই মরক্তা য়াওরে। সমাজদুদা তারাচরণনা লুপ্রা-লুহোংবা, চুপীনা লাইরিক তম্বা, অমসুং মুর্ত্তি ইরাৎ-পুজা-তৌবা-চুমদবা

অসিনচিংবগী মরমদা বারেং কয়া কয়া ইত্তনা চয়োল খুদিংগী পায়, অমত্তুং "হে খোঞ্জাল কৈরবা তাইবং মপু !" হায়বা বাহৈসিনা বাহৌদোক ওইরক্তনা শাংল-শাংলবা বা কয়া ঙাংই। মতুগী শরুক খরনা তত্ত্ববোধিনীদগী শিল্লোকই, খরনা স্কুল পণ্ডিতশিংবু ইহল্লি। মচিন্দা শুত্তনা হায়, "নখোই সুংত্রম-চেক্কু মগী পুজা তৌরগনু, ইন্দোল ইনেশিংবু ময়ুম পাজহল্লু, সুপীমচাশিংবু লাইরিক লাইগু তমহল্লু, মখোইবু পোম্মুংদা ফাজিন্দুনা করিগী থল্লিবনো ? সুপীমচাশিং মপান্দা পুথোকউ।" সুপীশিংবু অস্তুক য়াম্না লিবয়ালিটি পিনবা ঙাংলুবগী অথোইবা ময়ম অমদি. মহাক্কী ময়ুমদা সুপী লৈতে। হৌজিক ফাওবা মহাক লুহোংদ্রি : সূর্য্যমুখীনা মহাকপু লুহোংবিনবা য়াম্না কন্না হোৎনয়ম্মি ; অদুবু মাগী মমানা লোন্না ময়ুম পানখিবগী বাসি গোবিন্দপুরদা শারা-শনখিবা ময়ম্না কনাগুম্বা অচৌ-অশাংগী কায়স্থ ইমুং অমতনা মঙোন্দা মচাসুপী থাজৌ হায়বা য়াখিদ্রে। অতোনবা কায়স্থশিংগী মুশিন মুবী, মশক থিবী মচাসুপীদি ফংই। অদুবু সূর্য্যমুখীনা তারাচরণবু মৌপ্যামক্কি থল্লি কয়ম্না অতোনবা মীগী মচাদা ইনাও কৌগদগে থনবদগী মহাক লৌশি হায়বা য়াদে। কনাগুম্বা অচৌ-অশাং কায়স্থ ইমুংগী মশক মতৌ ফজবী নিঙোল অমা থিবা লাক্ক-য়িবনি, তাঙ্গাসিদা নগেন্দ্রগী চিঠিদা কুন্দনন্দিনীগী মশক মতৌ ফজবগী বা তাবত্তনা, মহাকপু তারাচরণগী সুপী ওইনা লৌরগে হায়বসি মপুক্কিংদা লেপ্লে।

## তরেৎশুবা মচাং

# মিৎস্না থম্বাল মানবী ! নংবু কনানো ?

কুন্দ, নগেন্দ্র দত্তগা লোয়ননা গোবিন্দপুরদা লাক্লে। কুন্দতু নগেন্দ্রগী ময়ুম উবদা পুমঙক ঙকখ্রে। অস্তুক চাওবা য়ুমদি মহাক অয়ুক্তম্ব উখিদ্রি। মপান্দা য়ুমজাও অহুম্নি, মনুংদসু য়ুমজাও অহুম্নি। য়ুমজাও অমমম্না অচৌবা

কোল্হং অমমমগা পাংথক্নি। অহানবদা, য়োংকী থোঙজাও অমা লাম্থোক্লগা, লৈম্বিবা মপালগী য়ুমজাও অদু, মাইকৈ মথিমক্তা য়েক-থোংলবা অমাংবা য়োংকী শখল থান্নি। হোজংদগী নাপী হৌদবা, পাক্লবা, ঙাংশং ঙাংবা, শিং নানবা লম্বেল অমা চংলি। লম্বেলগী নাকল অনিদা শংবান্নবা পুক্রিং হন্নবা, থোংলবা অনৌবা ভিংথৌগী লম মচেৎ অমমম লৈরি। মতুগী মন্নক মন্নক্তা কোইমক কোইনা থারিবা, নিংথিরবা লৈরাং পাম্বী থিবিক্তা কজরবা লৈরাংনা মকা কম্না শাংলি। মাংদা য়াম্না বাংলবা মথোন অমা ভংথাইগী মীয়াম-ফম্ফম। মতু য়োবদা পাক্লবা সিড়ি পরেং অমা কাগদবনি। মতুগী মাঙোন্দা চাওর চাওরবা নিংথিনা হংখোংলবা যুম্বীশিং লৈরি; লৈমায়থক্তুনা নাহুবা হুংপাক্লা ইঙ্গি শিংলি। অবাংবা কম্বাকখঙ্গা, য়ুময়াইদা, লৈবাক্লা শাবা চাওয়বা লোংশা অমা মশোং শাংনা য়াহয়হুনা, ঙাংলবা মরৈ ভিংথোক্তুনা লৈরি। মসি নগেন্দ্রগী ফমফম কানি। ভিংথৌগা লৈরাংগনা লৈভেংলবা লম মচেৎ অতুগী নাকল অনিদা, হায়বদি য়েংলোম ওইরোমদা মথোন অম-তগী য়ুম পরেং পরেং লৈরি। পরেং অমদা জমিদারগী চেং-মুং শুকম অমসুং বায়েলশঙ লৈ। অতুগা পরেং অমদনা পুকৈ অমসুং মীনাইশিং লৈফম্নি। হোজংগী নাকল অনিদা থোঙঙাকপশিংগী লৈফম লৈ। অহানবা য়ুমজাও অসিগী মমিং "কাছারি বাড়ী" কোই। মতুগী নাকন্দা "পূজাগী শঙ"। পূজাগী শঙতু হোনবী ওইনা অচৌবা দলান্নি; অতুগা মাইকৈ অহুমদনা চৎনবী মতুং ইম্না মথোন অনিগী মাঙোন লৈ। মন্নাইদনা চাওয়বা শুমাং। য়ুমসিদদি কনামতা লৈতে। দুর্গা পূজাগী মতমদা য়াম্না চাওনা কুম্মৈ তৌই, অদুবু হৌজিক্তি শুমাংতু চেকী কারক কারক্তা নাপি হোরে। দলান, মাঙোল, খুমনা পূনথন থল্লি, কা খুদিংমক পোৎচৈনা থম্না লৈ,—শো লোল্লি। মতুগী নাকন্দনা লাইশঙ। মকমতুদা য়েক-থোংলবা মন্দির, কজরবা হুঙ হংলবা মাঙোব, মাইকৈ অহুমদা বালহৌশঙ, পূজারীশিং লৈফম অমসুং অতিথি থুংফম লৈ। য়ুম অদোমদদি মীগী মী ঙাক্তা। ঙক্তা মালা, লাইবক্তা

চন্দনূনা লৈতেংলবা লাই সেবা চৎপা কাংবু, পুজারীগী কাংবু ; কনানা লৈ য়েন্দাই পুরক্লি, কনানা লাই চাইথক্লি, কনানা শরিক থিংলি, কনানা বা চাওনা চাওনা ভাংলি, কনানা চন্দন তক্লি, কনানা চাক থোংলি। মীনাই মুপী-নিপাশিংগী মরক্তা কনানা ইশিং হোল্লি, কনানা বাই তৈরি, কনানা চেং চামদুনা পুরক্লি, কনানা ব্রাহ্মণশিংগা শংনরি। অতিথি শালাগী মফম অমদা উৎ তৈরবা সন্ন্যাসী ঠাকুরনা জটা শন্দোক্লদুনা উগ্রাক্লা হিপ্তুনা লৈরি। মফম অমদনা খুৎ বাংনা থাজংলগনা, মত্ত ইমুংগী মীনাইশিং লৈফমদা কিদাক য়োম্লি। মফম অমদনা অঙোবা কোই মরান্না লৈতেংলবা গেরুয়া শঙবা কী ফেৎপা ব্রহ্মচারীনা রুদ্রাক্ষমালা চৎল-চৎলদুনা, নাগরী ময়েক্তা খুৎনা ইবা ভগবদগীতা পারি। অতোপ্পা মফমদনা, মপুক-চাওরবা সাধু কনাগুম্বনা থি ময়দা য়ামই-য়ামদে হায়বগী মরমদা বাথোক ওইনরি। মফম অমদনা, লখোইবা কাংবুনা চেংলবা শুক্তা তুলসী পয়েং শিরদুনা, মরাইবক থম্না চন্দন তৈরদুনা পুঙ রৈরি, মকোক্তা শিক্তানা হাট-হুম্লি, অমসুং মনাকোং খোংলগনা "বা ভাংনবসু কংত্রেদো—দাদা বলাই য়াওরকপনা —বা ভাংন-বসু" হায়না কীর্তন শক্লি। মফম অতোপ্পদনা, বৈষ্ণবীশিংনা নাতোম্দা চন্দন ফজনা থিল্লদুনা, খঞ্জনীনা তাল থারদুনা "মধো কানে" নত্রগা "গোবিন্দ অধিকারী" গী ইশৈ শক্লি। কয়িগুম্বা মফমদনা নৌরিবী বৈষ্ণবীনা অহল অমগা ইশৈ শকমিন্নরি, কয়িগুম্বা মফমদনা মীয়াই চল্লবীনা হনুবা লখোইবগা খোঙ্হাং তিনশিন্নরি। মাওবকী ময়াইদা লৈকাইগী থৌ-লৈত্রবা অঙাংশিংনা খৎনরি, চৈনরি, ফুনরি অমসুং মথোই মথেল মপা মপু পুথোক্লদুনা মথল কয়াগী মীচৈ-থাংনরি।

হায়খিবা য়ুমজাও অহুমসিনা মপালগীনি। মসিগী মনিংদা য়ুমজাও অহুমা মহুংগীনি। চে-মুং-শুকম-য়ুমগী মনিংদা লৈরিবা মগুংগী য়ুমজাওদু, নগেন্দ্র মশাগী শিজিন্নবনি। মসিদগি মহাক্তে, মাগী মুপীনে অমসুং মথোইগী সেবা তৌনবা অথন্নবা মীনাই মুপীশিংভমক লৈ। অদুগা মথোইগী

শিজিন্নবা পোৎচৈস্থ থম্মি। য়ুম অসি অহনবনি, নগেন্দ্রনা মহাকথক্তা শাবনি : য়ায়া চংথোম্না লূনা শাই। মতুগী নাকন্দা পুক্তা তৌকম-শঙগী মনিংদা থাইনগী অশ্লিবা য়ুমজাও লৈ। মতুদি মপ্লে, য়ুমশা ফজদে ; কা পুথা পংথাং থাংদে, পিকই অমস্থুং ভনান-ভনান্দে। য়ুমজাওসিদি মথক মথা কয়াগী শাগৈ-নাতৈগী মচা মশু, ইন্দোল, ইনে, অবোক, ইন্দোলগী মচা, ইনেগী মচা, লুখ্রাবী ইনে, য়ুম পান্নবী ইচলগী মচানুপী, ইনেগী মোপ্‌াগী নুপী, ইন্দোলগী মোপ্‌াগী মচানুপী অসিনচিংবা শাগৈ ঙাইগী নুপীনা কাক পুনকম বট পাম্বীগী মতৌশুম, অহিং থুংথিলদা চন্নাংনতুনতা লৈ। অতুগা অতৎ অথম লৈতনা লাও থোংলতুনা, নোক্লতুনা, থৎনতুনা, মরৈ য়েৎনতুনা, থাম্মি শাম্বতুনা, মীবা ঙাংনত্রনা, নিপামচাশিংনা কোয়চেন চেন্দুনা, নুপীমচাশিংনা পংকপ্তা কল্লতুনা, "ইশিং পুরকউ" "ফী পিয়ু" "চাক থোংত্রিবরা" "অঙাং চরা থাম্রি" "শঙ্গোমদি কদাই" অসিনচিংবা খোম্থাংনা ইহৌরকপা সমুত্রগুম নিন্দুনতা লৈ। মতুগী নাকন্দা মন্দিরগী মনিংদা চাকশঙ। মফমতুদস্থ ইরাং মথক অমা। মফম অমদা চাক থোংলিবী কনাগুম্বীনা চফু মহি শোইহল্লিডৈদা মথোঙ শৎ ভিংথোক্লতুনা, মরৈকাইগী কনাগুম্বীগা মচা নিপা লুহোংবগী থাথোক্কী মরমদা থাম্মি শাম্মি। কনাগুম্বী চাক থোংলিবীনা অশংবা শীঙ কামথংপা লাক্লথদা মৈখুনা মমিত্তু পিগী ইয়া চেল্লতুনা পুকৈ পা-নববু চৈরক্তি, লুপা হুরান-থোক্লগা অশংবা শীঙ পিম্মিবনি হায়মি, মতুগী প্রেমান কয়ামক্লমস্থ পুথোকপা হোৎনম্মি। কনাগুম্বী নিংথিবীনা অশাব: থাওদা ঙা থাদয়গ: মমিৎ উইশিল্ল-তুনা ময়া খিগংলতুনা, শুগংলতুনা লৈরি, মরমদি আশাবা থাওহু মশাদা চোংথ্রে, কনা অমনা ইরুজবদা থাও পুম্না তৈশিল্লুবদগী ফরা ফম্না লাওরবা মশমহু চুড়া উপ্পগুম কোকতোন্দা পৈশিন্দুনা পুল্লগা হবাই-থোংবা ওৎথাইবা লাক্লম্নি—থক্লেন-নহানা শাক্লেনা থণ তায়তুনা ফুবগুম্মি। মফম অমদনা, চাওরবা ঙাশেমথাং মাংদা থারতুনা বামৌ, ক্ষেমী, গোপালগী মমা, নেপালগী মমানা থোংক্রম, মাইরেল, সেবোং, থামেন, মনা-মশীং শেম্মি ; মতুগী শ্রো শ্রা

শ্রো শ্রা হায়বা মখোল থোক্নি, মচিন্দনা লৈকাইবু চৈ-থাংলি, মবুঙোবু থীনা ঙাংলি, মখোই মশেলসু থংনরি। অদুগা গোলাপীদি নৌনা লুখ্রা ওইরে, চাঁদিগী মতৌদি যু ঙাওদুনত লৈ, কৈলাসীগী ম-য়াদি অচৌবা থবক ফংলে—দারোগাগী মুহুরী ওইরে; গোপাল উরেগী শুমাং লীলামুক হুংঙাইবা পৃথিবীসিদা লৈতে, পার্ব্বতীগী মচানিপামুক ওক্কবা অঙাংসি অসুক চাওখ্রবা বাঙ্গালা লৈবাক্তা লৈতে, ইংরেজশিংদি রাবণগী মচা মগুনি, ভগীরথনা গঙ্গা পুথরকই, ভটচার্য্যিগী মচানুপীগী মরুপী মরাদি শ্যাম বিশ্বাসনি, হায়বনচিংবা হিরম কয়া কয়া নৈনরি। কনাগুম্বী নোয়রবী কুচু-মুবীনা, শুমাংদা চাওরবা থোরবা ঙাশেমথাং অমা উং মথক্তা থম্লদুনা ঙা হায়বা জাৎকী মথথাই তনলৌ-লৌরি, উমাইবীশিংনা ঙাশেম্বীগী নোয়রবা শাবান অমসুং মথুৎ-মশা হৈশিং-বদু উবদা কিদুনা খুমাং চাওশিল্লকপা ঙমদ্রে, অদুবু অমুক অনিরক চেনলাক-লাকপসু মরাওরি! কনাগুবী পোক হৌরবীনা ইশিং শোক্কৎলক্লি, কনাগুম্বী শক্তম-অকিবা-পোকপীনা মন্ন-মরাং তক্লি। অতোপ্পা মকমদনা পুকৈ মহুংদা, মীনাই-হুপী, চাকথোঙবী অমসুং পুকৈ-পায়বী, মখোই অহুম মাইওনশিনদুনা শাথীনা থংনরি। পুকৈ-পায়বীনা য়েংলি, পিরিবা ঘিদুনা চপ চারে—চাক-থোংবীনা য়েংলি, মসিত্তনবু কয়য়া ওকনি? মীনাই হুপীনা মরে তৌরি, পুকৈবু হাংদোক্তুনা থম্বিরবদি, ঐথোইনা ওক্নবা শীনজবা ঙমগনি। চাক ঙাইরদুনা অঙাং হুপী নিপা কয়া, চাক্লিবা কয়া, হুই কয়া ক্ষমদুনা লৈরি। হৌদোংশিংদি ঙাইবা-থোৎপা তৌদে—মখোইদি তাল্লক য়েংলদুনা, মপু তাক্তনা চেল্লাক ওইনা, মপুক থন্নবা লাক্লরি। মকম অমদনা, শরোন্দা চং-লকপা যণবীনা খোংক্রম মকু, খামেন অমসুং সেবোৎকী মখোক, অদুগা লা-রামদু অমৃত ফংবগুম মমিৎ উইশিল্লদুনা শগুপ-শাইরি।

হায়রিবা মহুংগী যুমজাও অহুমসিগী মথংদা, লৈকোল লৈ। লৈকোলগী মথংদা শংবারবা অমংবা নোং মচেৎকুম পাক্লবা পুখ্রি। পুখ্রিদু চোকপলনা থাজিল্লি। মহুংগী যুমজাও অহুম অমসুং লৈকোলগী মরক্তা ইমুং মহুং চংথোক-

চৎশিন তৌনবা লখী মচা অমা লৈ। লখী মচাশিংগী মতোন অনিদা থোঙ অমি পাল্লি। মসিনা মনিংথোঙনি। মহুংগী য়ুমজাও অহমত্ত লখী অসিদা চঙবা য়াই। য়ুমশিং অসিগী নাকল অমরোমদা শগোলশঙ, শামু শঙ, হুই মকোল, শগোল, অতৈ শা-উচেকশিং য়োকফম লৈ।

কুন্দনন্দিনীনা চংঙক্লবগা লোয়ননা নগেন্দ্রগী মপাল নাইত্রবা ফজরবা য়ুম-কৈ ময়ল-মথুম পুয়মকসি য়েংনা য়েংনা দোলাই তোংলত্রনা মহুংগী য়ুম-লোমদা চংলক্রে। মহাক সূর্য্যমুখীগী মনাক তাম্লা পুশিল্লক্লুনা সূর্য্যমুখীবু খুরুম্লরে। সূর্য্যমুখীনা আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা তরাম তরাম ওকপিরে।

নগেন্দ্রগী শক্তমগা, মানা মমঙদা উথিবা নিপাত্নগী শক্তমগা মাম্লবত্র উবদা, কুন্দনন্দিনীগী মপুক্লিংদা, মাগী থুপীস্থ শোইদনমক মথংদা উথিবা মুপীগী শক্তম-তুগা মাম্লরম্বা তাই হায়না কল্লা চিংনবা অমা পোক্লম্মি; অদুবু সূর্য্যমুখীবু উবদা মহাক্কী চিংনবত্র কোকপ্রে। কুন্দনা উরে সূর্য্যমুখীদি আতিয়া-কীজংদা উথিবা থুপীডগী মতৌগুম কুচু মদে। সূর্য্যমুখীদি পুর্ণিমা থাজগুম শনা অহিং-বগী কুচুনি। মাগী মমিৎ অনিত্র কঞ্জেদি হায়রবু, কুন্দনা মমঙদা উথিবা মিৎ অতুগদি মায়দে। সূর্য্যমুখীগী মমিত্তি শাংদানৈ. চিয়াইগী শম য়েৌনিং য়োমাং তৌরবা পিগুমগা থোঙলোইনৈ, ফজরবা থোইরপ তৌবা পা পরেংগী ময়াই চবুক্তা লৈ, চাওরবা য়রবা মিৎনহানা লৈতেংই, হাইফেৎ কোয়ৌ মশেক্লুম ঙালি, লংই, অতুয়দি ওইরগা মেঙদানৈ। মঙদা উথিবা কুচু-মুবীগী মমিত্তদি অসিগুম্বা তাঙলবা পুক্লিং গুমহৎনফম ওইবসি পক্তে। সূর্য্যমুখীগী শওং শাদাগস্থ মায়দে। মঙদা উথিবীত্নদি মথিক নেম্মি, সূর্য্যমুখীদি হাইরপ তোঙ্গানৈ, মালং-ইপোম্মা শাথেক হাম্লিবী উয়িগুম ফজবা ইপোম্মা তনিক তনিক্লি। মঙদা উথিবী মুপীত্র ফদি-ফজৈ, অদুবু সূর্য্যমুখীনা মহুদগী শরুক চামা হেল্লি। অতুগা মঙদা উথিবীতুগী চহিত কুনমুক্তগী থোইনা হেনগনি নিংদে— সূর্য্যমুখীদি কুনতরুকলোম হায়রবীনি। সূর্য্যমুখীগা, হায়রিবা শক্তম-তুগা ইমান মায়দবত্রদা, কুন্দগী মথধাইত্র হুংঙাইজরে।

সূর্য্যমুখীনা কুন্দবু তরাম তরাম ওকপিরগা, মাপী সেবা তৌনবা মীনাই মুপী ময়ামদা য়াথং পিরে। অদুগা মখোই ময়ামগী লুচিংবী অদুবু য়েংলদুনা হায়রকই, "কুন্দ হায়বী মুপীমচাসি ঐহাক তাঙ্গাচরণগা লুহোংবিরগদবনি। অদুনা মাবু ঐগী ইনাও মুপীনি হায়না চেকশিন্না লুনা লোয়নগদবনি।"

মীনাই-মুপী লুচিংবীদু, খঙজরে হায়না য়াদ্রে। মহাক্না কুন্দবু অতোপ্পা কা অমদা পুরক্লে। তাঙ্গাসিদা কুন্দনা মাবু চিংনা-মুন্না য়েংলকই। মাবু হেক উবদা, কুন্দগী মশাপুন্বা খাই লাওবা অমা পোকখ্রে অমসুং কোক্তুগী তোন-কাওবা জমাং অনপ্পী কাংখ্রে। কুন্দগী মমঙদা, মমানা আতিয়া-মকোইদা থুদোনবী খিন্দুনা উৎথিবা মুপীগী শক্তম, মিৎয়া-থখাল-মানবী কুচু-লৈশিনবীদু, মীনাই মুপী অসিমক্নি !

কুন্দদু কিবনা চময়দুনা হাইকেৎ মুংশা-মপী হোল্লগা হংঙকই- "নংবু কনানো ?"

মীনাই মুপীনা থুম্মকই, "ঐগী ইমিং হীরা কোই।"

---

নিপালশুবা মতাং

# পাবিরিবশিংনা খোয়দৌ য়াম্না শাওগৎপিবগী মরম

মতাং অসিবাইদা পাবিরিবশিংনা য়াম্না খোয়দৌ শাওগৎপিরমগনি। বারিগী-লাইরিকশিংগী চৎনবী অমা লৈ, লুহোংবনা মনিংখোম্বা ; ঐখোইদি অহানবমক্তদা কুন্দনন্দিনীবু লুহোংখোকপিরে। অদুগা থাইনদগী চৎনবী অমনা, বারিগী মকোক ওইরিবী অদুগা হুংশিনরিবা মীশক্তু য়াম্না মশক ফজ-গদবনি, গুণ পুম্বনা তিনগদবনি, য়াম্না মথৌনা-মরিংজেল ফগদবনি, অমসুং মকোক ওইরিবী মুপীদুগী হুংশি-ইপোম্না চাংজৌ পানা চেনগদবনি। লাইর-রবা তারাচরণগীদি হায়রিবশিংসি করিমতম্ব পক্তে—ফজবরোমদা য়েংলুরগা

কোরি বুচুনি, নাথাং তেকই—মপাক্তল-মথোনারোমদা হায়রগনা ম্নুলগী অঙাং-মরক্তা কোংদোকপগু মঙাই—অদুগা থুংশিবগী মাইকৈরোমদদি কুন্দনন্দিনীগা কম্না হকচিন্না লৈবা, মতুদি থঙত্রে : অদুবু অরোকপা-য়োং মপী অমগদি হাইক্কেৎ মরৈনে।

ওইনিংবমথৈ ওইরবসু, কুন্দনন্দিনীবু নগেন্দ্রনা মযুমদা পুরক্লগা তারা-চরণগা লুহোংবিরে। তারাচরণনা ফজরবী মুপীচু মযুমদা পুথ্রে। অদুবু শক ফজবী মুপীচু লোক্লবদগী মহাক অবাবা অমা মাইয়োক্লরে। পাবিয়িব-শিংনা নিংশিংবিরমগনি, তারাচরণনা, মুপী লাইরিক তমহনবা অমসুং মুপীবু মপাল থোক্লা মরাম মরক্তা তিলহনবগী মরমদা বারেং কয়া কয়া ইতনা দেবেন্দ্র বাবুগী মীতিনকম কাদা হেক হেক পাই। মতুগী মরমদা মরৈ য়েৎনরকপদা মাষ্টরনা ইভং তত্তনা নাপল তৌনা হায়, "কয়িগুম্বা ঐঙোন্দা তাঙ্গা অদু কংলক্লবদি হিয়ম অসিগী অহানবা রিফরম্ তৌবগী থুদমচু উৎকনি। ঐনা লুহোংলবা মতমদা ঐগী মুপীচুবু মরাম্মক্কী মাঙদা পুথোক্কনি।" হৌজিক্তি লুহোংলে—কুন্দনন্দিনীগী মশক মতৌ ফজবগী বা মরুপ মপাং মরক্তা বা বা নিয়রক্লে। মরাম্মক থাইনগী ইশৈ কোট তৌনহুনা হায়রক্লে, "কদাইদা চৎত্রে বাশক?" দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "কদাই, নংসু ওল্ড্ ফুলশিংগী মরক্তা মাওর-বরা? নংগী মুপীগা ঐথোইবু শক থঙনহন্ত্রবদি কৈদোরে?" বাশিংসি তাবদা তারাচরণ য়ায়া ইকাইরে। দেবেন্দ্র বাবুনা হায়জবা অমসুং করেমবতু নাম্লোক-পা ওমত্রে। দেবেন্দ্রগা কুন্দনন্দিনীগা শক থঙনহনগনি হায়না য়ারে। অদুবু বা অসি শূর্য্যমুখী তারবদি শাওরকনি হায়নসু কি। অসুন্না নিংজিং -মাংজিং ননা লৈবনা চহি ফাজিল্লক্লে। অদুদগীদি অমুক লৈথোকপা য়াশিল্লক্তুনা, য়ুম শেম্বা তারি হায়জিন্দুনা কুন্দবু নগেন্দ্রগী মযুমদা থাথ্রে। য়ুম শেম্বা লোই-রে। অমুক লৌশিল্লুদবা য়াদবনা লৌশিল্লরে। মতম অদুদা দেবেন্দ্র মশামক লোংমা মরুপ মপাং মরাম পুরক্তুনা তারাচরণগী মযুমদা লাক্লে। অদুগা তারা-চরণবু লৌনম-নাপল তৌবগী দমক্তা করেমবা হৌরক্লে। মতু য়োশিল্লরুবত্তুদদি

তারাচরণন্থ য়াদহুনা কুন্দনন্দিনীবু নিংথিনা শেৎ-চাহনগা দেবেন্দ্রগা বারি-বাতাই শানবা পুথোরক্লে। কুন্দনন্দিনীনা দেবেন্দ্রগা করি বারিনো শাদৌ-রিবা? ওহাক কীরুম থুমহুনা লেপ্পগা কণ্ডুনা চেনখ্রে। অড়বু দেবেন্দ্রদি মহাক্কী নৌনা-মপুম-মরৈ-ফারকপগী চাংদক্ষম লৈত্রবা নিংথিবন্থ উবদা পুমণ্ডম-ণ্ডমহৎখ্রে। নিংথিবন্থ অমুক কাওবা ঙমখিদ্রে।

মড়ুগী মতুং হুমিং থরনি লৈরগা দেবেন্দ্রগী মযুমদা থবক অমা থোকই। মাগী ইমুংদগী মুপীমচা অমথক্লা কুন্দবু বার্ত্তণ তৌরে। বাসি সূর্য্যমুখীনা তারহুনা চৎপা য়াদে হায়না থিংলক্লে। অহুনা চৎত্রে।

অড়ুগী মতুংদা অমুকন্থ দেবেন্দ্রনা তারাচরণগী মযুমদা লাক্লহুনা কুন্দগা বারি বাতাই শাররে। মীগী মচিন্দগী বাফমসিমু. সূর্য্যমুখী তারে। অড়ুদগী তারাচরণবু মহাক্লা অশুক্কী মত্তিক শাথীনা চৈথি মণ্ডদি, অড়ুগী ণ্ডমিত্তগী হৌনা কুন্দনন্দিনীগা দেবেন্দ্রগা বারি শাবা ভৌথিদ্রে।

অসুম্না লুহোংলবা মতুংদা চহি অহুম হোখ্রে। অহুদগীদি—কুন্দনন্দিনী লুখ্রা ওইরে। অরুম-লাইহৌনা উংহুনা তারাচরণ শিখ্রে। সূর্য্যমুখীনা কুন্দবু মাগী মনাক্তা পুশিন্দুনা থম্লে। তারাচরণগী দমক শাবিবা য়ুম অড়ু য়োহোক্লগা কুন্দদা চে ওইনা পিরে।

পাবিরিবা শিংনা খোইদৌ শাওগৎপিবগী থমদি থেংলে, অড়ুব বারি মপুংদি হোজিক হোগৎলক্লে। হোজিক্কদা হু-পাখী মন্ন হুলে।

---

## মাপলগুবা মতাং

# হরিদাসী বৈষ্ণবী

লুখ্রাবী কুন্দনন্দিনীন্থ নগেন্দ্রগী মযুমদা মতম থরা লেল্লক্লে। নোংমা হুমিং মুংখ্রবা মতুংদা ইমুং মন্থংগী হুপীশিং পুল্লগ্না অরিবা য়ুমজাওদা ফম্লি। লাইগী নোংদমদগী ঙসিদি মীশিং কনা য়াম্মি, ময়ামুক মানা মানা পাম্বা

খুম্ম্‌ংগী মুপীশিংনা হৈনবা খবক ভৌনরি। মথোইগী মরক্তা কাবক নৌম্রিবী মুপীমচাদগী কৌনা মপোক্লা পুমক্তৌ ভৌরবী হমুবী কাওবা য়াওরি। কনানা শম পুনহল্লি, কনানা শম পুনবিরি, কনানা হিক কাইহল্লি, কনানা হিক কাই-বিরি, অমম্বুং "সি সি" চিংখত্তুনা হিক শিক্লি, কনানা পোক ফোইদোক্লি, কনা-না ফৌ-থারদুনা মচু ফোইদোকপা লাক্লরি। কনাগুম্বী নিংথিবীনা মচাগীদমক ফজরবা ফৈজুপ তুবা হোৎনরি, কনা অমনা মচাদা খোম্লাং ইল্লি। কনাগুম্বী নিং-থিবীনা শম-পুম্রবা লংগুং তারি, কনানা মচা ফুরি মচাদুনা গুগৎলদুনা অয়্রোবী খোম্বাংদা খোট্লে শুনা কপ্লি। কনাগুম্বী ফজবীনা কার্পেট লোল্লি ; কনা অমনা মখদাং খুৎনা শৌরদুনা মচু য়েংল্লি। কনাগুম্বী য়েক-খোৎপা হৈবীনা কনা-গুম্বগী লুহোংবা নিংশিংলক্তুনা ফালদা মঙল-খুদম য়েক্লি, কনাগুম্বী লাই-রিক-লাইগুদা খোয়দাবীনা দাগুয়ারগী পার্চালী পারি। কনাগুম্বী অহল ওইবীনা মচানিপাবু তাথি-তাওইনা ভাংলদুনা তারিবী ময়ামগী মনাকোং পেলহল্লি, কনাগুম্বী মুংশি বাণ্ডাং হৈবী মৌ-নহানা, লোল্লপ, মপুরোইবগী মুংশি-লোনচৎপু মতাশিংদা নাপচিক্লা তমদুনা থাইন-মৈশালাংবীশিংগী মৈচাক হেনগৎহল্লি। কনানা য়ুমগী মবেম্মবু থীনা ভাংল্লি, কনানা য়ুম্মুরেনবু চৈরি, কনা অমনা কৈয়্রোই লৈকাইগী মীবু তাথি-তাওইনা ভাংল্লি ; অয়াম্বনা মশা মশাবু পংথাদা থাগৎনরি। অমুক্তা সূর্য্যমুখীনা পঙমল্লি হায়দুনা চৈথিবী মুপীদুম্ব, মহাক মশাগী হৈ-শিংবগী ময়মদা খুদম কয়া কয়া পুখোক্তুনা উৎপা লাক্লরি ; চাক-ইনশাং থোংবদা, থুম য়াকপরা নমদবরা অমা ইতং তত্তনা তৌবী মুপীদুম্ব, মহাক্লা থোং-থাকপদা চংখোনবগী ময়মদা শাংলবা বার্রি অমা শাথরি। খুলগী মমুংদা মাগী মপুরোইবনা খ্‌াইদগী পঙত্রবা মুপীদুম্ব, মপুরোই-বগী মীনা তানঙমত্রবা খঙ-হৈবগী ময়মদা শক-শোন্দুনা লোয়নরিবীশিংবু চংঙক্লহল্লি। মচা মুপী নিপা পুম্বা মুশিন মুবা শহুম অমমম মানবা মুপীদুম্ব, শক ফজবা পোকপীনি হায়না নাপল তৌনা ভাংল্লি। ময়ামসিগী মরক্তা সূর্য্যমুখীদি য়াওদে। মহাক্তি হাইফেং পোওবীনি, অসিগুম্বা মরকসিদা

পংতিন ভিন্দে অত্তগা মহাক য়াওব্রবদি অতৈ ময়ামগী মুংঙাইবত্তস্থু মপুং ফাদে। ময়াম্মক্কা মাবু কিনৈ, মঙোন্দা পুক্লিং তেংথোক্কা বাম্বি বাভাই শাবা ইঙম ঙম্মদে। অত্তুগা কুন্দনন্দিনীদি ময়াম ময়কসিদা অত্তম্মক য়াওরে, হৌজিকস্থু য়াওরি। মহাক নিপামচা অমথক মমানা হায়জবা মতুং ইম্না ক, খ, তম্বিরি। কুন্দনা তাক্লি, অত্তবু মাগী ছাত্রত্তদি, অতোপ্পা নিপামচা অমথক্কা মথুত্তা পায়রিবা সন্দেস তম্না মমিৎ কুপ্তনা য়েংত্তনা লৈরি; অত্তুনা তম্বিবগী মহৈ চাবা হায়বত্তদি অত্তম্মক ওইরে।

ভাগ্নাসিদা গুপী ময়াম্ মরক্তুদা "জয় রাধে" হায়না শোল্লত্তনা বৈষ্ণবী অমা চংঙক্কুনা লেপ্লরে।

নগেন্দ্রগী ঠাকুর বাড়ীদা নিতিমক্কী অতিথি সেবা তৌই, অত্তুগী মথক্তা নোংমাইজিং খুদিংগী নফমত্তদা চেং নচিংবস্থু য়েল্লি; অত্ত নত্তনা কনাগুম্বা বৈষ্ণবী অমতা ভিক্ষা তৌবা ইমুং লোমদা চংবা য়াদে। মরম অসিনা ইমুংদা "জয় রাধে" শোল্লকপত্ত তাবদা গুপী-ময়াম মরক্তুদগী অমনা হায়রকই,—"কনানো ইমুং তাম্না চংলক্লিবা? ঠাকুর-বাড়ীদা চৎলু।" অসি হায়না হায়না মহাক্লা লৈ-ত্তনা বৈষ্ণবীত্ত তম্না য়েংলকপদা বা মথা তাথখিদ্রে; বাঙাং হোংত্তনা হায়রকই, "এঃ! করম্বা বৈষ্ণবীনো সিদে!"

ময়াম্মক ঙক্লা য়েংলকই, বৈষ্ণবীত্ত মথোক কায়ক্লিবীনি, মশাপুম্বা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। নিংথিবী থিবিক্লা তিল্লবা গুপী ময়াম্লক্তুদাফাও কুন্দনন্দিনী নত্তনা মহাক্কা চাংদম্নবা য়ানা ফজবী কনাম্থু য়াওদে। মহাক্কী তবা-তবায়বা চিনবান, ওংদা ফজয়বা নাতোল, পোমশাৎনবা থম্বাল-চামনিপাল মাল্লবা মিং, নিংথিনা কুপ্না চিংবগুম তৌরবা পিগুম, মতা ফরবা লাইবক, থথৌ হেয়া মানবা পাম্বোম. অমস্থুং লৈহাও লৈরেনবু ঙমজবা কুচু অত্তদি মুজালক্তস্থু অতাঙবনি। অত্তবু মফমত্তদা কনাগুম্বা ফজবা হায়বত্ত কুপ্না মুম্না থঙবা মী য়াওয়ল্লবদি, মহাক্তনদি হায়গনি, বৈষ্ণবীত্তগী শাবান্দা মপুং-মরৈ-ফাবা খজিকুংদি থাংলি। শাজৎ-লাকচৎস্থু নিপাঙয়া তৌই।

বৈষ্ণবীদু লাইবক্তা চৎলয়া লৈতেংদি, লবাই-পুতোওগা শম চবুন ওইনা পুন-শিল্লি, মগাল অমুবা চনবা সিমলাগী ফি শেৎলি, মখুত্তনা খঞ্জনী অমা পায়রি। খুদাংদা পিথ্রাইগী খুজি, মতুগী মথক্তনা য়োংকী তারা মকোল শিল্লি।

ছুপীশিংদুগী মরক্তগী অহল ওইরপ তোবী অমনা হায়রকই, "কনানোনে নহাকপো ?"

বৈষ্ণবীদুনা খুমরকই, "ঐগী ইমিং হরিদাসী বৈষ্ণবী কৌই। ইবেমশিংবু ইশৈ তাবিনিংবরা ?"

মতু তাবদা "তানিংই তানিংই" হায়বা খোল্লাওনা মাইকৈ মরিমক্তগী অহল নহা পুম্বনা লাওনরক্লে। অতুদগীদি খঞ্জনী পায়না পায়না বৈষ্ণবীদু ছুপী ময়ামগী মনাক্তা চংশিন্দুনা কল্লয়ে। মহাক্না কল্লুরিবা মকমদুদি কুন্দনা অতাং লাইরিক তম্বিরিবা অদুগী মনাকমক্তদনি। কুন্দদি ইশৈ য়ায়া পাম্বি, বৈষ্ণবীদু ইশৈ শক্তদৌরি হায়বদুদা মহাক অমুক্তা হেন্না মনাক্তা নকশিল্লক্লে। মহাক্কী ছাত্রত তাল্লকুদা হৌগৎখিদুনা সন্দেস চারিবা অতাংদুগী মখুত্তগী সন্দেসতু মুল্লগা চাথোকউরে।

বৈষ্ণবীনা হংজকই, "করি শকউগে ?" মতুদা তাগদৌরিবী পুম্বনা মথল মথলগী অপাম্বা চায়নরক্লে। কনা অমনা হায়রকই, "গোবিন্দ অধিকারী"—কনা অমনা "গোপাল উরে।" দাশরথিগী পাঁচালী পারিবীদুনা মহাক্না পারিবঁদুমক তানিংই হায়রক্লে। অহল ওইবী অমা অনিনা কৃষ্ণগী মরম ওইবা শকউ হায়না য়াথং তাওথরক্লে। মতুগী টীকা হনবা ওইনা মীয়াই চল্লবীশিংনা 'সখী সংবাদ' অমসুং 'বিরহ' তানিংই হায়না অপাম অপাম্বা হায়নরক্লে। কনা অমনা 'গোষ্ঠ' শকউ হায়রক্লে—কনাগুম্বী ইকাই-খঙোই-হাংবী মৌনহানা হায়রকই, "নিধুগী টপ্পা শকে হায়রগা শকউ—নত্রবদি তানিংদে।" কনাগুম্বী লোল শেংলম-শেংকাত্রিবী ছুপীমচা অমনা বৈষ্ণবীদুবু তম্বিবগুম্না শক্লক্লে, "মাইখুম হাংদোক্তগ হাংদোক্তগ হাংদোকমু দূতি।"

বৈষ্ণবীনা ময়ামগী ম-বা তারবা-তুংদা কুন্দরোমদা নোংথাং ইচেলগুম্বা

মিংথোং অমা মিংচিনা হায়রকেং য়েংলগা হায়রকই, "ইবেম্মা,—নংদি অপাম্বা অমতা তাকপা কৰিগনো ?" মদু তাবদা কুলবি ইকাইখিবনা মমাই লৈরা মুক্তনা যোমোন লোক্‌না লৈদ্রে; কৰিগুবা পাওখুমকতিংবা অমতা খুমক্লে ; অদুবু খুদক্‌মক্তদা অহল ওইরবা অমগী মমাক্নোং লাদা লোমা হায়রক্লে, "কীর্তন শকট হায়বা ?"

মচুদগীদি অহল ওইববী অদুনা হায়রকই, "তানিবরা, কুন্দনা কীর্তন তানিংই হায়বিয়ে !" মদু তাবদা বৈষ্ণবীনা কীর্তন শকপা হৌরক্লে। মমাম্নক্কী ম-খাদি লৌদনা বৈষ্ণবীনা মশী খাতমক লৌবদু উবদা কুন্দ ইকাইবনা থম খেংলে।

হরিদাসী বৈষ্ণবীনা অহানবদা অমুক অনিরক তপ্না তপ্না শাম্নবগুম খঞনীদা মথুৎনা থংপা হৌরক্লে। অদুদগী মামা য়েংনা ভগা, বসন্তগী খোঙহৌ অহানবদা খোঙদাম্নকপা খোইমুনা ওংবগুম মখোলাওদগী সুরগী আলাপ তৌরক্লে—ইকাইখিরবী নৌরিবী ওজানা মথংলেন কাদা অহানবা মুংশি পুক্লিং কোংদোকপগুম্নি। মতুংগদা খঙহৌদনা পিক্রবী খঞনী অদুদগী মামা হৈরবা পুংমৈবা মীনা থংপা খুংথংকুম হৌরবা খোহোক খোমক্লে অমসুং মচুগা লোম্নরা-লোম্ননা তারিবীশিং অদুগী মশাদা ভু খ্যাও চুংহন্দুনা অপ্সরানা ভমজকম ওইবা খোঞ্জেলদা ইশৈ শকপা হৌরক্লে। মুগী মমাম্নক অদু ইগুক গুক্লা গুমহৎপগা লোম্ননা, বৈষ্ণবীদুগী চাংদম্নম লৈবা খোঞ্জেলদুনা দোলাল শাখোক্‌না আতিয়া ভমা শাইখংখিবদু তাদুনা লৈরক্লে। হৈদম-শিংদমদবী ইমুংগী মুগী নহাশিংনা ইশৈদুগী কমবদু কৰম্না খঙগদগে ? অখঙ অহৈ মাওম-বদি, অসুবা তাল-লয়-সুর কায়ত্রবা ইশৈসিদি খৌঞ্জেল কবতনা শকপা গুবা নত্তে হায়বসি নিংথিনা খঙগদবনি। বৈষ্ণবী অদু অমবু ওয়ইবসু অমবু ওইরবমু, ইশৈগী ল-মদদি নিংথিনা নৈনরবী অমসুং নহা ওইনা চংখোম্না হৈরবী অমদি ওইরে।

বৈষ্ণবীনা ইশৈ শকপদু লোইরক্লবদা মুগীশিংদুনা অমগা অমুক শক্লবা

হায়জরক্লে। মচু তাবদা হরিদাসীনা হুংশি লোয়্থবা মিংথেংনা কুন্দনন্দিনীগী মাইথোং তম্না য়েংলগদা কীর্তন শকপা হৌরক্লে—

"নিংথি চেংলোইদবু য়েংজদন হায়দা
লাকচবনিদে গোকুলসিদা।
ঐবু চংনকম পিয়ু য়াই নখোঙদা।
ওইনম-পুক্চেল্লা থনগ্রবীসি নহাদ
অচুম্বা-পাক্লিবসি নমলানবী,
হুংশি থাঙাংনা-কনবিয়ু ঐবু
হৌখিদে য়ুমদা নখোঙ পোল্লগা।
মিৎ পোল্লা য়েংজনিংলগী নংবু
ম্মথোং থুদিংদা খোংজবনি বাঁশী,
চোংজরবনি ইশা মিংকী পিনা।
খোঙনবিদ্রবদি নহাক্লা
চংকনি ঐদি যমুন তাম্বা
থুদেকনি বাঁশী থাগনি থবাই,
মচতদা কোকনি নংগী ওইনম্পুকচেন।
ব্রজগী হুংঙাইবা থাদোক্না য়াই
চংজরক্রবনি নখোঙ থুম্নাদা,
খোঙগী নুপুর চক্লগা ভক্তা
থায়গনি থবাহ যমুনা ইরোমুংদা॥"

ইশৈ লোইরবা তুংদা বৈষ্ণবীনা কুন্দনন্দিনী তম্না য়েংলদনা হায়রকই, "ইশৈ শকপদা খোনাও অসি কংগ্রে, ইশিং থজিক্তা থকে।"

কুন্দনা কোলগী পাত্র অমদা ইশিং পুররে। বৈষ্ণবীনা হায়রকই, "নখোইগী পাত্রসি ঐহাক পায়রোই। অসিবাইদা চংলগা থুক্তা থুম্না হৈথবিরো। ঐহাক বৈষ্ণবী জাতিদা পোকপা নত্তে।"

থাঙাংলিদা 'খঙলে, বৈষ্ণবীগী অহানবদা শ্রোরুপশরবা মাদবা অাত্তপী হৌরকপনি, তুংদা বৈষ্ণবী ওইখিবনি। বা অসি তাবদা কুন্দগী মাপী মতুং ইন্দুনা খুৎচুয়ফিংবা হৈরেদকেবা মকমদা আত্রা লাক্লে। 'শুপী মরাদা কপ্পিবা মকমদু-দগী-মথোইনা চৎথরক্লিবা মকমগী অনুকো মতিক লাপই মচাদি, মকমদুদা লোয়রপ বা ঙাংলবদা কমানবু তাবা ফংলোই। মকমগী রৌরবদা কুন্দনা বৈষ্ণবীগী মখুত্তা ইখিং হৈরবে, বৈষ্ণবীগী মখুৎ-মপা মমাই-মমিৎ চাবথোক্লক্লে। চাবথোক-চাবথোক্লা অতৈনা তাবা ফংঙোইদবা থোক্লখা বৈষ্ণবীনা লোয়রপ হায়রকই, "মহাকপু কুন্দ হায়বীগু নত্রা?"

কুন্দনা ঙক্রগুনা হংঙকই, "কাররিগীনো?"

বৈ। নহাক নংগী ননেম মপক খঙলবরা?

কুন্দ। খঙদ্রি।

কুন্দনা তায়, মপাক্কী মনেমবোক্তি লমচৎ চুমদবী ওইবদগী লংকৈদা চেন-খ্রে হাযনা।

বৈ। ননেমগু মফমসিদা লাক্লে। ঐগী য়ুমদা লৈ, নংগী নপাক উনিং-বনা ক্রং ক্রং চোংগুনা লৈরে—অগু অদ' কনা ওইগুনসু, ননেমনিদো। মহাক্তি য়ুমসিদা লাক্কুনা নখোয়গী য়ুযুরেনবীগী মাংদা কৈদোম্ভুংদা মপাক্কু উৎলবা ঙমগদবা লৈত্রে অদুনা নহাক অমুক্তং ঐগা লোয়রনা চত্তুনা মাপা উনবিয়ু-দনা?

কুন্দগু ইতিং তিংবী নুপীমচা অমা ওইরবসু মনেমবোক্কুগা মরী থম্বা হায়বসি ইচুম চুমদবনি, হায়বসিমদি খঙই। অদুনা বৈষ্ণবীনা হায়রকপগুদা ঙক্কমক হাইগুনা মানিংদবা উৎলে।

অদুবু বৈষ্ণবীগুদি পাক খাত্রে লেগুনা হুৎনা কয়া তকশিল্লক্লে। মগুদা কুন্দনা হায়রকই, "ঐহাক য়ুযুরেনবীদা তাক্কমমরনা চৎপা ঙম্লোই।"

হরিদাসীনা মগু মাত্রে। হায়রকই, "য়ুযুরেনবীদা তাক্ক রবদি কৈদোম্ভুংদা

য়াররোই। নখোয় খোঙচৎপগী মতুং, মখোয় ভৌরবদি মহাক লোয়না চেনখিবা লোয়গে।"

বৈষ্ণবীনা কনা য়াম্না কন্না তকখিজগদবু কুম্না সূর্য্যমুখীগী মরাগং তাদনা চংলা হায়বদি থকনা য়াম্নে। মতুংদা অঙাইকপা হরিদাসীনা হায়রকই, "করে, মহাক খুবুমেমবীদা নিংখিজনা হায়রুনা য়েংউ, ঐহাক লোংনা লাক্‌লুনা নংবু লৌরগে। অদুবু য়েংউ, য়াম্না চংখোয়না নিংথিনা হায়গদবনি খরা কপ্‌-লাওদুনা ভৌথিন্নু, নত্রবদি কাম্নরোই।"

মতুংদু কুম্না লামদে, অদুবু বৈষ্ণবীদা ওয়ি ওথোই হায়বদি কৎথোক্তা হায়রে। মতুংদুদা হরিদাসীনা মমাই-মমিং খাদোকপা লোইরগুনা ময়ামগী নাক্তা অমুক হঞ্জিনরুগা পৈশা নিয়রে। তাক্কাসিদা সূর্য্যমুখী মকমদুদা কাও-রক্লে। ময়াম্বক বাচোই ওাংবা লেপ্লে, মহা ওইবীশিংনা খবক অময়ম ওয়া পায়নখ্রে।

সূর্য্যমুখীনা হরিদাসীবু কোকপী তোন কাওবা মুম্না য়েংলগা হায়রকই "কমানো নহাক?" মদু তাবদা নগেন্দ্রগী মনে অমনা হায়রকই, 'বৈষ্ণবীন, ইশৈ শকপা লাকপনি। ওহোকা চংশিনা শকখ্রে ইবেম্মা। অসিগুম্বা ইশৈদি অমুক্তবু তাখিজ্রি। অমতং অতুক তাওদনা? হরিদাসী, লাইগী ওইবা অমতং অতুক শকউ।"

হরিদাসীনা তামাগী মরম ওইবা নিংখিরবা ইশৈ অমা শক্রবদা সূর্য্য-মুখীদু পেনখিদুনা পৈশা নিংথিনা পিরগা বৈষ্ণবীদু খাদোকখ্রে।

বৈষ্ণবীনা খুরুমজুনা কুনতুনা অমুকং নৈ-হনা য়েংলম্নগা মপান থোকখ্রে। সূর্য্যমুখীগী মথক থেক উথিদবগা থনীদা তম্না তুম্না থংলজুনা তপ্রপ শক্লে।—

"লাক্লোনে খাজ মরিক।
পিথকে মংবু নৈলাংগী থোইহি,
শিথিমে থনাগী লিক্লাং।
পিগেলে আতৈ লিক্লি থম্না

শেল্লিগে সোলাপ্নকী শমজিবৈ,
কাগোক চোম্না তপ্নগা পানা
পিজগে থৌবোম থম্না।"

বৈষ্ণবী চৎখ্রবা তুংদা চুপীশিংত মতম কনা শাংনা বৈষ্ণবীগী বাতমক ঙাংনহ্নবা লৈরে। অহানবদা মাবু য়াম্না থাগৎনরকই। অহ্নদগী মথং মথং অস্নুম মাগী কত্তবা হোদোক্লম্লক্লে। বিরাজনা হায়রকই, "অদু ওইহ্নদস্ন, মনাতোম্দুদি হাইকেং পাক্তানৈ।" বামানা অমুক হায়রকই, "কুচুত্ত ভাইকেং ভাইদা। "অত্নদগী চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "শমশিংদু লিমোন থৌরিদোনা তৌই।" চাঁপানা হায়রকই, "লাইবক্ত কাবক তোঙই।" কমলানা হায়-রকই, "মচিবান চাওই।" হারাণীনা হায়রকই, "শাবান্দু উতুপকুম্লি।" প্রমদানা হায়রকই, "মুপীদুগী পুক্তাত্ত গুমাং লৌলাগী মুপীশাবীওম্না তৌই, হঙোইবত্রম পোকই।" অস্নুমা, কজরন্দী বৈষ্ণবীদু থিন্দনমক চাংদক্কম লৈত্রবী শকথিবী অম্না ওনখ্রে। অত্নদগী ললিতানা হায়রকই, "শক চু চংথোনবীমক নত্রবস্নু মুপীত ইশৈদি কজনা শকই।" হিরমসোমদস্নু লিৎকম লৈব্রে। চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "কদাইদগীনো, মুপীদু মখোল কত্তে।" মুক্তকেশীনা হায়রকই, "চুম্নি-থোঙ্কেলদু কাউনা থোংগুকপত্ত মঙাই।" অনঙ্গনা হায়-রকই, "মুপীত ইশৈ হৈতে, দাশুরায়গী ইশৈ অমকাও শকপা ঙমদে।" কনক্লা হায়রকই, "মশাদা তালবু ইয়াও য়াওদে।" অস্নুম্না মমৈথংদা মরাম্নক্লা য়াম্ন ত্তানখ্রে, হরিদাসী বৈষ্ণবীদু ম-পা লৈতনা শকথিবী ওইবতা নত্তনা— মাগী ইশৈদুস্নু ম-পা লৈতনা চংঙাইতে।

## অরাভিবা মতাং

# বাবু

হায়দাসা বৈষ্ণবানা দত্তখোইগী ইমুংদগী খোয়রুপা দেবীপুরগী মাইকৈ পাংলক্লে। দেবীপুরদা কজরবা য়োংশীনা-শখল-থাজিল্লবা পাক চাওরবা লৈকোল অমা লৈ। মগুদা মথল মথাগী হৈ-লৈগী পাম্বীনা থম্না হৌরি, ময়াই-দনা পুথ্রি লৈ, মগুগী মপান্দা পোথাকম-শঙ শারি। হরিদাসীহ লৈকোল-সিদা চংলক্লে অমসুং পোথাকম শঙহুংদা চংলগা অচিকপা কা অমদা মাগী কীজোনশিংত লোথোক্লয়ে। খংহৌদনা অহুম্বা শমজিরৈনা পুমকোয় কোয়-রবা শম্লাং চবুন্দু মকোক্তগী তায়ক্লে, মহ অহাপ্পা শম্নি। থবাক্তী অতোংবা অনিহু লোথোক্লে—কীনা শেখনি। বৈষ্ণবীত শিথ্রাইগী খুজি অমসুং য়োংকী মকোল ময়াম লোথোক্লে—চন্দন থা-দোক্লে। অহুদগী নিংথিরবা কীজেৎ মমায়া লৈতেংলক্লবা তুংদদি, বৈষ্ণবী ওইরম্বহুদগী হায়কম খঙদনা ফজরবা পাখং অমগী শক্তম লোয়ক্লে। পাখংহুগী চহিদি কুনমঙারোম ওয়ে, অহুবু মম্নাই-বক ফবনা মমাইদা কোই-মুং হৌবগী থুদম হৌজিক ফাওবা তাদে। মাইথোং অমসুং শাবান্দু তনৌ তনৌরিবা নহাগী মতৌওন্নি। ফুচুম্ব তরং তম্বংই। পাখংসি দেবেন্দ্র বাবুনি। হায়না মাগী মময়দা থম্নহু পনখ্রে।

দেবেন্দ্রগা নগেন্দ্রগা অনিসি শাগৈ অমতগী মচানি; অহুবু শাগৈ মশেলসি মগা মপু হাক্তকগী ওসি কাওবা থংন—টৈনহুনা লৈনম্নক্লি। করি অমুক হায়গনি, দেবীপুরগী বাবুশিংগা গোবিন্দপুরগী বাবুশিংগা থা-শাং কাওবা ওাংনদে। অহল-অম্মন হাক্তকগী থাথোক্লয়কপনা মম্নৈথংদা থাথোক অমদা নগেন্দ্রগী মবুথোনা দেবেন্দ্রগী মবুথোবু ওমথিহুনা-দেবীপুরগী বাবুশিংসি মঙক হাইগংপ: ওমদনা লৈপ্ত্রবনি। ডিক্রিজারীদা মখোইগী লৈজবপুম্বা মাঙখি—গোবিন্দপুরগী বাবুশিংনা মখোইগী লমমথৈ পুমলেপ লেপশিনখি। মহুদগী হৌনা দেবীপুর মরাই চাইখ্রে, গোবিন্দপুরনা মচাক-ময়ল অমুকা

হেনগৎখ্রে। ইমুং অনিসি অমুক তিন-তোৎনবা তৌখিল্লে। দেবেন্দ্রগী মপানা মাঙখ্রবা মরূপ-মথুম মিংচেং পুবা অমুক নৌবা তানশিন্নবা থাইখ অমা লৌখৎলকই। গনেশ বাবু কৌবা জমীদার অমা হরিপুর জেলাদা লৈ। মহাকী মচানুপী হৈমবতী কৌবা অমথক্তং লৈ। দেবেন্দ্রগা হৈমবতীগা লুহোং-ব্রিয়ে। হৈমবতীগী গুণ কয়ামুক লৈ—মহাকসি মশক থী, চিন কল্লি, খোল্লা মুংশিদে, মশাগীতা য়েংই। দেবেন্দ্রনা মাবু লুহোংবা মতমসি কাওবদা, দেবেন্দ্রগী মরমচত্তা অমকপা অমতা পল্তে। লাইরিক-লাইওদা মথয়াই য়ায়া য়াওই অমমুং মপুকচেল তল্লি, অচুমদা চৎলি। অদুবু লুহোংবা অদুনা মাগী মরাইবক থীবা হায়বদু ওইখ্রে। দেবেন্দ্রনা চহিগী মতুংইন্না জ্ঞান তারক্লবা মতমদা উরে, মাগী মুপীগী মওং-মতৌদুদা মহাক মুংঙাইকম করিমতা লৈতে। মপুম মরৈ কারকপগা লোয়নবা শকী ইখৌ লাংখৎলক্লে, অদুবু ময়ুমদদি মদু কোককম লৈত্রে। য়ুম্বানবগী হোৌনবা মুংশি-চিঙোক্লবা পায়ক্লে, অদুবু বাঙাং কল্লবী হৈমবতীবু উবমক্তদা অপাম্বা পুম্বা মাঙখ্রে। মুংঙাইবদি লায়রহুনা—দেবেন্দ্রদু হৈমবতীনা ঙাংখোয়রকপা বাঙাংগী তাশোয়া থিনবদা য়ুমদা লৈবদু য়ানা খোল্লক্লে। নোংমা হৈমবতীনা দেবেন্দ্রদা ওম্থোক্লা হক্লবা বাঙাং থয়া ঙাংলকই; দেবেন্দ্রনা খাঙবা হোৌনবমথৈ খাঙলে—অদুবু অমুক ঙম্লক্তে। হৈমবতীগী মশম লাক্তুনা চিংলগা খোঙপাক্লা তিংখত্তুনা কাওথুরে, মুমিৎ অদুদগী হোৌনা ময়ুম থাদোক্তুনা, লৈকোলগী মমুংদা মাগী লৈকম য়ুম অমা মতিক চানা শাও হায়না য়াথং পিরম্মগা কলিকাতাদা চৎখ্রে; মসিগী মমাং-দনা দেবেন্দ্রগী মপাদি লোঙ্গাখ্রে, মরম অদুনা দেবেন্দ্র হৌজিক ঙাংবিনবা কনাসু লেল্লে। কলিকাতাদা পাপকী লৈনাং থক্তুনা দেবেন্দ্রদু ইয়াংগী ইখৌ লাংবা কোক্লবা হোৎনরক্লে। মতুম তৌবদা মপুক্লিংদা করিগুম্বা নিংঙম্মক্তবা পোক্লকপদু অতৎ অথম লৈতনা য়ু চাইশিন্দুনা চামথোক্লবা লাক্লয়ক্লে। মমৈ-থংদদি মতুগী অমুক থোইনা কায়বা লৈরক্তে—পাপতনা মথবাই মুংঙাই-বা হায়বদু ওইরে। মতম থয়া লৈরগা হয়াও তয়ামগী মরমদা চংখোমা

হৈ-শিংলবা মীশক অমা ওইরম্লনা দেবেন্দ্র মখুমদা হল্লক্লে অমসুং মাগী লৈকোন-ফুংগী মখুমদা লৈত্তানা লৈদুনা ইরাংগী পুন্সিদা লেনবা হৌরক্লে।

কলিকাতাদগী দেবেন্দ্রহু মথন্দ মথন্দগী শাজৎ-লৌনচৎ তম্লকই। মহাক্না দেবীপুরদা হল্লরুগা রিকরমম অমনি হায়না ময়ামদা থঙহল্লক্লে। অতানব-মক্তদা মহাক্না ব্রহ্মসমাজ অমা লিংখৎলে। তারাচরণনচিংবা ব্রাহ্ম কম্না পূল-রে, লেকচরগী অরোই-অথম লৈত্রে। ফিমেল স্কুল অমা লিংখৎনবা লাক্ল-খৎলক্লে, অদুবু থবক ওইনদি চৎথবা ইঙম ওয়দে। লুখ্রাবী-মুখ্রাম্বা রাম্না কম্না পুক্নিং থৌগৎপা হৌরক্লে। অমুক করি হায়গনি কাওরা অমসুং তিক্তরগী লুখ্রাবী অহুম মখিসু লুহোংখিয়ে, অদুবু মত্ত থাজৈশেংবমক্তি ববকন্যাগী গুত্তরননি। জেনানাগী মশক ওইবা কৈতমশগুগী য়োংলি থদংপা হায়বসি তারাচরণগা মাগা মত্ত অমতনি। মথানিমক হায়, সুপীশিংবু মগান্দা থোক-হল্লু। হিরম অসিদদি দেবেন্দ্র বাবু ফনা নিংথিনা মহৈ য়ারে, অদুবু মগান্দ মথোকহন্দদি অতোম্না ভাব অমরোমদনি।

দেবেন্দ্রনা গোবিন্দপুরদগী হল্লরুগা বৈষ্ণবীগী ফীজেৎ থাদোক্তুনা মাগী হান্নগী ফীভমদা নাকলগী-কা অমদা থোক্লক্তুনা কম্নরে। মীনাই অমনা অথাবা-পোথোকহনবা হিদাক হাল্লদুনা কোনগী হিদাকফু অচোবা পুশিল্লক্তুনা মাংদা থিল্লরে; দেবেন্দ্রনা ঙহাক অদুগ্বা অথা-অনা-মাঙহনবা হিদাক লাই-রেম্বীগী থৌগল তৌজরে। অসিগুম্বা মহাদেবীগী প্রসাদকী মহাও ফংজিত্রিবা মীত্রদি, মীনি হায়না শিংথাবা য়াদে। হে মী পুম্বগী থম্মোই পেলহল্লিবী, তাইবং শুমহৎনরিবী! নংগী নকমদা ঐথোইগী ভক্তি লেংদবা ওইসনু। নংগী শাদোং হিদাকফু, ঙাহুক, তোংজৈনচিংবী লাইরেম্বী পুম্নমক মতম লৈবা থিবিক্তা ঐথোয়গী মিংলমদা ঙাহোইদুনা লৈসনু, হেক উজবগা অরান-খুভম কংজগে। হে হিদাকফু! হে তোংজৈ! হে কোইরক-কোইবা মৈথুগী চবুন চবুন থোকহল্লক্লিবী! হে তাংজ-লৌজনা ভমজফম ওইরবা শাংলবা তোংজৈনা লৈতেংলিবী! হে লুপাগী লংলবা লুহপ্না কোকতোন্দা ঙাহোইরিবী! কম্নাদা

নিংথিনা লুহুপ্তুদগী ঝাজর মপৈনা চুম্না য়াম্থরিবা ! কয়াদা ফজনা মচা-তাব্রবা থুংশা পরেংনা চিঞ্জুপ্তুদা ঙাম্ঘোইরিবা ! কয়াদা চংথোম্না নংগী পুক্রুংদা তুংলিবা ইংলবা ইশিংগী মপৈনা ঙংলিবা ! হে তাইবং শুমহংপী ! নংদি তাইবং মীগী অবা পোথোক্লজফম্নি, অতনবা কাংবুবু য়োকপিবীনি, তালোইগী-মীচৈ তাব্রবা মীগী থম্মোই লাংতক্লববু মাঙহনবীনি। মবুঙোবু-কিব্রবা-মীগী মথৌনা-হাপ্লিবী ! অপঙবা ঐনা নংগী নগুণবু করি থঙজগদগে ! নহাক্না অবা-বা মীবু মপুক্রিং কাথবিয়ু, কিব্রবা মীবু মপাঙল পিনবিয়ু, লৌশিং থোক্রবা মীবু লৌশিং পিনবিয়ু, শাওব্রবা মীবু মপুক্রিং তপথহনবিয়ু। হে থৌজাল হৈবী ! হে মুংঙাই পুম্বা পিনহৈবী ! নহাক অমাঙ-অতা লৈতনা ঐগী ইমুংদা ঙাম্ঘোই-হুনা লৈবা ওইসনু। নংগী মুংশিবা ননম্ নোংমা নোংমগী হেনগংলকপা ওইসনু। নংগী পুক্রুংদা তুংলিবা লাইজ ইরাওথোলহু নোং থাকপগুম ঙংহুনা লৈব্রসনু। নংগী তোংজৈ মতোন্দুগা ঐগী চিনবানগা মিকুপ ফানা থানদবা ওইসনু।

ইথৌ-লাংলবা দেবেন্দ্রনা মথবাই লুপ্না মহাদেবীসিগী প্রসাদ থুঞ্জব্রক্লে—অত্রবু মত্রনা মপুক্রিং পেঞ্জথদি ঙমদ্রে। মতুংহুদা অতোপ্পা ময়াইকল্লবী অমগী সেবা তৌনবা থোরাংলক্লে। ভাঙ্গা চানা মীনাইগী থুবামুংদা নাপীগী ফীজোম্না লৈতেংলবী লিক্লি-শাদোংবী ফাওব্রক্লে। মতমহুদা মক্রবা ফীঙৌনা পাক্লা শন্দোক্লবা ফমুংথক্তা, লুপাগী পাংথকুম শেম্লবা আসনথক্তা, য়াচংবগী আতি-য়ানা শঙলবা—ঈগী লাইজগুম মচু পা-ল্লবা মহিলাংবী মহাদেবীগ্র, ডেকাণ্টর কৌবা অকিবা ফংলবা ঘটতা লেংশিল্লে। কটগ্লাসকী মাইথুম হাংদোক্লে ; প্লেটেড জগ অত্র কোরি মানবা তুঙনফম গুনথ্রে অমসুং চাকশঙলোমদগী মুশিন মুরবা মকোই চোম্বা পুরোহিত অমনা হট-ওয়াটার প্লেট কৌবা নিংথি-রবা লৈগী-শেম্বাক্তা রোষ্ট মটন অমসুং কাটলেট কৌবা মনম মুংশিরবা লৈ চবুন পুরক্কুনা থনম্লে। অত্রদগীদি দেবেন্দ্র দত্তনা শাস্ত্রগী হোনবী মতুংইন্না ভক্তি ইরোইননা দেবী পুজা কৎপা হৌরক্লে।

অদুগী তুংদা তানপুরা, তবলা, সেতারনচিংবগা লোইননা অশকপা অয়েবা-কাংবু থুংলয়ে। মথোইনা পুজাদুগী নাতৈ চাবা ইশৈ-সুংমাই শক খোল্লে।

থ্ৱাইগী তুংদা দেবেন্দ্রগা চহি লেপ্পা ওইবা, মশক মতৌ চংখোল্লবা পাখং নহা অমা লাক্‌না ফম্লয়ে। মহাক দেবেন্দ্রগী মাম্মনা পোকপা সুরেন্দ্র হায়বগনি; মগুণলোমদা য়েংলবদি অয়াম্বা দেবেন্দ্রগা পুমণ্ডন-ণ্ডনবৈ। মহাক্কী লমচং শাজং ফজবনা দেবেন্দ্রনসু মাবু চান্না মুংশিনা তৌই। মহাক্কী মণ্ডয় নণ্ডনা দেবেন্দ্রগী পুক্লিদা কনাগীসু মণ্ডয়া তাবা লৈতে। সুরেন্দ্রনা নিতিগী অহিং অহিং দেবেন্দ্রগী মপাও লৌবা অমুমুক লাকই। অদুবু য়ুনচিংবগী কিবদগী মতম শাংনা থক ফমথদে। ময়াম পুম্নমক চৎনখ্রবা তুংদা সুরেন্দ্রনা দেবেন্দ্রদা হংঙকই, "ঙসিদি নশাগ কমদোই ?"

দে। 'শরীরং ব্যাধিমন্দিরম।'

সু। নংগীদি মদুমকনি। ঙসি লাইহৌকাদি হৌখিবরা ?

দে। হৌদে।

সু। কিরাক্কী অনাবগদি ?

দে। হায়গুম অদুম্মক লৈ।

সু। অদুদি মতম থরদং ময়াম অসি অদুক লেপখিবনা ফৎলোইদ্রা ?

দে। কবিবো—যু থকপসে ? কয়ারক হয়া যাগ হায়খিদগে নংবো ? মাদি ঐগী চায়বা পুম্নমক্কী চায়বনি।

সু। কবিগী ওইদৌরিবনো ? লোইনদুনা লাকপা নত্তে, লোইনদুনসু চৎখিরোই। মী অয়াম্বদি থাদোক্লগে—নংসু কবিগী থাদোকপা ঙম্মোইদৌ-রিবনো ?

দে। ঐদি কয়ম্বা মুংঙাইবা অমগী বাথদা থাদোকদৌরিবা ? থাদোক্লিবা মথোইদুদি, তোপ তোপ্পা মুংঙাইবা অমা উদুনা থাদোক্লিবনি। ঐগীদি কবিগুম্বা মুংঙাইবা অমতসু লৈত্রে।

সু। অহুমকপু হিংনবগী বাখল্দা, পুন্সি তোঞোইনা পান্নবা মাখল্লোমদা থাদোকউ।

দে। হিংঙগা মুংঙাইগনি থনবা কাঙবুনা হিঙননবা মু অহুমক থা-দোকসনু ? ঐগীদি হিংলুত্নুনা কন্নি কান্নফম লৈন্নি ?

সুরেন্দ্রগী মিত্তা পিগী ইন্না চেন্নক্লে। মতুংতুদা মরুপকী মুংশিবনা থুমহৎ-খিতুনা হায়রকই, "অতু ওইরগনা ঐখোইনা হায়জবা তুংইমা থাদোকউ।"

দেবেন্দ্রসু মমিত্তা পিগী ইন্না হৌরক্লে। দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐবু অকবা লম্বীরোমদা চৎননবা লাক্লবিবসি নং নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা জগৎ-সিদা লৈতে। কন্নিগুম্বা থাদোকপদা ভারবা, নংনা হায়বা মতুংইমা ঐ থাদোকনি। অতুগা—"

সু। অতুগা হায়বদি ?

দে। অতুগা কন্নিগুম্বা ঐগী মুপীতু শিরে হায়না ইনাকোংসিদা ভারবা—ঐ মু হেক্তা থাদোকনি, নত্রবদি হৌজিক শিবা চংবা ঐঙোন্দা অম-হানি।

মসি তাবদা সুরেন্দ্রতু পিন্নাং-ইহৌনা মপুক্লিংদা হৈমবতীবু হম্না হম্না চৈর-চৈরতুনা মযুমন্নোমদা হনখ্রে।

---

ত্রমাথোইশুবা মতাং

# সুর্য্যমুখীগী চিঠি

"প্রাণাধিকা শ্রীমতী কমলমণি দাসী চিরায়ুষ্মতীষু অমুক হম্না নঙোন্দা আশীর্ব্বাদকী চিঠি ইবসি হন্নোইরে। নহাক হৌজিক্তি মুম অমগী মবেম্বা হায়বতু ওইতুনা মী অমা হায়বতু ওইরবনি। অতুম অতুম ওইনমক, ঐহাক নংবু ঐগী পোকমিন্নবী ইনাওনি হায়না থনবদগী হেন্না অতৈ বাখল তৌবদি শুকঙম ঙমত্রে। নংবু মী ওইনবা শেমগৎলক্লবনি।

"ক খ" দগী হৌনা নংবু তম্বিরকপনি ; অদুবু নংনা ইথোরকপা থুংই অসি উবদা, ঐগী খোরি-খোরাং মরামসি নঙোন্না থাগদবা ইবু ইকাই, অদুবু ইকাইরুদনা কৈদোকমদি লৈরি ? ঐখোইগী মতমদি হৌখ্রে। মতম লৈরম্ম-বদবু ঐগী অসিগুম্বা দশা অসি থোকত্রা ?

"করি দশানো ? মসিগী বাসি হায়দোকপা য়াবা বাকম নত্তে— হায়-দোকপদা অবাবা পোকই, ইকাইবস্থ পোকই। অদুবু থম্মোইস্থংগী মৈচাকতি কনাগুম্বা অমদা তমথোক্ত্‌বস্থ পু-থাংবা ঙমশিল্লক্তে। কনাদনো ঐনা তম্ম-গদবা ? নংদি ঐগী থবাইশক্লবী ইনাওনি—নং নত্তনা ঐবু গুংশিবিবা কনামতা লৈতে। অদুগা নংগী নবুংগী বাদি নঙোন্দা নত্তনা অতৈ কনাগী মফমদস্থ থক তমথোকনিংদে।

"ঐহাক ইশাগী পোৎলোইনবা শীঙ ইশা ইথস্তনা শেমজরে। কুন্দনন্দি-নীনা চম্বা হেন্দুনা শিজখিবদা ঐগী করি মাঙফম লৈরম্বগে ? তাইবং মপুনা মী অস্থক য়ামগীদি লাঙবিরগা মাগীদমক্তি কম্বিগী লাঙবিরোইদোরিবনো ? ঐহাক্লা করি-স্থংগী ইশাবু মাঙজনবা মাবু ইম্নমদা থম্লুরিবনো ?

"নংনা মরাইবকথিবী অত্তবু উথিবা মতমত্তদি মহাক্লা পিক্লিঙৈদনি। হৌজিক্তি মহাক চহি ১৭। ১৮ হায়রক্লে। মহাক মশক ফজবী অমনি হায়-বসি ঐ য়াই ; অদুবু ফজবদুনা ঐগীদি মোংফম ওইরয়ে।

"ভেংবানসিদা ঐগী করিগুম্বা হয়াওজবা স্থংঙাইজবা হায়বদু লৈজরবা, মদু ঐগী ইপুরোইবনি ; ভেংবানসিদা ঐগী করিগুম্বা বাথল ভৌফম লৈবা তারবা, মদু ঐগী ইপুরোইবনি ; ভেংবানসিদা ঐগী ইরল-ইথুম করিগুম্বা লৈবা থোক্লবা, মদু ঐগী ইপুরোইবনি ; অদুগুম্বা ইপুরোইবদু কুন্দনন্দিনীনা ঐগী থম্মোইদগী মুন্দুনা লৌখ্রে। ভেংবানসিদা ঐগী করিগুম্বা ইথৌ-লাংজবা লৈরগস্থ, ঐগী ইপুরোইবগী স্থংশিববুনি ; অদুগুম্বা ইপুরোইবগী স্থংশিবদু কুন্দনন্দিনীনা ঐবু ফংহনবিখ্রে।

"নংগী নবুংবু ফত্তে হায়না থনগস্থ। ঐহাক মাবু নিন্দা তৌরুবগী বা

নত্তে। মহাক্কি ধর্ম্ম চেনবা মীনি, য়েক্লবনকাওবা মাগী মরমচত্তা ওসি কাওবা অমকপা মচেৎ অমত্তা পুখোকপা ওমত্রিবনি। ঐহাক নিত্তিগী উই, মহাক মথল্লাই মওামক য়াওনা মপুকচেন কাজিন্নবা কল্লা লাক্লে। কুন্দনন্দিনীনা লৈবা মাইকৈঁরোমদা ওম্বমথৈ কৈদৌহুংদা মমাই লৈশিল্লদে; তংওাইফদবা তাক্ষর নত্তনা মাগী মমিং কাওবা মচিন্দা পন্দে। করি অমুক হায়গনি, মাগী মফমদা ওমথীবা লিচৎ কল্লাস্থ চৎলি; মরাল ইরৈ লৈতনা চৈ-থাংবা কাওবা ইনাকোংসিনা তার।

"অদুদি ঐনা করিগী অসুক থোইদৌ-শাওগৎনা ইরিবদি করিগীনো? বাহং অসি নিপা ওইবনা হংলবদি খওনবা তাকপদা ফনা য়াল্লা অরুবা অমা ওইনা থোক্রনি, অদুবু নংদি মুপীনি, খুদক্কা হেক্তমক ভাব তারমগনি। করি-গুম্বা কুন্দনন্দিনী অসি মাগী মমিত্তা অতৈ মুপীগুম ইচম চম্বী অমা ওইরবা, অদু ওইরবদি মহাক্কা করিগী মাগী মথক অদু য়েংদনবা অসুক লাংতক্লবা পোক্কদগে? মাগী মমিংদু মচিন্দা পন্দনবা করি অসুক কল্লা লাক্লগদগে? কুন্দনন্দিনীগী দমক মহাক মশাগী মফমদা মশানা অরানবা হায়বদু ওইজরে। মরম অসিদগী করি করিগুম্বা মতমদা মাবু মরাল লৈতনা হেক হেক চৈরিবনি। শাওরিবা অদু মাবু নত্তে—মশাবুনি। চৈরিবদু মাবু নত্তে, মশাবুনি। ঐহাক মদু নিংথিনা খওই। ঐহাক মতম অসুক কুইরবসি পুক্কিং লোওবা তৌদনা মহুং মশাল অনিমক্কা মাবুত্তা য়েংদুনা লাক্লবনি—মাগী মমি উবতদা মপুক্কিংগী বা হায়বা ওল্লবনি—মতৌসিদবু মানা ঐওোন্দা করি লোত্তুনা থম্বা ওমখিগনি? করি করিগুম্বা মতমদা মপুক্কিং ইরাং লাংনা মমিত্তু কোইয়েং হেক য়েংলকই, কনাবু থিরিবনো, মদু ঐ করিগী খওদনি? উরগনা অমুক তথক তথক করিগী মমিত্তু লৈথোরকইবা, মদু ঐ করম্না খওলোই? কনাগী থোক্কেল তাননবগী দমক্কা, চাক চারিত্তৈদা থাক্তংলকপা চথোম খওলেপ লেপ্তুনা মনা থাক্তুনা লৈরিবা, ঐ করিগী খওলোই? খুত্তগী চাক্তু খুত্তা অদুমক লেংদনা লৈ, চাগদবা চাদহুনা চায়োইদবা চাই, অদু কাওবদা মনা থাক্ত না ওাই—করিগীনো?

অতুদগী কুন্দগী খোল্লেল ভারবা মতুংমকদা তখিং তকিং চখোম চাওনা চাওনা চাক অমুক চাখংলকই, করিগীনো, মহ ঐ করিগী খণ্ডদনি? ঐগী থবাইগী মবুঙোদি মতমচুপ্পদা মাইথোং-মকা-লামচ্চনতা লৈবনি—অতুগা হৌজিক্তি অসুক পুক্লিং ইরাং লাংজিবসি করিগীনো? বা হায়রুবা মতমদা নাপ-শেন্নানবগুম বারি বাখোং খঙদনা 'হোই' হেক্তা হায়রকই। ঐনা শাওনিং-ঙ্ঙনা হেক শিজনিংলেদা হায়রুববু, মানা মনাদা গুকহাপ হাপ্তনা হেক্কমক হায়রকই, 'হোই'। অসুক পুক্লিং খোইজংদবসি করিগীনো? হংঙৈরগা হায়রকই, 'মোকদ্দমাগী চময়বননি।' ঐ খঙই, মোকদ্দমাগী বাকয় অমতা মপুক্লিংদা চংদে। মোকদ্দমাগী বা হায়রুবা মতমদা নোক্লা নোক্লা বা ঙাংই। অতুগা বা অমনা—নোংমা লৈকাইগী অহল ওইবী থয়না কুন্দগী ময়মদা বারি শাই, মানা নোনা লুপ্রা ওইবা, মপী মপা লৈজদবা পুম্নমকসি পুখোক্লহনা মাগী দমক হুংঙাইতবা ফোংদোক্লরকই। তাঞ্জহদা নংগী নবুংস্থ মফমছদা লৈ। ঐনা মরুম অমদগী অসুম উববু, মাগী মমিত্তা পিগী ইরা চোম্না চেল্লকই—অগ্নদগী থংহোদনা তকিং তকিং মফমছদগী চেনখি।

"হৌজিক মীনাই সুপী অনোবী অমা থম্লে, মমিং কুমুদ কৌই। বাবুনা মাবু কুমুদ হায়না অঙম্মক কৌই, করি করিগুম্বদা কুমুদ কৌরকপদা কুন্দ হেক হায়দোরকই; অসুম্না তায়োম্নবসি কয়া খোকই। করিগী তায়োম্নবসি খোক্লিবনো?

"মহাক্না ঐবু মীয়ামনা অমদি খৌওইদনা থম্মোকপিয়ে হায়বা বাফমসিদি ঐহাক চিনসিদা পনবদি ঙম্লোই। অহোইনত্নম হায়দগী হেম্না চেকশিম্না লুনা থখি। মহুগী ময়মস্থ খঙই। মহাক্কী থম্মোইহু ঐগী ইকমদা মরাল লঙঙবা হায়বহু ওইরে; অত্তবু মসিমস্থ খঙই, ঐ অসি মাগী থম্মোইহুংদা তুঙফম ফংদ্রে। লুনা তৌবনা অমনি, হুংশিবা হায়বনা অমনি, অনিসি করিদা খেমৈ হায়বহু—ঐখোই সুপীদি ইরাই লাইনা হেক্কমক খঙই।

"অতুগা নোক্লিংবা বা অমনা, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর কৌবা কনানো অচৌবা

পাণ্ডত অমা কালকাতাদা লৈমালে, মহাক্না লুপ্তাবী লুহোংবগী মরমদা লাই-লিক অমা পুথোক্লে হায়। লুপ্তাবী লুহোংবা য়াই হায়না পুথোক্লকপা মীচু-নবু পণ্ডিত ওইরবদি অপণ্ডবা হায়বযুক লৈরিব্রা? হৌজিক মী-উনক্ম-কাদা ভট্টাচার্য্যনচিংবা ব্রাহ্মণ কয়া লাক্লগা লাইরিক অহু পুথোক্লুনা য়ায়া কয়া য়েংনৈনরি। নোংমা, ইমা সরস্বতীমক্লা বরু পিনয়বা ন্যায়কচকচি ঠাকুরনা লুপ্তাবী লুহোংবগী মীচঙ চঙহুনা তর্ক তৌরবদগী, মাগী টোল শেম্বা লুপা ভয়াধক বাবুদগী পুন্না চংখি। মহাগী মতুং হুমিত্তনা সার্ব্বভৌম ঠাকুরনা লুপ্তাবী লুহোংবগী মরমদা কয়া য়েংলৈ। ঐনা মচাম্নুপী লুহোংবগী দমক শনা শল মণ্ডাগী থুজি অমা লাণ্ডহুনা পিখি। মী অয়াম্বদি লুপ্তাবী লুহোংবসি থোইনা পংয়া য়ানদে।

"ঐগী থবাই শুংঙাইতবা উত্তুনা নংবু ফনা শাংনা ওংলে। নহাক ফনা য়ায়া থোইরাঙ-থোইশাওরম্লগনি। অদুবু করিদি তৌগনি—নঙোন্দা ঐগী ইথবাই চাকপসি ফোংদোক্তনা কনাদদি ফোংদোক্লুগনি? ঐগী বাসি হৌজিক ফাওবা হায়বা লোইদ্রি—অদুবু নংগী থন্দুনা ঙসিদি অসুম্বক লোইশিল্লগে। ঐনা হায়রিবা বাশিংসি নাকোং অনি শুহনগন্থ। মতম তৌরবদি ঐ হাংপা পাপ পু, ইনাও ইবুঙোদা চিঠি অসি পাহনগনু।

"নহাক ঐথোই উনবা লাক-থোংপা থক তৌরয়োইদ্রা? তাঙ্গাসিদা অমুক্তং লাক্লবদি নং উরগা ঐগী অথাবসি ফনা য়ায়া কোকনি।

"নংগী নচাগী মপাও অংগা ইনাও ইবুঙোগী মপাও থিন্দনা ইহুনা খঙহ-ল্লকউ, ইতি।

সূর্য্যমুখী।"

"অমুক হয়া, বা অমনা—পাপ অসিবু থাদোকখিবা ঙম্লবদি ঐ হিংলে। কদাইদা থাদোকসিগে? নং লৌব্রা ঙম্‌্রা? নত্রগা কিব্রা?"

কমলনা পাওখুম ওইনা ইয়কই—

"নহাক অঙাওবী ওইরবনি। নত্রবদি নপুরোইবগী থম্মোইবু করিগী

দমক থাজদকম থোকই? নপুরোইবগী মফমদা থাজদবা থক পোকহু। অতগা করিগুম্বা থাজবা পোকপহ্র ঙমদ-ঙম্লক্তগনা—পুথ্রিগী লাইজম্নুংদা নখয়াইত্র থাদোকখো। কমলমণি তর্কাসিদ্ধান্ত ঐহাক্না ব্যবস্থা পিরিবসিনি নহাক শনাবুলগা থোরীগা কোম্লনা ইরোম্নুংদা লুপ্তুনা শিংথবা য়ানি। মপুরোইববু থাজবা ঙমদ্রবী হুপীহ্নদি—শিংথিবনা হেন্না ফৈ।"

## তরানিথোইশুবা মতাং
## ময়োল

হুমিং থরনিগী মনুংদা নগেন্দ্রগী মরমচৎ পুম্নমক অস্থম অস্থম হোংবা হৌজিল্লক্লে। তরু তরুবা আতিয়াদা নোং মংশিল্লক্লে—নোংজ্নু থাগী হুমিদাং-বাই আতিয়াগুম থংহোদনা মরমচত্তু নোংনা কুপশিল্লক্লে।

মহ্র উবদা সূর্য্যমুখীহ্র লোয়া ফীজিনা মপি তৈথোক্তুনা থাঙলক্লে। সূর্য্যমুখীনা থল্লকই, "ঐহাক কমলগী বা লোগনি, করিগী ইপুরোইবগী মফমদা থাজদবা পোক্কনি? মহাকী থম্মোইদি লেংদ্রবা চিংজাওগুমনি,—ঐতনা বাথল শেরাম্নবনি। মহাকী করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমা পোক্লম্বা য়াই।" সূর্য্যমুখীনা লৈঙোইগী পল থাগৎপা লাক্লরক্লে।

য়ুমহ্রদা ডাক্তর মচা অমা লৈ। সূর্য্যমুখীদি য়ুমগী মবেম্মনি। মরুম অমদা লৈরগা মী পুম্নমক্কা বা অতম্মক ঙাংনৈ। মাঙ্গোলগী নাকন্দা বাচেংকী পর্দার অমা লৈ; পর্দারসিগী মতুংদা সূর্য্যমুখী লেপ্পি। মাঙ্গোলদনা বা ঙাংনগদবা মীহ্র লেপ্পি; মরক্তুদা মীনাইনুপী অমা লৈহল্লি, মহাক্না পাউথাং শুইহন্দুনা সূর্য্যমুখীনা বা ঙাংনৈ। মতৌ অস্নম্না সূর্য্যমুখীনা ডাক্তরহ্রগা বা ঙাংনৈ। সূর্য্যমুখীনা মাবু কৌহল্লরগা হংঙকই, "বাবুগী হকচাং ঙমদ্রে, হিদাক পিথক্তিবা করিগীনো?"

ডাক্তর। করি ওইনা ঙমদ্রিবা, ঐদি থঙদেনা। ঐদি মহ্রগী বাদি শুক্নাবু তাদ্রি।

সু। বাবুনা করিমত্তা হায়রা ?

ডা। হায়দে—করি ওইনা ঙমত্রিবনো ?

সু। করি ওইনা ঙমত্রিবা হায়বহ্ নং ডাক্তরনদি খঙদনা ঐনা কয়া খঙগনি ?

মসি তাবদা ডাক্তরহ্ মুংঙাইতবা অমা পোক্লে। "ঐ হৌজিক চংহ্না হংলুগে" হায়রগা ডাক্তরহ্ চৎকদবগী মমাই লৈথোরক্লে, মহ্দা সূর্য্যমুখীনা অমুক থাম্লগা হায়রকই, "বাবুদা করিমতা হংলুহ্—হিদাক্তম পিয়ু।"

ডাক্তরনা খল্লকই, ফত্তবা লাইয়েংদি নত্তে, "কনি হিদাকীবু অবাংপা করি লৈগদগে ?" অসি হায়রগা তকিং তকিং চেনখ্রে। অদুদগী মংাক্কী ডিস্পেন্সরীদা চংলগা সোডা খয়া, পোর্ট ওয়াইন খয়া, সিরাপ ফোরি মিউরেঠিস খয়া, অতৈ অভোম্বা পোৎচোই খরগা য়ানশিন্দুনা, লিক্লি থম্না শেম্লগা, চে-না ডাগ নপ্তুনা, নিত্তিগী অনিয়ক থকুবং মথক্তুদা ইয়ে। সূর্য্য-মুখীনা হিদাক্তু পিথকপা চংলকই, নগেন্দ্রনা লিক্লিত লৌয়গা ইরিবহ্ পায়গা হৌদোং অমা তম্না লংলকই—হৌদোংহ্ চেনখ্রে—হিদাক্তু মমৈদগী অয় অয় চেহ্য়হ্না চৎখ্রে।

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "হিদাক, চাত্রবদি—নংগী অনাবসি করিনো ঐঙোন্দা তাকউ।"

নগেন্দ্রনা শাওনা হায়রকই, "করি অনাবা ?"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "নংগী নশাহ্ করি ওইরবগে অহ্নক য়েংউদনা ?" অসি হায়রহ্না সূর্য্যমুখীনা মিংশেল অমা পুরক্তুনা মনাক্তা লেপ্পয়ে। নগেন্দ্র-না মথুত্তগী মিংশেল অহ্ লৌয়গা থাম্না লংথোকখ্রে। মিংশেল অহ্ পুমত্তোই তোইনা কায়যে।

সূর্য্যমুখীহ্ মমিত্তা পি মরি মরি শিহ্রক্লে। মহ্ উবদা নগেন্দ্রনা মমিত্তু ঈ কানা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। মপালগী কাদা লাক্লগা মীনাই অমবু মরাল ইয়ে লৈত্তনা হুয়যে। চৈহুহ্ সূর্য্যমুখীগী মশাদা পানখ্রে।

মমাংঙৈদদি নগেন্দ্র য়াম্না পুকচেল তপ্পা মী অমা ওইরম্মী। হৌজিক্তি য়াঙাং থুদিংগী অশাওবনা থল্লে।

শাওবতা নত্তে। নোংমা অহিং চাক চাবা মতম হৌখ্রে, অদুবু নগেন্দ্রদি মাগী ইমুংদা চংঙক্তে। সূর্য্যমুখীনা মাবু ঙাইদুনা ফমদুনা লৈরি। অহিং ফনা থেংজিল্লক্লে। য়াম্না থেংলক্লবা মতমদা নগেন্দ্র চংলক্লে; সূর্য্যমুখীন্দ মাবু উবদা পুমঙক ঙকখ্রে, নগেন্দ্রগী মমাইদ ঙাংশং ঙাংই, মমিত্তু ঈগুম্মি, নগেন্দ্র য়ু থক্লক্লে। নগেন্দ্রদি কৈদৌনুংদম্ব য়ু থক্তবনি। মদু উবদা সূর্য্যমুখী ঙকপগী শন্দোল লোমখ্রে।

অদুগী মুমিত্তগী নোংমতা কাংদনা হায়রিবা মতৌসি তৌরে। নোংমা সূর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রগী মখোঙ অনি কোল্লদুনা চেম্বরকপা পি য়ানা থাল্লদুনা য়াম্না হায়জরে। মানা হায়রকই, "ঐনা হায়জবসিতং তাবিদুনা মসি থাদোক-পিয়ু।"

নগেন্দ্রনা হায়রকই. "করি দোষ লৈদনা?"

হংলকপা য়াহং মতাদুনা পাউখুম পিফম লৈত্রে। অদুমকপু সূর্য্যমুখীনা খুম্নকই, "করি দোষনো হায়বদুদি ঐহাক খঙদে। নংনা খঙদবত্রদি অদুম্মক খঙদে, ঐনতা হায়জবনি।"

নগেন্দ্রনা খুম্মকই, "সূর্য্যমুখী, ঐদি য়ু-ঙাওবনি, য়ু ঙাওববু লুনা তৌবা পাম্নপা ঐবু লুনা অদুম্মক তৌ, নত্রবদি কায়দে।"

সূর্য্যমুখী ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে। মীনাইবু ফুবা মুমিত্তগী হৌনা নগেন্দ্র-গী মমাংদা মমিত্তগী পি থক ভাহল্লোই হায়বসি মাগী য়াশক্লি।

দেওয়ানজীনা পাওথাং ওইনা হায়রকই, "ইবেম্মদা হজংলু, লন-থুম পূম্বা পুম্নাঙ মাঙলে, অমুক লৈশিল্লক্তে।"

"করিগীনো?"

"বাবুনা করিগুম্বা অমতা য়েংশিনবিদ্রে। জোৱাইগী সহরগী থবক-পুবশিংনা মানা মানা নিংবদুতা তৌরে। মপুনা পুক্লিং চংদবসিদা কনানম্ব

ঐগী ইবা তাবিদ্রে।" মসি তাবদা সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "ললগী মপুনা থম্নিং-লগা থম্বা, থম্নিংদ্রগনা মাঙজগ্রবা হায়বত্রনি।"

মসিগী মমাংদদি নগেন্দ্র মশামক্তা পুন্নমকসি কুপ্না য়েংশিনল্মি।

নোংমা প্রজা নিশিং অহুম মরি নগেন্দ্রগী খাজনা লোইশঙগী থোঙান্দা মথুং লোম্নরত্রনা লেপ্লরে। "ঙাকপিয়ু হুজুর—খাজনা খোম্বা লৌপান্নবশিং-দিনা ওৎ-নৈবনা খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে। পুন্নমক মুন্দুনা পংলৌতা লৌবিরে। হুজুরনা কনবিদ্রবদি ননাই ঐখোই পুম্নাঙ মাঙবদা তাগ্রে।"

নগেন্দ্রনা হুকুম তৌরকই, "ময়াম্নকসি তাঙ্গোকখো।"

মসিগী মমাংদদি মাগী খাজনা-খোম্বা নিপা অমখক্তা প্রজা অমবু ফুত্রনা লুপা অমা লৌখিববু, নগেন্দ্রনা খাজনা-খোম্বত্রগী তলবতগী লুপা তরা কক্লগা প্রজাত্রদা পিথ্রিবনি।

হরদেব ঘোষালনা নগেন্দ্রদা চিঠি ইরকই, "নংবু করি তৌরবগে? নংমা তৌরিবসিবু করিনো? ঐ করিগুম্বা অমতা খাখলনা লাম্ব ফংদ্রে। নংগী চিঠি ইকং ফংখিদ্রে, করিগুম্বা ফংবা থোক্লবস্থ পরেং অনিতমক, মত্রস্থ মথং মনাও খণ্ডদে। করিগুম্বা খাকম অমতা য়াওদে। নং ঐবু শাওরবরা? মত্র ভশেংনা তাক্লক্তি বা করিগীনো? মোকদ্দমা ঙমদ্রবরা? মত্র খঙহল্লক্তবনা করিগীনো? অতৈ করিগুম্বা অমতা তাকনিংদ্রবস্থ নশাদি করম তৌরি

নগেন্দ্রনা পাওথুমদা ইখি, "ঐগী পাওথুমদা শাওবা তৌগনু—ঐহাক লৈথা তম্না চথরবনি।"

হরদেবদি য়াম্না শিংবা মীনি, চিঠিত্র পাবদা খল্লকই, "করিনোসিদে? শেলগী বাখল্লা? মরূপ কায়নবরা? দেবেন্দ্র দত্তবুরা? নত্রগা হুংশি-হুংওজনরা?"

কমলমণিস্থ সূর্য্যমুখীগী চিঠি অমমুক ফংলে, মত্রগী অরোইবা বাহদি

অসিনি—"অমুক্তং লাকউবা কমলমণি! ইনাও ইবেম্মা! নং নত্তনা ঐগী চায়বসি কনামতা লৈরে। অমুক্তং লাকউবা।"

---

## তরাহুমদোইশুবা শতাং

## লাঙ্গাও

কমলমণিগী কমকম নিক্লক্লে। মহাক অমুক পম্হুনা লৈবা ঙম্মক্লে। হুপীলক্তগী মণি কমলমণি! খুদক্কা মপুম্বোইবগী মনাক্তা চৎখ্রে।

শ্রীশচন্দ্রদি ইমুংগী অয়োনবা কাদা কম্নহুনা আফিসকী লাকপা-চৎথিবগী হিসাবশিং য়েংলি। মাগী মনাক্তা কমুংথক্তা কম্নহুনা চহি অমতা ঙাইরিবা মচানিপা সতীশচন্দ্রনা ইংরেজী খবরহ্র অহানবদা চাগে তোৎনরুই, অদুবু মহুদা কয়া জুগোৎ চাত্রহুনা হৌজিক্তি থাজিন্দুনা ফমজিনখ্রে।

কমলমণিনা মপুম্বোইবগী মনাক্তা চংলক্লগা ঙক্তা কীজি য়েংশিল্লহুনা খুকউ লৈতানা থুক্লম্নরে অমম্থুং মথুৎ লোম্নরহুনা হায়রকই, "সেলাম কচ্চরি মহারাজ।"

( মসিগী মমাংদা য়ুমহুদা গোবিন্দ অধিকারীগী যাত্রা শামখি। )

শ্রীশচন্দ্রনা নোক্ল নোক্ল হায়রকই, "অমুকস্থু থবি হুয়ানবগী থোদোক থোক্লব্রা?"

ক। থবি-মাইয়েনগী বা নত্তে। হন্দক্তি ওস্থোক্লা চাওরবা পোৎ অমা মাঙখ্রে।

শ্রী। কদাইদা করি হুয়ানখ্রে?

ক। গোবিন্দপুরদা হুয়ানখ্রে। দাদাবাবুগী সনাগী কৌটা অমদা পাই-নাতৎপী অমথক থম্মি, মহু কনানো অমথক্লা হুয়ানখ্রে।

শ্রীশনা ভাব তাবা ঙমত্রহুনা হায়রকই, "নংগী দাদাবাবুগী সনাগী কৌটা-দি সূর্য্যমুখীনি—পাই নাতৎপী হায়বসিদি করিনো?"

ক। সূর্য্যমুখীগী মবুদ্ধি।

শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "মীনা হায়নৈ, হৈবু হৈরবদি পাই নাতংপী অমনস্থ ময়োই। সূর্য্যমুখীদি পাই নাতংপী অসিতনা নংগী নবুংবু পুম্নৈ লৈখ্রে—অদুবু নংদি নবুদ্ধি অমুক লৈনা লৈনা—" কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী নচিন্দু খুদক্কুদা মেনশিন্নক্লবদা শ্রীশনা হায়রকই, "পাই নাতংপীদু কনানা হরানখ্রবা ?"

ক। মহুদি খঙদ্রে—অদুবু মাগী চিঠি পাবদা খঙবা হায়ববু পাই নাতংপীদু থিকম খঙদ্রে অসিনি— নত্রবদি হন্নবীদুনা করিগী অস্মুম্না চিঠি ইরকদগে ?

শ্রী। চিঠিদু অমুক্তং য়েংবা য়াব্রা ?

কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী মখুত্তা সূর্য্যমুখীগী চিঠিদু পিরগা হায়রকই, "পাওসে। সূর্য্যমুখীনদি নঙোন্দা বারোল পুম্নমকসি তমথোক্নমু হায়রকই,—অদুবু নঙোন্দা পুমতম হেক তমখোক্তিমখৈ ঐগী থবাইসি চয়াংনহনতা লৈরে। নঙোন্দা চিঠিসি পাহন্দ্রবদি ঐহাক তূম্বা চাবা কয়িমতা চংলরোই—কোকত্তাওবগী লাইমন কাংঙকপা তারে।"

শ্রীশচন্দ্রনা মখুত্তা চিঠি পায়রগা বাখল তৌরহনা হায়রকই "নঙোন্দা তাকথোক্কনবা হায়রক্লবনিনা ঐহাক চিঠিসি পায়রোই। বারোলদু করিনো হায়বকাও হংলরোই। হৌজিক করিনো তৌগদবা থবক্কু মহুত্তা হায়য়ো।"

ক। তৌগদবা হায়ববু, সূর্য্যমুখীগী বুদ্ধি মচাদু মাঙখ্রে, মহাক মবুদ্ধি থয়দং লৈনিংই। মবুদ্ধি হাপ্পিগদবা মীত্তা অমতা লৈদ্রে—বুদ্ধি লৈবা হায়বমক্তবু সতীশবাবু মঙাইরে। অদুনা সতীশ বাবুবু গোবিন্দপুরদা অমুক্তং লাকপিনবা মহাক্তী মনেনা ইজরক্লি।

সতীশ বাবুদি তাক্লাসিদা ফুলদানি অমা লৈগাকোয়না মনিং মমাং ওয়োক্কুনা হৈদোক্লবা তুংদা মুকফু তম্না য়েংবা হোৌরক্লি। মত উবদা শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "মতিক হেক চাবা বুদ্ধি পিগদবা মীশকমক্লি। অমবু ওইরবমু অমবু ওইরবমু হৌজিক্তা ভাব তারক্লে—উৎসব মকমদা হম্নিং ইনবদি

হৌনশানি। সতীশনবু চৎপা তারবদি কমলমণি চিথবদি য়াগ্রে। সূর্য্যমুখীগী পাই নাতৎপীহ্ন মাঙখিত্রবদবু অসুম্না কৈদগী ইরকদগে।”

ক। অহুতা ওইবোই নিংব্রা? সতীশপুসু, ঐবুসু, অহুপা নংবুসু কৌরিবনি।

শ্রী। ঐবুদি করিগী?

ক। ঐ ইথত্তমক চৎকদ্রনে খাওবুবা য়াওদনা?

শ্রী। বা থঙদবা হায়বহ্নি সূর্য্যমুখীসু। খাওবুবিনবগীদমক্তা নিংঙোল -মবা চৎপা তারবদি ঐ নোংমা নিনিগী অহুক নিংঙোল মবা অমা খিক্লবহ্ন মঙমগনি।

কমলমণি ক্রং শাওগ্রে। পিঙম গুক্লহ্ননা শ্রীশপু শংত্রিক য়েংলক্রে অহুগা শ্রীশচন্দ্রনা ইরিবা চেহ্ন পাক লাক্তু না শেগাইগ্রে। শ্রীশনা নোক্লহ্ননা হায়রকই, “কয়িনো শাওবিরিবসিবো?”

কমলমণিনা শাওশিন্নবা উৎলহ্ননা হায়রকই, “নথৌ নৈত্তে, শাওনিংলগা শাওনি।”

শ্রীচশন্দ্রসু শাওশিন্নবহ্ননা হায়রকই, “ঐসু হায়নিংলগা হায়নি।”

মহ্ন তাবদা শাওরবী কমলমণিনা শ্রীশতা খুতুম শিংঙকই। কুন্দ পয়েংগুন্নবা য়ানা মচিনবান চিক্লহ্ননা পিক্তক চেৎতকপা মখুৎতুনা কিল মচা অমা উৎলকই।

কিন্দু উবদা শ্রীশচন্দ্রনা কমলমণিগী শমজি চিংথহ্ননা থাদয়ে। মহ্নদা থোইনা হেন্না শাওগৎলবী কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী মুকফুদা য়াওরিবা কালিপুম্বহ্ন চিনগুপসেন্দা লোইনমক হৈজিনথোকখ্রে।

শাওবনা শ্রীশচন্দ্রহ্ন ফীংনা চেনখিন্দুনা কমলমণিগী মাইথোংদা মুংশি মিচুপ চুপ্লুয়ে। শাওখিবনা কমলমণিসু পাখংপগা লোইননা শ্রীশচন্দ্রদা হন্না চুপ্লক্লে। মত্র উবদা সতীশচন্দ্র কন্না মিহোবা অমা পোক্লে। মহাক্না থক্তি, চুপ্পা হায়বসিমক্তবু মাগী খুৎথাং চৎপা য়াত্রবা মরলনি। অহুগুবা পোৎশক্লা

ইচাই-চাইথোকপহ উবদা, মাগী মশক্নক লেঙদনা ফংনবগী দমক মমাগী খুকই পাররহনা লেপথৎলক্লে অমসুং মবানিমক্তী মাইথোং তম্না য়েংলহনা থোক্লেল হৌনা ইশি শিনা লোক্লক্লে। মীনোক অহু কমলমণিগী নাকোংদা মুংশি-থোহাং ওইনা পাল্লরে। কমলমণিনা খুদক্কু দা সতীশপু মাথাহুংদা শমথৎ-লহনা হন্না হন্না চুপ্পা হৌরক্লে। অহুদগী শ্রীশচন্দ্রসু কমলগী মথাহুংদগী মাবু লৌরগা হন্না হন্না চুপ্লক্লে। শতীশবাবুহ অসুন্না মাগী মশক্নক লৌরবা তুংদা তম্পাক্তগী কুমথরক্লে অমসুং মপাগী শনা মচু মানবা পেনসিলহ উররুহনা লোম্না লৌনবা চেল্লক্লে। পেনসিলহ ফংলবা তুংদা অচাপোৎ ওইরবোই নিংহনা মচিম্না পংচুপ্তা চুপ্পা হৌরক্লে।

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ভগদত্তগা অর্জ্জুনগা অকিবা ফংনা লাম্ছেংনখি। ভগদত্তনা অর্জ্জুন তম্না শোইকত্রবা বৈষ্ণবাস্ত্র থারকই ; অর্জ্জুননা মহু ভাকপগী মতিক নত্ত্রে থত্তলহনা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না মথবাক লোংনা থুংলাইহ ভাক্তু না ময়াই চমহনখি। মতৌ অহুম্না কমলমণি অমসুং শ্রীশচন্দ্রগী কল্লবা লানফম অসিদা, সতীশচন্দ্রনা মহাস্ত্র পুম্নমক মাগী মাইথোং অকোইবদা চিংশিনখিবদগী লালহ লোইশিনখ্রে। অহুবু মথোইগী অসুবা চান্নবা-থৎনবা অসিদি মুংশিৎ ইয়েম্ন-নবা নোংগ: পাংথক্নি—পুংজা খুদিং হৌই, পুংজা খুদিং নেম্মি।

অহুদগী শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "অহুদি নং অওইবমক ওইনা গোবিন্দ-পুরদা চৎপদা তারবা ? ঐ ইথন্তা মতৌ করম্না লৈহৌনি ?"

কম। ঐদি নথন্তা চল্লোকনিংলিবা যা ওইরে। ঐসু চৎকনি, নংসু চৎকনি। চৎলো, ভস্তানা আঙ্কিসকী থবক-ইংথাং লোইথোক্লু রো, কম্নিগুম্বা থেংথরবদি সতীশকা ঐগা মাং-তুং চপ্তু না কপ্পগদবনি।

শ্রী। ঐদি করম্না চৎকদগে ? হৌজিক্তি ঐথোরগী থোইদিং লৈশিনবা মতমনি। নং নথন্ত অহুম্মক চৎলো।

কম। লাও সতীশ ! ঐথোই অনি তুং-মাং চপ্তু না কপ্পসি লাও। মমানা মুংশিনা কৌরকপহ সতীশ তারে—খুদক্কু দা সতীশ পেন্সিল

চাবা তোক্‌না খোজেল হৌনা হয়াও-মীনোক নোক্লক্রে, মহ্‌ উবদা কমল কপ্পা চংল্রে। মহ্‌গী মহুক্তা সতীশপু কোন্দুনা চুপ্লক্রে—শ্রীশগু মতৌ অহুম্মা অহুম্মক চুপ্লে। সতীশনা মাগী তৌব-ওঅহ্‌ উবদা অমুক্তা ইশি-শিনা মুংশি মীনোক নোক্লক্রে। অস্তুম্মা চাওরবা থৌদোকসি লোইশিন-থোমজিন্নবা তুংদা কমলনা অমুক হায়রকই—"হৌজিকপু করি য়াথংনো?"

শ্রী। নং চংপদা ঐ য়াদবা তৌদে; অহুবু থোইদিং থোমগদবা মতম-সিদা ঐদি কয়়া চংকনি?

মদি তাবদা কমলমণি মমাই লৈথোক্‌দা ওইনহুনা কমল্রে। অমুক বা মখা তাথিল্রে।

শ্রীশচন্দ্রগী কলমহুদা কাদি থরা পকই। শ্রীশনা কলমহ্‌ পায়রহুনা তুংলোমদগী কোইনা চংহুনা কমলগী মরাইবক্তা বিন্দু মচা অমা কিৎ নম্লুরে। মতৌহ্‌দা কমলনা নোক্লহুনা হায়রকই, "থরাইগী মবুঙো, ঐনা নংবু মুংশিজব-সিদি মপাল নাইদে।" অসি হায়রহুনা কমলনা শ্রীশচন্দ্রগী মরেংবান্দা মপাম্বোম্না কোনশিল্লহুনা মাইথোংহ্‌দা চুপ্লক্রে, মহ্‌দদি মরাইবক্তা নম্লিবা কালি ওয়মক্তু শ্রীশগী মখজাইদা পুমতৈ তৈল্রে। অস্তুম্না হন্দক্তী লানকমসিদা মাইশাক্লবা তুংদা কমলনা হায়রকই "নহাক চংপা ইরামক য়াল্রবদি ঐ চংন-নবা থৌরাং তৌবিরো।"

শ্রী। কৈদোইঙদি হল্লকনি?

কম। মহুবু কৈদোদনা অমুক হংলিবনো? নং য়াওল্রবদবু ঐনা কয়া কুইনা লৈথোকপা ওমগদগে?

শ্রীশচন্দ্রনা কমলমণিবু গোবিন্দপুরদা থারক্লে। অহুবু ঐথোই থাজে-শেংনমক পাও কংই, মহ্‌গী হাকক্তুদা শ্রীশচন্দ্রগী সাহেবশিংহ্‌ থোইদিংগী কারবারদা থোইনা পংতোং তোংবা ওমথিল্রে। হৌসক্তা থবক তৌবশিংনা ঐথোইদা লোম্না তম্লকই, মহ্‌ পুম্নমক শ্রীশ বাবুগী মরাজননি। মহাক তাক্ল-হুদা থবক ইংখাংদা মপুক্লিং শুকচং চংদে। ইমুংদা তুমিন কমহুনা থাঙেন

মশীং থিদ্রনা লৈ। থাকমসি নোংমা শ্রীশচন্দ্রনা তারদ্রনা হায়রকই, "চুম্নবা য়াই। ঐদি মতমদুদা লক্ষ্মী চেন্দবা হায়বা মীশক্তু মা ওইখি।" অতাবশিংনা মসি তাবদা মমাই লৈথোক্লদ্রনা ঙাংনখি, "তুক্কচৈদা! হুপীদা অস্তুক চোপ্পদে।" থাসি শ্রীশ তাপ্রে, মহাক্না তাপ্লাদুদা মথবাই হয়াওনা মমাই কৌরদ্রনা হায়রকই, "হাই, নখোয় চাক-ইনশাং হাওনা থোংউ। ওলিদি বাবুশিং ঐখোয়দা লুক হাখিবা তারি।"

## তরামরিশুবা মতাং

## ফারে

গোবিন্দপুরগী দত্ত-ইমুংদা অমত্ত মরক্তা লৈরাং অমা শাংপওমগ্রে। কমলমণিগী হয়াও মীনোক উবদা সুর্য্যমুখীসু মমিত্তগী মপি কংগ্রে। কমলমণিনা য়ুমদুদা হেক থোঙদারকপগা সুর্য্যমুখীগী শময়াম অদু তম্না শেমজিন্‌-পুনশিল্লয়ে। মতম য়াম্না শাংনা সুর্য্যমুখী মশম-মনা থোমজিন-তাশিল্লক্তবনি। কমলমণিনা হায়রকই, "লৈ অমা অনিদংদগা অদুক থেংচিনগেদনা?" অদু তাবদা সুর্য্যমুখীনা মাপী চাইক্লংদু চপশিল্লদ্রনা পায়শিল্লকই। "থেংলোইদা! থেংলোইদা!" হায়রগা কমলমণিনা লোম্না লৈ অনিথক থেংচিল্লে। মীনা মদু উবদা হায়নরকই, "য়েংউসে হদুরগা শমজিদা লৈসু থেং-থোক্তুনা তৌরি।"

মঙাল-শকওইবীদুগী মঙালদু নগেন্দ্রগী মাইথোং থম্না মংলিবা নোংন-ফাও কুপশিনবা ওমগ্রে। নগেন্দ্রবু উবদা কমলমণিনা তফিং তফিং লোক হেক থুক্লুম্মি। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "কমল! কদোমদগীনো নংদে?" কমলনা মমাই লুকথরদ্রনা করিমতা থঙখি-তাখিদ্রবা মীশক অমগুম থুম্নকই, "অঙাংনা চংসি তকমল্লগুনা।" নগেন্দ্রনা হায়রকই, "অঁ! অদুদি কু-হাই শকথীবসে।" অসি হায়রদ্রনা দণ্ডি শিবা নাওংদা অঙাংগী মথজাইদু চুপ্লে।

অঙাংগুম্বু হয়াওবোই কম্বিবোই মশাতদা মতিনগী মতিন-ঙাক তৈশিল্লে, মকোইস্বু পায়দুনা চিংললে।

কুন্দনন্দিনীগীদি কমলমণিগা অম্বুম্বা বাঙাং ঙাংনয়কই—"হাই কুঁদী—কুঁদী মুদী—চঁদী—খরা মুংঙাইরিব্রনে কুঁদী ?"

কুঁদীদি ইঙক ঙকখ্রে। ঙহাক তুমিন্না খম্বয়গা হায়য়কই, "মুংঙাইরি।"

"মুংঙাইরি ইচে হায়—ঐঙোন্দা ইচে কৌগদবনি—কৌনিংত্রগনা ফমুংদা তুমদুনা লৈম্বু, তুম্বিঙৈতদা নশমহ মৈ চুগে। নত্রগনা নথক্তা তিলাইখোম্বী খাজিল্লকে।"

মহু তাবদা কুন্দহু ইচে কৌবা হৌরক্লে। কলিকাতাদগী কুন্দনা কমলগী মনাক্তা লৈরিঙৈদদি, কমলবু করিগুম্বা মিঙ্গৌ অমতনা কৌদে। বা-লাংম্বু খোয়না পংঙাং ঙাংনদে। অদুবু কমলগী কাওঙমত্রবা মুংশি-শাজৎ অদু উবদা, মহাক মতমদুদগী মহাকপু মুংশিবা হৌখি। ময়ক্তা চহি কয়ামুক ভৎন-থান-খিবদগী হাইফেৎ হাইফেত্তি কাওখ্রে। অদুবু হৌজিক্তি কমলগী ময়মচৎ নিংথিবনে, কুন্দগী ময়মচৎ নিংথিবনে, মুংশিবহু নৌহৌনা অমুক ভনহেন হেন-গৎলক্লে।

মুংশিবহু হকচিনখ্রে। অসোমদা কমলমণিদি ময়ুমদা অমুক হন্নবা খোয়াং তৌখৎলক্লে ; মহুদা সুর্য্যমুখীনা হায়য়কই, 'নত্তে ইবেম্মা ! নোংমা নিনিত্তা চোম্বনা লৈখো। নং চৎপ্রবদি হিংকম অমুক লৈয়রোই। নঙোন্দা লোইনমক ভম্বা ফংবসিনম্বু ম্বয় হোনকম ওইরি।" কমলনা হায়য়কই, "নংগী থবক পাংখোক্লমত্রিমখৈদি ঐ চৎলোই।" সুর্য্যমুখীনা হায়য়কই, "ঐগী কম্বি থবক পাংখোক্কদোয়িবা ?" কমলমণিনা মচিন্নাদি হায়য়কই, "নংগী শোয়াৎ"—অদুগা মপুক্কিংদদি হায় "নংগী ভিংখং শত্তোকপা।"

কুন্দনন্দিনীহু কমলনা ময়ুমদা হন্নিনি হায়বা পাওসি তাবদা মাগী কান্না চংত্রনা লোম্না কপ্তুনা লৈখ্রে, কমলমণিনা মতুংদা লোম্না তুমিন্না ইম্নয়কই। কুন্দনন্দিনীনা যোন্দা ঙাখয়দনা কপ্পি, কমলমণিনা মখম অদু পুনশিনখিব্রি।

শম পুনবা হায়রবসি কমলগী লাইনা অমা ওইনা তৌই। শমহু পুনশিনবিরগা কুন্দগী মকোক্তু চিংথৎলক্তুনা কমলনা মতম্বাক্তা ভাথহল্লে। কৌজিনা মাগী মমিত্তগী পিত্ত তৈথোকপিরে। থবক পুম্নমকসি লোইরবতুংদা হংলকই, "কুঁদি, কপ্লিবা করিগীনো?"

কুন্দনা হায়রকই, "নং কৈদোদনা চৎকদোরিষনো?"

কমলমণিহু হাইফেৎ নোক্লক্লে। অহুবু পি মরিক অমা অনিদি নোকপ-তুনা থিংবা য়াদ্রে—করিমতা তারুম-থোংলম্বা তৌদনা কমলমণিগী থজাইথক লাম্ভোয়ক্তুনা নোক্লিবতুগী মথক্তা চেম্বরক্লে। মুংশা শানা শানা নোং তারক্লে।

কমলমণিনা হায়রকই, "অতুগা কপ্লিবদি করিগীনো?'

কুন্দ। নংদি ঐবু য়াম্না মুংশিবি।

কম। করিনো হায়রিবসিবো—মী অতৈনদি মুংশিদ্রনে?

কুন্দহু বা ঙাংদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

কম। কনামতনা মুংশিদ্রনে? য়ুম্নুরেনবীসিনা মুংশিনা চান্না তৌদ্রনে—হায়ু, ঐঙোন্দা থুপকম্হু।

কুন্দ বা ঙাংদে।

কম। ঐগী ইবুংনম্হু মুংশিদ্রনে?

কুন্দ তুমিন্না লৈ।

কমলনা হায়রকই, "ঐনা নংবু মুংশি হায়রবদি—অহুগা নংনম্হু ঐবু মুংশিয়বদি, ঐগা লোয়নতুনা চৎলসিদনা?

অহু কাওবদা কুন্দহু বা অমতা ঙাংলক্তে।

কমলনা হায়রকই, "চৎসি হায়ত্রা?" কুন্দনা মঙক হাইরকই "চৎ-লোই।"

কমলগী মকা লান্নবা মাইথোংহু লাংশিনখ্রে।

অতুদগী কমলমণিনা য়ান্না মুংশিনা মথজাইহু নাজতুনা হায়রকই, "কুন্দ, অশেংবা তাকত্রা?"

কুন্দনা হায়রকই, ‘‘করিনো ?”

কমলনা হায়রকই, “ঐনা থগুনিংলিবা বাকমসে। ঐ নংগী নচেনি—ঐগী ইকমদা লোৎকয়—ঐ কনাদসু হায়দোক্লোই।” কমলনা মপুক্রিংদদি শোন্নকই, “হায়দোকপা তায়বদা রাজমন্ত্রী শ্রীশ বাবুগা অতগা লোয়না অঙাংগী মনাকোংদগা অসিমঙাই।

কুন্দনা হায়রকই, “করিনো হায় ?”

কম। নং ঐগী ইবুংসিবু ওয়্থোক্না য়ায়া হুংশি—নত্রা ?

কুন্দ খুয়ক্তে, কমলমণিগী মথাম্হুংদা মমাই লোৎলহুনা কপ্পুনা লৈগ্রে।

কমলনা হায়রকই,—“থগুলে—নথম্মোই কাহৎলে। কাহৎচৌ, শিজৌ, মঙ্গদা করিস্ম অমাওবা লৈতে— অহুবু মহুনা মীবু য়ায়া শিনদোয়িনে।”

কুন্দনন্দিনীনা মগুক হাইগৎলক্তুনা কমলগী মাইথোং তয়া চিংনা য়েংলক্লে। কমলমণিসু হংলিবা বাহংহু ভাব তারে। হায়রকই, “বাথোকচাওবী, নমিত্তুবু লুখমলোমদা পালবরা ? উত্রা নং—”

বা মথা তাথবা ওমগ্রে, বাঙাংসিদা কুন্দগী থাজৎলবা মকোক্তু অমুক তম্না কমলমণিগী মতম্বাক তয়া লৈথগ্রে। কুন্দনন্দিনীগী মিত্তগী চেহুরকপা পিগী ইয়ানা কমলমণিগী মথবাক পুংলুপ লুপথ্রে। কুন্দনন্দিনী মতম শাংনা লোয়না কপ্লক্লে—মুপীমচা পিশকুম কঙাওননা কপ্লক্লে। মহাক কপ্লি, অহুবু অতোপ্পগী পিনা মাগী মশমহুদি চোংশিল্লক্লে।

হুংশিবা হায়বহুগী শকম, নিংথিরবী কমল চংখোয়া থঙই। থুপ্পবা থম্মোই লকাম্হুংদদি কুন্দনন্দিনীনা বাবদা বাবা, হুংঙাইবদা হুংঙাইবা অহুম্বক কাওরি। কুন্দনন্দিনীগী মপি তৈথোকপিরহুনা হায়রকই, “কুন্দ !”

কুন্দনা অমুক মামাই লৈথৎলক্তুনা য়েংলকই।

কম। ঐগা লোয়ননা চৎসি।

কুন্দগী মিত্তা পিগী ইহৌ অমুক থাওরক্লে। কমলনা হায়রকই, ‘‘চত্তবা য়াত্রবনি—নত্রবদি হুংঙাইয়বা ইমুংসি থক-খা ওক্লে।”

কুন্দ অহুম্মক কপ্পক্লে। কমলনা হায়রকই, "চৎসিন্না? অতুক তিন য়োখত্থনা থদ্বৌ।"

কুন্দনা মতম কনা শাংনা লৈরবতুংদা পি তৈথোক্লগা হৌগত্তুনা কপ্পগা হায়রকই, 'চৎলসি।"

মতম কনা শাংনা লৈরবতুংদা হায়রক্লিবসি করিগীনো? মসি কমল নিংথিনা ভাব তাই। মহাক্না খঙই, কুন্দনন্দিনীনা অতোপ্পগী য়াইকনবা মন্দিরদা মশাগী মথবাইগী মথবাইবু বলি কচ্চরে। নগেন্দ্রগী য়াইকনবগীদমক, সূর্য্যমুখীগী য়াইকনবগীদমক, নগেন্দ্রবু কাওনবা হোৎনবসি মশানা য়ারে। মরম অসিদগী মতম কুইনা চংবনি। মশাগী য়াইকবগী মরমদদি? কমলনা খঙই, কুন্দনন্দিনীনা মশাগী য়াইকবগী মরমদদি করিস্থ থোইনা খঙদে।

---

## তরামঙাশুবা মতাং
## হীরা

তাপ্পাসিদা হরিদাসী বৈষ্ণবী লাক্কুনা ইশৈ শক্লকই,—

"তিংখঙগী উন্নংদা হেক্রুম্নে কলঙ্কগী লৈরাং
হে সখি কলঙ্কগী লৈরাং।
থেৎলে কোক্তা লেংহ্ননা পরেং, চিল্লে নাপদা খাত্রাং,
সখি কলঙ্কগী লৈরাং।

হুমিৎসিদি সূর্য্যমুখী মকমহুদা লৈ। মহাক্না কমলবু ইশৈ তারনবা কৌহল্লুরে। কমলনা কুন্দ পুরক্কুনা ইশৈ তাবা লাক্লে। বৈষ্ণবীনা শকথরকই,—

"শিরবস্থ শিজগ্রপে তিংখং য়ুহ্ননা,
লৈরাং লৈহিদি থক্লনি খাক্তনা,
খিনি কোয়না কদাইদা শাৎজিবা,
নৌরবা মপাল।"

কমলমণিনা শিত্তম ওক্লহনা হায়রকই, "ইচে বৈষ্ণবী—শক্লাহনা চাই-দকো—শিজগ্রো নংতা। অদুতে ইশৈ থক থঙ-লাক্লু ?"

হরিদাসীনা হায়রকই, "কৈদৌরবগে ?" কমল শাওবগী মথক্তা হেন্না শাওগৎলক্লে; হায়রকই, "কৈদৌরবগে হায়বা ? সাই-তিংথং মশা অমতা অদুক পুরকউসে—তিংথংনা য়ুবসি কয়ামুক হুংঙাইবগে হায়বা মুপীসি অমুক্তা চাং য়েংহনগে।"

সূর্য্যমুখীনা লোয়শ হরিদাসীদা হায়রকই, "অদুঘা ইশৈ জাতু ঐখোয় কয়া হৈনদে—মচা-মবা পানবা ইমুংনি, অফবা হুংঙাইবা ইশৈ শকউ।"

হরিদাসীনা হায়রকই, "কৈ কৈ।" হায়রহনা শকপা অমুক হৌ-রকই—

"স্মৃতিশাস্ত্র ভমগে ঐ ভট্টচার্য্যগী মখোঙ কোন্দুনা,
ধর্ম্মাধর্ম্ম খঙদোকে তম্না, নিন্দা তৌজরনি কনানা।"

কমলনা খানা য়েংলহনা হায়রকই, "মধুরেখী ইবেম্মা—নং তাজনিংলগা নংগী বৈষ্ণবীগী ইশৈসি নথন্তমক তাজহৌরো, ঐদি চংচগ্রগে।" অসি হায়রগা কমল চংখ্রে—সূর্য্যমুখীসু মচিনবান পেথোক্লহনা হৌগংখ্রে। অতৈ মুপীশিং অদুসু মানা মানা নিংবা মতুংইন্না থরনা হৌগংখ্রে, থরনা লৈহৌরে। কুন্দ-নন্দিনীদি লেঙদনা লৈরে। মরমদি, কুন্দনন্দিনীদি ইশৈগী মহুংহনবা ভাব কন্নিমতা খঙবা ঙমদে—খোইনা খোইজংনা তায়বসু লৈতে—মপুক্কিং লৈঙ্কে অমদা লৈরম্মি, অদুনা হায়গী মকমতুদা লেঙদনা অদুম্মক লৈ। হরিদাসীসু মতমহুমদদি ইশৈ অমুক শক্লে। কারণ তুমল যায়েম ঙাংবা হৌরক্লে। ইশৈ শক্লবদুদা অতৈ অতোপ্পশিংসু হৌগত্তুনা চৎনখ্রে। কুন্দতদি হৌগত্তে—মখোঙসু থাংবা ইঙম ঙমদবগুম তৌখ্রে। অসুম্না কুন্দবু চিক্লা মথন্তা ফংলব-হুদা হরিদাসীনা যা কয়ামুক মঙোন্দা হায়রক্লে। কুন্দদি থরসু মতাই, থরসু ভাদে।

সূর্য্যমুখীদি তৌরিবা মতৌসি অথাপ্পদগী য়েংলি। মবানিমক্তা মপুক্কিং

য়াম্না খোইজংনা বাক্সি বাতাই শাবগী মতোঙ্ উ য়ুকপদা সূর্য্যমুখীনা কমলবু কৌরক্লুনা য়েংহল্লে। কমলনা হায়রকই "কৈদোঽরবগে অসিবো? অসি শাজবনি—শাজসমুনা। মুপী মশেম্নি নিপাদি নঙোদনা।"

সূর্য্য। মুপীয়া নিপান্না হায়বসি তশেংবা থঙলব্রা?

কমলনা ওক্লক্লুনা হায়রকই, "করিনো হায়রিবহুবো?

সূর্য্য। ঐদি কনাগুম্বা কীজেং লোৎপা নিপা ওইরমাল্লে নিংই। মচু হৌজিক তম্না মথঙদগনি—অদুবু কুন্দসি কয়াদা তোবঙমগ্রবীনো!

"ঙাইখো! ঐহাক শাই তিংথং মশা অমতং থিরুখিগে। হুরানবসি তিংথং য়ুবগী মুংঙাইবহু ফাওহনগে।" অসি হায়রগুনা কমল শাই তিংথং মশা থিবা চংখ্রে। মমথাংদা সতীশ কোক থেংনরে—সতীশকি মনেগী সিন্দুর কৌটাহু পায়শিল্লহুনা ফম্নি—অদুগা সিন্দুরহু কোৎলঙনা মথক্তাইদা, মনাতোন্দা, মথদাংদা, মপুক্তা, মথবাক্তা য়াম্না চংখোম্না লৈতেংবা হোৎনরি—মতু উবদা কমলহু কনাগী বৈষ্ণবী, শাই তিংথং, কুন্দনন্দিনী লোইনমক পুম্নাকাও কাওখ্রে।

অহুদগীদি সূর্য্যমুখীনা হীরাদাসীবু কৌরক্লে।

হীরাগী মমিংসি মথক্তস্থ অমুক পনখ্রে। অদুবু মাগী থোইদোকপা মওং মতৌ থম্রদি অত্রক তাকপনা চুম্মি।

নগেন্দ্রগা মাবু পোকপা অহলগা অনিসিদি, ময়ুমদা থবক ইংথাঙ শুনবা হুপীশিং থম্বসি য়াম্না মরমচং ফজবী হোনবা থঙবী থয়নবা চেকশিন্না হোংনৈ, মসিগীদমক্তা মবানিমক তলব চংখোম্না পিহুনা হাইফেং লৈবাকমচা তাবা ইমুংগী মুপীশিংবু মীনাইগী থবক তৌনবা কম্না লাক্লে। মখোইগী ইমুংদদি মীনাইহুপীশিংনা মুংঙাইনা অমম্ভং ইকাইখুম্নবগী লোইননা লৈজবা ফংই, মরম অদুনা শেংপা চাবা মনিং থুংত্রবা অচৌ-অশাং ইমুংগী হুপীশিংনা মখোইগী ইমুংদা মীনাই ওইবসি ইপাম পায়ে। অম্মুয়া লৈবীশিংগী মরুংদা হীরানা মকোক্নি। অয়াম্বা মীনাইহুপীশিংহু কায়রু নিংঙোলনি—হীরাম্থ কায়স্থনি।

নগেন্দ্রগী মপানা হীরাগী মবেথোক্তু অতোপ্পা থুপ অমদগী পুরকপনি। অহানবদা মাগী মবেথোক্তুমক মীনাইগী থবক তৌরম্মি—হীরাদি মতমচুদা য়াম্না নৌরি, মবেথোকা লোয়নদা লাকপনি। মতুংদা হীরানা চাওখিদ্রবদা, হন্নবীদ্র মীনাইগী থবক তোক্তুনা মশানা ভাগ্নবা পৈশানা চন্নবা থাংপোক মচা অমা শায়দুনা গোবিন্দপুরদা লৈরে—হীরানা দত্তথোইগী ইমুংদা থবক তৌদুনা লৈহৌরে।

হৌজিক হীরাগী চহি কুন হায়রে। চহিদদি মহাক অতৈ মীনাইদুগী লৈরিবশিংদুদগী ইনৌ নৌবগুম তৌই। মহাকী মম্নৌশিং লৈবনা অমসুং ময়মচং কজবনা মীনাই ময়াম মরক্তা মহাকপু অথোইবীনি হায়না শীংথানরম্মি। হীরা অসি নৌনা লুখ্রা ওইরবীনি হায়না গোবিন্দপুরদা থগুবৈ। কনানসু কৈদোম্নুংদা মাগী মপুরোইবগী ময়মদা করিগুম্বা অমতা থগুবা লৈতে। অদুগা হীরাগী ময়মচত্তসু কনাগুম্বনা অমকপা অমত্তা তাদে। অদুবু হীরাদি চিন য়াম্না প্রেক প্রাক লাওবীনি, কীজেং চাকচাদা য়ুম পালিবীগুম অত্তুম্মক শেং-চাই, অদুগা কে-মৌবসু য়াম্না পাম্মি।

হীরাদি অত্তুগী মথক্তা শক ফজে—লংনা মুবীনি, থম্বাল মিত্তা তাবীনি। য়েংবদা নেম্নপ তৌই; মাইথোংদু নোংনা কুপশিল্লবা থাজগুম্মি; মখমশিংদু লিললিংনা মরৈ তিংথোক্তুনা য়াম্বত্তনা লৈবগুম্মি। হীরাদি নাকোয়দা কমদুনা ইশৈ শকই; মীনাইদুপী মশেল অমগা অমগা খৎনহন্দুনা কুইম্নেসু য়েংই। চাকথোংবীবু অমম্বদা তম্নদুনা কিহল্লি; নহাম্নোনশিংবু ময়ুম পাম্নবা অহল লম্বন্দা তক্লনবা তম্মি; কনাগুম্বকা তুম্বা থেংনম্নবদি য়াইঙং গুদু তৈশিনবিদুনা অত্তাওবা শেম্মি।

অদুবু হীরাগী দোষসু য়াম্না লৈ। মদু মতুংদা অম্নুম থগুলকনি। হৌজিকী ওইনা মসিমতংদি হায়দোকে, হীরাদি আতর-গোলাপ্‌পু উয়বদি হেক্তমক হুরাল্লি।

সূর্য্যমুখীনা হীরাবু কৌরগা হায়রকই, "বৈষ্ণবী অসিবু থগুত্রা?"

হীরা। খঙদে। ঐদি কৈদৌম্বুংদস্থ লৈকাইলামা চৎখোক্তি। করম্না বৈষ্ণবী ভিক্ষারীবু শক খঙলুনি? ঠাকুরবাড়ীদা লৈরিবা মুনীশিং অসিবু কৌরগা হংবিরদনা। করুণারা শীতলারা অমনদি ময়াইনা খঙওমগনি।

সূর্য্য। মসি ঠাকুরবাড়ীগী বৈষ্ণবী নত্তে। বৈষ্ণবীসি কনানো হায়রবা নং খঙদোকপা তাই। বৈষ্ণবাসি কররম্বা মীশক্লো, ময়ুমনা কদাইদা লৈ, অদুগা কুন্দগা অস্থুক লোম্বিররিবসিনা কয়িগীনো অসিনচিংবা বাকমশিংসি মুম্না নিংখিনা খঙদোক্কুনা ঐঙোন্দা পাও পিরবা ওয়বদি, নঙোন্দা পুমহন্-হন্বা বারানসী অমা থোনবিরগা কুম্মৈ য়েংবা চৎহনগনি।

অহনবা বারানসীগী বাসি তাবদা হীরাগী মপুক্কিংহ ইরাও-লাওবা অমা খংগোক পোক্লক্লে। হংওকই, "কৈদৌঙৈ খঙদোকউ হায়রগে?"

সূর্য। নংনা অপাখা মতমদা। অদুবু হৌজিকমক মাগী মতুং তনইন্-ইরহৌদ্রবদি লৈকমদি খঙলোই।

হীরা। করে।

সূর্য্য। অদুবু য়েংউ, বৈষ্ণবীসিবু মদুগী নাপোল অমা ফাওবা ফংহন-খিবা য়াদে। অদুগা অতৈ কনামতবুস্থ খঙহনবা য়াদে।

তাঙ্গাসিদা কমল হল্লক্লে। সূর্য্যমুখীনা মঙোন্দা, তা-নরিবা বাক্য পুম্-মক্কু তগ্নে। মদু তাবদা কমল হরাওরে। হীরাদা হায়রকই, "অদুগা তাঙ্গা চায়গনা তৌঙম্বীসিবু শাই তিংথও অনিথক্কং কক্ কক্ অমুক্তা থিল্লম্মু।"

হীরানা হায়রকই, "হায়রিবা পুম্নমক ওমগনি, অদুবু বারানসীতা লোবদি ওম্মোই।"

সূর্য্য। অতৈ করি লোখিগে হায়রবা?

কমলনা হায়রকই, "লুহোংনবা নিপা অমথক্কংগা পাম্মি, তম্না কোক্ হেক লুহোংখোকপিয়ু।"

সূর্য্য। কৈ, মদুস্থ লাওবিনি—ঐখোই বাবুগী মশেল ইবুঙোহ নিংশিং-লিদনা? নংনা মাবু পাম্রবদি কমলগা বা লেপখোক্লবিগে।

হীরা। অহুস্থ মথন্নসি। অহুবু খ্রৈনা পামজবা বন্ন অমদি হুমদা লৈজৈ।

সূর্য্য। কনানো অহুদে ?

হীরা। বম্।

---

## তরাতরুককশুবা মতাং

## "নত্তে"

হুমিত্তু হুমিদাংবাই লৈকোলমহুংদা লৈবা পুখ্রি মপান্দা কুন্দনন্দিনী ফম্লি। পুখ্রি অসি য়াম্না পাক-চাওই ; ইশিংস্থ য়াম্না লুই অমস্থং মতমচুপ্পদা শংবাম্লে। পাবিরিবশিংনা নিংশিংবিরমগনি, পুখ্রিসিগী মনিংলোমদা লৈনা থম্লবা লৈকোল লৈ। লৈকোলসিগী মন্থুংদা উরিনা পুময়োম য়োম্লবা হুংঅঙোবগী শঙ মচা অমা লৈ। লায়রিবা উরিগী-শঙ অসিগী মমাংমক্তদা পুখ্রিদা কুমথনবা 'শিড়ি লৈ। শিড়িদু হুংমানবা চেক্লা চম্লি, য়াম্না পাকই অমস্থং তক্ল-তক্লই। মত্তুগী নাকল অনিদা য়াম্না কুইরবা চাওরবা বকুলপাম্বী অনি হৌরি। বকুলপাম্বীসিগী মথাদা শিড়ি মথক্তা কুন্দনন্দিনী মথক্তমক মল্লি মল্লিবা য়াচংবদা ফম্লতুনা লুম্নবা পুখ্রিগী লাইজন্থুংদা তারিবা থবানমিচাক ময়ামগা কোম্নবা আতিয়াগী মমি অদু য়েংলি। নাকচি অমদা অঙাংবা লৈরাং থম্ন অমম্ব মরক্তা শেংলম শেংকাত্তনা উরি। পুখ্রিদুগী অভোপ্পা মাইকৈ অহুমদনা হৈহনৌ, থৈবোং, জাম, চম্প্রা, লিচু, য়ুবৌ, পোরোহই, হৈথাগোকনচিংবা মহৈ পানবা উপাল কয়ানা কুশুনা পয়েং হৌহুনা অমম্বত্তদা বাংবা-মাম্লত্রবা চেকপলগুয়া লৈরি। ময়ক মরক্তা মথোইশিংগী ম-শাদা তোংলহুনা ভায়াকপী উচেক্লা খোন য়াক্লা খোংতুনা চিক্লবা পুখ্রিদুবু হেক হেক লাওহল্লি। হৈংলবা হুংশিংনা পুখ্রি লাগোয়ক্তুনা পোমশাংনরবা থগ্নো অশংববু হাইকেং চামথোকহল্লম্লগা, আতিয়াগী মমিবু থজিক্তং লেংকেং লেংকেং তোহলম্লগা, কুন্দনন্দিনী কোকতোন্দা লৈরিবা বকুল-মনাশিংবু শ্রো শ্রো হায়বা থোন্থোক থোকহল্লি অমস্থং কালেন্দা শাংপা বকুল মপাজগী মনয়া মাইকৈ মরিমক্তা

কোইরেন য়েল্লি। বকুল মপাল ময়ায়া তুমিত্রা কুন্দনন্দিনীগী মশাদা অমস্থং মাইকৈ মরিদা কেল্লকু না তারি। তুংলোমদগী মশিং লাকত্তমত্রবা মল্লিকা, যুথিকা অমস্থং কামিনীগী হুংশিন্নবা লৈনম হুন্নক্লি। মাইকৈ মরিদা অমম্বদা তন্দনশিংনা লুররা লাইজপক্তা পাইখংলি, পাইথরি, ভাল্লি, মল্লি। শেকপী অমা অনিস্থ খোংলি—লমহুই অমা অনিনা, অতৈ শা তাহোক্লবগী খোন্দমহুদা খোঙলক্লি,—নোং মতুম অমা অনি আতিয়াদা লম্যাংনহুনা কোই-পাই পাইরি—থবানমিচাক অমা অনিস্থ মথবাই হুংঙাইতহনা কেল্লক্লি—কুন্দ-নন্দিনীনা মথবাই হুংঙাইতনা বাখলগী ইপাক্তা তাওরি। করি বাখলদনো তাওরিবা? মতদি অসিনি "ওহোকপা মতৌনি. ময়াম্মক ঙম্না শিদোকপ্রে—ইমা শিপ্রে, ইবুং শিপ্রে, ইপা শিপ্রে. অতপা ঐনা শিত্রিবদি করিগীনো? শি-হোত্রগা ঐনা মকমসিদা লাক্লিবদি করিগীনো? মীসিবু শিরগা থবান-মিচাক ওনত্রা?" মপা শিবগী অহিংদা কুন্দনা মওথিবা মওহু কুন্দ অমুক নিংশিংলুবা তৌখিত্রে. কৈদোম্নুংদস্থ খল্লুদে, হৌজিকস্থ খনদে। মমি-শামি-ওই হাইকেত্তি থম্লোইদা কাওই। তাঙ্গাসিদা, মহাক্না মমাবু মতম অমদা মমঙদা উথি, মমানা মাবু থবানমিচাক্তগী বা ভাংখি হায়রগুম্বা অমদি কাবক নিংশিংলকই। কুন্দনা বাখল তৌরকই, "মীসিবু শিরগা থবানমিচাক ওনত্রনে? অহু ওইরবদি ইপা. ইমা, ঙয়মক থবানমিচাক ওনথ্রবরা? অহুদি মখোইহু করম করম্বা থবানমিচাক ওইরমগবা? অসিরা? নত্রগা অসিরা? করম্বনা কনানো? মসিবু মতৌ করম তৌরগা থঙগনি? অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ, ঐবুদি তৈবা ফংলমগনিদনা? ঐনা মতম চুপ্পদা কণ্ডু নতা লৈম্নিবসি—ফনা থাপ্পমক ওইরবস্থ, নত্তে মসিগী বাখলসি অমুক তৌর-রোই—খল্লুরগা ওহোক্লা কপনিংঙকই। কল্লুরগা করি কায়কম লৈম্নিবগে? ঐগী ইরাইবক্তদি কপ্পতমক তম্লরবনি—নত্রবদি ইমা—ইসে ঘাকমসি অমুক হঙ্খিল্লক্লে! তোক্তা তোক্লগে—অহুদি, শিরবদি পুমকোক কোক্লোইত্রা? কম্বা শিনি? ইশিংদা চোংথহুনা? মহু য়াম্মা কয়ে! শিরবদি থবানমিচাক

ঙৎনগনি—মতম ভৌরবদি নিংবা থুংজেদনা। উবা ফংজগনি -- মিতিমক্কী উবা ফংজগনি—কনাবু ? কনাবু, চিনসিদা পনবা মাত্রা ? মমিংকাওবা চিনসিদা পনবা ঙমত্রিবসি কয়িগীনো ? হৌজিক কনামতস্থু নাক্তা লৈতে, কনামস্থু ভাবা ফংলোই। অমুক্তং পন্দুনা য়েংসিবা ? কনামতস্থ লৈতে—পুক্কিং পেম্মা মমিং অমুক্তংদি কৌগে, ন-নগ-নগেন্দ্র ! নগেন্দ্র, নগেন্দ্র, নগেন্দ্র, নগেন্দ্র, নগেন্দ্র ! নগেন্দ্র, ঐগী নগেন্দ্র ! কয়িনো হায়রিবসে ! ঐগী নগেন্দ্র ? ঐ কনানো ? সূর্য্যমুখীগী নগেন্দ্রনি। কয়ারক হন্না কৌরে—অদুবু কয়ি কায়রি ? অদুক কয়িগুম্বা সূর্য্যমুখীগা লুহোংলমদনা ঐগা হোংলম্লবদি- ইস্ কয়ি যাথলনো ! ইশিংদা চোংথনা শিজগ্রগে। ফরে, হৌজিক ইশিংদা চোংথনা শিরবদি, হয়েং ভাওথংলককনি—মরাম্মক থজনরককনি, ভানরককনি—মত্ত্ব ভাবদা নগেন্দ্রনা !—নগেন্দ্র !— নগেন্দ্র !—নগেন্দ্র !— নগেন্দ্রনা মত্ত্ব ভাবদা কয়ি হায়গনি ? ইশিংদা চোংথনা শিবসি তৌররোই—চিংথংলকপদা হকচাংপুম্বা পুমকায় কাযথংলগনি—উবদা হিংচাবী মাঙ্গগনি। মত্ত্বু মামা উগ্রবদি ? অদুদি হু চাতনা শিবস্থু য়াংদনা ? কয়ি হু চাগনি ? কদাইদগী হু ফংগনি—কনানা পুরক্তুনা ঐঙোন্দা পিবিরনি ? পিরবা থোক্লবস্থু—শিবু ঙমগত্রা ? ঙমগনি, অদুবু ঙসিমক্কি নত্তে—অমুক্তং পুক্কিংগী ইথৌ লাংবসি পুমকোক কোকহনখিগে—মানা ঐবু হুংশি হায়বসি থঙদোক্তুনা। যাকম্লসিবু কমলনা নাকোয় ওইনা থঙতনথ্রবা নত্রনে ? মানি যাসিমক্কি। অদুদা মানা হায়খিবত্থু অচুম্বদি ওইরমগত্রনে ?—কমলনা মসিবু করম তৌনা থঙগনি ? চিনখিবা ঐস্থু হংজকাও ঙমহৌদে। ঐবু হুংশিবকো ? কয়িদা হুংশিরিবা ? করম্বদা হুংশিরিবনো, শক্তরা গুণদয়া ? শক—কদাই য়েংসি ?" ( অসি হায়রগুনা মুশিল্লক্রবা অক্রবা পুপ্রিহুংদা মপাগী মমিত্থু য়েংগে লাক্রকই, অদুবু কয়িগুম্বা উবা কত্রেঙনা অমুক হাক্রগী মকমদা হঞ্জিন্দুনা কম্লরে। ) "কদাই-দগীনো তৌ'শাম্বিবসে, ওইদবদা অস্থক লুনা থহক্লরিবসি কয়িগীনো ? ঐঙোন্দগীদি সূর্য্যমুখীনা হেন্না ফবৈ ; ঐঙোন্দগীদি হয়মণিনা ফবৈ ; বিতনা

কৈজে ; মুক্তনা কৈজে ; চন্দ্রনা কৈজে ; প্রসন্ননা কৈজে ; বামানা কৈজে ; প্রমদানা কৈজে ; ঐঙোন্দগীদি মীনাইমুপী হীরানমু হেন্না কৈজে। হীরানমু ঐঙোন্দগী হেন্না কঙব্রনে ? কৈজে, কুচু মুরগবু কৈদোবগে, মাইথোংদদি ঐঙোন্দগী হেন্না কৈজে। শকী মরমদদি লোৎপা ৎকম্না মাদ্রে—ঙাদি করি কৈ ? অদুক থম্লদুনা য়েংসি। কদাই, গুক্কিংবু নিংশিংদে। কনানা থঙনি ! অদুবু শিবদি শিরগোই. মসিমদি মথল্লি। অদুবু পুম্নমকসি অরেম্বা বাকয়নে ! অদুদি অরেম্বসিতা থল্লগে। অরেম্বা বাবু অচুম্বা ওইনা অম্ভম্বক থনজয়গে, অদুগা কলিকাতাদা চৎসি হায়রিবা বাসিদি, গুকচৎ চৎপা ঙম্মোই ; উবদি কংলোইদৌরি। ঐ চৎপা ঙম্মোই—ঙম্মোই—ঙম্মোই। চন্দ্রবদি করিদি তৌনি ? কমলনা হায়বদুনবু অচুম্বা ওইরবদি, ঐগী দমক্তা অম্বুক য়াম্না হোৎ-নবিগ্রবা মীশিংসিগী মাঙনবদি ঐনা শীরেদনা। সূর্য্যমুখীগী মবুক্কিংদা বাম্লোল থম্বা লৈরে হায়বসি থঙই। অচুম্ববু ওইরবমু, অরানববু ওইরবমু, মরম অদুনা ঐহাক চৎপদদি মত্তারে। অদুবু ঐদি ঙম্মোইদৌরি। অদুনদি ইশিং-দা চোংথদুনা শিবদা তারে। শোইদনমক শিরগনি। ইপা ইবুঙো ! নংনা ঐবু ইশিংদা চোংথদুনা শিননবগীদমক্ত। থম্বিরম্লিবরা ?”

মহুদগী কুন্দহু মথুং অনিনা মমাই খুমজিল্লদুনা কপ্পা হৌরক্লে। খঙহৌ-দনা অমম্বা ইমুংদা থাওমৈ থংথান-থাঙংলকপগুম, কুন্দনা মমঙদা মঙথিবা বাকমহু ভপেং ভপেংনা নিংশিংলক্লে। থুদক্কুদা কুন্দ নোংথাংনা শোক্লবা মাঙম ফুক হৌগৎলক্লে। ‘ঐ পুম্নমক কাওক্লরে—করিগীদমক কাওথোক্লু ক্লিবনো ! ইমানা ঐঙোন্দা মশক উৎপিরম্লবনি—ইমানা ঐগী লাইথক্তা ইরম্বহু থঙলদুনা ঐবু নক্ষত্রলোকতা চৎনবা ভাকপিরম্মি—করিগী দমক ঐ মাগী মা ইদুরবা—করিগী দমক্তা ঐ চৎহৌদ্রিবা ! ঐ করিগী দমক শিহৌদ্রিবা ! ঐ হৌজিক কাওবা পঙমিবসিনা করিগীনো ? ঐ হৌজিক কাওবা শিদ্রি-বসি করিগীনো ? ঐ হৌজিকমক শিরগনি।” অসি খল্লদুনা কুন্দ ভপ্না ভপ্না পৃথ্রিগী শিড়িত্ত কুমথবা হৌরক্লে। কুন্দদি মাম্নমক শাগল শোনবীনি—

য়াম্নক মিপাইচাওবা কিগনবানি—খোঙথাং খুদিংগী অকিবা পোকই—খোংঙ থাং খুদিংগী মহাক কোকচাওবা কায়। অহুমকপু লেঙত্রবা বাপকা লোইননা মহাক মমাগী য়াথং ত্তাক্লনবা তপ্না তপ্না চৎলকই। তাঙ্গাসিদা ভুংলোমদগী কনানো অমনা য়াম্না তপ্না মেঙনা মাগী মনমগন্দা খুদোনবীনা শোক্লকই। অদুগা হায়ৱকই, "কুন্দ!" কুন্দনা লৈহুনা য়েংলকই,—মহাক অমম্বা ময়ক্ত্ত্ দম্পু হেক উবদা শক খঙলে—নগেন্দ্রনি! অদুগী মুমিত্তু কুন্দ শিবা অমুক য়াদ্রে।

অদুগা নগেন্দ্র! মসিয়া নহাকী অস্তুক কুইনা নয়মচৎ চুম্নকপা হায়বত্তুদে? অসিয়া নহাকী অস্নুক কুইনা নচৈ তম্নকপদে? মসিরা সূর্য্যমুখীনা মথবাই কৎনা চুংশিজবগী মহৈদে? খল্লুবদা হঙ্গোই! তুক্কচৈ! য়েংউ, নহাক হুয়ানবনি! হুয়ানবদগীসু হেন্না তোক্লি। হুয়ানবনবু সূর্য্যমুখীগী করি মাঙহনবা য়াই? মরিক-মকোল হুখিবা য়াই, ময়ল মথুম মাঙহনবা য়াই, অদুবু মংদি মাগী মথবাই মাঙহম্নবা থোয়াংলি। হুয়ানবদদি সূর্য্যমুখীনা কৈদোম্নুংদা করিসু পিদে, অদুবু হুয়ানবা থবক তৌয়বদি মহাক হুয়ানবা হায়বত্তু ওই। অদুগা নঙোন্দদি সূর্য্যমুখীনা মাগী লৈজবপুম্বা পিথোক্লে—অদুবু নংদি হুয়ানবদগীসু হেন্না হুয়াম্নবা লাক্লি! নগেন্দ্র, নহাক শিজখিবনা হেন্না কৈ। মথৌনা লৈয়বদি চংশিন্দুনা নহাক ইশিংদা চোংথহুনা শিয়ু।

অদুগা ইকাইনিঙাই মশক্লি! কুন্দনন্দিনি! নহাক হুয়ানবনা শোক্লকপদা নশাহু নিক্লিম্বা করিগীনো? তুক্কচৈদা! কুন্দনন্দিনি!—হুয়ানবগী মবা তাবদা নশাদা নতু চুংলিবা করিগীনো? কুন্দনন্দিনি!— য়েংউ অসে, পৃথিবী ইশিংসি লুই. ইংঙৈ, মনম মুংশি—মুংশিৎনা হুম্নকপদা থা থংবা শক্লক্তা থবানমিচাক্না তনিক তনিক্লি। লুপকেয়া? লুপ্তুনা নথবাই থাদোকউদনা? কুন্দনন্দিনি শিনিংদ্রে।

হুয়ানবনা হায়ৱকই, "কুন্দ! কলিকাতাদা চৎকদোয়িত্রা?

কুন্দ বা ঙাংদে—মমিঙগী পি তৈথোকই—খুম্বা তৌদে।

হয়ানবনা হায়রকই, "কুন্দ, নথবাইনা য়ানিংনা চৎলিব্রা ?"

থবাইনা য়ানিংনা! হরি! হরি! কুন্দ অমুক হয়া মপি তৈথোক্লকই — য়াদি ঙাংদে।

"কুন্দ, কল্লিবা করিগীনো ?" হন্দক্তি কুন্দ মখোললথোক্না কল্লক্লে। মতু ঊবদা নগেন্দ্র অমুক হায়রকই, "তাও কুন্দ! ঐহাক য়াম্না য়ানা অসুক কুইবসি থাঙহনা লাক্লবনি, অদুবু অমুক ঙম্মক্তে। কয়ামুক য়ানা থবাই পুহনা লৈরিবনো হায়বসি হায়কম থঙত্রে। ইশা ইথন্তা লানথেংনজবদা ইশা পুম্বসি ঊহিং-নাহিং শারে। পুকচেন তোল্লবা মীশক ওইরে। য়ু থক্লে। অদুবু ঙমদ্রে। নংবু থাদোকপা হায়বসি ইঙম ঙমদ্রে। তাও কুন্দ! হৌজিক্তি লুপ্রা-লুহোংবা হায়বসি চৎনরে—ঐহাক নংবু লুহোংলগে থল্লে। নংতনবু য়ারবদি লুহোংলগনি।"

হন্দক্তি কুন্দ বা ঙাংলক্লে। হায়রকই, "য়াদে।"

নগেন্দ্রনা অমুক হায়রকই, "করিগীনো কুন্দ? লুপ্রাবীনা লুহোংবা হায়বসিবু শাস্ত্রনা য়াদবোই থনব্রা?" কুন্দনা অমুক হায়রকই, "থনদে।"

নগেন্দ্রনা হায়রকই, 'অদুদি নংনা য়াদ্রিবা করিগীনো? হায়—হায়—হায়, ঐগী য়ুমগী মবেম্মা ওইবা ঙম্মোইদ্রা? ঐবু হুংশিবা ঙম্মোইদ্রা?"

কুন্দনা হায়রকই, "ঙম্মোই।"

মসি তাবদা নগেন্দ্রনা মচিন লিশিং অমা কাংবঙুম অতৎ অথম লৈতনা হুংশি-হুংওম্না থল্লবা থবাই শোক্লবা য়াঙাং কয়া কয়া ঙাংলক্লে।

কুন্দনা হায়রকই, "ঐ ঙম্মোই।"

মতম অদুদা নগেন্দ্রনা লৈহনা য়েংলকই, পুশ্লিহু তরু-তরুই, ইংই—লৈগী লৈনম্না কারবা হুংশিংকী ইপোম্না য়েবদা লাইজসুংদা থবানমিচাক্না তনিক তনিক্লি— থল্লকই, "মসিগী মহুংদা য়াতারবদি কমদোই?"

থম্মোইহুংদা কুন্দনা হায়জরকই, 'ঙম্মোই।" লুপ্রাবী লুহোংবগী বাক্য শাস্ত্রদা হরি, মতুগী দমক্তা নত্তে। অদুদি কুন্দনা ইশিংদা চোংথহনা শিদ্রিবসি

করিগীনো ? পূরবা লাইজনি, ইংলবা ইশিংনি—খাদা থবানমিচাক্লা অগোই শাষি—কুদনা চোংথদুনা মথথাই থাক্সিবদি করিগীনো ?

---

## অন্যান্যেরেংশুবা মতাং

## যোগ্যং যোগ্যেন যোজয়েৎ.

হরিদাসী বৈষ্ণবী অদু লৈকোলগী শঙজুং য়েৌরক্লবা মতমদা থংহৌদনা দেবেন্দ্র বাবু ওইনা কয়রে। নাকল অমরোমদা কোন্গী হিদাকফু অচৌবা লৈ। নিংথিরবা লুপাগী-য়োহিলংকোলৌ পরেং থোনবী, ত্রোং ত্রোং হায়বা হুংশি-খোঙ্গোক থোকপী, হিদাকফু নিংথিবীনা চিনবান তম্না শাংলবা ভোংবৈ ভিংথোক্লক্লি—কোকথক্তুদনা অপাম-হুংশিগী অয়াবা মৈনা তয়ং তয়ং চাক্লি। অতুগা মাইকৈ অমরোমদনা লিক্লিগী সেম্পাক্তা ভাঙ নিরবী এক্শা কৌবী তুম্নানা তনিক তনিক লৈরি। মাঙদনা চাক চারিবা মীগী পুথমনাক্তা কুনবা হৌদোংগুম চিরোল তৌবা লিপা অমনা অরেম্বা থুনগদবগী শাংলবা মনা-তোন ভিংথোক্লহনা ফমহনা লৈরি। হিদাকফুনা হায়রি, "য়েংউ! য়েংউ! চিন কাওলহনা লৈরে! সে! সে! চিন কাওলহনা লৈরে!" মুম্না এক্শানা হায়রি, "অহানবদা ঐবু লুনা-চান্না তৌ! য়েংউ, ঐসি কয়াদা তঙাং-তঙাংলিবা! লংনঙ, ঐবু হান্না থকউ।" অরেম্বা ভাইরিবহুগী মনা-তোম্না হায়রি, "ঐসি মাগী ওইরিবা মীশক্তুদা, খরদং থাইয়ু।"

দেবেন্দ্রনা ময়াম্মক্কী মপুক্লিং থুংহল্লে। হিদাকফুগী মচিন চুল্লে, মাগী হুংশি-হুংওম্না মৈথু ওইনা পাইথোরক্লে। এক্শা নিঙ্তোনবু পুক্তুং য়োহল্লে, মহাক তপ্না তপ্না কোকতোন তম্না কাথংলক্লে। হৌদোং শক্তম্বা মহাশয়গী মনা-তোনবু পেলহল্লে—নাতোন্দু গেলাস অহুম মরি কংলবা তুংদা নাথোকপা হৌয়ক্লে। মীনাইশিংনা নাথোক্লবা নাতোনশাংজুবু "গুরুমহাশয় গুরুমহাশয়" হায়রহনা অতোপ্পা মকম অমদা থম্মুরে।

মতম্‌অদা সুরেন্দ্র লাক্‌না দেবেন্দ্রগী মনাক্তা কয়রে অমসুং মপা মাদ-য়েক্তবগী কয়মদা বা থরা হংলগা হায়রকই, 'ওসি অমুক নহাক কনাইদা চৎলুই ?"

দে। অমুক থুনা নহাক পাও কংলবা ?

সু। হায়রিবতুমক নংগী অরানবা বাথল অমনি। নংনা থাদি, নংনা তৌরিবা থবকপুম্বা লোয়া থুপ্পা তৌরিবনি—কনাসু থওদে উবে, অদুবু লৈকাই খুদিংদদি বা বা লাওরে।

দে। ধর্ম্ম কায়রেদে! ঐ কনাদসু লোয়া-লোয়্‌প্রবা পামদে—কনাবু কিন্থনা ঐনা লোৎকনি!

সু। মতুসু নংগী তৌব-ওম্বা অমনি হায়না থক থনগনু। নংসি ইকাই-বা থক্তিংং থওলয়বদি, ঐখোইসু উপায় অমা মরৈরমগদবনি। ইকাইবা থওলবদবু নহাক বৈষ্ণবী শাদুনা লৈকাই খুদিংদা হোনদবা লোনচৎ চৎলুগদ্রা?

দে। হায়রিবদুবু করম্বা রসকী বৈষ্ণবী শাবনোনে? লাইবক্তা চন্দন-চবা থিন্দুনা কোইচৎ চৎপগী বাকয়নে?

সু। ঐদি ইকাই-থওদবগী শককমদু অমুক্তা উত্রি, করিওম্বা থেংনবা খোরুবদি শাক্তনা শেৎ শেৎ কন্দুনা বৈষ্ণবীগী বৈষ্ণবী শাবা কুমৈদু মতোল হেক লোমহনগদবনি।

অদুদগী দেবেন্দ্রগী মখুত্তগী যুগী লিক্লিদু মুলগা সুরেন্দ্রনা হায়বা হোরকই, "ওহাক্তং লেপখো, জ্ঞান কাবক তারিকৈদা বা অমা অনিদং অদুক তাখো, অদুদগী অমুক থকউ।"

দে। হায় করিনোনে। ওসিদি য়ায়া নখোয়দোহ্ শাওগৎনা উই—হৈমবতীগী মৈপা থরা ল'ংলকপগুম তোত্রা?

সুরেন্দ্রনা খোন্দাথি তুগী থাদু নাওইনা তাদনা হায়রকই, "বৈষ্ণবী শারুরিবদু কনা মাওহরবা খোরাংলুরিবনো?"

দে। মদুবু থওদ্রিবরা? কাওরবরা, মখোইনা মাষ্টায়বু লুহোংবিথিবদো

লাই-নিঙোল অমগা ? লাই-নিঙোলদু হৌখিক্তি নুপ্রা ওইরদুনা খুদ হাংম-য়োমগী লম্বী ইমুংদা চাকথোংবী ওইদুনা লৈরে। মহাক্না অদুক য়েংনিঙ্গনা চৎলুবনি।

সু। করিগী ! অমুক পোনচৎ নাইত্রবসি কাওবদা পেন্নদুনা ময়াইবক থিরবী মুপীমচা অদুবুসু অমুক মাওহল্লগে খল্লি ? য়েংউ দেবেন্দ্র, নংসি অসুকী মতিক মীহুংশি থঙথিত্রে, অসুকী মতিক মী ওৎ-নৈত্রে, ঐখোই নংগা লৈমিন্নবসি ওমমবা তারমান্না খল্লে।

সুরেন্দ্রনা হাকমসি অসুকী মতিক মথমাই পোক্না হায়রকই মতুদি, দেবেন্দ্র না ভাংবা খোকথিত্রে। মহাক লৈরগা দেবেন্দ্রনা চৌং-লেন্নবা খোনকমদা হায়রকই,—“নং ঐঙোন্দা শাওবা ভোগদ্রু। ঐহাক ঐগী পুক্কিংসি ইশানা খুদুম চনজবা ওমত্রে। ঐহাক পুন্নমক থাদোকপা ওমগনি, অদুবু মুপীসিগী হাখলদি থাদোকপা ওনরোই। মহাকপু ইহান হায়া ভাবাচরণগী মনুমদা উরবা মুমিত্তগী ঐ মাগী কজবা শককয়া পুক্কিং শুমহৎখ্রে। ঐগী মিত্তা অসুক চংখোম্না কজবসি মকম কৈদদু অমুক্তা উখিদ্রি। অকম-লাইহোনা খোয়াংলবা অনাবু প্রোক প্রোক চাকহনবগুম, মুমিত্তুদগী হোনা মাগী অপায়-হাখলনা ঐবু থাওওমদনা চাকহল্লকবনি। মতমম্ভুদগী হোনা ঐনা মাবু উননবা লৌশিং কয়া কয়া ভোৱকপা, মদু হায়দুনা লোইবা ওব-পোৎ নত্তে। হৌজিক কাওবদু খুদোং চাত্রি—অদুনা কায়নথংদা বৈরুবী শাবদা ভারিবনি। নং নপুক্কিংদা খোইনা খোয়রাংবা পোকদু—মুপী অসি পুক্কিং নুপ্না মপুরোইবা নিংবীনি।”

সু। অদুদি নংনা চৎলিবদি করিগীনো ?

দে। চুম্না মাগী মশক উননবগী দমক্তনি। মহাকপু উরগা, মহাকা বা ভাংনরগা, মঙোন্দা ইশৈ ভাহল্লগা ঐগী খঙোইনা কয়ামুক্তা মুংভাইবা পোকপা হায়বদু ভক্কম খঙদে।

সু। ঐহাক নঙোন্দা তগেংনা হায়রিবসিনি—কাগী-কারাংগী বা নত্তে। নহাক কজবা লমচৎসি থাদোক্‌বা—নহাক অমুক হয়া লৌসিদা চৎলবা—

অদু ওইরবদি ঐগা নংগা বা ঙাংনবসি ওসিনা অয়োইবনি। ঐহু নংগী য়েক্লবা ওইরগদবনি।

দে। ইহাকী চায়রবা মরুপ্তি নহাক্তনি, ঐহাক ঐগী নৈজবা লন-থুম ভংথাই অমা থাদোকপা ওমগনি, অদুবু নংবুদি থাদোকপা ঙম্লোই। অদুবু নংবু থাদোকপদা তারবসু ঐ য়াদে, অদুগা কুন্দনন্দিনীবু য়েংনিংবগী আশাদি ঐ কৈদৌমুংদসু থাদোকপা ঙম্লোই।

সু। করে নংনা অপাবহু তৌয়ো। নংগা ঐগা উনবা ওসিসিনা অয়োইবনি।

অসি হায়রগা সুরেন্দ্র মথবাই মুংঙাইতনা হোগত্নুনা চংখ্রে। দেবেন্দ্রহু থুদক্তা মরুপ কায়নবগী মুংঙাইতবা বাথম্না চময়খিদুনা ওহাক মাইথোং লাং-শিয়া কমদুনা লৈরে। মমৈথংদা বাথল যুয়া তৌথক্লরগা হায়রকই, "কৈদো-পবনো! তেংবানসিদা কনানা কনাগনো! ঐতনা ঐগীনি।" অসি হায়-রদুনা তেঙ্গোৎ থম্না বৈদুনা ব্রাণ্ডি থকলে। মদুগী ময়াইনা থিন্দনমক মথবাই-দা মকালাবা পোক্লক্লে। অদুদগী দেবেন্দ্রনা হিপথরদুনা মমিৎ উইশিয়া ইশৈ ওৎবা হোৎরক্লে—

"ঐগী ইমিং হীরা মালিনীনি।
ঐহাক নৈ রাধাগী কুঞ্জদা, কুঞ্জানা ঐগী ইচলনি।
হায় চন্দ্রাবলীদা রাবণ,
নহাক্কি ঐগী থঙ্খাল-ময়োন্
তাবদা কীচকা হাৎলে কৃষ্ণ,
কনবিগ্রেদো যাজ্ঞসেনীবু—!"

মতমসিদা থৌগল্-লাকল পুথা হোগত্নুনা ওয়া চংনখ্রে; দেবেন্দ্রনা হি নৈজবা তুয়েনগী ইয়াইদা তাওবা পোঙওম মথন্তা কয়দুনা য়লগী ইথক্তা ইরা-ক্লখি। লায়নাগী শকলোন ঙা-কোয়িয়ায়চিংবা পুয়মক মতমসিদা ইশিং মঙ্গংদা লোত্নুনা নৈখ্রে—হৌজিক্তি তপ্লবা নামিবা মুংশিংকা থাজগী মঙাল্দগতা

ঙাইগ্রে। তাঙাদিদা মিহুৎথোঙলোমদা ক্রেক ক্রাক হায়বা মখোল অম্রা হেক তায়কই—কনানো অমনা থোঙ-না চিংথোক্তুনা য়েংবগুম তৌরগ্রা—থংথা হেক থাজোকখিবগুম তৌই। দেবেন্দ্রহ মপুক্কিংদা কনানো অমবু অস্থম ঙাই-রবগুম তৌগ্লে—হায়রকই, "কনানো মিহুৎথোঙগী উপাক হরাপ্লিবা?" কর্ত্রিগুম্বা পাওখুম অমতা তাবা ফংত্রহুনা মিহুৎথোঙ ময়াদা চংহুনা য়েংলুই—মহুদা মহাক্কা হুপী অমথক চেনখিবা উরক্লে। হুপী চেনখিবহু উরদা দেবেন্দ্রনা মিহুৎথোঙ হাংদোক্তুনা চোংথোক্লগা মতুং ইন্নহুনা তুরোই ঙাগ্নোই তাররক্লে।

হুপীহু চেনগ্রগে হায়রবদি অহুম্মক চেনখিবা য়ারবনি, অহুবু চেন্নরোই হায়হুনা চেল্রে, মহু অমম্বদা নৈকোলগুংহুদা লখী মাঙখিবনরা মহুদি খঙদ্রে। দেবেন্দ্রনা মাবু কায়গা অমম্বদা মথক্তু য়েংবদা খঙবা ঙমদ্রে। লোয়ল হুপী নেথাদা তাওনা হায়রকই, "পেম্মা! কয়বা পাম্বীদগীনো?" অহুপী তুংদা মাবু ইমুং মহুং তাম্না কাহুনা পুশিন্নরুগা থাওমৈ পায়হুনা নাকল অমরোমদা অমুক অহুদগী অতোপ্পা নাকল অমরোমদা অমুক কোইরৈ লৈহুনা য়েংলগা হায়গী খোম্বাংহুদা অহুম্মক হায়রকই, "নংবু কনাগী মোনোনে?" এরৈথংদা কর্ত্রিগুম্বা অমতা লেপ্পা ঙমত্রহুনা হায়রকই, "তাঙ্গা চাদ্রে পেম্মা! ঙসিদি হয়েং, অমাবস্যাদা লুচিনচিংবা থোয়াং তৌরগা পুজা কৎকে—ঙসিদি রাগিঙি থজিক্তং য়োৎলগা চৎলো।" অসি হায়রহুনা য়ুঙাওবহুনা হুপীহুবু কমকম কাহুদা কমহল্লগা হুপী গেলাল অহু লানশিল্লক্লে।

হুপীহুনা মহু লোন্নহুনা লৈবাক্তা থমগ্রে।

অহুদগী য়ুঙাওবহুনা থাওমৈহু হুপীহুগী মমাই মপাম্না পুশিল্লক্লে। মাইকৈ শীহুংনা থাওমৈহু কোইরৈ লৈহুনা য়ায়া চৌং-লেপ্পা মাবু মুন্না য়েংলবা তুংদা খঙহোল্লনা থাওমৈহু লংথোকখ্রগা ইশৈ শকৎলক্লে—"নংবু কনবা থোংনাং পাম্বীনোমে, নথক থম্না থম্না খঙবগুম তৌই—কদাইদনো উগ্লেনে।"

মসি তাবদা হুপীহুনা শক খঙদ্রে হায়না গলহুনা হায়রকই, "ঐ হীয়ানি।"

"Hurrah! Three Cheers for হীরা!" অসি হায়রকপা মুতাপ-বত হয়াওনা চোংখৎলক্রে। অদুদগী অমুক লৈপাক শোক্না হীরাবু থুজন্ননা প্রাস পায়না শায়না স্তব তৌবা হৌগৎলক্রে—

"নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী বটবৃক্ষেষু ছায়ারূপেণ সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী দত্তগৃহেষু হীরারূপেণ সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী পুকুরঘাটেষু চুপড়িহস্তেন সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী ঘরদ্বারেষু ঝাঁটাহস্তেন সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী মম গৃহেষু পেত্নীরূপেণ সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ॥

অদুদি হৈনে মালিনী!—করি থবকী?"

হীরাদি মসিগী মমাংদা বৈষ্ণবীগী মতুং অসুম অসুম ইমরক্কুনা, মুংথিল শোবোগা, হরীদাসী বৈষ্ণবীগা দেবেন্দ্র বাবুগা মীশক অমত্তনি হায়বসি খঙ-দোকখ্রবনি। অদুবু করিগী হমক্তা দেবেন্দ্রনা বৈষ্ণবী শায়রদুনা দত্তথোইগী ইমুংদা হুরং হন্দা চংলিবনো হায়বসিগী মরমদি ইরাই লাইনা পাক হেক খঙবা ঙম্বা বাকয় থোক্কে। হীরানা মপুক্কিংদা তৌওমত্রবা থবকসি পাং-থোকে হায়না চপ মুংনা লেপখিদুনা মতম অসিদা দেবেন্দ্রগী মহুমক্কদা হেক্তা লাকপনি। মহাক লোয়া লৈকোল মহুংদা চংলক্রগা মিহুৎথোক্ত মরাদা লেপ্পু-বা দেবেন্দ্রনা ঙাংবা পুম্নমক তাররবনি। সুরেন্দ্রগা দেবেন্দ্রগা ঙাংনবা পুম্বা মরমদা সুমহুনা তাররা তুংদা মানা নিংবা থুংলহুনা হলগে হায়না থোক্ত

থাংদোয়রকপদা চেকশিনহৌদবদগী মিহুৎথোঙগী উপাক্তা থেংনুবনি—মহুদগী মাখোকসি খোকশ্রিবনি।

হৌজিক্তি হীরা চেন্নিংবনা খ্রো খ্রো খোৎলে। দেনেন্দ্রনা মথুক্তা অমুক হন্না মূগী গেলাস লানশিল্লক্লে। হীরানা হায়রকই, "অহুম্মক কাপ্পু।" হায়-রকপা খুদক্ত মক্তদা দেবেন্দ্রনা গুৎ থকচিনখ্রে। হন্দকী গেলাস অসিনা দেবেন্দ্র নেশা মপুং ফারে—অমুক অনিয়ক তুয়োই ঙাগ্নোই ভৌরম্লগা—দেবেন্দ্র হিপথখ্রে। তাল্লাহুদা হীরা হৌগত্তুনা চেল্লক্লে। দেবেন্দ্রদি মতমহুদা মখোল কাইনা উইক্রম উইক্রম ভৌনা ইশৈ শকৎলকই-

"চহি মতাংদি মাগী ভয়াতক্লক্লি,
কুচু কুমেন্না ভমু-ভমুবীনি,
নাহখ্রে পৈদি মমাং থাদা,
ভাহুনা লৈরিক্তৈ ঐনা কোমদা।"

অহিং অভ হীরা দভ্তখোইদা অমুক চত্রে; ময়মদা চত্তুনা অহুম্মক তুমলে। মথংগী অয়ুক্তা সূর্য্যমুখীগী নাক্তা চত্তুনা দেবেন্দ্রগী পাওহু ভম্লুরে। দেবেন্দ্রনা কুন্দগীদমক্তা বৈষ্ণবী শাহুনা চৎথোক চৎশিন ভৌবনি। কুন্দদি মরাল লৈজদে, হায়বা থাকমসি হীরানসু হায়ত্রে, সূর্য্যমুখীসু খঙত্রে। হীরা-না করিগী দমক থাকমহু হায়দোক্তিব্রনো লায়বা—পাবিরিবশিনবো মতুংদা খঙবিরক্কনি। সূর্য্যমুখীনা উই,—কুন্দনা বৈষ্ণবীগা লোইনমা লোন্না থারি শাই—অহুনা সূর্য্যমুখীনা মাবু লমচৎ চুমদবীনি হায়না লৌয়ে। হীরাগী থা ভাবদা সূর্য্যমুখীগী থথাল মাল্লবা মিৎন্নাত্ত ঙাংশং ঙাংলক্লে, মরাইবক্তা শিংলি চাওনা ময়েক লানা কাওগৎলক্লে। কমলসু পুন্নমক্সি ভায়ে। কুন্দবু সূর্য্যমুখীনা কৌহল্লুরে। মহাক য়োরক্লবা মতমহুদা হায়রকই, "কুন্দ! হরি-দাসী বৈষ্ণবী হায়বসি কনানো হায়বা ঐখোই মীশক খঙলে। মাসা নংগা করি থোক্লে হায়বসিসু ঐখোই খঙলে। নংসি ভোনগ্রবা জাৎনি লায়বা ভাব ভায়ে। ঐখোইদি নংগুবা মীশকসি য়ুমদা থক থমদে। নহাক হৌজিকমক

য়ুমনিংদগী চৎখ্রো চৎলো। নঙবদি হীরানা নংবু ওমজিংনা হুন্না তানহন-গনি।"

কুন্দগী মপান্থ থক থক নিকপা হৌরক্লে। মহাক তুথিদোরে হায়-বসি কননবা উরক্লে। কমলনা কোনশিন্দুনা মাবু তুম্ফম কা তান্না পুশিনখ্রে। তুম্ফম কা য়োরবদা লুনা-চান্না তৌদুনা থেমজিনক্লে অদুগা হায়রকই, "থক অসিনা হায়গে হায়বমখৈ হায়জসগু, ঐদি মাগী বাদা শম্না মকৈ অমা কাওবা থাজদে।"

---

## তরানিপালশুবা শতাং
## চংজফম লৈত্রবী

থেংলবা অহিংদা ইমুংগী মী পুম্নমক্না তুমথনখ্রবদা কুন্দনন্দিনীন্থ তুম্ফম কাগী থোঙ হাংদোক্লদুনা মপাল থোক্লক্লে। থেংলিবা কীজোন অন্থমতগা লোয়ননা সূর্য্যমুখীগী ময়ুম থাদোরক্লে। থেঙলবা অহিংন্থদা কীজোন-অম-তংদগা চহি তরাতরেৎতা ভাইহিরিবী চংজফম লৈত্রবী হুপীমচাসি সংসার ইপাক্তা মথক্তা চোংথরক্লে।

অহিং অন্থ শাথীনা মন্থি। নোংমু লাংকপ্ লাংকপ্ তাই। কদোম-দনো লখী ?

কনানা তাকপিগনি, কদোয়দনো লখী ? কুন্দনন্দিনীদি কৈদৌন্থংদা দগুখোইগী ইমুংদগী মপাল থোক্লিবীনি—কদোমদনা কদাইদা চৎনবা লখী-নো মহাক সুকখঙ-খঙদে। অন্থগা কদাইদনো মহাক্না চৎকদবসিবু ?

দোলালগী চাওরবা অমম্বগী মথক ওইরবা মশানা আতিয়া শক্লা লৈরি—অমম্বন্থ য়ায়দা থমন্থনা কুন্দনন্দিনী কোয়না চৎপা হৌরকই। নিংজ-রিবদি, অমুক্তং নগেন্দ্রনাথকী তুম্ফম কাগী মিন্থংথোঙদা তান্নিবা মৈতালন্থ য়েংজথিগে অসিনি। অমুক্তং মৈতালন্থ উজরগা মমিং লেনজনিংবগী বানি।

মাগী তুম্ফম কাগী লৈকম থঙই—অতুম অতুম কোয়রককপদা মকক উরক্লে। মিহুৎথোঙদা মৈঙাল কাওদোয়রক্লি। উপাকী থোঙদি হাংলি—মিংশেলগী থোঙনা থিংলি—অমধা মরক্তা মিহুৎথোঙহ মৈঙালনা পুরুং লংলি। মহুগী মথক্তা মৈয়ানবীনা কোয়পাই পাইরি। মৈঙাল উবদা পাইশিনরক-পনি, অহুবু চংকম নখেল থিংথিবনা চংবা ঙমত্রহুনা মিংশেলদা থেংলগা হন্দোয়রক্লি। কুন্দনন্দিনীনা পিরুবা মৈয়ানবীশিং অসিগীদমক মথঙাইহু শোক্না মুংঙাইভবা পোকই।

কুন্দনন্দিনীনা ওমহৎপা মিৎয়েংদা মিহুৎথোঙদা কাওদোয়রক্লিবা মৈঙাল অহু য়েংবা হোয়কই—মহাক মৈঙালহু হন্দোক্লয়পা চংপা ঙমত্রে। তুম্ফম কাগী মমাংদা ঝাউপাম্বী থয়া হোৌরি—কুন্দনন্দিনীনা মহুগী মথাদা মিহুথোঙ-লোমদা ওল্লহুনা কমহুনা লৈরে। অহিংহু ওক্তা মম্থি, মাইকৈ মরিমক পুমম মম্থি। উপাল থুদিংদা তন্দনগী মঙালনা লিশিং লিশিং ঙালি মুৎলি, মুৎলি ঙালি। আতিয়াদা অমুবা নোংগী তুংদা অমুবা নোংনা তায়রক্লি—মহুগী তুংদা অমুঙ্গু অমুবা নোং ইময়ক্লি—মহুগী তুংদহু অমুক অমুবা। নোংম-দোনথক্তা থবানমিচাক অমা অনিদং অমুক নোংলক্তা লুপ্লি, অমুক তাওখি। যুমগী অকোয়বদা ঝাউ পাম্বী পয়েং পয়েংনা নোংনা কুপ্লবা আতিয়া অমা মঙ্গক তিংথৎলহুনা অহিং চাকতাবা হিংচাবগুম লেপ্তুনা লৈরি। মুংশিংনা হুয়কপদা অকি' শককম ওইরবী অহিংগী তম্পাক্তা লৈনা লৈনা, মথোইশিংহু মথোইগী হিংচা-মরোলদা কুন্দনন্দিনীগী কোকতন মপাদা বারি শারি। হিং-চাবক্লাওবা অকি শককমগী অহিংবু কিবনা লোয়া লোয়া বা ঙাংলি। করি-গুম্বা তাঙ্গাদা মুংশিংনা য়েবদা পোয়োল লোলহোত্রবা থোঙগী উপাক্তা কঙ্গাংদা থেংহুনা মথোল অমুক অনিয়ক থোক্লক্লি। মকুনা দোলালথক্তা তোংলহুনা থোংলক্লি। করিগুম্বা তাঙ্গাদা হুই অমথক অতোপ্পা শা উবগী মাংদা তুবৎ কয়া চেনখ্রি। করিগুম্বা মতমদনা ঝাউগী ম-না নত্রগা মকৈ কেন্দুনা তায়ক্লি। অপাঙ্গদা য়ুবী পাম্বীশিংনা ইমং-মংলি। মতোনশিংহু অমথক্তা

তপ্না তপ্না হাইরি ; অথাপ্পদগী কোনা পাম্বীগী ম-নাশিংনা শ্রো শ্রা লাওবগী মখোল তাবা কংলক্লি ; পুম্নমকসিগী মথক্তা মিহুৎথোঙ পম্বেগী লংলবা মৈঙালদহ্ ইরং লংলি—অতুগা মৈরানবী মপেনা কোইপাই কোইপাই পাইশিল্লক্লি। কুন্দনন্দিনীদি মাইকৈ অদোমদা ম্বেংহনা অহুম্মক লৈরে।

তপ্না তপ্না মিহুৎথোঙ অমথকী মিংশেলথোঙ হাংদোক্লক্লে। মীগী শক্তম অমা মৈঙালনক্তুদা ফাওরক্লে। হরি ! হরি ! মসিদি নগেন্দ্রগী শক্তম্রি। নগেন্দ্র—নগেন্দ্র ! করিগুম্বা নংনা বাঙ মখোঙদা অমম্বা মরক্তা লৈরিবী পিক্রবী কুন্দ-লৈরাংসিবু উবিরবদিকো ! করিগুম্বা নংবু মিহুৎথোঙদা উবা ফংবদা মাগী থম্মোইগুংদা চোংলিবা তুক ! তুক্ ! হায়বা মখোলদহ্ তাবা ফংলবদিকো ! অহুগা নংনা করিগুম্বা, নং হৌজিকমক অমুক চথোকখিহনা উবা ফংলরোই হায়বসিগী মিপাইজবনা মহাক্না উজে হায়বগী হয়াওবা পোক্তিবসি থঙবিরবদিকো ! নগেন্দ্র ! থাওমৈলোমদা নতুং ওহোক্তুনা লেপ্লে—অমুক্তং থাঙমৈহ্ মাংওইননা থমহনা লেপ্পু ! লেপ্পু নং ! চথোকখিগহু—কুন্দদি মরাইবক থীরবীনি। লেপ্পু—অহ্ ওইরবদি, পুখ্রিহুগী লুরবা ইংলবা ইশিং—মাগী মহুংদা থবানমিচাক্কী মমি—মহাক অমুক কৈদৌহুংদা নিংশিংলরোই।

ভাও অসে ! মকু থোংলক্লে। নং চথোকখ্রবদি কুন্দনন্দিনী কিরগনি। উত্রবরা নোংথাং ! নং চথোকখিহু—কুন্দনন্দিনী অকিবা পোক্লগনি। য়েংউ অসে, হয়া অমুক অমুবা নোংনা হুংশিংতা শাদোংলহনা লাম্বেংননবা পাইরক্লে। নোং হুংশিং হৌরক্লগনি। কুন্দবু কনানা চংজকম পিনবিনি ?

য়েংউ, নংনা মিহুৎথোঙ হাংদোকপদা মৈরানবী চবুন চবুন নংগী তুম্ফম কাদা পাইশিল্লক্লে। কুন্দনা খনজরি, করি পুণ্য তৌরগা মৈরানবী ওইনা পোক্লিগবা। কুন্দ ! মৈরানবীদি মৈরক্তা চোংশিন্দুনা চাকথেক্লগা শি। কুন্দসু মৈরানবী পামদৈ। মহাক্না খল্লি, "ঐহাক চাকথেক্লে—অদুবু শিত্রিবসি কারিগীনো ?"

নগেন্দ্র মিংশেলগী থোঙ লোনশিন্নগা চৎথোকখ্রে। হুংশি-হৈত্তবা! মহুনা নঙোন্দা কম্রি মাঙবা লৈবগে! নত্তে, নহাক অহিং তুমদবগী কান্নকম লৈত্তে—তুমুন্নো—নশাহু নান্নক-থোন্নকনি। কুন্দনন্দিনীদি শিগে শিজলহু। নহাক নকোক কাঙবা চিক্তবা, মসিনি কুন্দনন্দিনীনা পামজন্নিবদি।

হৌজিক্কি মঙালনা থল্লবা মিহুৎথোঙ মমখ্রে। অচুবু অস্নম্বক য়েংজ-রহুনা, য়েংজরহুনা, য়েংজরহুনা, মমিত্তগী মপি তৈথোক্লহুনা, কুন্দনন্দিনী হৌ-গৎলক্লে, মাংদা লৈরবা লবী অমদা অচুম্বক চৎলক্লে। কদাইদনো চৎ-লিবা? অহিং চাকতাবা হিংচাবা ঝাউপাম্বীশিংনা খ্রো খ্রো হান্নবা থোহাংদা হংলকই,—"কদাইদা চৎলিবনো?" কোনা পাম্বীনা প্রেক প্রাক হান্নবা খোনকমদা হান্নরকই, "কদাইদনো চৎলিবা?" মকুনা চৌংলেম্বা থোক্লেলদা হান্নরকই, "কদাইদনো চৎলিবা?" লংলবা মিহুৎথোঙ পয়েংনা হান্নবা হৌরকই, "চৎনিঙগা চৎখো—ঐখোইদি নঙোন্দা নগেন্দ্রগী মশক অমুক উৎহল্লরোই।" অচুমকপু কুন্দনন্দিনী—পঙলবী কুন্দনন্দিনীদি তুং হন্না হন্না মাইকৈ অদোমদত্তা য়েংলি।

কুন্দ চৎলি, অচম্বক চৎলি—লেপ্তনা চৎলি। আতিয়াদা নোং হেন্না কুঙনা পাইরক্লে—নোংপুম্বা পুন্নপ পূনশিন্নকু্না আতিয়াহু গুরুবা অহিং ওইহনখ্রে—নোংথাং কুম্নক্লে—অমুকস্থু কুম্নক্লে—হুংশিংস্থু হন্না ঙংলক্লে—নোংস্থু ঙংলক্লে, নোংগা হুংশিংকা পুন্না ঙংমিন্নরক্লে। আতিয়াগা অহিংগা তোংন-তিন্নখিহুনা ঙংথৎলক্লে। কুন্দ কদাইদনো চৎকদবা?

নোং-হুংশিং হৌরক্লে। অহানবদা মথোল, অচুদগী উফুল পাইথৎলক্লে; অচুদগীদি উনা-বানা থদত্তুনা হুংশিং মশামক কাওরক্লে। অচুগী তুংদা তোপ্ তোপ্! তুপ্ তুপ্!—হু হু! নোং লাক্লে। কুন্দ! কদাইদনো চৎকদবা?

নোংথাং মঙালদা লম্বেল মপান্দা কুন্দনা চন্নবা য়ুম অমথক উরকই। য়ুমগী অকোন্নবদা লৈপল লৈ; লৈপলচুদগী শাইজিন মচেৎ থজিক্তং

হাইখ্রকই ; কুন্দনন্দিনীনা চংশিনক্তুনা মহূদা থুপ্লবা খোঙ মনাক্তা কপ্লরে ; খোঙহুদা ঙাখরক্লে। খোঙহ হেক ঙাখবদা মখোল অমা খোকই। মুখুহ ত্ত্বমদে, খোঙগী মখোলহ মহাক ভায়। মুখুহনা খল্লি, নোং মংশিং ওইরম-গনি ; অতবু মাগী খোঙজিন্দুদা হুই অমথক হিপ্তুনা লৈ, হুইহ কৌগত্তুনা খোংগংলক্লে। মহ তাবদা মুখুহ অকিবা অমা পোক্লে। চিংনরহুনা খোঙ হাংদোক্লগা য়েংবা খোক্লক্লে। মহূদা মানা উরে, চংলকম লৈত্রবী মুপী অম-খক। মানা হংলকই, "কনানো নহাকপু ?"

কুন্দ না ঙাংদে।

"কনানো মুপী নংবো ?"

কুন্দনা হায়রকই, "নোং ওহাক থুপ্লিবনি।"

মুখুহনা রায়া লাংভকনা হায়রকই, "কপ্রি ? কপ্রি ? কপ্রি ? কপ্রিনো নংনা হৌজিক হায়রবো ?"

কুন্দনা হায়রকই, "নোং ওহাক থুপ্লিবনি।"

মুখুহনা অমুকা হেন্না লাংভকনা হায়রকই, "খোঙ্গেল অহ ঐনা খঙব-নিনা। ইসে চুপ্নেদনা ? লাও লাও ইমুং চংলকউ।"

মুখুহনা কুন্দবু ইমুংদা পুশিনখ্রে। মৈ হৌগত্তুনা খাওমৈ থাদংলে। মহূদা কুন্দনা উরক্লে,—হীরানি।

হীরানা হায়রকই, "খঙলে,—চৈরহুনা চেল্লকপা ওইরিনি। কিক্ম লৈতে। ঐ কনাদস্থ ভাকখোক্লোই। ঐগীসিদা নোংমা নিনি অহুক লৈয়ু।"

---

## তরাআপললশুক্না অতাং
# হীরানা শাওব।

হীরাগী মুমদি লৈপননা কোইশিল্লি। কিহনিং কিহনিং ভৌরবা কা অনি লৈ। মহূদা রায়া য়েক-খোংলি—খবাল য়েকই - লাই য়েকই। ওমাংহ তক তক রাই ভৈ—নাকল অমদা মরোয় খরা থাই, মহূগী মনাক্তা শনাপ্লৈ,

মালিকা, গোলাপ হৌখি। বাবুখোইগী মাঙী মখামক্তা লৈ চারা-শিং পুন্নক্ত্না থাবিরম্বনি—হীরানধু হায়রবদি, লৈকোল পুম্বা পুম্পু-পুন্নক্ত্না মাগী তমাং-তুদা থম্বিরগদৌরিবনি। মাঙীনা মলিদা ভোংজরিবা হায়রবু, হীরা মখুং-মক্তা হিদাক হান্দুনা হান্দুনা পিথকই। হীরাগী খুজি অমুবা শিরবা খুত্তুনা হিদাকফু পায়রতুনা মাঙীদা লানশিন্নি, মাঙীনা মমুমদা হনথ্রগা অহিংচুমা মতুঙা নিংশিংতুনা লৈ।

হীরাগী ঘুমতুদা হীরাগী মমা-মরীগী মথেম্বোক অমগা হীরাগদমক লৈ। কা অমদনা মথেম্বোক, কা অমদনা হীরা তুম্মি। হীরানা কুন্দবু মাগী মনাক্তা কমুং থাবিতুনা অহিংচু তুমহল্লে। কুন্দ হিপ্তি হিপই—তুমথবদি য়াদ্রে। মথংগী নুমিত্তা মাবু মকমতুদা অতন্মক থনম্মে। মানা হায়, "ঙসি নোংমা নিনি মকম-সিদা অমুম লৈয়ু; শাওনিংবতু থরা ফবক্লগা কয়ে, কত্রগনা নংনা চৎনিংবা মকমদা অতুম্মক চৎখো।" কুন্দ লেংদনা লৈরে। কুন্দনা হায়বা মতুংইন্না মাবু লোত্তুনা থম্মে। কাচু খো লোনশিন্নি, মথেম্বোক্তা উদনবা। অতুদগী বাবুখোইদা থবক নোম্বা চৎখ্রে। চুংথিল য়ুথক অনি য়োরকপদা মথেম্বোক্তা ইরুজবা চৎখ্রিঙৈদা, হীরা হল্লক্তুনা কুন্দবু ইরু-মাইথঙহল্লগা পিজ-পিথক্লে। অতুদগী অমুক খো লোনশিল্লগা চৎখ্রে। অহিংদা হল্লক্তুনা খো হাংদোক্লগা মখোই অনি কমুং থারগা তুম্মি।

"ক্রিক—ক্রিক—ক্রোক—ক্রোক—ক্রাক" মপাল খোঙগী পুণাচু য়াম্না চেকশিন্না নিক্লকই। হীরা ঙকই। মী অমথক্তংদি অহিংদা অতুক পুণা মথক মরক্তা নিক্লকই। মীতুদি বাবুখোইগী খোঙভাকপনি, অহিং কোইলাও লাওবা চৎপদা পুণা নিক্লকপসু মরাওই। অতুবু মাগী মখুত্তুনা নিকপা পুণাদি অমুক মখোল চংশিদে, মখুত্তুনা নিক্লকপদা পুণানা হায়রকপদি, "থ্রোক-থ্রাক-থ্রোক, নপেন-মকোক হৌগৎলুখা! থত্রক—থত্রক—থত্রং! পোয়োল শৎলু নত্রগা ইনথাইগে গ্রুং গ্রাং!" মসি নত্তে পুণাগী মখোলসিদি। পুণানা হায়রিব-সিদি "কিত্রিক—কিত্রিক—ক্রিক! য়েংসি কদাই ঐগী হীরা। ক্রোক—

ক্ষোক—ক্ষিক ! হোৌগৎলো ঐগী হীরাখোই। জ্রিং জ্রিং ঝিনি—ঝিনি—জ্রিং—লাক্লোনে ঐগী হীরা মণি ।" হীরা হোৌগত্তুনা ঙেংবা লাক্লে ; মপাল-থোঙ হাংদোক্লকপদা উরে, মুপী অমথক্তি। অহানবদদি শক হেক থঙউত্রে, মতুংগী খুদক্তদি থঙলক্লে—"হাইমা গঙ্গাজল নত্রা ! লাইনক থবাল শাং-লেমনা !" হীরাগী গঙ্গাজল হায়ব্রিবীসি মালতী গোয়ালিনীবুনি। মালতী গোয়ালিনীগী ময়ুম দেবীপুরদনি—দেবেন্দ্রবাবুগী ময়ুম মনাক্তনি—য়াম্না খঙাং মুংঙাইবী মুপীনি। চহিনা কুন্থ্রা কুন্থ্রামাথোইরোম হায়রক্লে, সাড়ী শেৎলীবি, খুদাংদা খুজি মথাঙ, চিনবান্দা পাণাগী ঙাঙ্ঘ্রাবা। মালতী গোয়ালিনীদি হাইরপ ঙৌক্নৈ—মুংশানা হাইকেৎ কাহৎলি—মমাইদা ঙাংশং ঙাংশং ঙাং-বা দাগ লৈ, নাতোল নেম্নি—লাইবক্তা কোক্ত্রবা অমুবা নম্নি। খাম্নাত্তু হিদাকমনা উষগী চপশিল্লি। মালতী গোয়ালিনীদি দেবেন্দ্র বাবুগী মনাই নত্তে—তাংজবীস্থ নত্তে—অদুবু হায়বদি য়াম্না ইল্লি য়াথং অয়াম্বা মীনা ঙম্ম-দবহ্ন মালতীনা হেক হেক পাঙথোকই। মালতীবু উবদা হৈ-শিংলবী হীরানা হায়রকই, "ইবেম্মা গঙ্গাজল ! নোঙ্গায়মদাইদা নংবু পামজবনি, অদুবু হৌজিক্তি করিগীনো ?"

গঙ্গাজলনা লোল্লপ্না হায়রকই, "নংবু দেবেন্দ্রবাবুনা কৌরি।" হীরানা থঙশিন্নদনা নোক্লগনা হায়রকই, "নংগী থরদং কায়গদবা লৈত্রা ?"

মালতীনা মধুদোনবী অনি হীরাসা চক-লাওনা খিলহনা হায়রকই, "চয়োদহাই মসিমা ! নপুক্লিংগী বাবু নংতনা থঙজবহনঙাই ! চত্তুম চংসি।"

হীরানা পামজবস্থ অত্তনি। কুন্দদা হায়রকই, "ঐহাক বাবুথোইদা চংলুবা তারি—কোবা লাক্লে। করি থবক্তীবু ওইরমগবনো থঙল্লে ?" অসি হায়রহনা থাওমৈহ্ন মুথৎলে অমস্তুং অয়বা মরক্তা হৈ-শিংনা মশম-মনা মকী-ময়োল তনান তনান শেৎচিল-ইন্‌শিলহনা মালতীগা লোইননা থোঙশাজক্লে। মবানিমক অমবহ্নদা ইপৈ ঙংমিন্নরক্লে—

"পুক্লিং তাজবা রত্ন কংলগা থমজনি চেকশিন্না।

সমুদ্র শিংলগা নাগয় থুম্নি থাগ্রবস্থ থবাইনা ॥"

অস্থুয়া শক্ল-শক্লহুনা চৎলক্লে।

দেবেন্দ্রগী পোশাকম কাদা হীয়া মথন্তমক লাক্লে। দেবেন্দ্রদি মতমহুদা দেবীহু ইয়াংলম্নি; অদুবু ওলিদি মচিৎ ওইনা তৌয়ে। জান হাইকেৎ মতাই। হীয়াবু ওলিদি অতোপ্পা মওংগী মিশৌ শিজিন্নরক্লে। স্তবস্তুতি কম্নিমতা য়াওত্রে। মানা হায়য়কই, "হীয়া, নহাক্লহুদি ঐহাক থু য়ায়া থক-মনখিহুনা নংগী বা অমতা নিংখিনা ভাব তাখিত্রে। কম্নিগীদমক্তা লাক্লথনো হায়বহু থওনিংহুনা নবু কৌহম্নবনি।"

হীয়া। ইবুঙোবু অহুক থুক্লমজনিংহুনা লাকচয়থনি।

দেবেন্দ্র নোক্লক্লে। হায়য়কই, "নংসি ওহোক্লা লৌশিং লৈবীনি। মথাই-বক ফবনা নগেন্দ্র বাবুনা নংগুবী মনাই কংজম্নিবনি। থওলে, নহাক হরি-দাসী বৈষ্ণবীগী মথী মথোঙ থিবা লাক্লথনি। ঐগী পুক্লিংগী বা থওগে লাক্ল-থনি। কম্নিগীদমক্তা ঐনা বৈষ্ণবী শাম্নিবা, কম্নিগীদমক্তা দত্তথোইগী মযুমদা চৎলিবা হায়বহু থওননবা লাক্লথনি। মহু হাইকেৎ-লাকফেৎস্থ মথওত্রে। ঐস্থ নঙোম্দা মহুগী বাহু থুম্লোই। নহাক নবুঙোগী থবক পাঙথোক্লহুনা নবুঙোদগী মনা-মথুম শোইদনমক কংলম্লসনি। হৌজিক্তি ঐগীস্থ থবক অমতং তৌ, ঐস্থ মনা পিগনি।"

মহাপাপ্তা লুপ্নবা মীশকশিংগী মম্নমচৎ, গুপাইনা শেংনা ইবা হায়বসি য়ায়া অম্নাবগী মশক্তি। দেবেন্দ্রনা হীয়াদা শেল য়ায়া পিগনি হায়বগী অপাবা উত্তুনা কুন্দবু লৈনমবা লাক্ময়ক্লে। মহু তাবদা শাওবনা হীয়াগী থবাল মানবা মম্নিত্তু ঊগুম্না তৌয়ক্লে—মুংশাথম্ন ফুইনা ফুইনা হোলক্লে। হীয়ানা ফুক তৌগৎ-লগা হায়য়কই, "মহাশয়! ঐসি মীনাইহুপীনি হায়হুনা অহুগুবা বাকম তাকপি-ম্নিবনি। মসিগী পাওথুম ঐনা পিবদি ওস্নয়োই। ঐগী ইবুঙোদা হন্নথকে। মানা মসিগী মতিক চাবা পাওথুম পিয়ক্লনি।"

অসি হায়য়গা হীয়া কীংনা চৎখ্রে। দেবেন্দ্রহু ওহাক মথথাই মুংঙাইত্রহুনা

অমস্থুং নিঙবা কায়রক্তনা তুমিন্না লৈরে। মহুগী তুংদা মথবাই পেন্না ব্রাণ্ডি গেলাস অনি থকচিল্লে। অহুদগী মওং চুমরুক্তনা তন্না তন্না শকৎলক্লে—

"লাক্লন্দি—চৈ-চাম্রবী ষণবী
অতোপ্পা যগোলদা দানা চানবা—।"

## কুনশুবা মতাং

# হীরাগী কলকপা

অমুক্তা হৌসৎলগা হীরা থবক চৎখ্রে। দত্তখোইগী ইমুংদা হুমিৎ নিনি-চুম্না ওম্বোক্না লাংলে, কুন্দবু খিবা ফংখ্রে। ইমুংগী মীপুম্বনা থঙলৈ, মহাক শাওহনা চৎখিবনি,. কৈরোই লৈকাইগী মীদি থম্মনা থঙই, থম্মনা থঙদে। নগেন্দ্রস্থ তারে, কুন্দ মুম থাদোক্ক্‌না চৎখ্রে—করিগী চৎখ্রিবনো, মহু কনানস্থু মতোন্দা তাক্কে। নগেন্দ্রনা থল্লকই, ঐনা হায়খিবা বাহু কুন্দনা তারক্তনা ঐগী ·মুমদা লৈবা চুমখ্রে থন্দুনা চৎখিবা তাই। অহু ওইরগনা, কমলগা চৎ-মিন্নখিব্রিবা করিগীনো? নগেন্দ্রগী মাইথোংহু ইমক মকশিন্দুনা লৈখ্রে। কনামতা মাগী মনাক্তা চংবা ঙম্মদ্রে। সূর্য্যমুখীগী মন্নাল করি লৈ হায়বদি মহাক করিমতা থঙদে, অত্থবু সূর্য্যমুখীগা বা-লাং ঙাংনবা তৌখিদ্রে। থুল খুদিংদা লৈকাই খুদিংদা কুন্দনন্দিনীবু থিনবা অয়োনবা হুপী থারে।

সূর্য্যমুখীস্থ শাওহনা নত্রগা কল্লকপনা খুহুম চনখিহনা হায়নিংবা কয়া হায়খ্রবস্থ, কুন্দনা লোম্না চেনখিবগী বা তাবদা মথবাই য়াম্না হুংঙাইত্রে। অহুগী মথক্তা কমলমণিনা চংথোম্না হায়, দেবেন্দ্রনা হায়বা বা পুমহু থাজবা য়াবা বা শুকনং নত্তে। ময়মদি, দেবেন্দ্রগা লোম্নবু হুংশিনরবদি কনাস্থ থঙদ-তাদবা কৈদোংহুংদা লৈত্তে। অহুগা কুন্দগী শাজত্তদা অহুওম্বা লৈরমগনি হায়বসিস্থ ওইথোক্কবনি। দেবেন্দ্রদি মু ঙাওবনি, মু থকচিন্নগা শেরান-তুম্নান পংঙাং ঙাংজবনি। সূর্য্যমুখীহু হায়রিবা বাকমসি য়ানিংলে, অহুনা নিংঙমদবহু থম্নগা অমুক হেনখ্রে। মহুগী মথক্তা মপুম্নোইবনা থৌওইবিদবহুনা

অমুক হেন্না মথবাই চাকখ্রে। চামম্বক হন্না কুন্দবু চৈবা হৌরক্লে। লিপিং-লক হন্না মপাবু চৈজরক্লে। মহাকম্বু কুন্দবু খিনবা মী থারক্লে।

কমল কলিকাতাদা চৎপা মৈথোক্লে। কমলদি কনাবুসু চৈ থাংবা তৌত্রে—সূর্য্যমুখীবুসু খুজিন মকৈ অমকাওবা ঙাংবা তৌত্রে। কমলনা মঙক-খমদগী লিক্তু লোথোক্লগা ইমুংগী মী পুম্নমক্তা উৎলহনা হায়রকই, "কুন্দবু পুম্নকপা ওখা মীহুদা লিকসি পিগনি।"

পাপচেনবী হীরাহু পুম্নমকসি তানা তানা উনা উনা কম্নিওবা অমতা হায়দোকপা তৌত্রে। কমলগী লিক্তু উবদা অমুক অমুক অপাম্বদি পোক্লকই, অহুবু মহাক মপুক্লিং কাথহনা থমখ্রে। হুমিৎ নিনি চনবদা থবক-ইংথাং লোই-রগা হুংখিল মুথক অনি য়োরকপদা মবেখোক্লা ইরুজবা মতমনি খঙলহনা কুন্দবু পিজ-পিথক তৌরম্বে। অহুদগী অহিংদা হল্লক্তুনা মবানিমক কমুং থাহনা তুম্লে। কুন্দসু হীরাসু কনামতা তুমথবদি মাত্রে—কুন্দদি মথবাই হুংঙাইতবনা তুম্বা মাদবনি। হীরানা মপাগী অবা-হুংঙাইগী বাথন্দা তুমদবনি। মহাকম্বু কুন্দগুম কমুংদা হিপ্না হিপ্না বাথল তৌরি। মহাক্লা খল্লিবা বাথম্দুদি, চিন-সিদা পনবা মাদবা বানি—মাম্না থুপ্নবা বাকমনি।

হে হীরে! ওম্বোকইদা! হীরে! নপক হায়ম্ন পংথি খিবা নত্তে—চহিসু নৌরি, অহুবু খম্মোইম্নুংদা অস্থক লোনম-লোথুপ চেনবদি কম্নিগীনো? কম্নিগীনো? নোংদম্বনা মঙোন্দা লোনম্বিবদি কম্নিগীনো? নোংদম্বনা মাবু লোনম্মে, মাসু অতৈবু লোনম্বা পাম্মি। হীরাবু সূর্য্যমুখীগী কম্ফমসিদা কম-হল্লবদি হীরাগী লোনম-লোথুপসি লৈগদ্রা? হীরানা হায়, "লৈম্বোই।" হীরাবু হীরাগী কম্ফমদা কমহনবদগী হীরানা হীরা অহুম্বক ওইবনি। মীনা হায়, "ওম্নমক কত্তবগী দোষনি।" কত্তবনা হায়, "ঐ অকবা মী ওইজরম্ন-গদবনি—অহুবু মী অতৈগী দোষতগী কত্তবা ওইরবনি।" মীনা হায় "মঙানা তরেৎ ওইত্রিবসি কম্নিগীনো?" মঙানা হায়, "ঐ তরেৎ ওইজরমগদবনি—অহুবু অনিগা মঙাগনা তরেৎনি—নোংদম্বনা অমদি নোংদম্বনা থেম্বা

মীওইবনা ঐঙোন্দা অনিদং হেন্না পিবিরম্রবদি, ঐহাক তরেৎ অহুমক ওইখ-ময়গদবনি।" হীরাসু বাখল অসোমদা চৎথরি।

হীরানা থল্লি,—"হৌজিক করি তৌনি? ঈশ্বরনা খুদোংচাবা পিবির-বনিনা ঐ ইশাগী দোবনা মাওহনবদি চুমদ্রে। অসোমদা কুন্দবু দত্তগী ইমুংদা হন্না পুহনা চৎলবদি, কমলনা লিক পিগনি, মুখুরেনবীনসু থম্না পিগনি—বাবুসু করিগী পিদনা তোক্কনি? অদুগা অসোমদা অমুক কুন্দবু দেবেন্দ্রবাবুগী মথুত্তা শিন্নরবদি, ময়েক ওইনা লুপা য়াম্না ফংগনি। অদুবু মহুদি থবাইনা লৈরিমথৈদি ওম্মোই। ঙাইখো, দেবেন্দ্রনা কুন্দবু য়ান্নামক হেক্তা ফজনা উগ্র-বরা? ঐখোইদি হকচাং তেকপমথৈ নোমজনা হিংনবা হোৎনৈ; ঐখোইসু করিগুম্বা অফবতা চারবা, অফবভা শেৎলবা, অয়েকপা বিবিগুম ইমুংদতা য়ান্দুনা থম্রবা, অদু ওটরবদি ঐখোইসু মখোইগুম্বী মওইগদবনি। অদুবু কুচু কুমেন ফোংলাওনবী, য়াঙ্গংবী, মিংলংবী মাগুম্বনবু দেবেন্দ্রবাবুগী মপুক্লিংগী বা করম্না খওজবা ওমগনি? লৈখোম নত্রবদি থম্বাল লৈরাং শাত্তে, অদুগা কুন্দ নত্রবদি দেবেন্দ্রবাবুগী মপুক্লিং গুমহৎপা ওমদে। মাগী মাগী মরাইবক্তা তমগ্র-বনি, ঐনা করিদা শাওফম লৈ? কৈদোদনা শাওব্রিবনো? ওম্মোকপনি লাইবক! থম্মোইদা খুদোনবী থিন্দুনা তাক্ল্দনবু করি কান্নথিদগে? মুংশি-মুংওনগী বা তারগা নোক্লম্মিবনি। হায়রম্বনি, মপাম্মোংদা অহুক পংঙাং ঙাং-জবনি, মীনা পংহায় হায়জবনি। হৌজিক্তি অমুক নোকপা য়াদ্রে। পুক্লিংদা থল্লম্মি, মুংশিজবা মীহুনা মুংশিজসনু, ঐতদি কনাগুম্ববুসু কৈদোম্মুংদা মুংশি-রোই। ঠাকুরনদি হায়রিনি, ঙাইখো, নং কুম্মে তৌগে! মমৈথংদদি বণ-বুনা বণ হুরানবদা তারে। অতোপ্পগী হুরানবা ফাগে হোৎনরুবদা ঐগীহুম থল্লাই হুরানগ্রে। কয়াদা ফজগ্রবা শককমনো! কয়াদা নিংথিগ্রবা শাবাম্মো! কয়াদা মুংশিগ্রবা খোঞ্জেলনো! অদুগুম্ববু কনাগুম্বগী লৈরম-লাক্লমগদ্রা? অদুগা পুক্ফত্ত অহুনা ঐঙোন্দা হায়রবা শারি, কুন্দবু পুরকউ। অতৈদা হায়-ফম লৈত্রবদোনা! পুকফত্তবু মনাতোন্দা কিন্নহুম গুনিংই। মনাতোন্মুদা

কিন্না হেক গুয়গত্তা পেনগনি। কান্নদবা যানি, যায়েম থোৌরেম্নি। হায়রিবা যাসি ধর্ম্ম কায়বা থবক্নি। হন্দক মপোক্পী অবা-মুংঙাই পুম্বদি ঈশ্বরদা শিন্ন-থোকখ্রে। অদু হায়দুনসু কুন্দবু দেবেন্দ্রগী মথুক্তা শিন্নবদি ওস্মোই। যা অসি থন্নবদকাও থোইদৌ শাওগৎলি; অহোইনদুম কুন্দবু কৈদৌঙ্নুংদা মাগী মথু-বাক্তা তাদনবা ঙাক্নগে। করম তৌরবদি হায়রিবসি থোক্নি? কুন্দনা হান্না লৈরম্বা মফমদুদা অদুম্মক লৈরবদি মাগী মতিক লৈতে। মহাক বৈষ্ণবী শাগে শাসন্থ, বাসুদেব শাগে শাসন্থ, যুমগ্নদদি শম্না মকৈ অমফাও লিৎশিন-কম লৈরোই। অদুদি মফমদুদা কুন্দবু অমুক হন্না থন্নু বদা তাই। অদুবু কুন্দদি চৎসি য়ারোই—মহাক অমুক যুমদুদা হৃঙ্গিন্নিংবগী বাথল লৈতে। অদুবু মন্নাম চংদুনা "ইবেম্মা ফজবী—" ককা হায়জিন্দুনা কম্না থেন্নবদি চৎ-পস্থ মন্নাই। অদুবু ঐগী পুক্নিংগী বারোল অমদি লৈ, মদু ঈশ্বরনা করম শীনবিগনি? সুর্য্যমুখীগী হাইগংপা মঙক্তু বু থরদংদি মনোম্বগত্রা? ঈশ্বরনা ওইহনবিবা মন্নাই। অদুগা, সুর্য্যমুখীবু ঐনা অসুক থীনা শাওরিবসিগী মরম্না করিনো? মহাক্তি কৈদৌঙ্নুংদা ঐগী ফত্তনবা শীন্দে, অহোইনদুম লুনা-চান্না তৌই, ফনবতা শীল্লি। অদুদি করিগী শাওক্নরি? মদুবু হীরানা ইথঙ মথঙ-ত্রবরা? হীরানবু খঙদবা লৈত্রনে? করিগীনো হায়রা? সুর্য্যমুখীদি মুংঙাই-য়াইকৈ, ঐদি লাইরৈ-নংই, অদুনা ঐনা শাওনিংবনি। মহাক্না অচৌবনি, ঐনা মচানি—মহাক্না মপুনি, ঐনা মনাইনি, মরম অদুনা মাবু ঐনা শাথীনা শাওবনি। অদুবু বাথল অমম্নোমদা, ঈশ্বরনা মাবু মুংঙাইয়ু তম্বিরক্লবনি হায়রবদি, মাগী দোষ করি লৈ? ঐনা মাবু করিগী কল্লকফম থোকই? মদুদা ঐনা অমুক হায়রবদি, ঈশ্বরনা ঐবু কল্লকচাওবী ওইনা শেম্বিরক্লে; অদুগবু ঐগী করি দোষ লৈফম থোকই? অদুম ওইনমক ঐ কামদবদা মাগী ফংত্তনবা শীনবদি পামদে, অদুগা মাগী ফত্তনবা শীল্লগা ঐগী ফগদবা লৈরবদি, করিদমক্তা তৌরোইদগে? ইশাগী য়াইফনবা শীনদবসিবু কনা য়াওবগে? অদুবু খন্দুনা অদুক য়েংখিগে করখনা ফরিবা। হৌজিক ঐহাক লুপা থরদং

পাম্মি; অমুক মীনাইগী থবক তৌবসি ঙম্মক্তে। লুপাদি কদাইদগী লাকনি? দত্তগী ইমুং নত্তনা লুপা কদাইদা লৈরুনি? অতুনদি দত্তগী ইমুং-দগী লুপা লৌনবা লৌশিংদি,—মন্নাম্মক থঙনরে, কুন্দবু নগেন্দ্রবাবুনা মিত্তারে—বাবুদি হৌজিক কুন্দ-মন্নদা লাইনিং ওইখ্রে। অচৌবা মীদি নিংঙকপা ঙংঙমা হেক্তমক পাঙথোকপা ঙম্মি। ঙমদ্রিবসি সূর্য্যমুখী লৈবত্তননি। করি-গুম্বা মবানিসি শাওনহনবা অমা পোকহল্লবদি সূর্য্যমুখীগী মৌওন্না থোইনা অমুক পঙতা তাররোই। অতুদি হৌজিক মবানিসি শাওনহন্নবা ঐহাক শীনবা তাই।

"অতু ওইরবদি বাবুনা পোৎচ· অমত্তা চিথদনা কুন্দবু পুজা তৌবা হৌরগনি। হৌজিক কুন্দদি তবঙ তবঙবী গুপীমচা ওইরি, ঐনা লৌশিং তারবী গুপীনি, ঐহাক কুন্দবু থীন্দনমক মপুক্কিং ফাবা ঙমগনি। মরকসিদা মসিগী অন্নাবহু খুং চন্দুনা লৈরে। নিংথ নিংলবদি, ঐনা অপাম্বা মওংদা কুন্দবু চংহনবা ঙমগনি। অতুগা বাবুনা কুন্দগী পুজাবু তৌবা হৌথ্রবদি, মহাক কুন্দগী য়াথং ইনবা হায়বতুমা ওইরগদবনি। অতুনা পুজাগী মপোৎ মচৈ থরদি ঐসু শোইদনা ফংলগনি। মীনাইগী থবক তৌররোই হায়রবদি, হায়রিবসি থোক্লগত্তা ওইগদবনি। য়েংসি, ইমা দুর্গানা করি করম শীনবিবা। নগেন্দ্র-দা কুন্দনন্দিনী পিরগে। অতুবু হৌজিক হৌজিকমক্তি নত্তে।. হান্না অতুক হুমিৎ থরনিদং লোত্তুনা থন্নগা য়েংখিগে। হুংশিবনা চংথোন্না মুল্লকপদি কায়নবদনি। কায়নবসিনা বাবুগী হুংশিবসি মুল্লরুগনি। তাঞ্জাতুদা কুন্দবু পুথোক্লগা পিগে। মতু ফাওবদা সূর্য্যমুখীগী মরাই চাইত্রবা, মরাইবক ফথ্রবী হায়বতুনি। মতম অতু য়ৌত্রিফাওবা ঐহাক কুন্দবু হৌগৎ-কমথহন্ তৌতুনা হকচাং শাক্কেল তৌহল্লগে। অহানবদা ইবেম্বোকপু কামারঘাটাদা থাখিবা তাই; নত্রবদি কুন্দবু লোত্তুনা থম্বা অমুক য়ায়ক্লোইদৌরি।"

অসুম্না ভাবনা শায়তুনা পাপচেনবী হীরাতু হায়রিবসি থোক্লবা থৌরাং তৌরক্লে। লৌনম তৌতুনা মবেম্বোকপু কামারঘাটা খুলদা মরী মত্তা অমগীদা

থাগ্রে অমসুং কুন্দবু য়াম্না লোয়্না মাগী মযুমদা থম্লক্লে। কুন্দহ্ন, মানা য়াম্না চেকশিন্না ন্দুনা তৌবা অমসুং মপুকচেল ভিংবহ্ন উবদা মপুক্রিংদা থম্লকই, "হীরাগুনী হুপীলি তেংবাঙ্গা অতৈ অমা লৈতে। কমলনাকাও ঐবু অন্নুক হুংশিবিদে।'

---

## কুন্দমাথোইগুবা মতাং

# হীরাগা থৎনবা—হু পাম্বীগী ময়োল

অসিবুদি অসি ওইরে। কুন্দদি কাবা য়াগনি। অদুবু সূর্য্যমুখীবু নগেন্দ্রগী মিৎ-নাহল্লবা মীশক অমা ওইহল্লবদি করিমতা হুক্কান কায়রোই। অহানবমক্তদা তৌগদবা থবক্তি মহুনি। হীরা হৌজিক্তি মথোইগী ভংনদ্রবা থম্মোইহ্ন খাইদোক্লবা কয়া লাক্লক্লে।

লোংমা লোংঙাললকপদা পাপী হীরানা মবুণোগী য়ুমদা লাক্লুনা ইমুংগী থবক ইংথাং ওরি। কৌশল্যা কৌবা মীনাইহল্লপী অমসু দত্তগী ইমুংদা থবক তৌই, অদুবু মহাক্না হীরাবু মথোইগী লুচিংবীনি অমসুং মবুণোগী নুপীগী অয়েখা খুনবীনি হায়দুনা মপুক্রিংদা কল্লকই। হীরানা মঙোন্দা হায়রকই, "ইবেম্মা কুশি! ঙসি ঐগী ইশাসি কয়া নুংঙাইতে, নং ঐগী থবকশিংসি থরা তৌথোকউনা?"

কৌশল্যানা হীরাবু কি, মরম অদুনা য়াদবা ঙমদহ্ননা হায়রকই, "তৌগে কৈদৌগে। মীওইবা হায়বসিমক্তবু অনা-অয়েক হায়বসি ইয়াও-ময়াওন-রকপা ঙাকনি—মপু অমত্তগী মনাইনি—করিগী তৌরোই?" হীরানা খল্লি-বদি কৌশিল্যানা খুম্লিংবা অমা খুমজরকসহ্ন, মদুদগী লৌশিং তৌদুনা হেক্তা থংনবা হৌগে অসিনি। মরম অদুনা খুদক্কুদা মঙক হাইরদুনা ঙংল ঙংল-দুনা হায়রকই, "করি হায়বা কুশি, নত্তিক নত্তনা নঙন য়াম্না হাগ্লেনা?

করিগীনো ঐবু চৈরিবা !” কৌশল্যাড ঙক্লহুনা হায়রকই, “হাইমাইপেম্মা ! ঐনা কদাইদা চৈংথ্রবা ?”

হীরা। এঃ ঙক্লেদা ! কদাইদা চৈংথ্রবা হায়বস্থু শারি ? নং হৌজিক্তা অনা-অয়েক হায়বহুদি করিনো ? ঐসিবু-শিদোয়রবনে ? ঐগী ইশাগী অনা-অয়েক য়েংবিরিবোইরে, অদুগা মীওোন্দা উৎপিদোরিবা, নংনা থৌজানবি-রিবনি হায়হুনা। নংহুম নশাহু তিনজং কাইজংবা ওইখৌ।

কৌ। হোই মহু ওইজরগে। অহুবু কৈদোদনা অহুক শাওরিবগে ? নোংমদি শিগদবা মযৈরবনি—যমনা নংবুস্থু চিথরম্মোই, ঐবুস্থু চিথরম্মোই।

হীরা। নংবুদি অমুক য়াহৌরকপদা হেক হেক কাওদবা ওইসহু। নংনা ঐসিবু ওম্মোক্লা কল্লকথ্রবোইরে ! কল্লকু না অহুম্মক শিজখ্রো ! খিৎ থুনা শিবিখ্রো ! মাঙবিখ্রো ! তুম্বিখ্রো ! য়েংজনিংগ্রে, মিংসি ওম্মোক্লা নারে।

কৌশল্যা তাহুনা অসুম্মক লৈবা ঙমশিল্লক্তরে। মাস্থু মিহুন কাঙলক্লে। হায়রকই, “নংহুম মিং নারে। নংহুম হায়া শিবিখ্রো ! ময়া নংবুতা কৌরক্ল-সহু। চিহ্নিবী ! চয়দবী ! শকথিবী !” থৎনবগী মরমদদি হীরাদগী কৌশল্যা-না হৈ-শিংবা য়ায়া হেল্লি ; অহুনা হীরাহু মাইয়োক্লবা ঙমদ্রে।

হীরা মবেম্মগী মকমদা বাকৎপা চংগ্রে ; চংলমদাইহুদা কনাগুম্বনা হীরাগী মাইথোংহু য়েংশিল্লুবা য়াওরবদি, মহাক তম্না উবা কংগনি, হীরাদা শাওনিংবগী মমি অমতা তাদে, অহোইনহুম চিনবান নাকচিদা মোমোন মীনোক্তু ম লৈতেংই। হীরানা সূর্য্যমুখীগী মনাক হেক য়োরকপা মতমদদি শাখীনা শাওবগী মতৌ ওনগ্রে অমস্তুং অহানবমক্তদা হুপীগী ওইনা ঈশ্বরনা পিনবিরবা থুংলাই থাহুনা হায়বদি কপ্তু না মাইকৈ শলাই থঙহনগ্রে।

সূর্য্যমুখীনা বাকৎলরিবা বাকমহু কুপ্পা খিজিন্দুনা হৌনবী বিচার তৌরে। মহাক্তা থঙলে, হীরাগী মরাম্নি, অহুমকপু হীরানা হায়জবদগী কৌশল্যাবু

থম্মং য়ারক য়াত্তেম তৌরে। হীরানা মত্রদা পেন্দ্রহনা হায়রকই, "সুপীসি তাম্বোকপিগ্রো, নত্রবদি ঐ লৈজয়রোই।"

য়াসিদা সুর্য্যমুখীহু হীরাবু শাওবা হৌরক্লে। হায়রকই, "হীরা, নং মথোই য়াম্না কাখৎলক্লে। নংনি অহানবদা চৈরুম্রিবদি—লাল্লিবদি নহাক্লি—অহ্নবু নংগী নৌওয়া লৌহনা মাবু তাম্বোকদবা? ঐ অহ্নবা অয়ানবা থবক্তু তৌবা ঙম্মোই—নং চৎনিংলগা অতম্মক চৎখিবা য়ানি, নংবু থামদে।"

মত্রমক্লি হীরানা পাল্লিবা; থুদক্তুদা "ফরে চৎলে" হায়রম্লগা মপিনা মথবাক পুমচোৎ চোৎহন্দুনা মপালগীকাদা বাবুগী মনাক্তা য়োরক্লে।

বাবুদি পোথাকম কাদা মথক্তা ফম্লি। হন্দক ময়কসি মথন্তমক লৈ। হীরানা কপ্পত উবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "হীরা, কপ্লিবা করিগীনো?"

হী। ঐগী থাগী কংজগদবা থয়দংহ হিসাব তৌহনা পিথোকপিনবা য়াথং তৌবিয়ো।

ন। (ঙক্না) করিগী? কৈদোয়বগে?

হী। ঐবু তাম্বোকপিরে। ইবেম্মানা ঐবু চৎলো হায়রে।

ন। নংনা করি তৌরুহনা?

হী। কুপ্পীনা ঐবু চৈ—ঐনা য়াকৎচৈ। অহ্নবু ইবেম্মনা মাগী মবাহুতা লৌবিহনা ঐবু তাম্বোকপিরে।

নগেন্দ্রনা মঙক হাইয়-হাইয়হনা নোক্ল নোক্লা হায়রকই, "মত্রদি লৌবা য়াবা বা নত্তে হীরা, থাঙ্গেশেংবত্র ভম্ম।"

হীরানা মতমত্রদা তিংনা হায়রকই, "থাঙ্গেশেংবা হায়ববু ঐ লৈজয়রোই।"

ন। করিগী?

হী। ইবেম্মাগী বাঙাংসি য়াম্না কাইদা চাদবা অমা ইত্তৌ তৌগ্রে—কনাদা করি ঙাংদোবা, অয়েপ্পা অমত্তা লৈত্রে।

নগেন্দ্রনা পিশুম শুক্লহনা খোল য়াক্লপা হায়রকই, "করিগীনো অহ্নদে?"

হীরানা হায়গে লাকপা বাড়, হন্দক্তি হায়রে। "নহাক কুন্দদা করি করিনো পংবায়রভা হায়খ্রে। মতু তাবদা কুন্দ য়ুম থাদোকখ্রিবনি। ঐখোয়স্থ কিয়ে, নোংমা ঐখোয়দসু করিগুম্বা অদুগ্না ওাংবিরক্কত্রা হায়না—অদুম তৌর-বদি ঐখোইদি হিংলরোই। অদুনা হান্না মাংজোননা চৎথোকচহৌরবনি।"

ন। করি করি হায়খ্রবা?

হীরা। মদুগী বাড় ইবুঙোদা তম্বা ইকাইজে হায়জরোই।

মসি তাবদা নগেন্দ্রগী মাইথোংদু থংমক মকশিনখ্রে। মহাক্না হীরাদা হায়রকই, "ওসিদি য়ুমদা চৎলো, হয়েং কৌহল্লগে।"

হীরানা নিংবা থুংলে। মহাক মসিগীদমক্তা কৌশল্যাগা চিন্দা পাও-দাননা থৎননবা লাক্লখ্রিবনি।

নগেন্দ্র হৌগৎলুনা সূর্য্যমুখীগী মনাক্তা চৎখ্রে। হীরাসু মখোঙ লোন্না লোন্না থাংদুনা মতুং ইন্নখ্রে।

সূর্য্যমুখীবু অচিকপা মকমদা পুরগা নগেন্দ্রনা হংলকই, "নহাক হীরাবু তাম্বোকখ্রবরা।" সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "হোয়।"

অদুদগী হীরা অমসুং কৌশল্যাগী বাকমদু মকোক্কগী চিথদনা তগ্রে। মদু তাবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "ফরে, মহাক মাঙজখ্রসদু। অদুবু নহাক কুন্দনন্দিনীদা করি করি হায়খি।"

নগেন্দ্রনা উরে, সূর্য্যমুখীগী মাইথোং লাংশিনখ্রে। সূর্য্যমুখীনা শেংলম-শেংফাওনা হায়রকই, "ঐবু করি হায়খ্রবগে?"

ন। করিগুম্বা থোন অকনবা হায়খ্রবরা?

সূর্য্যমুখী ওহাক তুমিন্না লৈখ্রে। মমৈথংদা হায়বা হৌনবা মাদু অদুম্মক হায়রে। হায়রকই, "ঐগী পুমশুপ শুপ্পনি নংদি। ঐগী হন্দক্কী মপোকসু নংনি, হয়েংমুক্কী মপোকসু নংনি। করিগীদমক্তা নংগী নকমদা লোৎক-দগে? কৈদোম্নুংদসু করিগুম্বা বা অমতা নঙোন্দা ঐ থুপলক্তি, ওসি করি-গীদমক্তা অতোপ্পা মীশক অমগী বাফমু নঙোন্দা থুপকদগে? ঐহাক কুন্দদা

অথিবা বা ঙাংখি। নহাক শাওনিংঙকপা পোকপস্থ থঙদে হায়দুনা নঙোন্দা ভগ্নিংমদুনা তমদবনি। ঐগী ইয়াল ঙাকপিয়ু। ঐহাক হৌজিক্তি পুম্নমক তম্লগে।"

অতুদগী সূর্য্যমুখীনা হরিদাসী বৈষ্ণবীগী মশক তাকপদগী হৌদুনা কুন্দনন্দিনীবু চৈথা কাওবা অমতা চিথদনা লোইনমক তম্লে। অদুদগী মমৈথংদা হায়রকই, "ঐহাক কুন্দনন্দিনীবু তাস্থোকথিবদগী ইশাবু ইশানা পোথাকম থঙহন্দবা হায়বদু ওইরে। লৈবাক খুদিংদা মাবু থিবা মী থারে। থিববু ফংলবদি, হন্না অমুক পুরকদবনি। ঐগী ইয়ালসি হকচিন্না লৌবিয়ু।"

মতমদুদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, 'নংগী থোইনা নয়াল' লৈতে, নহাক্না তারিবা কুন্দগী হৌনদবা মরমচত্তু তারবদা, কনাগুম্বী অচৌ-অথাং ইমুংগী সুপীনা মহাকপু নিংথি-স্থংঙাইনা ঙাংখিগদ্রা নত্রগনা ময়মদা অদুম্মক লৈহনখিগদ্রা? অদুবু বাকমদু অচুম্বরা চুমদবরা হায়না অমুক্কং খঙ্গরল্লবদি অচুম্বা হায়বদু ওইরমগদবনি।"

সূর্য্য। মতমদুদদি মদুগী বাহু খলহৌদ্রে। হৌজিক্তি খলক্লে।

ন। খলহৌদ্রিবদি করিগীনো?

সূর্য্য। "ঐগী বাথল শেয়ান্নবা মতম অমা থোকখ্রে।" অসি হায়না হায়না মপুরোইবতবু-নিংজরবী—মপুরোইবনা থবাই ওইজরবী সূর্য্যমুখীদু নগেন্দ্রগী খুয়াদা কমথরক্লে অমস্থং নগেন্দ্রগী মখোঙ অনিমক মথুৎ অনিনা কোল্লদুনা মিত্তগী তারকপা পিনা চামথোরক্লে। অদুদগী মমাই হাইগৎলদুনা হায়রকই, "থবাইদগী হেল্লবা নংনি! ঐগী পাপ চেল্লবা পুক্নিংসিদা হেক লৈবা যাকম পুম্বা নঙোন্দা থক থুম্না ভৌরোই। ঐগী ইয়াল ঙাকপিয়ু।"

নগেন্দ্রদা হায়রকই, 'নংনা অমুক হায়বগী কায়কম লৈতে। ঐ খঙই, নহাক নপুক্নিংদা চিংনবা পোকই, ঐহাক কুন্দনন্দিনীদা থবাই লুপ্নে হায়না।"

সূর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রগী খোঙথক্তা মমাই লুকথরদুনা কপ্পা হৌরক্লে; অদুদগী অমুকহন্না লিক্লা ফুরবা থখালগা মায়রবা তুকথরবা মাইথোংদু

হাইগৎলদ্না অমাবা পুম্বা কোকহল্লিবা মপুরোইবগী মাইথোংতগী য়েংলগা হায়রকই, "করি হায়সিগে' নঙোন্দা ? ঐনা য়াম্বিবসিবু নঙোন্দা করম্না হুম্মসিগে ? শিরগা নঙোন্দা অমাবা হেনগৎলত্রা হায়না খনবদগী, শিবা ঙমদদ্না লৈরবনি। নত্রবদি অতোপ্পী অমনা নংগী থম্মোইগী শরুক য়াথ্রে খঙবা ঙমিত্তুমক্তদা, থবাইসি থারগে খল্লবনি। চুম্না চিন্তগী বা নত্তে— ময়াম্না শিবা পাম্লিবা অদুগুম্বা মওংগী মশিং নত্তে। ঐহাক থাজৈশেংনা থম্মোইমক-শোক্লা শিবা পাম্বনি। ঐগী ইয়াল লৌবিয়ু।"

নগেন্দ্রও মতম ক্ষনা কুইনা তুমিন্না লৈরুরগা অয়োইবদা শাংলবা হুংশো-স্বর মথি অমা হোল্লদুনা হায়রকই, "সূর্য্যমুখী! ময়াল পুম্নমক ঐগীনি। নংগী নরাল করিমত্তা লৈতে, থাজৈশেংনমক ঐ নংগী নক্ষদা থাজবা মাঙহল্লবনি। অঙইবমক ঐ নংবু হন্দোক্তুনা 'কুন্দনন্দিনীবু'—করি অমুক হায়নি ? ঐনা ফংলিবা মৈচাক, ঐনা খাঙলিবা মৈচাকসি, ঐনা নঙোন্দা করম্না ঙমগনি, নহাক্কা থল্লি, ঐ অসি পুক্লিং ফাজিম্নবা করিমত্তা হোৎনদে হায়না; মদুদি খনগনু, লাল্লি। ঐহাক ইশানা ইশাবু অসুক শাথীনা চৈজবগুম, নহাক্কা কৈদোম্নুংদসু চেয়োই। ঐগী থম্মোইসি পাপ চেল্লবনি —ঐহাক পুক্লিং লাকশিনবা ঙমদ্রে।"

সূর্য্যমুখী অমুক খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে। মখুৎ শোম্নরদুনা মথৱাই শোক্লা হায়রকই, "মদু নংগী নপুক্লিংদা লৈগে হায়রবশু লৈসনু—ঐঙোন্দা খক হায়দোকপিরকনু। নংগী বাঙাং খুদিংনা ঐঙোন্দা তাশোম্না খিনবগুম থোক্লে—ঐগী ইরাইবক্তা তম্নকপদু থোক্লরবনি—ঐ অমুক করিমত্তা তাজনিং-দ্রে। পুম্নমকসি ঐনা তাবা য়াদবা ঙাওনি।"

"নত্তে, মদু নত্তে সূর্য্যমুখী! মথাসু তাখো। পুম্নমকসি কাংখোকপা হৌ-রবনিনা, পুক্লিংগী বা পুম্বা তশেংনা হায়দোক্লগে—ময়মদি, মতম য়াম্না শাংনা হায়গে হায়গে নিংলক্লবনি। ঐহাক সংসার অসি থাদোক্লগে। শিরোই, লৈবাকসি থাদোক্তুনা চংথ্রগে হায়বগী বানি। ঘুম-ইংথোল-সংসার পুম্নমক

অসিদা ঐগী মুংঙাইবা অমুক লৈত্রে। নংগা লোইনবদা ঐগী মুংঙাইবা অমুক লৈত্রে···ঐসি নংগী মতিক চাত্রবা নপুব্রোইবনি। ঐ অমুক ননাক্তা লৈছনা নঙোন্দা অবাবা পিররোই। কুন্দনন্দিনীবু থিরগা ঐহাক লৈবাক খুদিং কোয়না চৎগ্রগে। নং যুমসিগী মবেম্মা ওইছনা অত্থমক লৈহো। নপুক্লিংদা অপ্পম থল্ল, নং লুখ্রাবী ওইরবনি—মপুব্রোইবনা অম্মুক ওক্কবদবু, লুখ্রাবী ওইদনা করি ওইকম থোকই? অদুবু ঐহাক ওক্কববু ওইরবস্মু অমবু ওইরবস্মু নংবু মিনম্বদি কৈদৌন্থংদা ভোরোই। ঐ মীরান্দা পুকচেল লুপ্পবা মীশক ওইরবনি,—যাসি নঙোন্দা তশেংনা হায়রগে; হৌজিক ঐ যুম থাদোক্কনা চৎলগনি। কুন্দনন্দিনীবু কাওথিবা ঙম্মা থোক্লবা, ঐ অমুক হল্লকনি, নত্রবদি নংগা ঐগা হৌজিক ঊনব্রিবসিনা অয়োইবা ওইরবনি।"

তুপ্পবা তানা লেংবগুপ্পবা যাসি তাবদা সূর্য্যমুখী করিদি হায়রকই? মিকুপ খরা থংগী মুর্ত্তিগুম মালেমতম্মা য়েংছনা লৈত্রে। অদুদগী লৈমাইথক্কদা মমাই লুকখনা হিপখত্রে। লৈমাইদা মমাই লোৎলগা সূর্য্যমুখীদুবু কপ্লিবরা? জীব-হাৎপা কৈনা হাৎলবা জীবগী মৈচাক য়েংবগুম, নগেন্দ্রনা তুমিন্না লেপ্তুনা য়েংছনা লৈরে। মপুক্লিংদা মথন্তা হায়জররকই, "শিগদবদি ইরৈ মরৈরে—অদদা ওসি হয়েং হায়বগী করি অমুক লৌরি? তেংবান মপুগী থৌশিল্লি, ঐনা করি তৌরুনি? ঐনা পাম্মি হায়ছনা করি শীনবা ঙমকম লৈ? ঐহাক শিবা ওম্মি, মদুনা সূর্য্যমুখীদি হিংগত্রা?"

নত্তে, নগেন্দ্র! নহাক শিরগা সূর্য্যমুখী হিংলোই, অদুবু নহাক শিবনদি চুপ্পবনি।

মতম খরা হৌগ্রগা সূর্য্যমুখী হৌগৎলক্লে। অদদগী অমুক মপুব্রোইবগী মখোঙ পায়রছনা হায়রকই—"ভিক্কা অমতং নিজগে।"

নগেন্দ্র। করিনো?

সূর্য্য। থা অমতংদি যুমদা লৈবিখো। ময়ক অসিদা কুন্দনন্দিনীবু

থিবা ফংত্রবদি, নহাক য়ুম থাদোক্তুনা অহুম্মক চৎপিখো। ঐহাক অমুক থিংবা তৌয়োই।

নগেন্দ্র বা-লাং অমতা ঙাংদনা মপাল থোকখ্রে। মপুক্লিংদা থা অমা চোহনা লৈবা হায়বহু য়ারে। সূর্য্যমুখীসু মহু ভাব তারে। মহাক চৎলিবা-নগেন্দ্রগী শক্তমহু চিংনা য়েংলহনা লৈরক্লে। সূর্য্যমুখীনা মপুক্লিংদা খল্লকই, "ঐগী লন-পুম্বগী লন! নংগী নখোঙগী তিংথংদং শত্তোক্লবা ঐগী থবাইফাও থাবা ঙমগনি। নহাক্না পাপ চেল্লবী সূর্য্যমুখীগীদমক য়ুম থাদোক্তু-না চৎকদৌরিবা? নংনা চাওরিবরা ঐনা চাওরিবরা?"

---

## কুন্নিথোই শুবা মতাং
# ডাকুগী মখুত্তগী ডাকাটিনা মুম্বা

হীরা মীনাইগী থবক তোক্লে, অহুবু দত্তগী ইমুংগা লৈনবা মরীদি তৎত্রে। য়ুম অতুগী মবা-মপাও তানিংবনা হীরা মতমচুপ্পদা লাংতক্লহনতা লৈ। মফমহুগী মী থেংনরবদি ফাহুনা বাম্রি-বাতাই শাই। বারি অসুম শাশিম্নরগা সূর্য্যমুখীগী মফমদা নগেন্দ্রনা করম করম্বা শাজৎ চৎলি হায়বহু খঙদোক্লবা হোৎনৈ। কন্নাগুম্বা অমতা থেংনদবা হুমিত্তনা, লৌশিং তৌহুনা বাবুখোইগী ময়ুমদা চত্তুনা হেক ফম্লুই। মীনাই ময়াম লৈকমদা বা মঙা তরা পুখোক্তুনা ঙাংনরগা, মাগী নিংবহু থুংলবা মতমদা হেক চৎখি।

অম্নুরা হুমিৎ কয়ানিমুক হোৎখ্রে। অহুবু নোংমদি বাখোক অমা খোক্লিং খোক্লিং তৌরক্লে,—দেবেন্দ্রগা হীরাগা শক-খঙনখিবা হুমিত্তুদগী হীরাগী য়ুমদা মালতী গোয়ালিনীহু থরা তোইরপ তোইরপ লাকপা হোৎ-রক্লে। মালতীনা উই, তৌরিবা মতৌহু হীরা মথবাই কমা হুংঙাইতে। অতুগা মসিমসু উই, কা অমদি অয়াম্বা মতমদা খোঙ লোন্দুনতা লৈ। কা অহু

হীরানা শেশিং লৈবী ওইবনা মপাল্লোমদা পুনা পান্দুনা থাইথু অমা শো লোন্দুনা হেক হেক থম্মি, অদুবু নোংমদি থংহৌদনা মালতী লাকপদা উরে, থাইথু পান্দুনা শো লোন্দে। মালতীনা থুদক্কুদা পুনাহ্নু লোথোক্লগা থোঙত ইন্দুনা য়েংই। মতুদা উরে, মনুংলোমদা থিংলি; অদুদগী মহাক মমুংতদা কনাগুম্বা অমা লৈ হায়বসি ভাব তারে।

মালতীনা হীরাদদি করিমতা হায়দোক্তে, অদুবু মপুক্কুংদদি মথন্তা থম্লকই, কনানো মীসে? অহানবদা থম্লি, মিপা ওইরম্বা তাই। অদুবু কনানা কনাগীনো হায়বসি মালতীদি শিং শিংনা খঙবা মীনি— অদুনা থাকম-সোমদা মহাক কন্না থাজবহ্নু পোক্তে। মমৈথংদা মহাক, লৈরিবসি কুন্দ শোই-দনা ওইরম্বা তাই হায়না চিংনবা অমা পোক্লক্রে। কুন্দনা যুম থাদোক্কুনা চংথিবগী থাপুম্বা মালতী তারে। হৌজিক মহাক্কী চিংনবহ্নু কোক্লনবা থিন্দনা অকবা পাম্বৈ অমা লোথংলক্রে। হীরানা বাবুথোইগী যুমদগী শজিমচা অমথক পুরকই। মহ্নু য়াম্না তথক তথকই হায়তুনা পুন্দুনতা থম্মি। নোংমা মালতীনা মহুগী মচিঙ্গাক হুনবি। অস্থুম মচিঙ্গাক পিজ পিজনা হীরানা উত্রিক্তেদা পুল্লিবহ্নু কোক থাদোক্লে, শজিমচাহ্নু হেক নাম্থোকপগা ফিংনা য়াংনা মপাল্লোমদা চেম্থোকখ্রে। মতুদা মানা উরে, হীরাহ্নু শজিমচা ফাননবা মতুং কোইন ইন্নতুনা চেনখ্রে।

হীরা চেনখ্রিবৈগী তাল্লক্তদা, মালতীনা য়াম্না পাথংপগী থোম্হাংদা কোবা হৌরক্লে, "হীরা! হো হীরা! হো গঙ্গাজল!" হীরানা থাপ্না চংখ্রবা তুংদা মালতীনা মাইকৈ শলাই থঙদনা কোইলাও লাওতুনা কপথংলক্রে "ইমাইপেম্মা! ঐগী গঙ্গাজলনা তৌথ্রিবা মতৌসিবু করিনো?" অসি হায়রতুনা কপ্না কপ্না কুন্দগী থোঙদা কম্না থীল্লতুনা মথবাই শোকপা থোনকমদা হায়রকই, "ইবেম্মা কুন্দ! কুন্দ! য়াম্না থুনা মপাল অমুক্কা থোক্লকউ! গঙ্গাজল কৈনো অমা তৌখ্রে।" মসি তাবদা কুন্দহ্নু তফিং তফিংনা থোঙ হাংদোক্লক্রে। মালতীনা মাবু হেক উবদা হাঃ হাঃ হাঃ হায়না হৌনা মোল্লতুনা চেনখ্রে।

কুন্দ থোঙ অমুক থিংজিল্লে। হীরানা য়াসি তায়গা চৈরকপস্থু য়াই থন্দুনা অচুম্বক তাকথোক্লে।

মালতীমা চত্তুনা দেবেন্দ্রদা লৈফমত্তু তাক্লুয়ে। দেবেন্দ্রনা থল্লকই, মহাক মখামক হীরাগী ময়ুমদা চত্তুনা থোঙং অমনবু ওইরবস্থু অমনবু ওইরবস্থু, করিগুম্বা অমা পাঙথোক্লবা হোৎনগে। অদুবু মুমিত্তু "পার্টি" অমা থোকই— অদুনা থবক্তা থুং থাবা ঙমদ্রে। নোংঙাল্লগা চৎপদা তারে।

## কুনথ্র মথোইশুবা অশাং

## পোম্নুংগী চেক্লা

কুন্দ হৌজিক্কি পোম্নুংগী চেক্লানি—"মত্তমচুপ্পদা লাংতক্লে।" মাইকৈ তোঙান তোঙানবদগী চেল্লকপা ইচেল অনিনা অমগা অমগা থেংগাইনররবদি ইচেন কনবগী ইচেন্দি অস্তুম্বক হেনগৎলকই। কুন্দগী থম্মোইদস্থু মত্তুমক থোক্লে। মাইকৈ অমদা শাথীনা ইকাইবা—চোম্লা, ·চৈবা—শক উৎনবা লম্বী লৈতে, সূর্য্যমুখীনা ময়ুমদগী তাম্হোক্লক্লে, অদুবু ইকাই' ইচেন্দুগী মথক্তা মুংশি ইচেলনা লাক্তুনা তিল্লয়ে। অনি থেঙ্গাই-নবত্তদা মুংশি ইচেন্দু কন-থৎপা হেল্লক্লে। অচৌবা তুরেন্দা অপিকপা তুরেল লুপথ্রে। সূর্য্যমুখীনা পিরকপা ইকাইবত্তু মথং মথং মাঙখিবা তৌরক্লে। সূর্য্যমুখীবু অমুক নিংশিং-থিদ্রে—নগেন্দ্রনা থনখ্রে। মতুংদা কুন্দনা খনবা তৌরকই, "ঐ করিগীদমক্তা য়ুম অদু থাদোক্তুনা লাক্লিবা? থরুদং চৈবত্তুনা ঐগী করি অমাঙবা লৈ? ঐ নগেন্দ্রবু অচুম্বক উবা ফংজরমগদবনি। হৌজিক্কি অমুক্তফাও উবা ফংদ্রে। ঐবু য়ুমত্তুদা অমুক হন্না চৎলসিরা? ঐবু অমুক তাম্হোক্লক্লদবা লৈত্রবদি, চৎপা য়াই। অদুবু অমুক তাম্হোক্লক্লবদি?" কুন্দনন্দিনীত্ত অহিং মুংথিল বাখলসিত্তা তোত্তনা লৈখ্রে। দত্তথোইগী ইমুংদা হন্দুনা অমুক চৎপসি চুম্বা চুমদত্রা হায়বগী বাখলদি থোইনা পংতৌ তৌরদে—মত্তমদি মুমিৎ হুম্নি মরি-

নিগী মহুংদা শোয়রবী ওইনা লেপ্লে, চৎপনা চুম্মি—নত্রবদি খরাই থাবা তাই ; অতদা চৎলুরগা সূর্য্যমুখীনা অমুক হয়া তাম্মোক্লককত্রা তাম্মোক্লক্লোইত্রা, মসিনি মুম্না খৎগদবদি। কুন্দহ্ মমৈথংদা অসিংগুম্বা ফত্তবা দশা অমা থোক্লে মহুদিং মহাক মপুক্লিংদা লেপ্লে. সূর্য্যমুখীনা তাম্মোকে তাম্মোকসহ্ তাম্মোক্লোই তোক-সহ্, চৎপদা তাম্মে।

অহুবু করম্না কুন্দনা অমুক চত্তুনা মাঙ্গোন্দুদা লেপ্লগনি ? মথক্তা চৎ-পদি য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি—অহুবু হীরাগা লোইননা চৎমিন্নরবদি, অহুম্মক চৎপা য়াই। অহুবু হীরাদা চিন কাংথোক্তুনা হায়গদবসি য়াম্না ইকাইবা অমা পোক্লে। কাংথোকপা ইওম ওমত্রে।

থম্মোইস্থ থম্মোইগী-লনবু উদনা লৈবক্ত থাওবা ওমশিল্লক্তরে। নোংমা অহিং লোইগদবা দণ্ড অহুম মরি বাংলিঙৈদা কুন্দ ফমুংদগী হোৎলক্লে। মতমহুদা হীরাদি তুম্লি। লোম্না কুন্দ থোঙ হাংদোক্তুনা ইমুংদগী মপাল থোক্লক্লে। কৃষ্ণপক্ষ লোইরকপগী পিক্লবা থাজনা আতিয়াগী ওমথৈদা সমু-ত্রদা হুন্দোক্লবী পিক্লিবী নিংথিরবী হুপীমচাওম্ তাওরি। উপালশিংগী মক্কমদা অমম্বা মপৈ মপৈনা লোত্তুনা লৈরি। য়াম্না তপ্লবা নামিবগী ইপোমদা লম্বেল মপান্দা লৈবা পুথ্রিগী থম্না-চম্নাংনচিংবনা কুপ্লবা ইশিংহ্ ইথক হোৎত্রি। মশেল-মমাং ওইনা উখিরবা উত্তোন পুম্বগী মথক্তা হকচিম্না শংবাম্নরবা আতিয়ানা লৈতেংলি। হুইশিংনা লম্বেল মপান্দা তুম্লি। মহোশা লাইরেম্বীনা চিক্কা চিং-লেম্লবা শক্তমদা ঙাম্মোইরি। কুন্দনা লম্বেল তাবনা শাহুনা দত্তগী ইমুং মাই-কৈরোমদা তপ্লবা-চিংনা-থোঙথাংদা থাংলি। চৎলিবহ্ অতৈ থোইনগী নক্তে—কবিগুম্বা তাম্না চাক্কহুনা নগেন্দ্রবু অমুক্তং উবা ফংগত্রা অসিঙ্গনি। দত্তগী ইমুংদা অমুক হয়া চৎপা হায়বহুদি মরাইবক্তা থোক্তে—মহুদি থোক্লবা মতমদা থোক্লবা হায়বহুনি—অহুবু মরক অসিদা নোংমা অমুক্তং অতক লোম্না য়েংলুবদা করি অকায়বা লৈবগে ? অহুবু হুরান্দুনা য়েংগদবসি করম্বা মতম-দনো ? মতৌ করম্না য়েংগনি ? কুন্দনা অস্তুম্মক বাথল তোয়কপদা মসিদা

লেপ্লে মতুদি, নোং ঙাক্ৰিঙৈনা দত্তখোইগী য়ুম মনাক্তা য়োঁত্ৰনা মাইকৈ মরি-মক্তা কোইচৎ চৎলুগে—তাঙ্গা অমদগী নগেন্দ্ৰবু মিহুৎখোঙদা, নত্ৰগা দোলাল মথক্তা, নত্ৰগা লৈকোলদা, নত্ৰগসু লম্বীদা উবা ফংগনি। নগেন্দ্ৰদি অমুক ঙক্তা তু উরকপদা হেক হেক য়াহৌই, মতুদা কুন্দনা উবা ফংবসু য়াই। হেক উবগা কুন্দ অমুক তম্না হল্লকনি।

মপূক্লিংদা অসুম্না ভাবনা শারতুনা কুন্দতু নোং ঙানকাৎত্ৰিঙৈনা নগেন্দ্ৰগী মমুম তম্না লাক্লে। দোলালতুগী মনাক য়োঁরক্লবা ফাওবদা নোং ঙানগদবা ঙাইহাক ঝাৎলি হায়বসি উরে। কুন্দনা লম্বেললোমদা য়েংঙকই, নগেন্দ্ৰ উবা ফংদে—য়ুমথক্তা য়েংই, মতুদসু নগেন্দ্ৰ লৈতে, মিহুৎখোঙদসু নগেন্দ্ৰ উদে। কুন্দনা খল্লকই, হৌজিক ফাওবা হৌগৎত্ৰিবা ওইরম্বা তাই,—হৌগৎপা মতম য়োঁত্ৰিমাল্লে। নোং ঙানখিসনু, ঐহাক ঝাউ মখোঙদা ফম্লগে, কুন্দ ঝাউ মখোঙদা চংতুনা ফম্লে। ঝাউ মখোঙতুদি য়াম্না মশ্মি। ঝাউগী মহৈরা নত্ৰগা মনাম্না অমা অনি শোং শোং হায়তুনা ইশিংথক্তা তারকই। কোকথক্তা উথক্লগী উচেকশিংনা মঙকশম নিক্লি। দোলালতু ঙাক্লিবা খোঙশঙবশিংনা খোঙ হাংদোকপগী অমদি থিংবগী মখোল মরক মরক্তা তারি। মমৈথংদা চিংখৈ তুল্লকপগী ইংলবা নুংশিৎ শিৎলক্লে।

মতমতুদা চরোইনা নিংথিবা খোম্বাংদা আতিয়া নিলহন্দুনা কোকতোন্দা খোংনা খোংনা পাইখিবা হৌরক্লে। ঙহাক্তং লৈরগা ঝাউ পাম্বীদা কোকিল খোংলক্লে। মমৈথংদা উচেক পুম্নমক তিম্নতুনা চয়াং খোইয়াংনবা হৌরক্লে। তাঙ্গাতু য়োঁয়কপদদি কুন্দগী নিংবা পুম্বা কায়রে —অমুক কুইথনা ঝাউ মখোঙ-দা ফম্বা য়াশিল্লক্লে, নোং ঙানশিল্লক্লে, কনাগুম্বনা উখিবা য়াওরক্লগনি। অতুনা হল্লগে হায়তুনা কুন্দ হৌগৎলক্লে। অতুবু বাখল অমতংদি থম্মোইহুংদা কম্না ফাওরক্লে। মসুংগী য়ুমগা তাইনবদা লৈবা লৈকোলতুদা, নগেন্দ্ৰনা অমুক্তা করি করিগুম্বা সুমিত্তা হওয়া হেক হেক চাই। ঙসাইমথৈ নগেন্দ্ৰ মকমতুদা কোইচৎ চত্ত না লৈয়ম্বসু য়াই। অমুক্তং মকমতু য়েংদনদি কুন্দ হন্দুনা চৎপা

ঙমজ্রে। অতুবু লৈকোলতুদি চেকপলনা থাজিল্লি। চেকপলগী থোঙত্র হাংদোকপা নত্রবদি মত্থংত্রুদা চংনবা ঙম্বা লৈতে। মপালদগীস্থ উবা ফংবা মকম নত্তে। চেকপলগী থোঙতু হাংদোক্লিত্রা নত্রগা লোল্লিত্রা য়েংনবা কুন্দ মাইকৈদোমদা চৎলক্লে।

মানা উরে, থোঙ হাংলি। কুন্দনা লৈজবা মিখিংজেল ফুদোকচহনা মত্থংত্রদা চংলক্লে অমস্থং লৈকোলগী চিদাইদা তপ্না তপ্না লাক্কুনা বকুল পাম্বী অমগী মরুমদা লেপ্লরে।

লৈকোলত্ত ঝাম্না কুঙনা উপাল-বাপাল-উরি-বারিনা পুময়েং য়েত্তুনা লৈ। উপাল পরেংগী মরক্তা মুঙ-চনবা নিংথিরবা ঙম্বা ; মকম মকম থুদিংদা অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা, নাপুগী লৈরাং কম্না কয়ানা উপালশিংত্রবু কোইশিন্দুনা হৌরি। মত্রগী মথক্তা অয়ুক্কী লৈহি পাম্বা হয়িং থোইশিংনা মপৈ মপৈ কোয়রি, তোংলি, পাইরি ;—ঙুং ঙুং ঙংলি অমস্থং মীওইবগী লমচৎ ত্তয়ত্রুনা লৈহি হেয়া চেনবা অথগ্রবা লৈরাং অমমমদা মপৈ মপৈ পাইশিম্নরি। ফজরবা মচুগী পিক্ক পিক্কবা উচেকশিংনা শাংলিবা লৈ-চরোং মথক্তা উহৈঙুম তোংলতনা লৈহি চুপ্লি, কনাঙ্গুম্বগী মথনাওদগী থোম্বাং তরেৎ শুরবা থোঞ্জেল থোরক্লি। অয়ুক্কী নামিবনা লিরি হুম্বদা লৈরাংনা লুক্কুরবা পিক্কবা উশাশিং হাই-হুম্লি—লৈরাং শাত্তবা উশাশিংদি হাই-হুমদে. মরমদি, মখোইহ্র লুক্কুদে। কোকিল মহাশয়না বকুলগী পুঙলবা উনারক্তা অয়ুবা মচুহ্র লোৎলগা থোঞ্জেল তায়বদা ময়াম্মকপু মায়থীবা পিরি।

লৈকোলগী ময়াং চবুক্তা অঙৌবা মুংনা শাবা উরি-বারিনা কুপশিনবা শঙ মচা অমা লৈ। মত্রুদা য়েংলত্রুনা মথল মথা কয়াগী উরিনা লৈরাং চবুন চবুন শাংলি অমস্থং মত্রগী ময়াদা লৈবাক্কী গমলাদা থাবা লৈ শাংপা পাম্বী মচা কয়ানা পরেং পরেং লৈরি।

কুন্দনন্দিনীনা বকুলগী মরুমদগী লৈকোল তয়া য়েংলকপদা নগেন্দ্রগী তোঙানরবা লাইগুম্বা শঙুমত্র উবা ফংরে। উরি-বারিগী শঙুংজোমদা

য়েংশিনখিবদা, হুং চল্লবা লুব্রবা লৈমাইথ ক্রুদা কনাগুম্বা অমা হিংগু না লৈবদি উরে। কুন্দনন্দিনীনা নিংই, মীহ্র নগেন্দ্র ওইরমাল্লে। নিংখিনা চংখোল্লা য়েংননবগীদমক মহাক তপ্লা তপ্লা উপালগী মরুমদা থুগ্ল-থুগ্লহুনা খরা খরা চংশিল্লক্লে। মরাইবক খিবদগী তাঞ্জাহুদা উয়িগী শঙহুংদগী মীহ্র হৌগত্তুনা মপাল খোক্লক্লে। মাইবক চাওবা কুন্দনা উরক্লে, মীহ্র নগেন্দ্র নত্তে, সূর্য্যমুখীনি।

কুন্দনা মতমহুদা কিরহুনা লৈরাং চোয়া শাংপা কামিনী পাম্বী অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈরে। কিবনা চংশিনবসু ঙমদ্রে, তুংলোমদা হন্দোকপসু ঙমদ্রে। মহাক্ন উরক্লে, সূর্য্যমুখীদি লৈকোল মহুংহুদা লৈ হেক্ল-হেক্লহুনা কোইচং চংলি। কুন্দনা লোৎলিবা মাইকৈ অদোমদা অসুম অসুম সূর্য্যমুখীহ্র চংশিল্লক্লে। কুন্দনা খঙলে, খোইদনা কাখিবা তারে। হায়না হায়না মমৈথংদা সূর্য্যমুখীনা কুন্দবু উরক্লে। অথাপ্লদগী মীশক লাকপা ঙমদ্রহুনা হঙঙকই, "কনানো অহুদা লৈয়িবা ?"

কুন্দ কিবনা বা মচেং অমত্তা ঙাংদনা লৈরে— মখোঙ থাংবা খোক্তে। সূর্য্যমুখীনা তাঞ্জাহুদা মনাক য়ৌশিল্লক্লে—উরক্লে—মীশক খঙলক্লে, কুন্দনি। ঙক্লহুনা হায়রকই, "কনানো, কুন্দ নত্রা ?"

অত ফাওবদা কুন্দ পাওখুম পিবা ঙমদ্রে। সূর্য্যমুখীনা কুন্দগী মখুদাং পায়রক্লে, অহুগা হায়রকই, "কুন্দ! লাও ইবেম্মা—লাও! ঐ নঙোন্দা কয়িগুম্বা অমত্তা অমুক ঙাংলরোই।"

অসি হায়রহুনা সূর্য্যমুখীনা মখুজেং পায়রহুনা কুন্দনন্দিনীবু মহুংগী য়ুম তাল্লা পুহুনা চৎখ্রে।

---

## কুনমরিশুবা মতাং

# কুমথবা

অহিং অহুদা দেবেন্দ্রদত্তনা মথন্তা অয়োনবা ফীজেৎ শেৎলহুনা, মুগী-নেশা-ইয়োয়ননা কুন্দনন্দিনীবু থিবা হীরাগী ময়ুমদা ফাওরক্লে, কা অমদগী কা অমা কোয়না চত্তুনা থিরে, কুন্দ লৈতে। হীরানা মচিন্দা ফীনা খুম্রহুনা নোকপা হোয়রকই। মহ উবদা দেবেন্দ্রনা শাওরহুনা হংঙকই, "করিগী নোক্লিবনো ?"

হীরানা হায়রকই, "নংনা বাবহ উবদা। পোনগী চেক্লা পাইখ্রে—এ্রঙোন্দা হন-হুনা থিবনদি ফংলরোই।"

অহুদগী দেবেন্দ্রনা হংলকপা বাহংদা হীরানা অথঙবমথৈ মকোক্কগী লোইথকাওবা তম্লে। মমৈথংদা হায়রকই, "অয়ুক্তা মাবু উত্রহুনা কোইথি থিরে ; অসুম অসুম থিরকপদা বাবুখোইগী যুমদা থেংনরে—হন্দক্তি ওম্হোক্না চায়-লুনা তৌগ্রে।"

দেবেন্দ্রহ নিঙবা কায়রহুনা হনগদবগী খোয়াংলক্লে, অত্রু মপুক্লিংদা চিংনবদি কোক্তে। মহাক ওহাক্তং কমথহুনা অচুম্বা মওং মতৌ অমতং খঙদোকথিসিয়া হায়নদি থক্লি। আতিয়াদা তবাবা নোং মচেৎ অমা উরক্লহুনা হায়রকই, "নোং তারকদোয়মাল্লে।" অহুদগী মহাক নিংজিং মাংজিংনবগী মতৌ অমা তৌরক্লে। হীরানা পান্থি, দেবেন্দ্র ওহাক কমথবা —অত্রু মহাক্তি মুপীনি—মথন্ত লৈ- অহিংসু ওইরে—কমথখো হায়বহ ওমত্রে। মত্রম তৌয়বদি লৈথা তাবগী থাক্তা খোঙকাপ না-ম থাংথবদা তারে। মতসু মাগী মরাইবক্তা তম্লে। দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "নংগী ছাতিন-কবা লৈজ-লাকচত্রা ?"

হীরাগী ময়ুমদা ছাতিন লৈতে। দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "নংগীসিদা ওহাক্তং কমথহুনা নোংগী কিভমসি খঙদোক্রপা চংথিগে হায়বনু মীনা শোয়রি-শায়রি থয়গত্রা ?"

হীরানা হায়রকই, "কন্নিগী থরোই? অছুবু ঐগী য়ুমদা অহিং লাক-পিবনা অকায়বসি থোক্লিবনি।"

দে। অছুবু ওহাক কমথখিগেকো?

হীরা করিমতা খুম্মক্তে। দেবেন্দ্র কমথরে।

অছুদগী হীরানা উপাকী হিদাল মথক্তা তক্ল-তক্লনা কমুং অমা থায়রদুনা দেবেন্দ্রবু কমহল্লে অমসুং উপু শায়ং মচাগী মহুংদগী পিক্লবা লুপা য়োম্বা হি-দাকফু অমা পুথোরক্লে। মথুংমক্তা মহুদা অইংবা ইশিংনা মহি হাপ্লগা, হাও-রবা হিদাক হাল্লদুনা লানা চিঙ্খুপ শারগা লানশিন্নক্লে।

দেবেন্দ্রনা ফুরিংথাওদগী ব্রান্ডি ব্লাস্ক অমা লোথোরক্লগা ইশিং ইহাপ হাপ্তনা থকচিল্লে অমসুং নেশা লাক্লবা মতমদা উরক্লে, হীরাগী মমিত্তু ওহ্লোক্লা কঙ্খে। থাঙ্কেথেংবমকসু মিত্তু ফজবা মিংনি। কোইরাওনরগা য়ুরবা মিৎনহানা লৈতেংই, তরং তরংই অমসুং মিৎচিদা লাং থাকই।

দেবেন্দ্রনা হীরাদা হায়রকই, "নংগী মিৎসিদি অভাওবনি।" হীরা মোমোন তৌই। দেবেন্দ্রনা উরকই, কাচিন অমদা অতেকপা বেহালা অমা তাহুনা লৈ। দেবেন্দ্রনা ইশৈ ঙংল-ঙংলদুনা বেহলা অদু লোক্লরগা মচৈনা লেনথংলক্লে। বেহালাছু ঙ্গেং ঙ্গেং ঙ্গেং ঙ্গেং ঙংবা হোৌরক্লে। দেবেন্দ্রনা হংলকই, "বেহালাসিদি কদাইদগীনো?"

হীরানা হায়রকই, "সিপাই অমথক্তগী লৈহৌবনি।" দেবেন্দ্রনা বেহা-লাছু পামশিল্লগা হাইকেং থোংবা য়ানন্বা শেমজিল্লে অমসুং মহুগা সুর চান-হন্দুনা, হুংশিরবা খোম্বাংদা হুংশিরবা ভাব য়াওবা হুংশিরবা ইশৈ হুংশিনা শকংলক্লে। হীরাগী মিত্তু অমুক্তা হেন্না লংথংলক্লে। মতম থরদং হীরাছু মথা মথক্তকাও কাওথোক্লুরে। মসিনা হীরানি মসিনা দেবেন্দ্রনি হায়বহু নিংশিংখিদ্রে। মহাক্তা থনখি, মহাক্তা ইপুম্রোইবনি—ঐনা মাগী হুপীনি। মহাক্তা নিংথি, নোংদম্বনা মবানিমক্তু অমনা অমগীদমক শেম্বিরক্লুনা মতম য়ায়া শাংনা লোনদিয়রক্লবনি, মতম য়ায়া শাংনা মবানিমক অমগা অমগা

মুংশি-জিপুম্না পুন্দুনা মুংঙাইমিন্নরক্লবমি। অমুন্না শুমহৎখিদুনা হীরাদু মপুক্লিং-গী বা চিনবান খোক্লক্নে। দেবেন্দ্রনা হীরাগী মচিন্দা কয়া শেংলম শেংকাত্তুনা, মঙোন্দা লোয়া হীরানা মথথাই কৎলে হায়রবসি তাবা ফংলে।

বাসি কাংথোকপ্রবা মতুংদা হীরা জ্ঞান তাখক্লে, মকোক উক্ল উক্ল লৈক্রে। মতমদুদা মহাক্না অঙাওবীগুম মপুক্লিং চরাং খোইরাংননা দেবেন্দ্রদা হায়রকই, "নহাক য়ায়া খুনমক ঐগী য়ুমসিদগী চৎপিক্রো।"

দেবেন্দ্রনা ঙক্লদুনা হায়রকই, "করিনো হায়রিবদুবো হীরা ?"

হীরা। নহাক খিন্দনমক চৎপিক্রো—নত্রবদি ঐহাক চৎখিবা তারে।

দে। করিনোনে ? ঐবু তাঙ্গিবসিবু করিগীনো ?

হীরা। নহাক চৎপিরো—নত্রবদি ঐ মী কৌরগনি—করিগীদমক্তা নংনা ঐবু মাঙহনবা লাকপিরিবনো ?

হীরাদি মতমদুদা পুমঙাও ঙাওরবীগুম জ্ঞান তাখিদ্রে।

দে। মসিমক্তনা হায়রিবোইরে ঙকই মুপীগী মরমচৎ।

হীরাদু খাওরক্লে—হায়রকই, "মুপীগী লমচৎ কৈদোবা ? মুপীগী লম-চত্তি ফত্তবা নত্তে। নথোইগুম্বা নিপাগী লমচৎসিনি য়ায়া ফত্রিবা। নথোই-দি ধর্ম্ম নংপা-নত্তবা খন্দে—অতৈগী কবা-ফত্তবা থৌশাদে—নশাগী মুংঙাইন-বতা য়েংদুনা চৎলি—করম তৌরগা কনাগুম্বা মুপী অমা মাঙহনবা য়াগদগে হায়বসিতা লাক্লদুনা লৈ। নত্রবদি নং করিগীদমক ঐগী ইমুংসিদা কম্নগনি ? ঐবু মাঙহনগে, মসি নত্রা নংনা খল্লিবা ? নংনা ঐসিবু লমচৎ চুমদবীনি হায়না খল্লি, নত্রবদি করি নতিক লৈদুনা কম্নগনি ? অদুবু ঐদি লমচৎ-চুমদবী নত্তে। ঐথোইদি লাইরবী মুপীনি, ইশাসি তেকপমথৈ নোমলগা চানবা খিজ-বীনি—লোনচৎ চুমদবা চৎনবা মতম ফংজদে - অচৌবা ইমুংগী মৌ ওইরম্ল-বদি করি ওইরমগবা মদুদি খঙদে।" দেবেন্দ্রদু পিগুম শুকথক্রে।

মদু উবদা হীরা মথথাই হরাওরে। অদুদগী মনিং লাওরপ তৌনা দেবেন্দ্রদা য়ুম্না য়েংলগা খোন খোল্লপ তৌনা হায়রকই, "ইবুঙো, ঐ নংগী

নশক নত্তৌ উবদা কণাওনরে। অদুবু ঐসিবু লমচৎ-চুমদবী ওইনদি খনবিগদু। ঐহাক নংগী নশক উজরগা হুংঙাইজে, অদুনা নহাক্না ঐগী য়ুমসিদা কমথিগে হায়বদা ঐহাক ওকথিং থিংবা ঙমজদে—অদুবু ঐদি লোলবী হুপীনি—ঐনা থিংবা ঙমগ্রে হায়দুনবু নংনা হেক্কমক ফজিবসি অচুম্বা মওংলা? নহাক্কি পাপকী যাখল্দা তাওদুনতা লৈ, অদুনা লৌশিং তৌদুনা ইম্মুংদা চংলগা ঐবু মাঙনবা শীনবিরিবনি। হৌজিকমক নহাক মফমসিদগী চৎপিরো।”

দেবেন্দ্রনা অমুক হন্না য়াউম অমা থক্লগা হায়রকই, “কয়ে কয়ে! হীরা, নহাক বা ঙাংবদা ওয়োক্লা হৈ-শিংলে। ঐখোইগী ব্রাহ্মসমাজদা নোংমতংদি বা ঙাংউদনা?”

হীরাদু করেম-কথাইনবা বাঙাংসিদা মথথাই লোক্রদুনা শাওনিংবা হুংঙাইতবা বাঙাংনা হায়রকই, “ঐ অসি নহাক্না করেম্নবিবগী মতিক চাবা মীওই নত্তে—নহাকপু য়াম্না তোল্লবা মীশক অমনা হুংশিজরবসু, মাগী হুংশিজবদু পুথোক্নবা করেম্নবিবদি হৌনদে। ঐহাক ধর্ম্ম লৈবা নত্তে, ধর্ম্ম মশক খঙদে—ধর্ম্মবু খোইনা লুনসু নিংলুদে। অদুবু ঐহাক লমচৎ চুমদবী নত্তে হায়না নাপল তৌরিবসিগী মরমদি, ঐহাক পুক্নিংদা চপমুংনা বাশক্নবা থল্লি, নংগী হুংশি ইখৌ-লাংবনা থুমহৎখিদুনা ঐ কৈদৌঙ্গুংদসু মিংদা-থীবা থোকহল্লোই। করিগুম্বা নহাক্না ঐবু মচেং অমত্তং হুংশিবিবা লৈরবদি, ঐহাক বাশকসি খক শক্লম্মোইদবনি—ঐহাক ধর্ম্ম মশক খঙদে, ধর্ম্মবু কিদে—ঐহাক নংগী হুংশিবগা চাংদমরুবদা মিংদা-থীবরু করিসু লৈতনা থল্লি। অদুবু নংনদি হুংশিবিদনা—ঐনা করি হুংঙাইনি হায়রগনা মিংদা-থীবা থোকহল্লুনি? করিবু মিহৌদুনা ঐগী নাপলবু থাদোকনি? নহাক্কি মথোক কারকপী হুপীবু থেংনরবদি কদোম্মুংদা থাদোক্কে, অদুনা ঐগী পুজা লংনবিদনা লৌবিথসু য়াই; অদুবু লোংহেক ঙানবগা ঐবু তম্না কাওথোকপিখিনি, করিগুম্বা কাওবিদবা থোক্লগদু ঐগী বাসি পুথোক্নবা মরূপ মপাংগী মকমদা নোক্লনবা বাকম ওইনগনি, অসিগুম্বা কীত্তমদা ঐহাক করিগীদমক্তা নংগী অরৈবা মীনাই হুপীগুম লৈরগনি?

অদুবু নংনা ঐনিবু করিগুম্বদা হুংশিবিরক্রবদি, মতমদুদা ঐ নংগী ননাই হুপী ওইদুনা থোগল তৌজগনি।"

দেবেন্দ্রনা হীরাগী মচিন্দগী অসিগুম্বা মথল অদুমগী যাম্লোল অসি তারে। মাগী মপুক্লিংগী যা থণ্ডলে। মথন্তমক থল্লকই, "ঐ নংবু নশক থণ্ডলে, হৌজিক্তি দড়িনা উংহল্লিংবা মতমদা উংহনবা ম্রায়গনি। ঐনা পাল্লকপা হুমিত্তা, নংনা ঐগী থমক পাঙথোকহনবা ঙম্মগনি।" অসি থল্লদুনা হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

দেবেন্দ্রদু হীরাগী মপুংকাবা শক্তম থণ্ডবমক্তি নত্তে।

---

## কুন্দনন্দিনীগী মত্তাং

# নুংঙাইবা-পাও

নুংথিল মুথক অনি য়ৌরে। শ্রীশবাবু আপিসতা চৎখ্রি। ইমুংগী মী-পুম্বা চাকলেন চায়গা ঙহাক উইরোল উইরোল তৌনরি। কম্ফম কাদু শো লোল্লি—মুকশল-জাংকী হুই অমথক কম্ফম কাগী মপান্দা থোঙজিনগী থোঙ-নেৎকম ফীদাদা থোঙলক্তা মকোক লোৎলদুনা তুমদুনা লৈরি। তাঙ্গা অহাং-বা ফংদুনা কনাগুম্বী হুংশি-ইরাং-চেনবী মীনাইহুপীনা কনাগুম্বা হুংশি-বা-ঙাং-হৈবা মীনাই নিপাগী মনাক্তা ফম্লদুনা লোম্না হিদাক থক্লি অদুগা চিবোন-চিবোন বা ঙাংলি। কমলমনিনা তুম্ফম কাদা ফম্লগা মথোঙ তিংথোক্ল-দুনা য়েৎতুমনা কার্পেট লোল্লি—মশম মনা হাইকেৎ কাই—মী অতৈ কনামত্তা লৈত্তে, সতীশ বাবুত্তং মনাক্তা ফমদুনা মচিন্দা কল্লি কল্লিনো পংঙাংত্তা ঙাংলি অমম্তুং মথবাক্তা মত্তিন ওয়ো ওয়ো চোথরি। সতীশ বাবুনা অহানবদা মমাগী মনাক্তগী শামতু লংশিং অদু লোম্না লোগে লাক্লরম্মি, অদুবু কম্না ঙাক-শেন্দুনা থমথিবদু উবদা লৈবাক্লা শাবা কৈ অমগী মকোক লেক্তুনা লৈখ্রে। থাপম্না হোদোং অমথক উপ্রাক্লা হিপথম্রদুনা মবানিমকপু মুম্না য়েংলদুনা লৈম্মি। মাগী মত্তৌদু ম্রাম্না চীং-লেম্মি; মমাইদু শোইদোক হেন্দোক্লা জ্ঞান

লৈবগী মতৌ মাল্লি অমসুং মপুক্লিংতুসু থোইনা খোয়রাংদে। হৌদোংছ অমুম্না খনবগুম তৌমাল্লে, "মীওইবগী দশাসিদি ওয়োক্লা অকিবগী মশক্লি, মতম চুপ্পদা কার্পেটলোনবা, লাইকদিবী শায়বা অসিনচিংবা কয়িসু কাম্নরবা থবক্তা মপুক্লিং লুপ্তুনভা লৈ, ধর্ম কর্মদা মপুক্লিং চংদে, হৌদোংগী মচিন্নাক হুনগনি হায়বসি সুকখগু খগুদে, অহুনা হয়েংমুকী মপোক্তা মখোইনা ওইগ-দবসি করিনো ?" মকম অমদনা চুম অমথক কল্লাংদা নপ্পহুনা মমাই লোং-খংলহুনা হয়িং অমা মুম্না য়েংলি। মহাকসু হয়িং হায়বা ক্লাংসিনা মরমচং কতবগী মরমদা মপুক্লিংদা মগুল মগুল খল্লিমাল্লে হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। কুয়াক অমসু কোইপাই পাইরি। সতীশবাবুনা কমছুনা সন্দেশ চায়বা মকম-দুদা হয়িং শঙ্গু শঙ্গু তোংলি—ককচেংশিংসু পরেং লেংবা হৌগংলি।

ওহাক লৈরগা চুম অহু হয়িংতুবু ফাবা ঙমদ্রহুনা মাইকৈ অময়োমদা চং-থ্রে। হৌদোংতুসু মীওইবগী মরমচংসি হৌজিকমক হোংলকপগী করিগুবা মতৌ অমতা উবা কংদ্রহুনা, হাকাম চল্লহুনা, তপ্পা তপ্পা অতোপ্পা মকম অমদা চংথ্রে। কুয়াক্তুসু মপাল্লোমদা পাইথোকপ্রে। কমলমণি খোইরাং-খোই-শাওরক্তুনা কার্পেটতু থল্লে অমসুং সতু বাবুগা বারি শাবা হৌরক্লে।

কমলমণিনা হায়রকই, "তারিবরা সতু বাবু, মীওইবনা আপিসতা চংন-রিবসি করিগীনো, নং খঙব্রা ? সতু বাবুনা হায়রকই, "ইলি-লি-ল্লি।"

কম। সতু বাবু, নংদি কৈদৌঙুংদা আপিসতা চংকহুকো।

সতুনা হায়রকই, "হাম্!"

কমলমণিনা হায়রকই, "নংনা হাম্ হায়রিবসিবু করিনো ? নংগী হাম্ তৌনবা আপিসতা চংপা য়াদে। আপিসতা থক চংকহু—আপিসতা চং-লবদি ইমৌদু মুংখিলদা কপ-কপ্তুনা লেনগনি।"

সতু বাবুদু ইমৌ হায়বা য়াহৈসিমদি খঙই; মরমদি, কমলমণিনা মতম অয়াম্বদা মঙোন্দা, ইমৌ লাক্লগা মুজরনি হায়রহুনা অকিবা হেক হেক উখলি। সতুবাবুদু হন্দক্তি খুয়ল্লে, "ইমৌ—মুনি!"

কমলনা হায়রকই, "উম, মহু থক কাওহু, আপিসতা চৎলবদি ইমৌনা কুজনি।"

অসুম্না বাখি শাবসি কয়া কুইনা শাংথরমগবা হায়বন্ডদি খণ্ডরে, মরমদি, তাঙ্গাসিদা মীনাইমুপী অমথক তুমুবদগী মমিৎ নোইর-নোইরহুনা চংলক্লগা চিঠি অমথক কমলগী মখুত্তা পিরয়ে। কমলনা খণ্ডলে, সূর্য্যমূখীগী চিঠিনি। ফাক্তোক্ত,না পায়ে। পাবা লোইরবদহু অমুক্তা হন্না পায়ে। মহু লোই-রগা মমাই লাংশিন্না তুমিন্না ফমহুনা লৈরে। চিঠিগী মরোলদি অসিনি—

"চায়রবী! নহাক কলিকাতা য়ৌরগা ঐথোইবু কাওত্ত্রবোইরে—নত্তবদি চিঠি অমা কাওবা পিরক্তবা করিগীনো? নংগী নপাও তানিংবনা ঐদি মতমচুপ্পদা খোয়রাংহুনতা লৈ হায়বসি নং খণ্ডত্রবরা?

নহাক্লা কুন্দনন্দিনীগী বা খণ্ডনিংবহু, মাবু থিবা ফংলে হায়বা পাওসি তাবদা নহাক হুংঙাইরমগনি—অহুনা নরাগ লেপ্তু,না খুরুমথোকউ। মহুগী মথক্তা হুংঙাইবা পাও অমনা কুন্দগা ঐগী ইপুরোইবগা লুহোংলগনি—লুহোংবসিগী পাও চৎপদি ঐ ইশানি। লুখ্রাবী লুহোংবগী বাফমসি শাস্ত্রদা য়াওরি—অহুদি দোষ করি লৈফম থোকই? নোংমা নিনিগী মনুংদা লুহোং-লগনি। নংদি মতম চানা লাক্ত,না য়াওরবা ওম্বরোই—নত্তবদি নংবু বার্ত্তোগ তৌগদবনি। ওম্নবদি চাকৌবা নংনবা লাকউ। মরমদি ঐ নংবু য়ান্না উন-নিংই।"

কমলমণিদি চিঠিগী মরোল করিমতা ভাব তাবা ওমরে। মুম্না খল্লরগা সতীশ বাবুদা বা তাননবা ওনশিল্লক্লে। সতীশতি মতমহুদা মমাংদা বাঙ্গালাগী লাইরিক অমা থেংনরহুনা মচিহু চিকথংপা লারুরি, কমলমণিনা মঙোন্দা চিঠিহু পাহুনা তাহলে—অহুগা হংলকই, "হায়রিবসি করিনো অহুক হায়ু তাসি সতুবাবু?" সতু বাবুহু মহুংগী বারোল খণ্ডলে, মমাগী মখুত্তা শোহুনা লেপথংলক্লগা কমলমণিগী মনাতোন চুপ্পবা থৌরাংলক্লে। মহুদদি কমল-মণিহু সূর্য্যমূখীবু কাওখ্রে। সতু বাবুনা মনাতোন চুপ্পহু লোইরবতুংদা

কমলমণিনা অমুক হন্না সুর্য্যমুখীগী চিঠিহ্ পাখ্রে। মপুক্লিংদা খল্লকই, "মসিদি সতু বাবুনা খঙগদবা থবক নত্রে, ঐগী যগ্রৌহ্ নত্রবদি হায়রোই। মদ্রীগী আপিসসিবু লোই-খদা নাইত্রবরা? সতু বাবু, লাও, ঙসিদি ঐখোয় শাও-হ্না লৈরসি।"

মতম চানা মঙ্রি-অখোইবা শ্রীশচন্দ্র আপিসতগী হল্লক্লগা খড়াচুড়ানচিংবা থম্লে। কমলমণিনা মাবু অথুম অহাওনচিংবা অচাপোৎ থম্না পিজরম্লগা, সতীশপু কোল্লহ্না শাওনা কমুংদা চংহ্না হিপখ্রে। শ্রীশচন্দ্রনা শাওরিবহ্ উবদা নোক্ল-নোক্লহ্না হিদাকফু পায়হ্না থাল্লপ চৌকি অমদা ফমখ্রে। অদু-দগী হিদাকফু অদুবু সাক্ষী থম্লহ্না হায়রকই, "হে হিদাকফু! নহাক্তি নপুক্তনা গঙ্গাজল লৈহ্রিবনি, নকোক্তনা মৈ লৈরিবনি। নহাক সাক্ষীনি, ঐবু শাও-রিবা মখোইশিং অদু, হৌজিকমক ঐঙোন্দা বা শোয়দনা ভাংঙকনি—ভাং-ঙকনি—ভাংঙকনি! নত্রবদি ঐহাক নথক্তা মৈ হাপ্তুনা মকম অসিদা অসুম্বক ফমলগা হিদাক ভাম্বক তরা তুম্লবা থক্কনি।" মসি তাবদা কমল-মণি ফুক হৌগত্তুনা ফম্লগা ওইন-মিশাওনা থক্লাল মানবা মিৎমাস্থ লংথং-লহ্না হায়রকই, "হিদাক ভাম্বক তরা থক্কনি হায়রিবা! ভাম্বক অমা চিং-বগী মখোলনা বা মচেৎ অমকাও ভাংহনত্রে—অদুগবু ভাম্বক তরা চিংগদো-রিবা—ঐসিবু তুরেল কাওশিং ওইনা উরবরা!" অসি হায়রহ্না কমুংদগী হৌগৎলক্লগা হিদাকফুদগী ভাম্বক্তু খত্তোক্লহ্না মৈ য়াওনা য়াওনা হিদাক্তু হৈদোকখ্রে।

অসুম্না কমলমণিগী থিংঙমত্রবা ওইন-থাকমহ্ লোইশিল্লক্লবদা মহাক্না ওইনরিবহুগী মরম খঙনবা সুর্য্যমুখীগী চিঠি পাও হায়না লানশিল্লক্লে অদুগা হায়রকই, "মসিগী অর্থ অদুক হল্ল, মহ্ ভমত্রবদি ঙসি মঙ্গিগী তলব করনি।"

শ্রীশ। অদুগী মহুত্তা মাংজোনদুম তলব পিয়ু—অদুগা অর্থ হন্দোক্কনি।

কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী চিনবাননাক্ত মচিনবান্দু নকশিল্লক্লে, শ্রীশচন্দ্রনা তলব লোরে। অদুম্নগী চিঠিহ্ পায়গা হায়রকই, "মসিদি কাণীনি।"

কম। করিবু ফাগী ? নংগী বাতুরা নত্রগা চিঠিহুমা ?

শ্রীশ। চিঠিসে।

কম। ঙসিদি মত্রিগী কম লৌখোক্লগনি। খোঙ্গু দা বুদ্ধি খজিত্তং অসি ফাওবা য়াওদবা ? হুপীনা অসিগুম্বা ফাগীবু মচিন্দা পনবা ঙম্বা হৌনব্রা ?

শ্রীশ। অছুদি ফাগী তৌবা ঙমদবা বাকমদি, চা-নবা অশেংবা হেক্তা ওইহনবা ঙম্‌্রা ?

কম। মথবাই খায়বম্ ঙম্মি। ঐনা খনবদি, হায়রক্লিবা বাসি অশেংবনি।

শ্রীশ। করিনোনে হায়রিবহুবো ? খাঙ্গৈমক শেংলগদবা ?

কম। ঐগী বাসিনবু লাল্লব্রবদি কমলমণি তুমা মাঙখিবা ওইগে।

শ্রীশচন্দ্রনা কমলগী মচিন্দু খংফা ফাজিল্লকই। মহুদা কমলনা হায়রকই, "ফরে ফরে, বাসিনবু লাল্লব্রবদি কমলমণিগী লোম্নবীহু তুমা মাঙখিসহু।"

শ্রীশ। অহু ওইরবদি চরা হেনবা নত্তনা অতৈ লৈতে।

কম। ফরে অহুদি, কনামত্তা হেক মাঙদ্রসহু, অহুবু নোংদম্বনা সূর্য্যমুখীবুদি হৌজিক মাঙহনবিদৌরিমাল্লে। ঐগী ইবুংনা নমহুনা লুহোংগদৌগুম তৌরমাল্লে।

শ্রীশচন্দ্রহু বাখল লম্মুক্লে—হায়রকই, "ঐ করিমত্তা ভাব তাবা ঙমদ্রে। নগেন্দ্রদা চিঠি ইসিরা ? নং করি হায়রি ?"

কমলমণিন্থ হায়রিবহু য়ারে। শ্রীশচন্দ্রনা লংনবগী মওংদা চিঠি ইরকই। নগেন্দ্রনা মহুগী পাওখুম ওইনা হন্নকপহু মথাদগী অসিনি—

"ভাই, ঐবু তুকচবা তৌগনু,—অহুবু ঐনা হায়রিবসি করিবু কাম্নগদগে ? তুকচকম খোকপবু শোইদনমক তুকচগনি। ঐহাক হন্দকীসি লুহোংলগনি। পৃথিবীগী মী পুম্বনা ঐবু তিন্নদ্রবম্, ঐহাক লুহোংবসিদি তৌক্লরোই। নত্রবদি ঐ অঙাওলাই-চুরগনি—মহু খোকদবসু পংকুই কুইদ্রে।

"ঘাসি হায়রবগী তুংদা অমুক মথা তাকম লৈজ্রে নিংই। নংহু মসিগী মতুংদা ঐবু থিংননবা বা হায়রকনি হায়বা থাজদে। হায়বরুবন্থ, ঐহাক মরম চানা য়েংননবা থৌরাং তৌরি।

"কনাগুম্বনা লুখ্রাবী লুহোংবসি হিন্দু ধর্ম্মদা য়াদে হায়রক্লবদি, যাবু বিদ্যাসাগর মহাশয়গী লাইরিক পাহন্নিংই। মাগুম্বা শাস্ত্র নিংথিনা থগুলবা মহামহোপাধ্যায় অমনা, লুখ্রাবী লুহোংবদি শাস্ত্রনা য়াই হায়রবদা, কনানা অদুবু শাস্ত্রনা থিংই হায়গদগে? অদুগা, শাস্ত্রনা য়াব্বস্থ সমাজদদি চৎনদে, ঐনা লুহোংলবদি সমাজদগী তাম্থোকপা ভাই হায়রবস্থ, ঐনা হায়নিংই, গো-বিন্দপুর অসিদা ঐবু সমাজদগী তাম্থোকদবসি কনাগী মতিক লৈ? ঐ ইশা-না সমাজ অদুমক ওইরবা মকমত্তদা, ঐবু সমাজদগী তাম্থোকপা হায়বমুক লৈরিব্রা? অদুমকপু ঐহাক নথোইগী নপুক্কিং থুংননবা লুহোংবসি লোম্না হোগুগনি, কনাগুম্বা অমতা থোইনা থগুলোই।

"নহাক থবকসিদা য়াদবা তৌরোই নিংই। নংনা হায়বা য়াই, মুপী অনি লোনবা হায়বসি হৌনদবা লিচৎনি। ভাই, নং কর্‌য়া থগুই, মসি হৌনদবা লিচৎনি হায়বা? নহাক ঘাকমসি ইংরেজশিংদগী তম্-বনি, ভারতবর্ষদদি মসিগী ঘাকম লৈরমদে। অদুবু ইংরেজশিংসি লাললৈত্রে-বরা? য়িহুদীগী চৎনবী লৈ হায়দুনা ইংরেজশিংনা মতৌ তখনি—অদুবু নং ঐদি য়িহুদীগী চৎনবীবু লাইগী ঘানি হায়না লৌবদি ওমদে। অদুদি করিগী-দমক্তা লিপা অমনা মুপী অনি লোনববু হৌনদবা চৎনদবনি হায়গনি।

"নংনা অমুক হায়বা য়াই, নিপা অমনা মুপী অনি লোনবা য়ারবদি, মুপী অমনা নিপা অনি লোনবদি করিগী য়ারোই? মহগী পাওখুমদি—মুপী অমনা মপুরোইবা অনি ওরবদি কত্তবা য়ায়া য়ায়া থোককম লৈ; নিপা অমনা মুপী অনি লোনবদদি মহু থোককম লৈতে। মুপী অমনা মপুরোইবা অনি ওরবদি মচাগী মপা মশক থগুবা ওরোই—মপাতনা মচাবু য়োকথৎ শেম-গৎপনি—মতুবু অরেপ্পা মীশক থগুব্রবদি সমাজদা অকায়বা কয়া থোক্লকনি।

অদুগা নিপানা সুন্দী অনি লোনবদদি মচাশী মমা মণক খঙদবা তৌদে ; অসিনচিংবা অতৈ বাকয় কয়াসু লৈরি।

"মী ময়ামগী অমাগুবা ওইগদবা হিরমচুতনা হৌনদবা লোনচংনি। নহাক্না কনিভুবা নিপানা সুন্দী লোনবসি হৌনদবা লোনচংনি হায়না খল্লবদি, মসিনা মী অয়াম্বগী করি মাঙহল্লবগে হায়বত্র অদুক উৎলু।

"ইমুংদা খংন-চৈনদুনা মহী লাঙগনি হায়না নংনা ঐগোন্দা মরম পিরকপা য়াই। ঐহাক মতাংসিদা মরম অমা পিগে। ঐহাক ইচা পোক্কে, ঐনা শিগ্রবা তুংদা, ঐগী ইপা ইপুগী শাগৈগী মিংসি মুংলগনি। ঐহাক হন্দকসি লুহোংলবদি ইচা পোক্নিংঙাই লৈ—মসিদি মরম চাদবা বাকল্লা ?

"অরোইবগী য়েংনিংঙাইনা সুর্য্যমুখীনি। সুংশিরবা ঐগী সুপীগী তিংখং ওইনা লোমবী থমগদৌরিবসি কনিগীনো ? মসিদা ঐনা থুমগদবদি—সুর্য্যমুখীদি হন্দকী লুহোংবসিদা মথবাই সুংঙাইভবা পোক্কে। মহাকমক্না লুহোংবগী বাকমসি হৌদোক্লকপনি—মহাকমক্না শীল-লাঙবনি। অদুদি কনানা অমুক য়েংনিংঙাই লৈরি ?

"অদু ওইরবদি করি কয়ম্না ঐনা লুহোংগদৌরিবসি মীনা থীনা ঙাংনকম থোকই ?"

---

## কুন্দনন্দনগুবা মতাং

# কনানো য়েংলগদবা

কমলমণিনা চিঠিদু পারগা হায়রকই, "করি মরম্না থীনা ঙাংনগদৌরিবনো ? ঈশ্বরনদি উরিশি, কয়াদা বাখল শেরায়গ্রবনো ! নিপা হায়বা লাংসিদি করিসু খঙখিদ্রবোইরে। অদু ওইরবসু—, মন্ত্রি অথোইবা, শেম শাগৎশিরো। ঐখোই গোবিন্দপুরদা চৎপা তারে।"

শ্রীশ। নহাক্নবু লুহোংবসি থুগাইবা ঙমগদ্রা ?

কমল। ওমত্রগনা, ইবুংগী মমাংদা থবাইসি থাগনি।

শ্রীশ। মহ ওইখোক্তবনি। অদুবু ননঙ্গা অতোপ্পগী মনাতোন্দু থাদং-লগা পুম্নকপাদি মঙমগনি। চংসি, মহ মঙাইরে তৌগদবা।

হৌজিক মখোই অনিমক গোবিন্দপুরদা চংলবা লাক্লবংলে। মথংগী অমুক্তা মখোই হি তোংলদুনা গোবিন্দপুর ডম্না খোঙথাদক্লে। মতমচানা মঙমহুদা থুংলরে। য়ুমদা চংদ্রিঙৈগী মমাংদা মীনাই নুপীশিং অমম্ভং থুংংদুগী নুপীশিংগা উনরে, অম্নাখনা কমলমণিবু হি তাম্না ওকপা লাকই। সুহোং-থ্রবম্না সুহোংদ্রিবম্না হায়বসি খঙনিংবনা, মহাকসু মাগী মপুরোইবসু ওহোক্না কম্না খোয়রাংলে, অদুবু মবানিমক কনামতা বাকমসি কনাদসু হংবা তৌদ্রে—ইকাইখনিংঙাই ওইবা বাসিবু কয়ম্না অতোপ্পা অমদা চিন কাংখোক্তুনা হংবা ওমগদগে ?

য়াম্না তক্কিং তক্কিংনা কমলমণি মমুংগী য়ুম তাম্না চংদ্রে, হন্দক্তি সন্তোষ তুংদা লৈহোরে হায়বসি পুমকাও কাওদ্রে। ইমুং য়োরক্লবা মতমদা ভশেংনা ঙাংখোকপদা খোনা বাংপগী খোনকয়া মীনাইনুপীশিংদা হংঙকই, "সূর্য্যমুখী কদাইদা লৈ ?" মপুক্লিংদা অকিবা পোকই, কনাগুম্বনা সুহোংদ্রে হায়রকদ্রা অহ নত্রগনা সূর্য্যমুখী শিরে হায়রকদ্রা হায়না।

মীনাইনুপীশিংনা তাক্লকই, সূর্য্যমুখী তূম্ফম কাদা লৈ। কমলমণি খুদক্তুদা তূম্ফম কা তাম্না চেল্লক্লে।

কাম্নুং য়োরকপদা অচানবদা কনাবুম্নু উদ্রে। ওহাক চংঙক্লনা কোইরেং কোইরেং য়েংলক্লে। মতুংদা, কাচিন অমদা, থিংজিল্লবা মিহুংখোঙ অমগী মম্নাদা নুপী অমা মরায়-লুক্না কপ্পি হায়বা উম্নক্লে। কমলমণিনা মমাইহুদি উবা ফংদে; অদুবু সূর্য্যমুখীনি হায়বদি খঙলে। অদুদগী সূর্য্যমুখীনা মাগী খোঙথাংদু তাম্নক্লদুনা হৌগদবুনা মনাক্তা লাক্লে। সূর্য্যমুখীবু উবদা কমলমণিদু সুহোংথ্রবম্না হোংদ্রিবম্না হায়বা বাম্নোলদি হংবা ওমদ্রে—সূর্য্যমুখী লেংজুমগী শকশিং ইকাপ কাপথংদ্রে—নোংবা দেবদাক্লগা মাময়বা সূর্য্যমুখীগী শাবান্দু

সূ। অগুদি মৈশাসিনা থম্মোই কাহৎলিবহি করিগীনো ?

কমল। নহাক নপুম্রোইবগী হৌজিক ওইরিবা হুংঙাইবনা থম্লবা মাই-খোংসি উরগা হুংঙাই হায়বদাই -- অদুগা করিগী হায়রি, মৈশাসিনা থম্মোই কাহৎলিবা করিগীনো ? নংনা হায়রিবা বাকম অনিমকসি অচুম্বা ওাক্তয়া ?

সূ। বাকম অনিমক অচুম্বনি। ঐহাক মানা হুংঙাইবা উরগা হুংঙাই -- অদুবু মানদি ঐবু মখোওনা কাওথোকপিরে, কাওথোকপিবসিনা মাগী অসুক হুংঙাইবা ওইরিবা !

সূর্য্যমুখী মখা অমুক তাথবা ওমত্রে, মথনাও কুনজিল্লক্রে -- মমিৎ পিনা থল্লক্রে, অদুবু সূর্য্যমুখীগী লোইত্রবা বাত্তগী মমুং তুনবা বাকমদি কমলমণি মপুং ফানা থওলে। হায়রকই, "নংবু মখোওনা কাওথোকপিরে হায়তুনা থম্মোই কাহৎলে হায়রি। অদুদি করিগী হায়রি, 'ঐবু কনানো ?' নংগী থম্মোই-দুংগী ভংথাই অমদি হৌজিককাওবা 'ঐ'গী বাথম্না থল্লি ; নত্রবদি নশাবু মাঙ-হনজরগা করিগী নিংঙম্মক্তবা পোকনি ?"

সূ। নিংঙমদবা পোক্তে। তৌরুরিবসি অকবমক্তি, মতুদা ঐ করিমতা চিংনবা লৈতে। অদুবু শিবদসু মৈশাদি লাংই। ঐহাক শিবনা করে হায়-তুনা ইশাগী থুত্তা ইশানা শিজবনি। অদুবু মতুমক ওইতুনসু শিরমদাই মতমদা নংগী ননাক্তদি কপ্লরোইত্রা ?

সূর্য্যমুখী কপ্লক্রে। কমলনা মাগী মকোক্তু মাগী মথামুংদা পুশিন্দুনা চেৎনা কোনশিল্লে। চিন্নদি বা পুম্বা ওাংথোক্লত্রে—অদুবু থম্মোই মশেন্দি বারি অদুম্মক শারি। থম্মোইমুংদদি কমলমণিনা থওই, কয়া বারবীনো সূর্য্যমুখী। থম্মোইমুংদা সূর্য্যমুখীনা থওই, কমলমণিনা মাগী অবাবদা শরুক য়াবিরি।

মবানিমক কপ্পা কাজিন্দুনা মমিৎ তৈথোক্লে। সূর্য্যমুখীনা মতমতুদা মশাগী বা তোক্তুনা অতৈ বা হৌদোক্লক্রে। সতীশচন্দ্রবু কোহল্লুতুনা লুনা-চাম্বা তোরে অমসুং মাগা লোইননা বারি শারে। কমলগা মতম কনা শাংনা

সতীশ-শ্রীশচন্দ্রগী মরমদা বারি তৌরে। সতীশচন্দ্রগী মহৈ মশিং তখা, লুহোংবা অসিনচিংবগী মরমদা নুংঙাইবা রা°কম কয়া খরয়রক্লে। অসুম্না খেঙলবা অহিং কাওবা মবানি বারি বাতাই শারগা সূর্য্যমুখীনা কমলবু নুংশিনা কোনশিল্লে অমসুং সতীশপু মতম্বাক্তা পমখত্তুনা নুংশিনা চুপ্লে। মবানিমকপু বিদায় তৌবা মতমদা সূর্য্যমুখীগী পিত্থ অমুক খামঙমদবা ওইরক্লে। কপ্পা কপ্পা মহাক্না সতীশপু আশীর্ব্বাদ তৌরকই, "ইবুংঙো! ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নংসু নংগী মাম্মগী মতৌগুম অমাঙ অতা লৈত্রবা গুণ্না লৈতেংবা ওইয়ু, মসিদগী হেনবা আশীর্ব্বাদতি ঐ খঙবা লৈতে।"

সূর্য্যমুখীত্থ মাগী হান্নগী ওইবা তপ্পবা বাঙাংদা বা অতঙ্মক ঙাংই, অদুবু মাগী খোম্লোক্তুনা ভাবদা কমলমণি থুক লাওবা অমা পোকই। মানা হায়রকই, "ইনম্মা, নংগী বাখল্দা করি করম্বা অমা লৈরবগে? হায়ুবা?"

সু। করিমতা লৈতে।

কম। ঐঙোন্দা থুপকনু।

সু। নঙোন্দা থুপকদবা ঐগী করিগুম্বা বা অমতা লৈতে।

কমলত্থ মখল্লাই নুংঙাইনা তুম্ফম কাদা চৎখ্রে। অদুবু সূর্য্যমুখীদি বারোল অমা থুপ্পুনা খনম্মি। মত্থ কমলনা অয়ুক য়োৗরক্লগা খঙলক্লে। অয়ুক্তা সূর্য্যমুখীবু খিবা মাগী তুম্ফম কাদা চংলুবদা সূর্য্যমুখীবু খিবা ফংত্রে, অদুবু হিপ্পদবা কমুংত্থগী মখক্তা চিঠি অমদি তাত্থনা লৈ। চিঠি উবদা কমলমণি মকোক উরু উরু লৈখ্রে—চিঠিত্থ পাত্রে—পাত্রবসু মরোলপুম্বা খঙলে। মহাক্না খঙলে, সূর্য্যমুখী লোয়না চেনখ্রে। চিঠিত্থ ফাক্তোক্তুনা পানিংত্রে—মত্থ লৌরগা মখুবাক্তা মুরু মুরু নোইহৎলে। মরাইবক্তা খুত্তুম্না গুরত্থনা কমুংথক্তা কমখরে। অত্থগা হায়রকই, "ঐসি অঙাওবানি। নত্রবদবু ঙরাং ঐগী কাদা চৎলমদাইদা খঙকম থোক্লবত্থবু ঐনা খঙখিত্রিবসি করিগীনো?" সতীশত্থ মাগী মনাক্তা লেপ্লম্মি। মমানা মরাইবক্তা খুত্তুম্না গুবা অমসুং কপ্পত্থ উবদা মাম্নু কপ্পা হৌরক্লে।

---

## কুন্দনিপালশুৰা মতাং

# আশীর্বাদ-পত্র

অঘাবগী অহানবা শাকুহ্ন তপথৱক্লবা মতমদা, কমলমণিনা চিঠি ফাক্তোক্লনা পারক্লে। চিঠিদুগী পুথক্তা মাগী মমিং থাই।

চিঠিত্তদি অসিনি ;—

"ইপুৰোইবগী মচিন্দা, ঐসি মাগী হুংঙাইনিঙাই ওইবা মীশক নত্রে, মহাক কুন্দনন্দিনীগী দমক্তা ঙাওচৎনবগনি নত্রগা মথবাই থাৱগনি হায়না তাবা হুমিত্তুমক্তদা ঐহাক পুক্লিংদা ইথক্তা বাশকচৈ, করিগুম্বা কুন্দনন্দিনীবু অমুক খিবা ফংবা থোক্লবদি, মাগী মথুক্তা ইপুৰোইববু শিন্নরগা মাবু হুংঙাই-হনগে। কুন্দনন্দিনীদা ইপুৰোইবা পিরম্লগা ঐ ইশানা য়ুম থাদোক্কনা চৎ-খিগে ; মৱমদি, ঐগী ইপুৰোইবদি কুন্দনন্দিনীগী ওইগ্রগনি, মত্ম ঐ ইমিৎসিনা য়েংহ্নলা লৈবা ঙম্মোই। হৌজিক্তি কুন্দনন্দিনীবু অমুক হম্না ফংলহনা মঙোন্দা ইপুৰোইবা পিরম্লবনি। ঐ ইশাসু য়ুম থাদোক্কনা চৎলবনি।

"ঙৱাং লুহোংবা হেক লোইবগা ঐ অহিংদা য়ুম থাদোক্কনা অত্মমক চৎগ্রগদবনি ; অত্মবু ইপুৰোইবনা হুংঙাইনবগীদমক্তা ঐ ইশানা ইশাবু হাত্তোক-চরিবা, অত্মবা হুংঙাইবত্র নোংমা নিনিতং ইমিৎসিদা উনিংবগী ইথৌ অমা পুক্লিংদা কম্না পোকই। অত্মগা নংবুসু অমুক্তং উনৱমগে হায়বসি কম্না থল্লি। নংবু লাক্লবা ইথি—নং শোয়দনা লাক্কনি হায়বা উই। হৌজিক ঐগী অনিংবা অনিমক থুংলে। ঐগী থবাইদগী হেল্লবা মীশক্কু হুংঙাইরে হায়বা ইমিৎনা উরে। নংগী নকমদগী বিদায় লৌরবনি। ঐ হৌজিক্তি চৎলে।

"নংনা চিঠিসি থেংনবা মতমদা ঐদি য়াম্না থাপ্না চৎলগনি। নঙোন্দা তাক্লমত্রে, মৱমদি, তাক্কুৱবদি নংনা ঐবু চৎহল্লৱোই। হৌজিক ঐনা নখো হ-দা নিজরিবদি, নখোয় ঐবু অমুক খিবা-খোংপা তৌগহ্ন।

"অমুক নংগা উনবা ফংগনি হায়বসি উত্রে। কুন্দনন্দিনী লৈমিমধৈ দি

ঐ লৈপাকসিদা অমুক লাক্লরোই অচ্ছগা ঐবু থিবগু ফংলোই। ঐ হৌজিক্কি লখৌগী চাক্লিবী ওইরবনি—চাক্লীবৌগী ফীজেৎ শেত্তুনা লৈপাক খুদিং কোয়না চৎকনি—নিত্তনা থম্বাই হিংনবা লোৎনগনি। ঐবু কনানা শক খঙগনি? ঐহাক লুপা-শংবা পুত্তনা চৎকে হায়রবদি চৎপগু ময়াই, অদুবু মহ পামজ্রে। ঐগী ইপুরোইববু ঐ থাদোক্তুনা চৎলবনি—অত্তগবু শনা-লুপা পুক্লত্তনা কৈদৌ-নক্কনি.?

"নং ঐগী থবক অমতংদি তৌবিয়ু। ঐগী ইপুরোইবগী থুম্নাদা ঐনা মশীং লাকভমদনা খুকমজে তম্বিয়ু। ঐ মঙোন্দা চিঠি ইত্তনা থনম্ববা য়াম্না কম্না লাক্লবনি, অদুবু ভমদ্রে। মিত্তগী পিনা লাইরিক মন্নেক উবা ফংদে—চে চোত্তুনা মাঙই। চেহ্ন শেগাইথ্রগা অমুক ইবা লাক্লে—অমুকগু শেগাই—অমুকগু শেগাই অদুবু ঐনা হায়গদবা বাশিংহু চিঠি ওইনা ইত্তনা কোংদোক-পদি ভমদ্রে। কোংদোকপা ভমদ্রে হায়ত্তনা মঙোন্দা চিঠি ইত্রবনি। নংনা ফগনি থনবা মাইকৈ য়েংত্তনা ঐগী পাওসি মঙোন্দা তম্বিয়ু। মঙোন্দা নিংথিনা মুম্না থঙহনবিয়ু, ঐহাক মাবু শাওত্তনা লৈবাক থাদোক্তুনা চৎপা নত্তে। ঐ মঙোন্দা শাওবা লৈত্তে; কৈদৌম্নুংদগু শাওম্বক্তি; কৈদৌম্নুংদগু শাওরোই। মাবু থনজরগা মুংঙাইজবা মীত্তবু শাওকম কম্নি লৈ? মাগী মফমদা ঐগী লেং-দ্রবা ভক্তি লৈজবত্ত, অত্তম্মক লেঙদনা লৈজে, লৈবাক্তা লৈবাকসিনা তিনখি-ত্রিফাওবা লেংদনা লৈরগদবনি। মরমদি, মাগী মশীং নাইত্রবা গুণ ঐ কৈদৌ-মুংদগু কাওবা ভম্মোই। কনামত্তনা অম্সুক য়াম্বা গুণ চেন্দে। মী অতোপ্পদা অম্সুক য়াম্বা গুণ চেন্দে হায়ত্তনবু ঐ মাগী মনাই মুপী ওইজরিবনি। দোষ অমতংনা মাগী গুণ ময়ামসি কাওথোকখিবা ভম্নবদি, ঐ মাগী মনাই ওইবদা মতিক চাবী নত্তে। মাগী মফমদগী ঐ পুন্সিসিমগী বিদায় লৌজর-বনি। পুন্সিসিমগী ইপুরোইবগী মফমদগী বিদায় লৌবসিমক্তনা, ঐসি কম্না-মুক য়ানা পুম্নমক থাদোক্লবী অমা ওইম্নবীনো হায়বহু থঙগনি।

"নংগী নফমদগী মপোকসিমগী বিদায় লৌরে, ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌম্নি,

মংগী নবুক্তো অমস্তুং নচা মতম কুইনা পুন্সিবা ওইসম্লু, নংস্থ মতম চুপ্পদা হুং-ঙাইবী ওইয়ু। অমুকস্থ আশীর্ব্বাদ তৌরি, নহাক নংগী নপুয়োইবগী হুংশিবা হেক ফংঙক্কবা হুমিত্তুদা নহাকী পুন্সি মতোল লোম্বা ওইসম্লু। ঐঙোন্দদি অসিগুম্বা আশীর্ব্বাদসি কনামতনা পিনবিদে।"

---

## কুনম্মাপলগুম্বা মতাং
# হু পাম্বী হায়বসি করিনো

ঐখোয়না হৌজিক, মল্ল হুনবদগী মতৈ য়ানবা অমস্তুং মহৈহু চাবা কাও-বগী মরমদা নৈনবা লাক্লরিবা হু পাম্বীসি, মী পুম্নমক্কী মাঙোন মাঙোন্দা থানরি। রিপুগী থৌইনশিন্না মাগী মরুনি; থোদোক মতুংইন্না মচ লৌবুক খুদিংমক্তা মরোল চোংথংলকই। কনাগুম্বা মী অমতা লৈতে; মাগী মপুক্লিংদা রাগ-দ্বেষ কাম-ক্রোধনচিংবনা চংদবা। জ্ঞান লৈরবা মীশিংস্থ থোদোকী তুংইন্না হায়রিবা রিপুশিংসিনা হেক হেক মমহল্লি। অদুদা মী অমগা মী অমগা খেন্নবা হায়রবু, কনাগুম্বনা মপুক্লিংদা ইহৌরকপা ফত্ত-বাথলশিংহু লাকশিনবা ঙম্বি অমস্তুং লাকশিল্লি—মদুগুম্বা মীশক্তুনি মহাত্মা, কনাগুম্বা অমনা মপুক্লিং কাজিনবা ঙমদে,—মথোয়শিং অদুগীদি হু পাম্বীগী মল্ল হুল্লকই। পুক্লিং কা-জিনবা থাংপনা মাগী ময়োলনি, মদুতনা পাম্বীসি চাওথংহল্লি। পাম্বী অসি মপাঙ্গল য়াম্না লৈ. অমুক্তংবু চাওথংগ্রবদি মাঙবা অমুক লৈতে অদুগা মথক মতৌস্থ য়েংবদা অঙকপা ফংনা নিংথি; অয়াম্নদগী মাগী মচু কয়াগী ম-না অমস্তুং ফুগাইনা শাংলবা মপালশিং অদু উবদা পুক্লিং গুমহৎনবগী মথক্কি। অদুবু মাগী মহৈদি হু-ঙাক্কি; চাক্লবদুমা অদুম্বক শি।

লৌবুক থেম্নবনা হু পাম্বীদা মথল মথলগী মহৈ পাল্লি। শকওং-শকওংগী তুংইন্না হু পাম্বীদা অনা-অয়েক্লচিংবা মথল কয়াগী মহৈ য়াল্লি। পুক্লিং কাজিন-বগী মরমদা অহানবদা পুক্লিং কাজিনবা হৈনহনবা, অনিগুবদা পুক্লিং কাজিনবা

ওয়বগী পাঙ্গল, অসি চংই। মসিগী মনুংদা পাঙ্গলদি হৈনয়কপদগী পোকপনি, হৈনরকপনা তম্বদগী থোকপনি। শাজংস্থ তম্বগী মথক্তা নল্লি। ময়ম অচুনা পুক্লিং কাঞ্জিনবগী ময়মদা তম্বনা মরুনি। অদুবু গুরুগী পাউতাকতবু তম্বা কোবগী যাক্ষম নত্তে; থম্মোইগীদমক্তি অবাবা থাগুবনা মরু ওইবা তম্বনি।

নগেন্দ্রদি অসিগুম্বা মতমসি কৈদোংগৈদম্ব তমখিদে। ঈশ্বরনা মাবু হুং-ঙাইবা পুম্বগী মপু ওইহন্দুনা পৃথিবীদা থাৱক্লে। গুমহৎপা শক্তম, মপাল নাইত্রবা লন-থুম্, অনা-অয়েক পক্তবা হকচাং, মথল মথেল কয়াগী মহৈ, ফজবা লমচৎ, হুংশিচাওবী মপুৱোইবা নিংবী নুপী; কায়ন্নিবা পুন্নমকসি মী অমগী মরাইবক্তা পঙনা থোক্তে। নগেন্দ্রগীদি পুন্নমকসি তিন্নবনি। মরু ওইনা নগেন্দ্রদি মশাগী ময়ম5ৎ ফজবনা মতম চুপ্পা হুংঙাইতৃনতা লৈ; মহাক্তি অচুম্বতা ঙাংই অত্তবু যাঙাং-থোনক্ষম হুংশি। মীগী কান্নবা তৌই অত্তবু অচুম্বদি থাদে; পিনহৈ অত্তবু চাং নাই; হুংশি চাওই অত্তবু মথোদা মপুক্লিং লেপ্লি। অপোকপা অহল লম্মন লৈরিঙৈদা মথোইনা হায়বতা ইল্লি অমস্থুং মথোইগী হুংশিকম ওই; মাগী নুপীদা য়াম্মা নিংথিনা থোয়দাই; মরূপগী ফনবতা শীল্লি; মনাইদা থৌজাল হৈ; চংজয়রুপবু ঙাকপি-কনবি; য়েক্রুবগা থক থৎনদে। মহাক্তি বা তান্নবদা য়াম্মা হৈ শিংই; থবক্তা লৌথুপ লৌকোই নাইদে, যাম্নি শাবদা নোম্লুকই: ফাগীদা যাঙাং হৈ। অস্থুম্বা লমচৎকী মনাদি মপুং ফাবা হুংঙাইবনি;—নগেন্দ্রদি পিশক পিক্লিঙৈদগী মসিমক ফংলকই। মাগী মৱৈবাক্তা ইকাই থুয়ৈ; অতোপ্পা লমদনা মিংচৎ লৈ; লুনা নিঙবা মীনাইনা থল্লি; প্রজাশিংদগী ভক্তি ফংই; সূর্য্যমুখীগী মকমদগী লেঙত্রবা, চাংজৌ নাইত্রবা—মক্তুবা হুংশি মপৈ ফংই। মহাক্কী মরাইবক্তা অস্থুক হুংঙাইবসি থোক্লমত্রবদি, কৈদোঙ্গুংদা মহাক অস্থুক যাবা মীশক ওই-য়ম্মোইদবনি।

অযাবা হায়বত্ত ওইত্রবদি অপাম্বা থক পোক্তে। মহাক মহাক্তী অযাং-পত্ত, মহাক মহাক্তী অপাম্বা ওইয়কই। কুন্দনন্দিনীবু অপাম-মিংয়েংনা

য়েংত্রিঙৈগী মমাংদদি নগেন্দ্র কৈদৌঙ্গুংদা অপাম্বগী যাথল পোক্লমদে, মরমদি, কৈদৌঙ্গুংদা করিগুম্বা অমা অৱাংপা থগুলমদে। মরম অদুনা অপাম্বা থিং-ননবদা চংবা পুক্নিংগী শাজেল অমদি ভম্বা হায়বদু মহাক থক তৌখিদে। মসিদগী মহাক মপুক্নিং কাজিন্নবা ফনা কনা লাক্লৱবস্থ মাই পাকপা ঙমখি-ত্রিবনি। মপু কাৱা সুংঙাইবদি অৱাবগী মরুনি। হৌখিবা অৱাবা নত্তুনা লেঙত্রবা সুংঙাইবা পোক্কে।

নগেন্দ্রগী দোষ ইরৈ নৈত্তে হায়বগী যাদি নত্তে। মাগী দোষতি য়াম্না শাথীবনি; মতৃগী প্রায়শ্চিত্তস্থ য়াম্না শাথীবা মগুংদা হৌরক্লে।

---

### কুহু্ৰাশুবা মতাং

## থিবা

হায়রুবগী কায়দে, সূর্য্যমুখীনা চেনখিবগী যাসি ইমুংশন্না শন্দোরক্লবা মতমদা, মাবুং থিক্লনবা মী যানবা ইয়াং লাংনরক্লে। নগেন্দ্রনা মাইকৈ মন্ত্রিমক্তা মী থারে, শ্রীশচন্দ্র মী থারে, কমলমণি মাইকৈ শীন্না মী থারে। মীনাইগুগী মকোক ওইবীশিংনা শনাবুল লংখোক্লম্নগা চেম্নরক্লে; হিন্দুস্থানী থোঙশঙ-বশিংনা যাগী চৈশাং থুংশায়নরক্লনা, ফরাসীগী লশিংকৌগী ফুরিং মকক্ লিং-লক্লনা, কোক্ কোক্ লাওনা নাগরা থোংঙাপকী মখোলগা লোইননা চংলক্লে —খানসামাশিংনা লেংবান্দা গামছা, থ্রাংদা থ্রাংলাক কিয়ক্লনা, য়ুমগী মবেম্মবু হন্না অমুক পুরক্লবা চংনরক্লে। শাগৈ ভাই থরনা গাড়ী পুরক্লনা শোয়োক অচৌবদা চংখ্রে। থুলতগী মীশিংনা লোবুক-লমহাংদা কোইথি থিবা হৌ-রক্লে; করিগুম্বা মফমদনা ঊথাদা কমিট্টি ওইনা ফমক্লনা হিদাক হান্দুনা থক্লরক্লে। অচৌ-অশাংশিংসু থুলগী বা-তায়ফম শগুদা, শিব মন্দিরগী মাঙ্গোন্দা, ভায়কচকচি ঠাকুরগী টৌলদা অমস্তুং অতৈ অতোপ্পা মফম কয়াদা কয়ক্লনা থম্নবা হৌরক্লে। হম্মবী-মৌনহাশিংনা হিদেন তাকমশিংন্থ শিক্তকপা

বিচার লোইশঙ ওইহল্লে। অঙাংশিংগী মরক্তা অচৌবা কুমৈ হুমিং ওইনা থোক্লে, অঙাং অয়াম্বনা পাঠশালা ছুটি থারগনি হায়না খল্লরক্লে।

অহানবদা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্র অমসুং কমলদা আশা য়ায়া শিরকই, "মহাক্তি কৈদৌঙ্গুংদা খোঙনা থাপ্পা চংলক্তি্‌বনি—কয়া থাপ্পা চংপা ঙমগদগে? পৌবা অমা নত্রগা ক্রোশ তংখাইমুক চংলগা মকম অমদা পোখাহুনা ময়াইনা লৈজরমগনি: হৌজিকমক খিন্দনা থেংনরগনি।" অহুবু পুং অনি অহুম হৌখ্রবা ফাওবা সূর্য্যমুখীগী মপাও কংলক্ত্‌বহুদা, নগেন্দ্র মশামক মাবু থিবা পোয়রক্লে। মতম খরা হুংশা মরক্তা কোইচং চংলুরগা খল্লকই, "ঐনদি থিবনি হায়হুনা চংলি, অহুবু য়ুমলোমদদি সূর্য্যমুখী থেংনহুনা পুরক্লম্বা য়াই।" অসুম্না খল্লহুনা হল্লক্লে। য়ুম য়ৌরক্লগা উরে, সূর্য্যমুখীগী পাও অমত্তা কংদে। অমুক মপাল থোকখ্রে। অহুদগী অমুক য়ুমদা হল্লক্লে। অসুম্না হুমিত্তু্‌মা হৌখ্রে।

অওইবমক্তি শ্রীশচন্দ্রনা হায়খিবহ্ন অচুম্বনি। সূর্য্যমুখীদি কৈদৌঙ্গুংদা মখোঙনা য়ুমদগী মপাল চংখোক্তে। কয়া থাপ্পা চংপা ঙমগনি? য়ুমদগী ক্রোশ তংখাইমুক থাপ্পদা লৈবা পুখ্রি অমগী মপান্দা হৈনোবন অমদা হিপ্তু্‌না লৈরম্মি। মগুংগী ইমুং ভাগ্না চংখোক চংশিন তৌবা খানসামা অমখক্তি কোইথি থিবা অসুম লাকপদা মকমহু য়ৌরক্লহুনা মাবু উরে। মাবু মখক খঙলহুনা হায়রকই,—'ইবেম্মা, লেংলসি।'

সূর্য্যমুখী করিমত্তা খুমদে। মহাক্না অমুক্তা হায়রকই, "লেংলসি ইবেম্মা! য়ুমদা মন্নাম্মক মিপাইনরে!" মহু ভাবদা সূর্য্যমুখীনা শাওনা হায়রকই, "নংনা ঐবু হন্দুনা পুনবগী নতিক করি লৈ?" খানসামাহু কিরে। অহুমকপু মহাক লেপ্তু্‌না লৈরে। সূর্য্যমুখীনা মঙোম্দা হায়রকই, "নং অন্নুম্মক লেপ্তু্‌না লৈরবদি, ঐহাক পুখ্রি মগুংসিদা চোংখহুনা শিরগনি।"

খানসামাহু করিমত্তা তৌবা ঙমত্রহুনা ঙমজবমথৈ য়াংনা চংখিহুনা নগেন্দ্রদা পাও ভাক্লরে। নগেন্দ্রনা দোলাই পুদ্রনা মশামক মকমহুদা লাক্লে।

অহুবু মতমহুদদি সূর্য্যমুখীবু মকমহুদা থেংনব্রে। মনাক অহুবাইদা কোইখি খিরে, অহুবু কয়িমতা কায়ব্রে।

সূর্য্যমুখীদি মকমহুদগী হোৎপত্তুনা চংশ্রগা উমং অমদা চংহুনা ফমুরে। মকমহুদা হমুবী অমগা থেংনরে। হমুবীহু শীং চনবা লাকপনি—অহুবু সূর্য্য-মুখীগী লৈফম ভাকপা ওয়বদি মনা ফংগনি হায়হুনা মাস্থ অহুন্মক খিরম্মি। সূর্য্যমুখীবু উবদা হংলকই, "তারিবয়া, নংবু ঐখোইগী বাবুখোইগী ইবেম্মরা?"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "নত্তে ইমা!"

হমুবীহুনা হায়রকই, "মানিদা, নং ঐখোই্গী বাবুখোইগী ইবেম্মনিদা।"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "নখোইগী বাবুখোইগী ইবেম্মা হায়ববু কনানো?"

হমুবীনা হায়রকই, "বাবুখোইগী ইমুংগী মৌহুনিদনা।"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "ঐগী ইশাসিদা শনাগী লিক-কোলবু কয়ি পক্লি-বগে, ঐবু বাবুখোইগী ইমুংগী মৌনি হায়য়িবসিবো?"

হমুবীনা খল্লকই, "মহুমস্থ চুম্মি।"

অহুদগী মহাক শীং থুগ্ল-থুল্লহুনা অতোপ্পা উমং য়েনা চংখ্রে।

মুংখিলহু অস্থম্মা অয়েম্বদা হোৎপ্রে। অহিংদস্থ কয়িগুম্বা কায়বা অমতা ফংব্রে। মথংগী মুমিংস্থ, অহুগী মথংগী মুমিংস্থ মঙ্গল ওইদ্রে—অহুবু খিবগীদি লেপ্পা লৈতে। থিয়িবা নিপাশিং অহুদি অয়াম্বনা সূর্য্যমুখীবু মশাক খওদে—মখোইনা লাইর-চুতংনবা কয়া কয়া নগেন্দ্রগী মমাংদা ফাহুনা পুয়রক্লে। মমৈ-থংদদি অচৌ অশাংগী মচা মশু কনামতা মথন-মথস্তা হিদেন তাকম তায়া ইরুজবা চংপক্লাও অরুবা অমা ওইখিল্লক্লে। মথস্তবু থেংনয়বদি নগেন্দ্রগী তলব চাবা হিন্দুস্থানীশিংনা "ইবেম্মা" হায়হুনা মতুং কোইন ইগে অহুগা ইরু-মাই-খজবকা তোকহন্দুনা থুদক্তুদা দোলাই-দোলাইয়েং পুয়রক্তুনা হেক্কা থুংলৈ। অয়াম্বনা দোলাই তোংবা অমুক্তা ফংনত্রি, অহুনা তাঙ্গা চায়হুনা পৈশা তিং-দনা দোলাই তোংনবস্থ য়াওরে।

শ্রীশচন্দ্রহ অমুক নৈবা ঙমখিল্লক্তরে। কলিকাতাদা চৎখিত্রনা খিবা হৌরক্লে। কমলমণিনা গোবিন্দপুরদা লৈনা লৈনা খিরক্লে।

---

## কুহু, মাথোইশুবা মতাং
# নুংঙাইবা পুম্নমক্কী পল্লেপফম লৈ

কুন্দনন্দিনীনা মপোকসিমগী ফংগনি হায়না থাজত্রবা হুংঙাইবত্থ হৌ-জিক্তি ফংলে। মহাক নগেন্দ্রগী হুপী ওইরে। লুহোংবগী হুমিত্তুদা কুন্দনন্দি-নীনা খল্লকই, হুংঙাইরিবসিগী পল্লেপফম নাইদে, চাংদম্ফম লৈতে। অদুগী তুংদা সূর্য্যমুখী চেনগ্রে। মতমংদা মাগী পুক্লিংদা নিংঙমদবা পোক্লক্লে—মানা খল্লকই, "সূর্য্যমুখীনা ঐবু থারবা মতমদা কনবিখি—মহুবু নৎলমত্রবদি ঐ করি থোক্লমগবা—অদুবু ঙাসিদি মহাক ইহাকথক্কী দমক্তা য়ুম থাদোক্তুনা চৎগ্রে। ঐ হুংঙাইজরমদহুনা শাখিবনা হেন্না ফবনি।" উবিরেদনা, হুংঙাইবগী পল্লেপ-ফম লৈ।

হুমিদাংবাই নগেন্দ্র ফমুংদা ঙিপ্লি—কুন্দনন্দিনীনা লুখুমদা কমলহুনা হুমাই হুপ্লি। মবানিমক তুমিন-তুমিন্না লৈ। মসিগী মওংসি অফবা কৌবা য়াদে; অতৈ কনাম্থ লৈতে—অদুবু মখোয় অনিমক বা-লাং ঙাংনদে—মপুং ফানা হুং-ঙাইবা হায়বহু ওইরবদি অম্থম্না তৌরোইদবনি।

অদুবু সূর্য্যমুখীনা চেনখিবা হুমিত্তুগী হৌনা মখোয়গী মপুং ফানা হুং-ঙাইবা হায়বহু কদাই? কুন্দনন্দিনীনা ততুনা খল্লি, "করম তৌরগা হায়গী অহুগুম্না অমুক লৈগবা?" ঙসিদি, তাঞ্জাসিদা, কুন্দনন্দিনীনা মচিন কাং-থোক্তুনা য়াহংসি হংলক্লে, "করম তৌরগা হান্নগুম অমুক লৈগদগে?"

নগেন্দ্রনা খোয়শাওনবগা লোইননা হায়রকই, "হান্নগুম লৈবা হায়-বদি? নংবু লুহোংলে হায়হুনা নহাক নিংঙমদবা পোক্লরুব্রা?"

কুন্দনন্দিনী হুংঙাইতবা পোক্লে। হায়রকই, "নহাক্লা ঐবু লুহোংবিহুনা

য়াইফবী অমা ওইহনবিরিবসি—মপোকসিমগী খোকনি হায়বা কৈদোম্নুংদা থাজক্লদে। ঐনা হায়বদি মতু নত্তে—ঐনা হায়রিবদি, করম তৌরগা সূর্য্যমুখী অমুক হল্লকদগে অসিনি।"

নগেন্দ্রনা হায়রকই, "য়াফমসি নহাক নচিন্দুনা শুকপন পনগনু। নংগী নচিন্দা সূর্য্যমুখীগী মিংসি হেক তাবদা ঐ খোইদৌ য়াম্না শাওগৎলি। নহাক-থক্কী দমক্তা সূর্য্যমুখীনা ঐবু থাদোক্কুনা চংথ্রিবনি।"

মতু কুন্দনন্দিনীসু খঙই—অদুবু নগেন্দ্রগী মচিনমক্তা য়াসি হায়দোরকপহৃদা কুন্দনন্দিনী মথয়াই শোক্লা মুংঙাইরে। মানা খল্লকই, "চৈরিব্রনে ঐবো? ইয়াইবকসি ওত্থোক্লা থিগ্রেদা, অদুবু ঐগীদি ইয়াল করিমত্তা লৈতে। সূর্য্য-মুখী মশামক্তা লুহোংবসি খোক্লবা শীনথ্রিবনি।" কুন্দতু অতৈ য়া মথা অমুক ভাখদনা হুমাই হুমহুনা অতম্মক লৈরে। কুন্দনন্দিনীনা মতম শাংনা তুমিন্না লৈখিবতু উবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "য়া ঙাংত্রবদি কৈদোরে? শাওরবরা?"

কুন্দনা হায়রকই,—"শাওদে।"

ন। চুম্না 'শাওদে' ত্তমক হায়রগা অমুকন্থ তুমিন্না লৈরবা? নহাক ঐবু মুংশিত্রা?

কু। মুংশি কৈদোরবগে।

ন। "মুংশি কৈদোরবগে?" মতুদি অঙাং-থেম্নবা য়াঙাংনি। কুন্দ, ঐনা অসুম খনবদা, নহাক ঐবু কৈদোম্নুংদসু মুংশিদমাল্লে নিংই।

কু। মতম চুপ্পদা মুংশি।

নগেন্দ্র খঙলবসু খঙখিদ্রে, মসি সুর্য্যমুখী নত্তে হায়বা। সূর্য্যমুখীনা মুংশিবগুম কুন্দনন্দিনীসু মুংশিদে হায়বগী য়াফম নত্তে—অদুবু কুন্দদি য়াঙাং হৈত্তে। মহাক্তি নৌরিবীনি, কিগল্লিবীনি, য়াঙাং-কাইদা হৈতবীনি, করি য়া মথা অমুক তারক্কনি। অদুবু নগেন্দ্রদি মতু ভাব তাখিদ্রে, হায়রকই, "ঐবু সূর্য্যমুখীনা মতম চুপ্পদা মুংশি। য়োংগী ওক্তা মুক্তা পরেংনা করি লেমজকম লৈ?—য়োংহিলংনা হেন্না পক্কে।"

হন্দক্তি কুন্দনন্দিনী মিংকী পি থিংবা ঙম্মক্তে। ওপ্পা হৌগংলদ্রুনা মপান থোকখ্রে। মহাক্না চংদ্রুনা কপ্লুনবা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লৈতে। কমলমণিনা হেক লাকপদগী হৌনা কুন্দত্ত মনাক্তা শুকচং চংলুত্রি—কুন্দনন্দিনীনা হন্দক্কী লুহোংবসিগী মরু ওইনা লাল্লিবা মীশক্তি মহাক মশানি খল্লদুনা ইকাইবদগী মঙোন্দা শক উৎলুবা ঙমদ্রি। অদুবু ঙসিগী মথবাই শোকপা বাকমসিদ্দি পুকচেল তিন্নরবী হুংশিরবী কমলমণিদা তম্লিংবা অমা পোক্লে। নোংমা হুংশিল্লবগী কাঃক্কম লৈত্রবা নিঙবা কায়রবা মতমদা, কমলমণিনা মাগী অবাবদা অবাবা ফোংদোকপিদ্রুনা মতম্বাক্তা কোনবিরগা, মমিঙগী মপি তৈথোকপিথিবা হুমিত্ত্ 'নংশিংলুদ্রুনা, মাগী মনাক তাম্না কপ্পা চংখ্রে। কমলমণিনা কুন্দনন্দিনীবু উবদা হুংঙাইতবা পোকই—কুন্দনা মনাক তাম্না চংশিল্লকপত্ত উবদা পুমঙক ঙকখ্রে—বা-লাংদি ঙাংলুদে। কুন্দনা মাগী মনাক ম্যৌরক্রগা ফমত্তনা কপ্লরে। কমলমণি বা শুকঙাং ঙাংদে. হংস্থু হংদে, করি তৌরবগে হায়রবা। মরম অদুনা কুন্দনন্দিনী মথন্তা তুমিন্না লৈজখ্রে। মতমদুদা কমলনা হায়রকই, "ঐগী ইথৌ য়াম্না লৈ।" অসি হায়রগা হৌগত্ত্না চংখ্রে।

কুন্দনন্দিনী থঙলে. হুংঙাইবা পুম্নমক্কী পল্লেপকম লৈ।

---

## কুন্থ্রানিথোইশুবা মতাং

## হু-পাম্বীগী মহৈ

( হরদেব ঘোষালগী মফমদা নগেন্দ্র দত্তগী চিঠি )

নংগী চিঠিদা, ঐনা পৃথিবীসিদা তৌরিবা থবক পুম্বগী মথুংদা, কুন্দনন্দিনীবু লুহোংলুবা অসিনা থ্বাইদগী কেন্না অরানবা থবক্তি হায়রকপত্ত, ঐ ইশানা য়াই। ঐ থবকসি তৌরুবদগী সুর্য্যমুখীবু মাঙখ্রবনি। সুর্য্যমুখীবু হুপী ওইনা ফংলবদি য়াম্না য়াম্না লাইবক ফথ্রবগী বানি। মী পুম্নমক লৈপাক তৌনৈ,

অদুবু কোহিনুরদি মী অমথক্তংগী মরাইবক্তদা থোকই। সূর্য্যমুখীদি কোহি-নুরনি। কুন্দনন্দিনীগী করি গুণ লৈহনা মাগী মফমদু মেনশিনগদগে ?

অদুবু কুন্দনন্দিনীবু মাগী মফমদা থাজংলুরিবসিদি করিগীনো ? বাখল লানবনি ! বাখল লানবনি ! হৌজিক্তা জ্ঞান তাররে। কুম্ভকর্ণগী তুম্বা কাম্নথি শিননবগী দমক্তা। ঐসু শিননবগী দমক শুমহৎ-য়াহিপ্তগী মিকপ থোক্লে। হৌজিক সূর্য্যমুখীবু কদাইদনো থিরুগদবা ?

ঐহাক করি মরমদগী কুন্দনন্দিনীবু লুহোংলুরিবনো ? ঐহাক মাবু নুং-শিরুবনরা ? নুংশি অচুম্বনি—মহাক মগুংলাংগী ঙাওচৎনবা ওইগদৌরুরবনি —থবাই কাওবা থাগদৌরুরবনি। অদুবু হৌজিক্তি থওজে, নুংশিবদু চুম্না মিত্তগী ওইরম্লে। নত্রবদি ঙসি লুহোংবা নুমিৎ তরামগ্তানিতা ঙাইরিঙৈনো করিগীদমক হায়গনি, "ঐ মাবু নুংশিরুবনরা ?" নুংশিরুবা হায়বদি করিনো ? হৌজিকসু নুংশিরি—অদুবু ঐগী সূর্য্যমুখীদি মফম কৈদা চংগে ? বা য়াম্না ইগে থনবনি, অদুবু ঙসিদি মথা অংক তাথবা ঙমদ্রে। য়াম্না যারে। ইতি।

( হরদেব ঘোষালগী পাউথুম )

ঐহাক নংগী নপুক্রিংগী বা থওজে। কুন্দনন্দিনীবু নুংশিদবগী বাফম নত্তে—হৌজিকসু নুংশিরি ; অদুবু মদু মিত্তগী নুংশিবনি হায়না নংনা হায়রিবদু, অচুম্বা বামক্নি। সূর্য্যমুখীবু নহাক হকশিন্না নুংশি—নোংমা নিনি কুন্দনন্দি-নীগী মমিনা মদুবু অত্রক খুমজিল্লুবনি। হৌজিক সূর্য্যমুখী মাঙথ্রবা মতমদা মদু নং ভাব তাররে। থনজিনবিনবা লৈত্তনা তুমিৎ অসুম থোক্কুনা লৈরি-রৈঙদদি, মাগী মঙালনা মৈশা লাংই. নোংবু পাম্লকই। অদুবু নুমিৎনা তাথ্রবা তুংদদি থওলকই, তুমিত্তনা সংসারগী মিৎনি। নুমিৎ য়াওত্রবদি সংসাৰসি ইমম মশ্নি।

নহাক নশা নথন্তগী পুক্রিং থওজক্নদবনা অসুম্বা শাথীনা লাল্লবা থবকসি তৌরুরবনি—মদুগী দমক ঐ অমুক ঙাংবা তৌররোই—মরমদি, নংনা থল্লুরিবা অয়ানবা বাখল মতাহুদগী, নশানা নশাবু চুমথোকচনবা হোৎনবা হায়বসি

য়াম্না অরুবা থবক্তি। পুক্নিংগী বাথল কয়ামুক নৈ, মচু পুম্নমক্তু মীনা হুং-শিবনি হায়না খল্লে। অদুবু পুক্নিংগী ফীভম পুম্নমক্তা, অতৈগী হুংঙাইনবগী দমক ঐখোইনা লৈজবা পুম্বা থাদোক্কে হায়না ইশানা পামজনা থৌরাংঙনবা লৈরবা, অদু ওইরবদি, মদুবু থাদৈশেংবা হুংশিবা কৌই। "ইশানা পামজনা থৌরাংববুনি" হায়বদি ধর্মগী বাথলদগী নত্রগা পুণ্য পাম্বদগী পোকপচু নত্তে। অদুনা শকতগী অপাম্বা পোকপদি হুংশিবা নত্তে। চাক লায়বা মীগী অরাম্বচু চাকপু হুংশিবননি হায়না কৌবা য়াদবগুম, কামগী ইখোনা পুক্নিং লাংতক্ত-রকপচু শক ফজবীবু হুংশিবননি হায়না লৌবা য়াদে। অদুম্বা পুক্নিং লাং-তক্তরকপচুবু আর্য্য কবিশিংনা মদন শরজ হায়না শক-শোম্নরম্মি। হায়রিবা লোনচংসিগী অবতারনি লৌনরিবা, মহাক্না বসন্তগী মতেং লৌগনা মহাদেবগী ধ্যাণ থুগাইনবা লাক্নরুবা, মাগী থৌজালদগী কবিগী থোর্জেনা শজি লাব-শিংনা শজি অমোনশিংগী মশাদা ঙাথু-থেংথুই শোন্নরিবা, শামু লাবশিংনা শামু অমোমশিংদা ৎস্বাল মখোক থুদেক্তুনা পি শক্নরিবা মীশক্তো, অতৈ অমা নত্তে, শকতগী অপাম্বা অসিবুনি। লোনচংসিম্ন তাইবংশেম্বা মপুনা পিনরকপনি; মসিদগীম্ন সংসারদা নিংবা থুংনবা য়াওই অমসুং মচুনা তাইবং পুক্নিং শুমহৎনরি। কাজিদাস, বাইরন, জয়দেব মসিগী কবিনি; বিদ্যাসুন্দরনা মসিগী মাইয়োক্নবনি। অদুবু ম: হুংশিবা নত্তে। হুংশিবদি বাথলদগী মরু হুপ্লকপনি। হুংশিকম থোকপা মীচুগী গুণ পুম্নমক বাথল তো-থরগা লৌশিনবা ঙম্নবা, থম্মোইসি গুণশিংচুদা শুমহৎখিচুনা মদোমদা চিং-শিনপ্রবা অমসুং মচুনা লমজিংগ্রবা মতমচুদা গুণ চেল্লিবা মীশক্তুগা তোংন-তিন্ননিংবা অমসুং মাগী মকমদা ভক্তিগী বাথল পোক্নকই। মচুগী মহৈদি, পুকচেন তিন্নব' অমসুং মমৈথংদা মশাবু কাওথোকচবা অদুগা মশাবু কথোক-চবা অসিনি। মসিনি থাঙ্গৈশেংবা হুংশিবা হায়বচু; সেক্সপীয়র, বাল্মীকি, শ্রীমদ্ভা-গবত লেংবা মখোইশিং অসি মসিগী কবিনি। মসিদি শক্তগী পোক্কে। অহানবদা বাথলনা গুণ লৌবা, গুণ লৌরবা তুংদা তোংন-তিন্ননিংবা, তোংন-তিন্ননিংবগীচু

মহৈ য়াল্লগা তিন্নবা, তিন্নবদগী হুংশিবা, হুংশিবদগী মশাবু কখোকপা। ঐদি মসি হুংশিবনি হায়নিংই। মরু ওইনা হুপী নিপাগী হুংশিনবসি ঐগী বাখল্লদা মওং অসিনি। ঐনা খল্লি, অতৈ হুংশিবগী মরুহ্নু অসুম্বা মওং অসিনি; অদুনা হুংশিবা হায়বসি হিরম অমতদগী ওইবা য়াদে। অদুবু হিরম থুদিংমক বাখল্লদগী পোক্লকপনি। মরু ওইনা বাখল্লদগী মরু হুন্দুনা পোক্লকপা হুংশিবা নত্তনদি অরেপ্পা খক ওইদে। শকৃতগী অপাম্বা পোকপদি হায়রিবসি শুকনং নত্তে। শক উবদগী পোক্লকপা পুক্রিংগী ইহূন পুম্বা, হক্তিন হক্তিল্লকপা ময়াই অসুম্মক চল্লকই। হক্তিন হক্তিনবদা অপেনবা পোক্লকই। গুণদগী পোক্লকপদি অপেনবা খক নাইদে। মরমদি, শক হায়বসিদি অরেপ্পনি—নিতিগী অরেপ্পা অমতদা ভান্দুনা অসুম্মক লৈ, গুণনা নিতিগী অনৌ অনৌবা থৌওংগী অনৌবা মওং ওইনা ভাম্বোরকই। শকৃতস্থু হুংশিবা পোকই, গুণদস্থু হুংশিবা পোকই—মরমদি, অনিমকসিদা তোংন-তিন্ননিংবা পোক্লকই। অনিমকসিনা অমত্তা ওইনা পূনশ্রবদি, হুংশিবা থিন্দনা পোক্লকই; অদুবু অমুক্কং হুংশিলোনদিন্নবনা মন্না চেংনা তাপ্রবদি, শক ফজবা ফজদবা অদুম্মক চপ মায়থি। শক ফজবদস্থু শকথীবদস্থু হুংশিবা অদুম্মক পোক্লিবসিনা মতগী থুদমনি।

গুণদগী পোক্লকপা হুংশিবসি লেংদনা লৈদি হায়ববু—গুণদু খণ্ডনবা হোংনরকপদা মতম য়াম্না চংই। মরম অসিনা মদুগী মহুংশিদু খুদক্কা হেক অকনবা হায়বদু ওইদে—তুংদা মথং মথং অসুম্মক তুঙশিল্লকই। অদুগা শকৃতগী পোকপা অপাম্বদি মতম অমতদা মপুং ফানা অকনবা হেক্কা ওই। মাগী অহানবগী পাঙ্গলদি অসুক্কী মতিক লাকওম ফাওমদে. মদুদি অতৈ অতোপ্পা শাজংপুম্বা মহাক্কা ইতোই তোইনা মাওহল্লি। মসি অপাম্বরা—মসি লেংদ্রবা হুংশিবরা—হায়বদু খণ্ডনবা পাঙ্গল লৈতে। লোইনাইদ্রবা মতম য়োনা লেংদ্রবা হুংশিবনি হায়দুনা খল্লি। মসিনি নহাক্কা থল্লুরিবা—অপাম্বা অসিগী অহানবা শাফুদা সূর্য্যমুখীগী মফমদা নংগী লৈজবা লেংদ্রবা হুংশিবদু নমিত্তুদা উবা ফংখিদবনি। মসিনি নংগী শেয়ান্নবা বাখল্ল। শেয়ান্নবা বাখল্লসি মীওইবগী

হৌনশা ওইনা তৌই। অদুনা নংবু ঐ ভাংব-চৈবা তৌরোই। মতুগী মহুত্তা ঐনা তাররবগী মওংদা হায়রিংই, ক্ষীণমতুদা নহাক মুংঙাইবা ওম্রবা হোৎনৌ।

নহাক নিঙবা কায়গনু। সূর্য্যমুখী শোইদনা অমুক হল্লকনি—নংবু উদনা মহাক কয়া কুইনা লৈবা ওমগনি? মহাক্তা হল্লক্তি্ কাওবা নহাক কুন্দনন্দিনীবু মুংশিবিয়ু। নংনা পিরকপা চিঠিশিংদগী ঐনা খঙবদি, মহাক গুণ চেন্দবী নত্তে। শকী অপাম্বতু কোকথ্রবা মতমদা, লেংত্রবা মুংশিবা অসুম্মক পোক্লকনি। মতু ওইরবদি মহাক্তা লৈমিন্নবদা মুংঙাইবা ওইরকনি অমসুং নংগী মুপী অহন্দু অমুক হল্লা উনবা ফংখিত্রবসু মহাকপু কাওখিবা অতুম্মক ওমগনি। মক্ত ওইনা অতোনবীত্ন নংবু ংংশি। মুংশিববু কৈদৌঙুংদা মীরায়বা হৌনদে। মরমদি, মুংশিবতনা মীওইবগী অমতা ভাইরবা শেংলবা অমসুং অমাং অতা লৈত্রবা মুংঙাইবনি। মুংশিবতনা—মীওইবা জাতিগী চাওখৎনবা অরোইবা পাম্বৈনি—মীওইবনা মথোই মশেল অমগা অমগবু মুংশিনরবদি মীগী খুৎশেমদগী থোক্লকপা অমাঙবা হায়বতু পৃথিবীসিদা অমুক লৈরোই।

( নগেন্দ্রগী পাউথুম )

নংগী চিঠি ফংলেদি হায়ববু, পুক্নিং বাবদগী ওসি কাওবা পাউথুম পিত্রি। নংনা ইরকপা পুম্বা ভাব তারে অমসুং নংনা তাক্লকইবা বা অসি অরুবা যানি হায়বসু খঙলে। অতুবু যুমদা পুক্নিং কাথবসি ইওম ওমত্রে। থা অমা কারে, ঐগী সূর্য্যমুখীনা ঐবু হন্দোক্লমতুনা চৎখিবা, অমুক মাগী পাও অমতা তাবা ফংখিত্রে। মহাক্তা চৎখিবা লম্বীচদা ঐসু চৎলগে হায়না পুক্নিংসি লেপ্লে। ঐসু যুম থাদোক্লগনি। লৈবাক লৈবাক খুদিংদা মাবু থিবা কোয়না চৎলগে। মহাকপু ফংলগনা অমুক যুমদা পুরক্ক্না লাকনি, ফংত্রবদি অমুক হল্লক্রোই। কুন্দনন্দিনীগা লোইননা অমুক যুমদা লৈমিন্নবা ওন্নরোই। মহাক ঐগী মিৎ-নাব হায়বতু ওইরে। মাগী মরাল লৈতে—ঐগী ইরালনি—অতুবু ঐহাক মাগী মশক্কু অমুক য়েংনিংবা লৈত্রে। অহানবদদি ঐ করিসু হায়রমদে—হৌজিক্তি নিতিগী মাবু চৈরে— মহাক পংকপ্তমক কপ্পি—ঐনা করিনো তোগদবা? ঐ

শোইদ্রে চৎপা, থিন্দনমক নহাক্কা উনরগনি। নংগা উনরম্মগা অতৈ মকমদা চৎকে। ইতি।"

নগেন্দ্রনাথনা ইরকপা যাড়মক, "থবক্তসু থোক্লে। লন-থুম লৌ-ইংথোল য়েংশিন-থোৎচিনবগী থবক পুম্রমক দেওয়ানগী মথুক্তা শিন্নরম্লগা থিন্দনা য়ুম থাদোক্তুনা লম কোয়বা থোরক্লে। কমলমণিদি হান্মনা কলিকাতাদা চৎখ্রে। ময়ম অহুনা যাম্নিসিদা পল্লিবা মীশিংগী মতুংদা কুন্দনন্দিনী মথন্তমক দত্তখোইগী ইমুংদা লৈহৌরে, অহুগা মীনাই হুপী হীরানা মাগী সেবা-লাংবা তৌনবা থম্লে।

দত্তখোইগী পাক চাওরবা শঙ্গাইদু মমখ্রে। থাঙমৈ য়াম্না থানবা, মী য়াম্না তিনবা, ইশৈ-নোংমাইনা পুমনিন নিম্লম্বা কুম্মৈ-শঙনা, কুম্মৈ লোইগ্রবা তুংদা পুম্মম মমখিহুনা মীচিক মীয়াওখোল তাখিদবগুম, চাওরবা শঙ্গাইসি সূর্য্যমুখীগা নগেন্দ্রগনা থাদোক্লম্বদগী ইচিক হুনখ্রে। অঙাংনা ফজরবা লৈবাক্লা-শাবা-লাইমচা পুহুনা নোংমা শান্নরম্লগা, লাইদু কায়খিহুনা হন্দোকখি, লাইদু লৈবাক্তা তাহুন। লৈ, মহুগী মথক্তা লৈবাক্লা কুপশিল্লকই, নাপী-শিংবি হৌগৎ-লকই; মতৌ অহুম্না কুন্দনন্দিনী, অকায়বা-শাম্নবা লাইগুম নগেন্দ্রনা হন্দোকপিরমহুনা মথম্নতা পাক-চাউরবা শঙ্গাই মতুংদা থৌশাবিনবা লৈতনা তাহুনা লৈখ্রে। লাম্মৈনা উমং চাকথৎলকপদা উচেক মচাগা কোম্মনা উচেক মহুম চাকথ্রবদা, উচেক মমাহুনা মচিঙ্গাক পুরগুনা হল্লকপদাদি উপাল লৈরমদ্রে, মহুম লৈরমদ্রে, মচা লৈরমদ্রে; মতমগুদা উচেক অমোমহুনা মহুম থিবা থোক্লেল যাংনা তেংথাহুনা অচাকপা উমংতগী মথক্তা লৈ-না লৈ-না কোয়না পায়বগুম, নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখী থিবা লৈবাক লৈবাক থুদিংদা কোয়না চৎপা হৌরক্লে। মপাল নাইত্রবা সমুদ্রগী লেপ-পৌ থুমথ্রবা ইশিংদা মথি্মতুম্না লুপথ্রবদা অমুক উবা ফংখিদবগুম, সূর্য্যমুখীসু ফংবদা যানা থোক্রবী অমা ওইখ্রে।

---

## কুন্দনন্দিনীগী মতাং

# নুংশি-খুদম মশক ওইনা

লশিং ফীগী মরক্তা তারবা অচাকপা মৈতাললম দেবেন্দ্রগী নিংথিজরবা শককমদুনা হীরাগী থম্মোইদুংদু মথং মথং অন্নুম্মক চাকখৎলক্লে। থেংখাং কয়া হীরাগী ধর্ম্মবু কিবা অমস্তুং মীমাংদা ইকাইবগী বাখলদু, নুংশি-ইচেলনা তাওথোক্তুনা চেম্থিনবা লাক্লরক্লে; অদুবু দেবেন্দ্রগী নুংশি-খঙদবা মথাগী নুংঙাইবতা-য়েংবা অমচত্তু নিংশিংলুবদা মদু অমুক অমুক চেৎনা ফাজিন্দুনা থম্লকই। হীরাদি মপুকচেন কাজিনবদা য়াম্না মরিংজেন থাবীনি, অদুম্বা মরিংজেল অসি লৈবতনা মহাকসি ধর্ম্মবু থোইনা পংকি কিদবী অমা ওইরবস্থু ঙসি কাওবদা সতী ওইবগী ধর্ম্ম ইরাই লাইনা ঙাকপা ঙম্লক্লিবনি। মরিংজেল অসিগী মপান্থনা মহাক দেবেন্দ্রবু হকচিন্না পামশিল্লবদি মীশক চুমদবদা পাম্লু-বনি থঙজনা ইরাই লাইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্বনি। অহোইনদুম মপুকচেন ফাজিন্নবগী অকবা পান্থে ওইনবা হীরানা, অমুক কন্না মীনাইগী থবক তৌরগে হায়না লেপখ্রে। মীগী ইমুংগী থবক-ইংথাংদা নুমিৎচুপ্পামা মপুক্লিং চংদুনা লৈরবদি, মহাক বাখল লপ্কেতুনা অম্নুম্বা কান্নদবা অপাম-বাখলগী বৃশ্চিক্না চিকপগুম্বা মৈচাকসি কাওবা ঙমখিগনি। নগেন্দ্রনা কুন্দনন্দিনীবু গোবিন্দ-পুরদা থনম্নগা লৈবাক কোয়বা চৎথিবা মতমদুদা, হীরানা মমাংঙৈদগী চংজ-রক্লবা মীশক অমা ওইনা মীনাইগী থবক অমুক তৌজগে হায়না নিজে। কুন্দনা পাম্বদু উবদা নগেন্দ্রনা হীরাবু কুন্দনন্দিনীগী সেবা তৌনবা থম্বিরম্লে।

হীরানা অমুক কন্না মীনাইগী থবক তৌবসিগী মরম অমথক লৈ। হীরাদু মমাং-ঙৈদদি শেলগী বাখল্লা, কুন্দবু নগেন্দ্রগী তুংগী অচানবী ওইগদৌরিবনি খল্লুনা, মাগী থুবায়ুংদা চন্নবা কন্না লাক্লরম্মি। মানা খল্লম্মি, নগেন্দ্রগী লন-থুম পুম্বা কুন্দগী মথুত্তা তারগনি, কুন্দগী মথুত্তা তাবা শেন্দুদি হীরাগী ওইগনি, হৌজিক্তি হায়-রিবী কুন্দদু নগেন্দ্রগী লুমগী মবেম্মা ওইরে। শেল-থুমগী মরমদা কুন্দনা থোইনা

মপু ওইনিংলুৱগী মতৌ তৌত্রে। অদুগা হৌজিক মহাকম্ন শেলগী মরমদা খোইনা মপুক্লিং চংব্রে, চংলুবা খোক্লবস্নু কুন্দগী শৌবা শেলদি হুগুমা থল্লক্লে।

হীরানা মাগী কান্নব্রবা মুংশি-মৈচাক্ত্ দি থাগবা ওম্লি, অদুগা কুন্দনন্দি-নীগী মক্কমদা দেবেন্দ্রনা অপাম্বা পোকপজুদি থাগবা ওমদে। নগেন্দ্র লংকৈ চংলগনি, কুন্দনন্দিনীনা মুমুরেনবী ওইদুনা লৈহৌরগনি হায়বা পাওসি হেক তাবদা, হীরাদু হরিদাসী বৈষ্ণবীবু নিংশিংলুবদা কিবনা থকৎপ্রে। হীরানা হরিদাসী বৈষ্ণবীগী হন্দোক হজিন চংনবা লম্বীদা তিংখং ওইনবগী দমক সত্রী ওইদুনা লৈরক্লে।

হীরাদু কুন্দনন্দিনীগী য়াইফনবগী দমক অসুম্বা বাখলসি তৌরুবা নত্তে। হীরাদি কল্লকপদগী কুন্দবু অস্নুকী মতিক মরম্নাই ওইনা শাগথ্রে মদুদি, মাগী য়াইফনবা বাখল তৌরুবদি লাপ্তব্ থমখো, কুন্দনা মরু কংনা মাগবা উরগা মপুক্লিং পেন্না হরাওগদৌব্নিবনি। অদুবু কুন্দগা দেবেন্দ্রগা উনথিগদ্রা হায়বগী মিহৌদুনা কিবদগী হীরানা নগেন্দ্রগী মুপীবু চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা থম্বনি।

মীনাই মুপী হীরাদু কুন্দগী মখোইদৌ শাওগৎনবগী মরু অমা ওইরক্লে। কুন্দনা উরে, হীরানা মাবু চেকশিন্না-লুনা থম্বা অমদি মঙোন্দা মুংশি খোনফমতা শিজিন্নবদু অমুক তৌখিদ্রে। মানা উরক্লে, হীরাদি মীনাই মুপী ওইরগা মাবু থৌ-বা শাদবা অমা ততুনা তৌরে অমসুং মাবু চৈ-থাংদুনা ইকাইবা পিরে। কুন্দদি মপুকচেল য়ান্না ইংবী মুপীনি ; হীরাগী লমচত্ না মঙোন্দা য়ান্না মুংঙাইতবা অমা ওইনা খোক্লবস্নু কৈদৌনুংদা বা মচেৎ অমতা ঙাংলুদে। কুন্দদি নোমুকপীনি, হীরানা ঙক হাইগৎপীনি ! মরম অদুনা কুন্দনা মবুঙোগী মুপী ওইরবস্নু মনাই মুপীগী মক্কমদা মীনাইগুম লৈথ্রে, হীরানা মীনাই ওইরবস্নু মবুঙোগী মুপীগী মবেম্মা ওইথ্রে। ইমুংদুদা লৈরিবী মন্নাম্না করি করিগুম্বা মতমদা কুন্দনা বাবদু উবদা হীরাবু চৈরকই, অদুবু বাঙাং হৈবী হীরাগা চিন্দা পাগদানবদি থক ওমুদে। দেওয়ানজীনা পাওসি তাম্নরুদুনা হীরাদা হায়রকই, "নং চংব্রো। নংবু থবক তোকহল্লবনি।" মসি তাবদা হীরানা

শাওবনা মথাই মমিং-ঙাংশং-ঙাংনা দেওয়ানজীদা হায়রকই, "নংনা ঐবু ভাম্বোকপা নতিকনা ? ঐবুদি নবুঙোনা হাপ্লববনি। মুখুগী বা ভাদনা ঐ চৎ-লোই। ঐবু ভাম্বোকপা নংগী নতিক লৈবা অদুক, ঐম্থু নংবু ভাম্বোকপা ইতিক লৈ।" মসি ভাবদা দেওয়ানজীত চোপ্পা নংলগনি কিছুনা বা মথা অমুক ভাম্রে। হীরাগী নমছুনা অদুম্মক লৈরে। সূর্য্যমুখী ভত্তনা কনাগুবা অমত্তনা হীরাবু লাকপা ওবা লৈতে।

নোংমা নগেন্দ্রনা লংকৈ চৎপ্রবা তুংদা, হীরা মথন্তা মঙ্গুংগী দোলালগা ভাইনবা লৈকোলগী উরি-থাংপোকশঙদা হিপ্পুনা লৈ। নগেন্দ্র অমমুং সূর্য্য-মুখীনা পাদোক্লবা তুংদগীদি উরিগী-থাংপোকশঙ পুম্বা হীরাগী মথুম্তা লৈরে। মতমদু য়াচংবা মতম লানশিনখ্রে; আতিয়াদা পুর্ণিমা থাজ থোক্লক্লিং থোক্লক্লিং ভোরে। লৈকোলগী তনান-তনানবা উনাশিংদা মাগী মঙাল পয়েং ভারক্লে। উরি যারি ময়ক্তগী লিংথোরক্কুনা থাজ মঙালনা অঙোবা হুং-গুম ইঙ্গি শিংলবা লৈমাইথক্তা ভায়ক্লে অমত্তুং মমাংতুদা লৈরিবা পুখ্রিগী ছুমিদাংথাই নামিবনা ইপোম লাংহল্লবা লূরবা লাইজথক্তা জগোই শায়ক্লে। লৈকোল লৈয়াংশিংগী হুংশিরবা লৈনয়া আতিয়া ময়াই কাহল্লক্লে। তাঙ্গা-সিদা হীরানা থংহোদনা উরিগী থাংপোকমুংতুদা নিপাগী শক্তম অমা উরক্লে। মানা মুম্না য়েংলকপদা থঙলে, নিপাদু দেবেন্দ্রনি। ওসিদি দেবেন্দ্রদু অয়োনবা ফীজেৎ শেৎলক্লে, মথাগী কায়দবা শককমদা লাক্লে।

হীরানা ওক্লদুনা হায়রকই, "মসি নংগী কা য়ায়া হেনজিনবা থবক্নি। কনাগুম্বনা উথিবা থোক্লবদি শোইদনা নথবাই মাঙগনি।"

দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "হীরানা লৈবা মফমদবু ঐনা করিগী কিদোরি-বনো ?" অসি হায়রদুনা দেবেন্দ্রদু হীরাগী মনাক্তা ফমথরে। হীরা পোক-লগী মহৈ য়াজরে। ওহাক লৈরগা হায়রকই, "করিগী মফমসিদা লেংলক্লি-বনো ? থন্দুনা লাকশিন্নিবা মীশক্কুদি উবস্থু কংবিরোই।"

"কংলে উথা। নংবুনি ঐনা থন্দুনা লাক্লিবদি।"

হীরানা কারাবা চিরোন-হৈবত্রগী লোনম বাঙাংদা শুমহৎপা জৌদনা নোক্লকই অমম্থুং হায়রকই, "ঐগী ইরাইবকসি থবাল শাৎলবোইরে, মত্ত ঐ থঙউত্রেদনা। ফরে পুম্নমকসি ঐগী ইরাইবক ফবনা ওইরবদি, কনাগুম্বা অমত্তা মিৎয়েং চংফম লৈত্তনা নংবু য়েংজহনা পুক্লিংসি পেনজগদবা, মফম অদু ভাম্না পুজরগে। মফমসিদদি কত্তবা থোক্লিংঙাই য়াম্না লৈ।"

দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "কদাইদা চৎকদবা ?"

হীরানা হায়রকই, "অকি-অথংঙলেতবা মফমদা। নংগী নিকুঞ্জবন অদু ভাম্না।"

দে। নং ঐগী দমক করিমত্তা কিবা তৌরহু।

হী। নংগী দমক্তা কিফম লৈত্রবস্থু, ঐগী দমক্তি কিফম থোকই। ঐনা নংগী ননাক্তা লৈবসি কনাগুম্বনা উপ্রবদি ঐ করি ওইগনি ?

দেবেন্দ্রনা চিংনরহনা হায়রকই, "অদুদি চংসি। অদুবু নথোইগী য়ুমগী মবেম্না অনৌবীগা অমুক্তং বারি শারম্মগা চৎলবদি কমদোই ?"

হীরানা রাসি ভাবদা দেবেন্দ্র ভম্না থোয়শাওনবা-মৈরিনা-থল্লবা মিৎয়েং অমা য়েংলকপহ, দেবেন্দ্রদি মম্রি মম্রিবা মরক্তুদা নিংথিনা উবা ফংত্রে। হী-রানা হায়রকই,—"মাবু করম্না উনবা ফংগদগে ?"

দেবেন্দ্রনা নোম্লপ্না হায়রকই, "নংনবু থোজানবিরবদি পুম্নমক থোকপা ঙাক্কনি।"

হীরানা হায়রকই, "অদুদি নহাক মফমসিদা চেকশিন্না ফমহনা লৈবি-য়ু, ঐহাক মাবু কৌরুথিগে।"

অসি হায়রহনা হীরা উরিগী থাংগোকতুদগী মপাল থোকখ্রে। থম্না লাম্লপ লাক্লগা উ অমগী মক্রমদা ফমথরে, মতমহুদা মাগী মথনাও ফুনগৎলুরবা মিংকী পিহু অত্তং অথম লৈত্তনা চেম্বরক্লে। অহুদগী হোৌগতুনা ইমুং তাম্না চংলক্লে, অদুবু কুন্দনন্দিনীগী মনাক্তদি চংত্রে। মপালোমদা থোকথিহনা থোঙ-শঙবশিংহুদা হায়মরে, "নথোই থুনা লাও, লৈকোলগুংদা হুম্বানবা চংলক্লে।"

মহু ভাবদা দোবে, চোবে, পাঁড়ে অমম্বুং তেওয়ারি মখোই পুন্নমক অরিংবা বাগী চৈশাং পায়মহুনা মহুংগী দোলাল ফাওহুনা লৈকোল তম্না চেল্লক্লে। দেবেন্দ্রনা থাম্লিওৈন্দগী মখোইগী নাগরা খোংউপকী মখোল তায়হুনা, থাম্লিওৈন্দগী মুশিন মুশিন মুষা মকোইশিংহু উরক্লহুনা, উরিগী থাংপোক্কুদগী চোংথোকপ্রগা তিংখত্তু না চেনখ্রে। তেওয়ারি খোইহু থরা থাঙ্গা ফাওবা মতুংদা তায়রক্লে। মখোইনা দেবেন্দ্রবু ফাবা য়ারবা ফাওবদা ফাত্রে। অহুবু দেবেন্দ্রহু মনা থরদং ফংদনদি লেম্না তোকখিত্রে। অরিংবা বাগী চৈশাংগী মহাও মহাক ফংখিত্রা ফংখিদত্রা হায়বহুদি ঐখোই অশ্লেঙ্গা থঙত্রে, অহুবু খোঙশঙবশিংহুনা "শ্বশুরা" "শালা" হায়বনচিংবা চায়-মিঙ্গৌ কয়ানা হুংশিনা কৌখি হায়বদি ঐখোই তায়, অহুগা মাগী মনাইনা নোংমা মাগী প্রসাদী ত্রাওি ফংলুত্রনা নোংঙাল্লগা মাগী মতু অতোনবীদা বারিদি শাখি, "ঙসি বাবুবু থাও লোইবা মতমদা, মনমগন্দুদা হুম্ব কায়বা শাংলবা চৈকমগুম্বা অমা উই।"

দেবেন্দ্রনা ময়ুম য়োরগা হিরম অনিখক্তা মপুক্রিংহু চপ য়ুংনা লেপ্লে। অহানবদা, হীরা লৈরিবমথে মহাক অমুক দত্তগী ইমুংদা চংলরোই। অনিশুবনা, হীরাবু মসিগী মতিক চাবা মহৈ ফংহনগনি। মমৈথংদা মহাক্কা হীরাবু শাথীরবা মহৈ ফংহনখি। হীরা, ময়ালনা মচেৎ, দণ্ডিনা মপুং ফংখ্রে। হীরাহু অমুকী মতিক শাথীরবা দণ্ডি ফংখ্রে, মহু উবদা মমৈথংদা দেবেন্দ্রগী হুংগুম্বা থম্মোই ফাওবা পেংখি। মহু শুগাইনা তম্বা য়াবা বাকম নত্তে, তুংদা শম্লপ হায়গে।

---

কুঞ্জ্ঞমহিশুরা মতাং

# লম্বেল মপান্দা

নোংজু থানি। য়াম্না খুদোং চাদবা মতমনি। থুমিংচুপ্পা নোংচুত্থনত্তা লৈ। অমুক্তকাও থুমিং মশক উদে। আতিয়া নোংনা পুমকুপ-কুপ্পি। কাপী চংনবা লমজাও-শোরোক্কী থুংথক্তু হাইকেং হাইকেং নাপ্লে। লম্বীদা মী ইচং চত্তে—চোংনা চোংনা কনানা লম্বীদা চংকদগে ? লংকৈ চংপা অম-থক্তং লম্বীহুদা চংলি। লংকৈ চংপছু ব্রহ্মচারীগী কীজোম্নি। গেরুয়া শংবা ফী শেংলী—ওক্তা গুগ্রিক পরেং—লাইবক্তা চন্দন—জটাগী মওংদি করিস্থু য়াওদে, মশম তেত্রিক তেত্রিক ভোল্লি—থরা অমদি ঙোয়ে। মথুং অমদা য়েম্পাক, অতোপ্পা অমদনা পিথ্‌রাইগী কোল—ব্রহ্মচারীছু চোংনা চোংনা চংলি। থুংথিন্দকাও মল্লবা মতমনি, অতদা অমুক লম্বেলদা থুমিং তাগ্রে—থুদক্তা পৃথিবী পুম্বা শাথীনা ওক্লা মমগ্রে— লংকৈ চংপছু কদাইনা লম্বেলনো, কদাইনা লম্বেল নত্তবনো, করিমত্তা খঙবা ঙমথিদ্রে—অতুমক মহাক চংপদি অতুম্মক লেপত্রি—মরমদি, মহাক্তি সংসার-থাদোক্লবা ব্রহ্মচারীনি। সংসার থা-দোক্লবা মীদদি, অমম্বা, অঙানবা, ফত্তবা লম্বী, অফবা লম্বী পুম্নমক চপ মান্নে।

অহিং ফনা থেংজিল্লক্লে। মালেমসি কালিমুক মুগ্রে—আতিয়াগী মায়দা অমুবা ফীরুম থুমগ্রে। উপাললিংগী কোক্তোন পরেংত্রু হেন্না শুকচিন্না মল্লবা চবুন ওইনহুম উয়ে। উতোন ময়ামছু লৈতবা মফমতদা লম্বেল পরেং হাইকেত্তং উবগুম তৌরি। নোং মরিক মরিক তারি। অমুক অমুক নোংথাং কুপক্লি—মঙাল অতুদগী অমম্বনহুম হেন্না কৈ। অমম্বদা হাইকেত্তং কুপ্পা নোংথাং মঙালনা লৈশেমসি অকিবা শক্তম ওইহনবা অতুক, অমম্বনা ওইহনদে।

"অয়ো—ইমা।"

অমম্বদা চংনা চংনা ব্রহ্মচারীত্র থংহৌদনা লম্বেলতুদা হায়রিবা থোন-ফম অসিগা ইয়োয়নবা থুংশাথয়মপী হোনবা অমা তায়ক্লে। থোক্লেনছু

অঙকপা মওংনি—অহুমকপু মীওইবগী খোঙহোক ওইরমাক্লে হায়নদি কয়া খল্লি। খোঙ্গেলহু য়াম্না তপ্লি, অদুবু য়াম্না অৱাবা কোংদোকপা ওইনা তৌই। ব্রহ্মচারীহু লম্বেল ময়াইদা থংলেপ লেপ্লে। নোংথাং অমুক্তং কুপ্লকপা ঙাই-হুনা লৈরে। য়াম্না তোয়না তোয়না নোংথাং কুপ্লি। নোংথাং কুপ্লকপদা লংকৈ চৎপহুনা উরে, লম্বেল মপান্দা করিনো অমা তাহুনা লৈ। মসিবু মীয়া? লংকৈ চৎপহুনা থল্লকই। অদুবু নোংথাং অমুক্তংদগা কুপ্লকপা ঙাইহুনা লৈরে। মথংগী নোংথাংহুদা তশেংনা থঙলে, মীনি। মতমহুদা লংকৈ চৎ-পহুনা কৌয়হুনা হায়রকই, "লম্বেলদা তুহুনা লৈরিবা নহাকপু কনানো?"

কনামতা থুম্মকপা তৌদ্রে। অমুকা হংলকই—হন্দক্তি মরোল লৌকয় থঙত্রবা অৱাবা খোঙ্গেল অমা, হায়কেত্তং মনাকোংদা তাবা ফংলক্লে। অহু-দদি ব্রহ্মচারীহু য়েম্পাক্তা, শিথ্াইগী কোলহুগা লৈবাক্তা থয়হুনা, মকম অহু মপা লাক্লহুনা মথুৎনা মা-মাহুনা থিয়ক্লে। থিন্দনমক খোংলবা মীগী মপা অমা মথুৎনা খেংনরে। "কনানো নহাকপু?" মকোক্তা মথুৎনা নাম্নবদা শমজী খেংনরে। "এঃ দুর্গা! মসিদি হুপীনিনা!"

মতম অহুদা ব্রহ্মচারীহু অমুক থুম্মকপা ঙাইবা তৌদনা শিরুম নারুম তৌ-রবী অমদি জ্ঞান মাংলবী হুপীহুব মথুং অনিনা মথাদা কোনথংলে। য়েম্পাক্তা কোলগহু লঘীদা অতম্মক লৈহোরে। ব্রহ্মচারীহু শোয়োক থাদোক্লগা ময়বা লৌবুক্ত লাম্নোক্তুনা থুঙং তয়া চংলক্লে। ব্রহ্মচারীহুদি লৈবাকসিগী লঘী লমহাং, থুঙং য়াম্না নিংথিনা থঙই। মশাহু পংক ফবা নত্তে, অদুবু অঙাংমচা অমগুম শিনিংচিত্তা লৈরবী অদুবু মথাদা কোম্লগা থুদোং থিরবা লঘীহু লাম্নো-য়ক্লে। মীগী ফননবতা তৌবা, অতোপ্পবু হুংশিবনা থঙবা মীশিংহুদি কৈদো-হুংদা মশাগী মপাঙল ঘাংলি হায়বসি থঙবা লৈতে।

থুলগী চিদাইদা ব্রহ্মচারীহু উনাগী থাংপোক অমা খেংনরে। জ্ঞান ক্লাঙত্রবী হুপীহুবু মথাদা কোম্লহুনা থাংপোক্ পী খোঙজিন্দা লেপ্পরে। অহুগা

কৌরকই, "কনা লৈ ? হয় লৈবরা ?" খাংপোক মচুংদগী চুপী অমথক্কা হায়রকই, "ঠাকুরগী মখোজনিনা ভাবিবসে ! ঠাকুর কৈদৌঙৈ লেংঙকপগে ?"

ব্রহ্মচারী। হৌজিক্তা লাক্লিবসিনি। থুনা খোঙ হাংদোকউ—ঐহাক শাখীনা অবাবা অমা ভারে।

হরমণিনা খাংপোক্কী খোঙচ হাংদোররে। মতমগুদা ব্রহ্মচারীনা মাবু থাওমৈ অমুক্তা চুখৎলকউ হায়রগা ভপ্পা ভপ্পা চুপীচুবু ইমুংগী দৈমাইথক্তা হিপথহল্লে। হরনা থাওমৈ চুখৎলক্লে, মচু শায়রগা বাহৈরিবী অচুগী মমাই মপাদা পুশিলক্কনা মখোই অনিমক য়ায়া কুপ্পা য়েংলরে।

মখোইনা উরে, চুপীচু চহি পংয়াম য়াম্বী নত্তে। অদুবু হৌজিক ওইরিবা মশাগী কাঙমসিদদি, মাগী চহি লেপ্পা শুমত্রে। মাগী মশাচু ওংথোক্লা কংলে—শাখীরবা লায়না অমা পক্লবী ওইনা ভোই। মতম কয়িরৈঙেদদি মাগী মশক্ক কজয়মস্থ য়াই; অদুবু হৌজিক্তি কজবা হায়বচু মচেৎ অমতা পক্তে। অচোৎপা কীজোন্দু য়ায়া মোৎলি; অমসুং মফম কয়া খোক্লা ইশে-শেগাই-রে। ইকা কারবা চোৎলবা মশমচু নাস্থবিদবনা ইখোই-খোইজিনপ্রে। মমিত্তু য়েনা কুৎখ্রে, হৌজিক্তি উইখিল্লি। স্বরদি হোলি, অদুবু জানদি ভাত্রে। শিরমদাই ভাপ্তা ওইরক্লমাল্লে খল্লি।

হরমণিনা হংলকই, "কদাইদা খেংনবিরুরিবনো ?"

ব্রহ্মচারীনা মখোজ পুখা শুগাইনা-জগ্নগা হায়রকই, "মহাকসি শিরমদাই য়োরমাল্লে নিংই। অদুবু কৌবুন অশাবনা অমুকং নিংথিনা হিপা রৈবিরবদি হিংলকপস্থ মযাই। ঐনা হায়রিবসি তৌচুনা অমুক্তং য়েংউ।"

অচুগী হরমণিনা ব্রহ্মচারীগী য়াথং মতুং ইন্না চুপীচু অচোৎপা কীচুগী মহুত্তা মাগী অকংবা কী অমা য়ায়া হৈশিংনা হোংদোকপিরে। অকংবা কীনা মাগী মশাগী অমসুং মপমগী ইশিংপুখা ভৈথোক-খোত্তোকপিরে। অচুগী বৈরোগংতুনা অশাবা কীবুয়া হিপা রৈবিরে। ব্রহ্মচারীনা হায়রকই, "য়দি

কুইনা চাষ-থকপা ফংলক্‌ৎ্রে। শঙোম লৈরবদি, থজিক থজিক্তং পিথরুবা অহুক হোৎনহনা য়েংউ।"

হরমণিগী যথ লৈ—ময়ুমদা শঙোমন্থ থম্মি। শঙোমহ শাহনগা থজিক থজিক ওইনা হুপীহবু পিথকপা হৌরক্লে। হুপীহ থরক্লে। পুক্‌ৎদো অশাবহ চংখিবদা, মহাক মমিং পাওখোক্লক্লে। মহ উবদা হরমণিনা হংলকই, "ইমা, নংবু কদাইদগী লাক্লিবনো?"

জ্ঞান তারক্লবী হুপীহনা হায়রকই,—"ঐনা লৈব্রিবসি কদাইদনো?"

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই, "নংবু লখেলদা থাহনা লৈরবা থেংনবদগী মকমসিদা পুরকপনি। নং কদাইদা চৎকদৌরিবনো?"

হুপীহনা হায়রকই, "য়াম্না থাম্না।"

হরমণি। নংগী নখুত্তা খুজি শিরি। নংবু নপুরোইবা লৈবিরা?

মথা ওমত্রিবী অহু পিওম ওকথরকই। মহ উবদা হরমণি হুংওাইভবা পোক্লে।

ব্রহ্মচারীনা হংলকই, "ইবেম্মা, নংবু কয়ি হায়না কৌদগে? নমিং কয়ি কৌই?"

চংঙকম লৈত্রবাহ ওহাক চওক-মাইওক্রমগা হায়রকই, "ঐগী ইমিং সূর্য্য-মুখী কৌই।"

---

## কুহ্‌্মওাশুবা মতাং

# আশাগী লম্বীদা

সূর্য্যমুখী হিংবগী আশা থাৎলি। ব্রহ্মচারীনা মাগী অনাবহগী মওং থওবা ওমত্রহনা নোংওালগা অখুক্তা খুলহগী মাইববু কৌকরে।

রামকৃষ্ণ রায়দি য়াম্না হৈবা মীনি। মাইবগী লমদা অচৌবা পণ্ডিতনি। লাইয়েংবদা খুলহদা মাগী মমিং চৎলি। মহাক্কা অনাবহগী মওং য়েংলগা

হায়রকই, "মহাকীসি লোক থুবা লায়নানি। মহুগী মথক্তা লাইহোন্নু য়াওই। অনাবসি কনা শাথীরে। অদুবু হিংবন্নু মরাই।"

হায়রিবা বা পুন্নমকসি সূর্য্যমুখী খঙহন্দনা ঙাংনবনি। মাইবনা হিন্নাক-লাংথক লাঙলে—পাথৈ লৈজরবীনি হায়বহ খঙহনা অকোয়নগী ময়মদা রামকৃষ্ণ রায় বা ঙাংরে। রামকৃষ্ণ রায়দি পৈশাদা লায়চুবা মী নত্তে। মাই-বনা চংশ্রবা তুংদা, ব্রহ্মচারীনা হয়মণিবু থবক অমগী থাগ্রগা অরুবা বা থরা ঙাংননবগী দমক সূর্য্যমুখীগী মনাক্তা চংহনা কয়রে। সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "ঠাকুর! নংনা ঐগীদমক অমুক রায়া হোৎনবিরিবসি করিগীনো? ঐগী দমক বাবিরুবগী কায়বা লৈতে।"

ব্রহ্ম। ঐগী বাবা হায়ববু করিনো? মসি ঐগী ইথৌনি। ঐগীদি কনাস্থ লৈতে। ঐ ব্রহ্মচারীনি। অতোপ্পগী কননবা তৌবনা ঐগী ধর্মনি। ঙসি ঐ নংগী থবকসি তৌরবস্নু, অতোপ্পা নংঙবা অমগী থবক্তি শোয়দনা মতৌ-রগদবনি।

সূর্য্য। অঙুদি ঐবু থাদোকপিরগা নহাক অতৈ অতোপ্পা কনাঙবা অমগী মাইকনবা তৌবিরু। নহাক অতৈগীদি মাইফনবা তৌবিবা মাই—ঐগী মাইফনবদি তৌবিবা ঙম্মরোই।

ব্রহ্ম। করিগীনো?

সূর্য্য। হিংবগী ঐ কান্নকম লৈত্রে। শিবতনা ঐগী মাইফবনি। ওরাং অহিং লম্বাদা তাহুনা লৈবা মতমহুনা—ঐ কয়া আশা তৌরম্মি শোইদনা শিরগনি। করিগী দমক্তা নংনা ঐবু কনবিরিবনো?

ব্রহ্ম। নহাক কয়ামুক বাববনো হায়বহুদি ঐ খঙদে—অদুবু কশা শা-থীনা বাবমক ওইরবস্নু, ইশা ইথক্তা শিজবা হায়বসিদি মহাপাপনি! কৈদো-ঙুংদা নশা নথক্তা শিজনবা থৌরাংগন্নু। ইশানা শিজবা হায়বসি অতৈ অমা হাংলুবগী পাপকা মান্নে।

সূর্য্য। ঐ ইশা ইথক্তা শিজনবা থৌরাং তৌরুদে। ঐগী অয়োইবা

মতম মখানা অহুমক লাকচবনি—অহুনা অপাম্বা ওইরুবনি। অদুবু শিরবা কাওবদা ঐগী হুংঙাইকম লৈতে।

"শিরবা কাওবদা হুংঙাইকম লৈতে" হায়বা বাহৈসি হায়দোরকপদা সূর্য্যমুখীগী মখোনাওহ্ন চুনগৎলকই। মমিত্তা পি শিহরকই।

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই, "শিবগী বা হেক তাংনরকপদা, নং তত্তনা নমিত্তগী নপি হেক হেক ভাবা উই, অহগা নপুক্রিংদা শিনিংবদি পোকই। ইমা, ঐসি নংগী নচাগা অমহানি। ঐবু নচামক্তি থনবিহুনা নপুক্রিংগী বাহু তপেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু। করিগুম্বা নংগী অবাবহ কোকহন্নবা পাউ লৈরবদি, ঐহাক হোৎনজগে। বা অসি হায়গে হায়বগী দমক্তা, হয়মণিবু থাদোকপ্রগা, অচিক-পদা নংগী ননাক্তা চংশুক্কুনা কন্নরিবনি। বাঙাং থাঙাংদগী থগুলে, নহাক করিগুম্বা মীথোই-মীহেনবা অচৌ-অশাং ইমুংগী মচা মমৌ ওইরমগনি। নহাকী থাওওমজবা নথবাই পোকপা অমা লৈরে হায়বহ্ন থগুলে। মহ ঐঙোন্দা হায়দোকপদা করি অকায়বা লৈবগে? ঐবু নংনা হেক পোকপা নচামক্তি থনবিহুনা হায়দোকউ।"

সূর্য্যমুখীনা মমিত্তা পিগী ইরা চেম্বহুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি শিরমদাই য়োয়রুবনি—করিগী দমক্তা হৌজিকপু ইকাইকম লৈখিমদগে? ঐগী থবাই হুংঙাইতবসিদি অতৈ করিমতগী নত্তে—শিরমদাইগী মতমসিদা ইপুরোইবগী মথক উবা কংত্রেদকো হায়বা অসিমতনি ঐনা হুংঙাইজ্রিবা। শিবতনা ঐগী হুংঙাইবা ওইরবনি—অদুবু মাবু উবা কংদনা শিথিবা থোক্রবদি, শিরবদহ্ন অযাবা ওইরগনি। মতম অসিদা অমুক্কং মাবু উজবা কংলবদি, শিথিবগী হুংঙাইবা হায়বহ ওইগনি।"

ব্রহ্মচারীহুন্থ মপি তৈথোরক্রে। হায়রকই, "নংগী নপুরোইবনা লৈরিবদি কদাইদনো? হৌজিক্তি নংবু মাগী মনাক তায়া পুননবা উপায়দি লৈত্রে। অদুবু মঙোন্দা পাও থগুহনপ্রগা, মহাক মসিদা লাকপিসদবা লৈরবদি, ঐহাক চিঠি পিহনা পাও তাকথগে।"

সূর্য্যমুখীগী অনাবনা-মকহলবা মাইথোংদা মকাললাবা অমা ফাওরক্লে। অদুগী অমুক নিঙবা কাযদুনা হায়রকই, "মহাক লাকপিনিংলবদি লাক-পিবা য়াই, অদুবু লাকপিগদ্রা লাকপিরোইদ্রা মহুদি খঙদ্রে। ঐহাক মাগী মকমদা খাৰীরবা ইরাল লঙজরবীনি—অদুদা মহাক্তি ঐগী ইকমদা খোজাল-বিবগী মপাল নাইদে—ঙাকপিবনু ময়াই। অদুবু মাগী লৈকমদি য়ায়না খাগ্নি ; ঐহাকপু মতমদু কাওবা হিংখিগদ্রা ?"

ব্রহ্ম। কয়া য়ায়া খাপ্পদনো ?

সূর্য্য। হরিপুর জেলাদনি।

ব্রহ্ম। হিংখিনি।

অসি হায়রগুনা ব্রহ্মচারীনা চে-মুক পুরক্কুনা লাক্লে অমসুং সূর্য্যমুখীনা হায়বা মতুংইন্না মথাগী অসুম্না চিঠি ইরে :—

"ঐহাক মহাশয়গা শক খঙনবা মী অমা নত্তে। ঐহাক ব্রাহ্মণ—ব্রহ্মচার্য্য আশ্রম চংলি। নহাকনা কনানো, মদুসু ঐহাক খঙদে। ঐনা খঙবা হায়রবদুবু, শ্রীমতী সূর্য্যমুখী দাসী হায়বীসি নংগী তুপীনি। মহাক মধুপুর খুল অসিদা শোয়নিংঙাই ওইবা লাইনা অমনা য়াইহিপ্পুনা হরমণি বৈষ্ণবীগী যুমদা লৈরে। মহাকপু লাইরেংবদি লাকুরি—অদুবু হিংবগী ফাঙমদি নত্তে। পাও অসি তাকনবা চিঠি অসি নঙোন্দা থাজখিবনি ; মহাক্না নিংজরিবদি, শিরমলাইদা নহাকী নখক্কু অমুক্তং উজবগা মথবাই লানজখিবা অসিনি। মহাকী ময়াল ঙাকপিবা ওয়বদি, অমুক্তং মফমসিদা লাকপিয়ু। ঐ মহাকপু ইমা হায়না কৌই। মচা অমা ওইনা মাগী য়াথং তুংইন্না চিঠিসি ইজখিবনি। মহাক মশানা চিঠি ইবা ঙমগী শক্তি লৈতে।

"লাকপিগে হায়না নিংলবদি, রাণীগঞ্জগী লম্বীরোমদা লাকপিয়ু। রাণী-গঞ্জদা খিবিরিগা শ্রীমান মাধবচন্দ্র গোস্বামীগা উনবিয়ু। মঙোন্না ঐগী ইমিংসি হায়বিরবদি, মহাক্না লোইননবা মী থারকনি। মতম তৌরবদি মধুপুরপু অমুক লোইহং হংদুনা খিবিবা তৌরোই।

"লাকপিগদবা লৈরবদি থিজনমক লাকপিয়ু, করিগুম্বা থেংথবিরবদি নিংথা থুংবিহোয়োই। ইতি শিবপ্রসাদ শর্ম্মা।"

চিঠিসি ইরগা ব্রহ্মচারীনা হংঙকই, "কনাগী মিংদা পুথক থাগদগে?"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "হরমণি লাক্লগা হায়গে।"

হরমণি লাক্লগা নগেন্দ্রনাথ দত্তগী মিং পুথক্তা ইরহুনা ব্রহ্মচারীনা অনকপা ডাকঘর অমদা থাদবা চৎখ্রে।

ব্রহ্মচারীনা চিঠি পুরহুনা ডাক্তা থাদবা চৎখ্রিঙৈদা সূর্য্যমুখীনা মমিত্তা পিগী ইরা চেন্নহুনা মখুৎ লোয়না মমাই নোংথক্তা গুদুনা তাইবং মপুগী মকমদা থবাই হকচাং য়াওনা নিজরকই, "হে তাইবং মপু! নহাক থাজেশেংনমক লৈরবা, ঐ অসিনা ইপুরোইবদা ভক্তি লৈজবী অমা ওইরবা, অদু ওইরবদি চিঠি অসি মহৈ য়ানবা ওইরসনু। ঐহাক ঐগী পুন্সিদা ইপুরোইবগী মখোঙ থম্মাল নত্তনা অতৈ অমা খঙজদে—মসিনা করিগুম্বা পুণ্য ফংকম লৈরবদি, ঐ পুণ্যহুনা স্বর্গ কাবা পামজদে। ঐনা পামজবা হায়রবমক্তবু, শিরমদাইদা ইপুরোইবগী মাইথোং উনা উনা শিজখিবা অসিনি।"

অদুবু চিঠিদু নগেন্দ্রগী মখুত্তদি য়োৎখ্রে। চিঠিহুনা গোবিন্দপুরদা থুংলবগী য়ায়া মাংজোননা নগেন্দ্রদি দেশ কোয়রবা চৎথ্রবনি। ডাকপিয়ম্না চিঠিদু যুমহুগী দেওয়ানগী মখুত্তা পিয়খ্রে।

দেওয়ানগী মকমদা নগেন্দ্রনা য়াথং তৌরম্মি মহুদি, ঐ হেক হেক থুংবা মকম থুদিংমক্তগী চিঠি ইরকনি। ঐগী য়াথং কংবগা মকমহুদা ঐগী মিংদা লাকপা চিঠিপুম্বা থারকউ। মসিগী মথাংদা নগেন্দ্রনা পাটনাদগী চিঠি ইরকখি মহুদি, "ঐ হি ত্তোংহুনা কাশী তাম্না চৎলে। কাশী য়োরগা চিঠি ইরকনি। ঐগী চিঠি ফংলবা মতমদা মকমহুদা ঐগী চিঠিশিং থারকউ।" দেওয়ানহু হায়রিবা পাওসি ভাইহুনা ব্রহ্মচারীগী চিঠিদু উপু মহুংদা হাপ-চিন্দুনা থমখ্রে।

মতম চানা নগেন্দ্র কাশীধাম য়োরে। হেক য়োবগা দেওয়ান্দা পাও

পিরক্লে। মতমক্তদা লেওরামা অতৈ অতোপ্পা চিঠিশিংসা লোইনবা শিবপ্রসাদ ব্রহ্মচারীগী চিঠিহৃস্নু থারক্লে। নগেন্দ্রনা চিঠিহ্ন ক্ষবগা মথন্নাই শোক-খিহ্নবা খুৎশা ময়াম্না ময়াইবক্ত চেংনা কাপ্পিন্দুনা পামরগা থানা হায়-রকই, "হে ঈশ্বর ! মিকুপমুক্তং ঐবু জ্ঞান মাওহনবিসহ্নু।" ঈশ্বরনা হায়জবহ্ন তাবিয়ে; মিকুপমুক নগেন্দ্রগী জ্ঞান মাওত্রে; মাগী থৌশিল্লিবা মীহ্নবু কৌরগা মাথং তৌরকই, "ওসি অহিংসিমক ঐ রাণীগজদা চৎকনি—অরৈবমথৈ তিংলবস্নু তিংনা নং মহ্নগী দমক শীন্নু।"

থৌশিনবা নিপাহ্ন থৌরাং তৌবা চৎখ্রে। অহ্নদগীদি নগেন্দ্রহ্ন লৈমাইথক্তা উক্ষুল মরক্তা তুখখিহ্নবা জ্ঞান মাওত্রে।

অহিং অহ্নদা নগেন্দ্র কাশী থাদোরক্লে। তাইবং ওমহৎপী বারানসি ! করম্বা হুংঙাইবা মীওইনা অসুম্বা শরৎকী অহিংদা মমিৎ লেম্না নংবু তুংওইননা থনমহ্নবা চৎখিবা ওমগদগে ? অহিংহ্ন থা থোক্তে; নোংথক্তা থবানমিচাক লিশিং লিশিংনা ওাপ্লি—গঙ্গাগী ইয়াইদা হিথক্তা লেম্নগা য়েংনিংবা মাইকৈদা য়েংউ—মাইকৈ অদোমগী আতিয়াদস্নু থবানমিচাক—লোইনাইত্রবা মঙালনা লোই-নাইত্রবা মতমদগী ওাঙক্লি—লেপনাইদনা ওাপ্লি—পোথাবা লৈতে। নোংথাদস্নু অনিওবা আতিয়া।—অথংবা কীজোন শেৎপওম লেওত্রবা অথংবগী ইথক মপৈ থাগোম্রবী : মহ্নগী তোর্বান্দা, সিড়িদা, অমংসুং মপাল নাইত্রবা চিং পরেংওয়বা দোলাওদা মৈঙাল লিশিং লিশিং। দোলাওগী তুংদা দোলাজ, মহ্নগী তুংদস্নু দোলাজ, অসুম্না মৈঙাল পরেংনা লৈতেংলবা অরেপ অথম লৈত্রবা দোলাল পরেং। অহ্নগা অম্নক পূন্নমকসিগী মমি লুম্নবা তুরেলগী লাইজহুংহ্নদা তাম্নি—আতিয়া, নগর, তুরেল—ওমমক অওকপা মঙালগী তুওনকম ওইরি। মসি উবদা নগেন্দ্র মিওগী পি তৈথোক্লকই। পৃথিবীগী কজবা পূন্নমক ওসি মঙোন্দদি থাংওমদবা ওইরে। নগেন্দ্রনা থওই, শিবপ্রসাদকী চিঠিহ্ন মতম য়ায়া কাম্নবা তুংদা য়োরকপনি.—হৌজিক সূর্য্য-মুখীদি কদাইদা ?

---

## কুহ্‌ল্লাতরুকগুবা মতাং

# হীরাগী হু পাম্বী পোম্‌শাংনরকপা

পাড়েগী কাংবুনা অয়িংবা বাগী চৈথাং পায়খত্নুনা দেবেন্দ্রবু তানথিবা হুয়িত্তুদা, হীরাগী মপুক্লিংদা য়ায়া নোক্লিংবা পোক্লম্মি। অদুবু মহুগী মতুংদদি মহাক য়ুংথা থীবা কয়া পোক্লক্লে। হীরানা মখন্তুমক খঞ্জরকই, "ঐহাক য়াবু ইকাইবা পিখিবসি অকবা থবক নত্রে। মহাক মপুক্লিংদা ঐবু য়ায়া বায়োরবা তাই। ঐহাক্তি মাগী থম্মোইফুংদা চংজকমতু কংত্রবনি; হৌজিক ঐগী নিংবা পূবা কায়রে।"

দেবেন্দ্রহ মথাগী হৈনজবা লৌনম শাজৎনা হীরাবু দত্তি পিনবগী ময়মদা মপুক্লিং থুংনবা খোঙকাপ চাওথিল্লক্লে। মালতী থাত্নুনা হীরাবু কৌহল্লুরে। হীরাদ্র নোংমা নিনি চিংননা লৈকরগা মমৈথংদদি লাক্লে। দেবেন্দ্রনা অথাওবা কয়িমতা উত্তে—খোকখিবা থৌদোক্তুগী ময়মদা বা মচেং অমা ফাওবা কাংখোক্তে। পুম্নমকসি পুমতোক তোক্লগা মাগা হুংঙাইরবা বাযি শাবা হৌরক্লে। মিয়াংনা হয়িং ফানবা লাং থাকপগুম, দেবেন্দ্রনা হীরা ফানবা লাং থাক্লক্লে। মিহৌচাওবী হীরা-হয়িং ইরাই লাইনা লাংচুদা থুরে। মহাক দেবেন্দ্রগী হুংশি-বাঙাংনা গুমহৎত্রে অমসুং ওইদ-বাঙাংনা লৌনমত্রে। মহাক্না খল্লকই, মসিনি হুংশিবা হায়বত্ত। দেবেন্দ্রনা মাগী হুংশিজবা মীশক্লি। হীরাদি হৈ-শিংবীনি, অদুবু মকমসিদদি মাগী লৌশিংহু কায়কম ইরে লৈখিত্রে। থাইনগী কবিশিংনা, শক্তিত্তবু মপুকচেন ফাওয়বা, অশিব চংঙমত্রবা মীশকশিংগী লাইনিং পরে থুগাইবা ওম্মি হায়না শীংখানয়িবা, অদুবা শক্তিগী পাজননা হীরাগী মবুদ্ধিত্ত মাঙহনত্রে।

দেবেন্দ্রনা বা পুম্নমকসি হল্লোক্তুনা, তানপুম্না পায়থৎলে অমসুং য়ুগী নেথানা ইথিন পিত্নুনা ইশৈ শকপা হৌরক্লে। মতমত্নুদা চাংদয়িংঙাই লৈত্তনা মখোল হুংশিয়বা, হৈ-শিংলবা দেবেন্দ্রনা, তাবদা খোইথুম্নবা ইশৈ পরেং অমা

শকৎলক্লে, মহ্র তাবদা হীরা পুম্নগুম তমহৎখ্রে। মহাক্তী মপুক্লিংহ্র ইরাং লাংখ্রে, মথবাইহ্র দেবেন্দ্রগী হুংশি মৈশাদা শোদোকখ্রে। মতম্মহুদা মাগী মমিত্তা দেবেন্দ্রবু সংসার পুম্বগী ফজবদগী ফজবা, লন পুম্বদগী অথোইবা, পুক্লিং তমহৎকম ওইরবা, পুম্নমক্তগী লুনা খনকম থোক্লবা অমনি হায়না উখ্রে। হীরাগী মমিত্তা হুংশি ইহৌগী পিরাং শিন্থরক্লে।

দেবেন্দ্রনা তানপুরা থগ্নহুনা, হুংশিনা-চায়া, মহাক মশাগী কীজিনা হীরাগী মমিত্তগী পিহ্র তৈথোকপিরে। হীরাগী মশাপুম্বা হরাও-তুজুংবা-পোকখ্রে। অদুদগী দেবেন্দ্রনা যুগী নেশা হাইকেৎ কাহল্লগা, অমুক্তী মতিক তাবদা হুংওনবা হরাও তম্নামগী বাহৈ-বাত্তা শিজিন্নরক্লে, করিগুম্বদনা অমুক্তী মতিক, হুংশি-ইথৌ-লাংলবা-মীওইগুম হুংশি-হুংওনগী প্রমান পাহৈগা কোম্নবা বাঙাং ঙাংখৎলক্লে মহুদি, জ্ঞান তাত্রবী, বাঙাং শাঙংদা হৈ-শিংবা বাৎলবী হীরানা খল্লক্লে, মসিনি স্বর্গগী হুংঙাইবা হায়বহ্র। হীরাদি কৈদৌ-হুংদা অমুম্বা বাঙাংসি তাখিত্রি। হীরাহ্র মপুক শেংবী অমা ওইরম্লবা অমসুং মাগী মবুদ্ধিহ্র অকবা সঙ্গ তৌহুনা তরু-তরুহনবী অমা ওইরম্লবা, অদু ওইরবদি মহাক খনগদবনি, মসিনি নরক। অদুদগী হুংশিবগী বাকম নৈনরক্লে— হুংশিবা হায়বহ্র কদাইবু কৌই,--দেবেন্দ্রদি মহ্র কৈদৌহুংদা করিমতা খঙলুবা লৈত্তে—হীরানহুম হেন্না খঙই—অদুবু দেবেন্দ্রদি মহুগী ময়মদা থাইনগী কবি-শিংগী বাহৈশিং পুথোক্তুনা হজিন হজিন ঙাংবদা ওহোক্লা য়ায়া হৈ শিংখ্রবা মীশক্লি। দেবেন্দ্রগী মচিন্দা হুংশিবগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা মগুণ পরেং তাবদা হীরাহ্র দেবেন্দ্রবু লাইগী পুকচেন চেল্লবা মীশক ওইনা খল্লক্লে—মহাক কোক্তগী তোনকাওবা হুংশি ইপাক্তা লুম্নবী অমা ওইখ্রে। অদুদগী অমুকহন্না দেবেন্দ্রনা অহানবা-বসন্তগী-খোঙহৌদা খোঙদারকপা খোইমুগী খোম্বাংদা ইশৈ ঙংবা হৌগৎলক্লে। হীরাহ্র কাওমত্রবা হুংশি-ইরাংদা তাওথিহুনা খোম্বাং অহ্রগা, মশাগী হুজা ওইবগী থুম্নবা খোম্বাংহৃগা ইয়োয়নহল্লক্লে। মহুদা দেবেন্দ্রনা হীরাদা ইশৈ অমতং শক্লবা হায়জরকই। মহ্র তাবদা হীরানা

হৃংশি বাথল থম্না, য়ুগী নেশানা মচু লোক্লবা থম্বাল মিত্তাহু লাঙরণ তৌরক্তনা, অয়েকপা মানবা পিতম অনিহুগী নিংথি শাথেক্লা মমাই মাইথোঙহু মকা লামহন্দুনা হৃংশিরবা খোম্বাংদা ইশৈ শকপা হৌগৎলক্লে। মথবাই হয়াওবা মরমদগী মখোজেলহু বাংনা শক্লক্লে। হৌরানা শকপা ইশৈহু—হৃংশি-হৃংওন-গীনি—হৃংশি-কিগাও শাবগী বাহৈতনা থল্লি।

অতুদগী পাপকী শঙহৃংহৃদা ফম্লক্তনা পাপকী থম্মোই চেল্লবা মথোই অনিহু, পাপকী বাথল্লনা থুহুম চনখিত্তনা হৃংশাংনরবা পাপকী শক্তম তুম্লোই-নবা হৃংশি বাশক অমগা অমগা শক্লয়ে। হৌরাদি মপুক্লিং ফাজিনবা মঙবনি, অহুবু মদোম্‌দা মাগী অপাম্বা পোক্লুদবদগী, ইম্বাই লাইনা মৈয়ানবীওম মৈরিন্দা চোংশিনখ্রে। দেবেন্দ্র হায়বসি হৃংশি-থঙদবা মীশক্লি হায়হুনা মপুকচেন ফানবা ফনা লাক্লয়ন্মি, মহুসু হাইফেত্তংদনি ; অহুবু মানা বাথন্দু চেল্লিমথৈদি মায়-পাকপা ঙম্লন্মি। দেবেন্দ্রবু মথান্নুংদা ফংহুনা নোক্ল-নোক্ল হৃংশি চিল্লোক্লয়বসু, তরাই তম্নাইনা মাবু তাম্হোকখিবা ঙম্লন্মি। অহুগা অমুকসু লৈগী লৈকাদা চংবা তৌনগুম্বা থম্মোই চাকহনবা ম্নপাম্ বাথলবু চুম্না মীগী ময়মদা থবক শুহুনা লেনবত্তনা নেমথহনবা ঙমখি। অহুবু মহাক্লা দেবেন্দ্রবু হৃংশিবা য়াবা মীশক্লি হায়না হেক থজিল্লুবদগীদি, মহাক মপুক্লিং ফাজিনবদা মম্নিংজেল ফুদোকপা ঙমদ্রে। অসুম্না মম্নিংজেল মাঙখিবদগী হু-পাম্বীদা মাগী চাকম থোকপা মহৈ পানখ্রে।

মীনা হায়নৈ, হন্দকী মপোক্তদি পাপকী চৈয়াক ফংদে। মহু অচুম্ববু ওইরবসু অয়ানববু ওইরবসু—মপুকচেন ফাজিনবদা মম্নিংজেল লৈত্তবা মীহুদি হন্দকী মপোক্তা হু পাম্বীগী মহৈ চাবা ফংদে হায়বসি, নহাক উবা ফংলোই।

---

## কুন্থ্রাহুরেংশুবা মতাং

# সুর্য্যমুখীগী পাণ্ড

নোংজু্মা হোৎপ্রে। শরৎ য়োরক্লে। শরৎস্থ হৌখিদোরে। লৌবুকী ইশিং কংপ্রে। কৌপুম্বা পানথংলক্লে। পুম্ব্রিগী থম্বাল লোইশিল্লক্লে। অমুক্তা উনাদগী লিক্লা কেন্নে। য়াচংবা মতমদা লৌবুক লৌবুক খুদিংদা মৈথুঙম উরে। অস্তুবা মতমদা মেয়া থাগী নোংমা অমুক অমা মধুপুরগী শোয়োকথক্তা দোলাই অমা লাক্লে। খুঙংদা দোলাই উবহুদা মফমতুগী অঙাং-শিং শাম্নবা ভোক্তু্না দোয়লাই মনাক্তা পুল্লপ ওইনা পৈররে। খুলগী নিংজোল মৌ হয়বী পুম্নমক ইশিং চকু খ্বাংদা পুরহুনা থরা থান্নপ লেপ্লরে—খ্বাংগী চকু খ্বাংদা অহুম্মক লৈরে—চণ্ডরুনা দোলাই য়েংহুনা লৈরে। মৌশিংনা মাইথুম মহুংদগী মমিং হুজোয়রক্তু্না য়েংনবা হোৌরক্লে—অতৈ অতৈ হুপীশিংনা মমিং লাওনা পাণ্ডথোক্তু্না য়েংনরক্লে। লৌমীশিংনা মেয়া থাদা লৌ থাওনরি—কৌ হুন্নোক্তু্না, খুত্তা থাঙ্গোল, কোক্তা ,কোইয়েৎ য়েংলহুনা ময়া কানা দোলাই য়েংহুনা লৈরে। খুলগী য়াইতোং-থমদোংবা মীশিংনা খুদক্তু্দা খুনদিন্নরক্লে। দোলাই মহুংদগী থোংউপ বুট ভোংবা থোং নামথক থিন্নো-রকই। ময়াম্মক থম্নৈ, সাহেব লাকপনি—অঙাংশিংনা শোইদ্রবীদা লেপ্প্রে, মৌ লাকপনি।

দোলাই মহুংদগী নগেন্দ্র থোরক্লে। খুদক্তু্দা মী মঙা তক্নকথক্লা মঙোন্না সেলাম ভোরে—মরমদি, মহাক থোংগ্রাও শেৎলি, মকোক্তা টুপী উপ্লি। কনাগুম্বনা থল্লি, দারোগানি; কনাগুম্বনা থল্লি, সিপাইগী মকোক সাহেবনি।

য়েংলিবা ময়ামতুগী মরক্তগী অহল ওইরবা নিপা অমবু কৌরগা নগেন্দ্রনা শিবপ্রসাদ ব্রহ্মচারীগী মরমদা বা হংলে। হংলুরিবা অহলহুবা মপুক্লিংদা কমা থাজে, হৌজিকমক মীহাৎ মীপুনগী বাথোক অমগী কুম্বা থিজিন্নরগনি—মরম অহুনা অচুম্বা পাণ্ডথুম পিবগি অকবা ওইরোই। মহাক্তা

হায়রকই, "ঐজা, ননাই ঐদি অঙাংনি, অদুক য়াম্না পংথও থঙজদে।" নগেন্দ্রনা উরে, কনাগুম্বা জ্ঞান তাবা মীশক অমগা উনদ্রবদি থবক পাঙ-লয়োই। খুন্দুদা অদুম্বা অচৌ অশাংগী মীস্থু কনা য়াম্না লৈ। নগেন্দ্রনা অত্তদগী মচিন তোঙবা মী অমগী ময়ুমদা চংলে। য়ুমহুগী য়ুমুদি রামকৃষ্ণ রায় কবিরাজনি। রামকৃষ্ণ রায়না বাবু অমা লাক্রি হায়বদু উবহুনা, য়াম্না ভরাম ভরাম তৌনা চৌকি অমা থাদ্রনা নগেন্দ্রবু ফমহল্লে। নগেন্দ্রনা ব্রহ্মচারীগী মপাও মঙোন্দা হংলে। রামকৃষ্ণরায়না হায়রকই, "ব্রহ্মচারী ঠাকুরদি হৌজিক মফমসিদা লৈতে।" মসি তাবদা নগেন্দ্র মথবাই ওহোক্না মুংঙাইত্রে। হংলকই, "মহাক মফম কদাইদা চৎখ্রিবনো?"

খুম্মকই, "মদু তাক্লমদে। কদাইদা চৎপনো হায়বা ঐখোই খঙদে। মক্ল ওইনা মহাক্তি মফম অমতদা লেঙদনা থক লৈতে; মতম চুপ্পদা মফম কয়াদা কোইচৎ চত্তুনা লৈ।"

নগেন্দ্র। কৈদোংদ্ভ লাক্কদগে হায়বসি কনানা খঙলম্গদগে?

রামকৃষ্ণ। ঐ ইশাগীস্থু মাগা উনগদবা থবক অমা লৈ। অদুনা ঐ কোইহং হংলুরবনি। অদুবু কনামত্তনা মহাক কৈদোংদ্ভ লাক্কদগে হায়বসি হায়বা ঙমদে।

নগেন্দ্র মথবাই য়াম্না মুংঙাইত্রে। অমুক্তা হংলকই, "কয়া কুইরবগে মহাক মফমসিদগী চৎখিবা?"

রামকৃষ্ণ। মহাক ইঙেল থাদা মফমসিদা লাক্লম্মি। থবাঙ থাদা চৎখিবনি।

নগেন্দ্র। অহুদি, থুলসিদা হরমণি বৈষ্ণবীগী ময়ুম ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা তাকপিবা ঙমগদ্রা?

রামকৃষ্ণ। হরমণিগী য়ুমদি শোয়োক মপানমক্তদা লৈরম্বনি। হৌজিক্তি য়ুমহু লৈত্রে। মৈনা চাকখ্রে।

নগেন্দ্রহ মথুৎনা মম্লাইবক শোন্থনা লৈরে। মখোল য়াম্না শোন্থনা হংলকই, "হরমণিদি কদাইদা লৈ ?"

রামকৃষ্ণ। মগুম্থু কনামত্তা থঙনদে। মাগী ময়ুম মৈ চাকখিবা অহিং-ছুদগী মহাক অত্থম্মক চেনখ্রে। কনা কনাগুম্বনা, মহাক মশানা ময়ুমহু মৈ থাদোকচম্মনি হায়বসু য়াওই।

নগেন্দ্রনা তনিক তনিকপা খোম্থাংদা হায়রকই; 'মাগী ময়ুমদা অতোপ্পী মুপী অমকাদি লৈবয়া ?"

রামকৃষ্ণ রায়না হায়রকই, "খোইনা লৈতে, ইঙেল থাদগী লমলানবী মুপী অমথক মশা শাথীনা ভুমদনা লাক্কুনা মাগী ময়ুমদা লৈরম্মি। মহাক্কু ব্রহ্মচারীনা কদাইদগীনো পুরক্কুনা মাগী ময়ুমদা থনখনি। ঐনা তাববু, মুপীহুগী মমিং সূর্য্যমুখী কৌই হায়। মুপীহু লোক কংখুনা নাবনি, ঐনা মাবু লাইয়েংবনি। ফনা য়াম্না নিংথিনা ফগৎলক্রবনি— অত্থবু তাঙ্গাহুদা—"

নগেন্দ্রনা থুংশাম্বর ফুইনা হোল্লগুনা হংলকই, "তাঙ্গাহুদা কৈদোরবা ?"

রামকৃষ্ণনা হায়রকই. "তাঙ্গাহুদা হরবৈষ্ণবীগী ময়ুম মৈ চাকপদা মুপীতমু অত্থম্মক য়াওখ্রে।"

নগেন্দ্র চৌকিথক্কুগী ওম্থখ্রে। মকোক্তা শাথীনা শোক্লে। চৈনাখোলগুনা বাম্থখ্রে। কবিরাজনা মাবু লাইকম্নবা হৌরক্লে।

কনানো হিংনিংলিবা ? সংসারসি হুগী মশক্নি। হু পাম্বৌদি পুম্নমক্কী মাঙোলদা অত্থম্মক হৌরি। কনানো হুংশিনিংলিবা ?

---

## কুম্‌ঠ্রানিপালশুবা মতাং

# কাইনথংদা পুম্নমক লোইরবা !

কাইনথংদা পুম্নমক লোইরবা ! য়াচংবা মতমদা নগেন্দ্র দত্তনা মধুপুরদগী দোলাই তোংথংলকপা মতমদা, মা অসি মপুক্কিংদা মথন্তা শোঙ্গরকই, "কাইনথংদা ঐগী লৈজবা পুম্বা লোইরবা !"

করি লোইখ্রে ? হুংঙাইবরা ? মতুদি সূর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোক্ত্না চংখিবা থুমিত্তুদা অতম্মক লোইখ্রবনি। অতুদি হৌজিক লোইরিবদি কররিনো ? আশানি। মীওইবগী আশা লৈরিমখৈদি, অরোইবা হায়বমুক লৈতে, আশাবু লৈত্রবদি পুম্নমক লোইরে।

নগেন্দ্রগী ওসিদি পুম্নমক লোইরে। মরম অতুনা মহাক গোবিন্দপুরদা চংলে। গোবিন্দপুরগী য়ুমদা লৈরুনবা চংপা নত্তে; য়ুম পানবা হায়বা ধর্ম্মগুরদগী পুন্সি অসিমগী বিদায় লোক্লনবনি। মতুদি য়ামথ্রবা থবক্নি। লোইংখোল লন-থুম পুম্বা য়েংহোক য়েন্‌শিন তোগদোখ্রিবনি। জমীদারগী চাওরবা লো-ইংখোল, অহল লম্নগী হাক্তকগী লৈরকপা য়ুম অমহুং অতে অতে মহাক মশানা তানশিনবা পুখোক পুশিন তৌবা য়াদবা লনমখৈ মচম্না পোকপা মমাক সতীশচন্দ্রদা দানপত্র ইত্তনা পিরমগনি—মতুগী ইবা-খোংপা পুম্নমক উকীলগী মযুমদা নত্রবদি য়ারোই। পুখোক পুশিন য়াবা মখৈনা কমলমণিদা পিথোক্লমগনি—পুম্নমক্ত তাশিন-খোমজিল্লগা কলিকাতাদা মাগী য়ুম তাম্না থাগদবনি। লল থরতমক মাগী মথুত্তা থমগনি—মহাক্না হিংজিবা চহি থরদংহু, মহুনা মশাগী থমচপুম্বা পুনবা হোংনগনি। কুন্দনন্দিনীবু কমলমণিগী মনাক্তা থারগনি। লো-ইংখোলগী লাকথোক-লাকশিনগী চেংপুম্বা শ্রীশচন্দ্রদা থত্তহনবা তাই। অতুগা সূর্য্যমুখীনা হিম্নবা কমুংহুদা হিম্লগা অমুক্তং কম্‌গনি। সূর্য্যমুখীগী লিক-কোল পুম্বা পুরক্লনি। মখোইহু কমলমণিদা পিরোই—মহাক মশাগা কোনগনি। হেক চংপা মরুম থুদিংমক্তা

পু-পুত্নুনা চৎকনি। অত্নুদগী মতম্না য়ৌরক্লগা, মথোইশিংদু য়েংনা য়েংনা মথবাই থাখিগনি। হায়য়িবা তৌদবা য়াত্রবা থবকশিংসি মতোম লোয়য়গা নগেন্দ্রদু পুন্সিগী ওইনা মপা মপুগী য়ুম্ফম থাদোক্লয়গা অমুক হন্না লৈবাক কোয়বা চৎকনি। অদুগা হিংলিবা মতম থদুদু পৃথিবীগী কাচিন অমদা লোত্তুনা পুন্সি লেয়ুগনি।

দোলাই তোংনা তোংনা নগেন্দ্রদু অম্মুনা খল্লহনা চৎপা হৌরক্লে। দোলাইগী থোঙদু হাংদোকই, অহিংদু মেয়াথাগী থাবলনা পুমলং লংই; আতি-য়াদা থবানমিচাক্না থল্লি; মুংশিংনা লমজাও-শোরোকী মনাক্তা তিংলিবা টেলিগ্রাফকী তার অদু মথোল থোক্লি। অহিং অদুদা নগেন্দ্রগী মিত্তা থবান-মিচাক অমতসু ফজবা ওইনা উদ্রে। থাবলদু য়াম্না চাকপওয়া খল্লে। উক্ক-উক্কবা পোৎপুস্বা মিং-নাবা ওইনা থোক্লে। পৃথিবী অসি ওহোক্লা মুংশি হৈত্তে। মুংঙাইবগী মতমদা পুক্নিং শুমহৎনথিবা ফজবা পুন্নমক্ত, ঙসি করিগী অমুক পুথোক্লক্লিবনো? শাংলবা নাপীথক্তা থাজ-মঙালনা তারগা থম্মোই ইয়াং হোৎনবত, ঙসি নাপীশিংদু করিগী লংহল্লিবনো? ঙসিসু আতিয়াসি অদুম্মক শংবায়ে, নোংসি অদুম্মক ঙোই, থবানমিচাকসি অদুম্মক লংই, মুংশিংশি অদুম্মক হয়াও-তয়াশি। শাশিং অদুম্মক কোইচৎ চৎলি; মীওই-বনা অদুম্মক নোক-খেত্নুনা লৈরি; পৃথিবীসি অদুম্মক পল্লেপকম নাইত্রবা থোংচত্তা চৎলি; সংসারগী ইচেল অদুম্মক অথিঙবা লৈত্রি। জগৎকী মুংশি থঙদবসি থাঙবদা বানা থোক্লে। করিগী দমক্তা পৃথিবীসি চেকথাইত্নুনা নগেন্দ্রবু দোলাইগা কোয়না য়োৎশিনবিত্রিবনো?

নগেন্দ্রনা থন্দুনা য়েংলকই, পুন্নমকসি ম্যাতগী দোবনি। মহাক চহি কুস্থ্রাহেমদোইতমক শুরি। মসিগী মমুংদা মাগী পুন্নমক লোইগ্রে। ঈশ্বরনা মঙোন্দা পিনয়িবসিদি, লোইকম থোকপা পোত্তি নত্তে। মীওইবনা হেক মুংঙাইগদবা হিরম খুদিংমক্তা, ঈশ্বরনা মঙোন্দা পিনবিরিবা চাং অসুক য়াম্বদি, কনাগুম্বদসু থোইনা পিদে। লল, ইজ্জৎ, মঙ্গো মকৈ, ইকাইখুম্নবা,

পুম্নমকসি হেক পোক্লকপদগী চাংদম্নিংঙাই লৈতনা ফংলক্লবনি। মবুদ্ধি য়াওদ্রবদি পুম্নমকসিনা হুংঙাইবা য়াদে— মাইকৈ সোয়দদি নোংদম্বনা লিকপা তোৌদে। মহৈ মশিং তম্বদসু অপোকপা অহল-লম্ময়া থোৌঙইদবা তৌথিদে— মাগা মায়না মহৈ হৈবসিবু কনানো? শক, মথোৌনা, মপাঙ্গল, লমচৎ ফজবা, পুম্নমক্তসু মহৌশানা মঙোন্দা খুবাম্ চাওনা অতুমক পি; মসিদগীসু হেয়া তাঙবা লন - সংসারসিদা অমত্তা ঙাইয়বা মমল নাইত্রবা পোৎশক — চাং-দমফম লৈতনা মাবু হুংশিজরবী মপুন্নোইবা নিংলবী হুপী—মহুক্সু মাগী ফম্নবা ময়াইবক্তা থোকখি। হুংঙাইবগী পোৎলম পৃথিবীসিদা অমুক য়ামা কনাগী লৈনবা য়াওবগে? অহুবু ওসি পৃথিবীসিদা মামুক হুংঙাইতবসি কনা লৈ? ওসি মহাক্না মাগী লৈজবা পুম্নমক পিথোক্লগা — লন-থুম, মরো-মশীং, ইজৎ, শক, ইনথৎলকপা পুন্সি, মহৈ, মবুদ্ধি, পুম্নমকসি পিথোক্লগা, মাগী দোলাইরেং অমগী ফীভমগা ওয়োক্লবা য়ারবদি, মহাক স্বর্গগী হুংঙাইবা ফংবমুক হয়াও-গনি। দোলাইরেংদি থমু থমথো। মহাক্না থম্লকই, "লৈবাকসিগী কৈশুমশঙদা তমথীরবা মীহাৎপা পাপী কনা, ঐঙোন্দগী হেয়া হুংঙাইতবা লৈরিদগে? ঐঙোন্দগী হেয়া শেংদবা য়াওরিদগে? মথোইদি অতোম্নবু হাৎলুবনি, ঐদি সূর্য্যমুখীবু হাৎলবনি। ঐনা পুকচেল ফাবা ওম্নবদবু সূর্য্যমুখীনা লংকৈদা লাক্কুনা য়ুম মৈ চাকপদা করিগী শিথিফম পোকই? সূর্য্যমুখীবু হাৎপা ঐহাক্নি—মপা হাৎপা, মমা হাৎপা, মচা হাৎপা, কনা অমুক লৈরি, ঐঙোন্দগী হেয়া পাপচেনবা? ঐগী সূর্য্যমুখীদি - পুম্নমকসি শুম্নবীনি। ময়ীদা হুপীনি, লুনা তোৌবদা ইনাওনি, চেকশিনবদা ইচলনি, হয়াওহনবদা ময়ী-মতানি, হুংশিবদা ইমানি, ভক্তিদা ইচাহুপীনি, কুশৈদা মরূপনি, বা-তাম্নবদা ওঝানি, সেবাদা মীনাইহুপীনি। ঐগী সূর্য্যমুখীওঝী— কনাগী ময়াইবক্তা থোকখিবগে? সংসারদা পাথৈনি, ইমুংদা লক্ষ্মীনি, থম্মোইদা ধর্ম্মনি, ওক্তা লৈতেংনি। ঐগী মিংকী মিৎনহানি, থম্মোইগী জীনি, হকচাংগী পুন্সিনি, পুন্সিগী অমুমনি। ঐগী হয়াও-তম্নামদা হুংঙাইবনি, অবাবদা অইংবনি, ঘাথলদা বুদ্ধিনি, থবক্তা

ইচংশৌবনি। অসিগুম্বসিবু সংসারদা করি অমুক লৈরিবগে? ঐগী মিংয়েংদা মঙাক্লনি, তাবদা ইশৈনি; স্বর হোনবদা মুংশিংনি, শোকপদা কনংনি। ঐগী হৌজিকা মুংঙাইবনি, হৌখিবগী নিংশিংবক্নি, তুংগী আশানি, হয়েংগী মপোক্কী পুণ্যনি। ওক্রি ঐদি, করম্না রত্ন মশক থগনি?

অদুদগী থংনিং নিংশিংলক্লে, মহাক্কি মুংঙাইনা দোলাই তোংলদুনা চংলি; সূর্য্যমুখীদি মখোঙনা চত্তুনা অনাবা ওইখিবনি। থুদক্কু মক্তদা নগেন্দ্র দোলাইদগী কুমথদুনা মখোঙনা চংলক্লে। দোলাইয়েংশিংনা মী য়াওত্রবা দোলাইচু মতুং ইমদুনা পুরক্লে। মথংগী অয়ুক্তা থেংনবা কৈথেল্দুদা দোলাই থাদোক্তুনা দোলাইয়েংশিং অদুবু চংহনখ্রে। য়াংলিবা লম্বেলচু মখোঙনা অদুম্মক চংলক্লে।

মতমদুদা মানা খল্লকই, "পুন্সিসিমা সূর্য্যমুখীবু হাংখিবগী প্রায়শ্চিত তৌবদা লেল্লগনি। করি প্রায়শ্চিতনো? সূর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোক্তুনা কংখিত্রবা মুংঙাইবা পূম্নমক্কু—ঐসু কংলরোই থাদোক্লগনি। মুংঙাই য়াইকবা, লন-থুম, মীনাই মুপী-নিপা, মরুপ মপাং, কনামতগা মরী অমুক থম্লরোই। সূর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোকখিবা মুমিত্তগী কংখিবা অবাবা পূম্নমক্কু—ঐসু কংনবা হোৎন-রগনি। গোবিন্দপুরদগী থোঙশানবা মুমিত্তগী হৌনা, ঐহাক খোঙতনা চংকনি, হাওত্রবা চিঙাক্তমক চাগনি, তুম্ফমনা উথাদা নত্রগা উনাগী খাং-পোক্তা ওইগনি। অদুগা অতৈ করি প্রায়শ্চিত তৌখিনি? মরাইবক থীরবী চংজকম লৈত্রবী মুপীশিং থেংন-থেংনবা মফমদা, ঐহাক ইথবাই থুবাক্তা হাপ্তুনা মখোইগী মতেং পাংগনি। ঐ ইশাগী শিজিন্নবা লৈরিবা লৈশাসিদগী, ইশা হিংনবতং কাইথোক্লগা, অয়েবা মথৈনা পাথৈ লৈজত্রবী মুপীশিংগী সেবা তৌবদা চান্দিং তৌগনি। ঐগী ইয়ল-ইথুম সতীশতা পিগদোকিবা অসিদগীসু, ভংথাই অমদি, ঐনা হিংলিমথৈ লতীশনা পাথৈ লৈত্রবী মুপীশিংগী মতেং পাংবদা চান্দিং তৌগদবনি হায়বসি, দান পত্রদা ইয়মগনি। প্রায়শ্চিত! পাপকীদি প্রায়শ্চিত তৌকম লৈ। অরাবগীদি প্রায়শ্চিত অমুক লৈতে।

অমাবগী প্রায়শ্চিত্ত হায়ববু শিবভনি। শিগ্রবদি অমাবা কোকথি। অদুগুবা প্রায়শ্চিত্ততু তৌত্রিবদ্রি করিগীনো ? মতম অদুদা মথুংনা মমিং থুমজিল্লগ্রনা, ঈশ্বরবু নিংশিংহুনা নগেন্দ্রনা শিববু খোয়াংনা কোয়রক্লে।

## কুন্দ্র মাপনশুবা মতাং

## পুম্নমক লোইখ্রে, মৈচাক্তি লোইদ্রে

অহিং য়ুথকমুক্কী মতম অদুবাইদা শ্রীশচন্দ্র মথন্তা কন্দম কাদা কমহুনা লৈ, মতম অদুমক্তদা—মখোঙনা নগেন্দ্র মকমতুদা থুংলহুনা, মহাক মশানা পুরকপা ক্যামবাস ব্যাগ অদু থাম্না লংখোক্লরে। অদুগী তুংদা তুমিন্না চৌকি অমগী মথক্তা কমথররে।

শ্রীশচন্দ্রনা মাগী কংলবা, মোংলবা শককমহু উথদা অকিবা অমা পোক্লে ; করিনো হংগদবা থনফম থঙদ্রে। শ্রীশচন্দ্র থঙই, কাশীদা নগেন্দ্রনা ব্রহ্মচারীগী চিঠি ফংলহুনা মধুপুর তাম্না চংখি। মসিগী বাসি শ্রীশচন্দ্রদা চিঠি গুইনা থঙহল্লম্মগা নগেন্দ্র কাশীদগী চংখিবনি। হৌজিক নগেন্দ্র মশানা করিগুবা বা অমত্তা হায়দোরক্তবহু উবদা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রগী মনাক্তা চংশিন্দুনা কম্নক্লে অমমুং মথুত্তু পায়রগা হায়রকই,—“নগেন্দ্র, নংনা তুমিন্না লৈবসি উবদা ঐ য়াম্না খোয়রাংলে। নহাকপু মধুপুর চংজুত্রবরা ?

নগেন্দ্র হন্দক্তা বা ভাংলকই. “চংলুই।”

শ্রীশচন্দ্রনা অকিবগা লোইননা হংলকই, “ব্রহ্মচারীগা উনরক্তুবরা ?”

নগেন্দ্র। উনদ্রে।

শ্রীশ। সূর্য্যমুখীগী পাও থঙলবরা ? মহাক কদাইদা লৈ ?

নগেন্দ্রনা নোংথকলোমদা মথুদোনবী থিল্লহুনা হায়রকই, “স্বর্গদা।”

শ্রীশচন্দ্র তুমিন্না লৈখ্রে। নগেন্দ্রসু তুমিন্না মরায় লুকথহনা লৈখ্রে। ওহাক লৈরগা মমাই হাইগত্তুনা হায়রকই, “নহাক স্বর্গ লৈ হায়বসি য়াদিংত্রা —ঐদি য়াদিংই।”

শ্রীশচন্দ্রনা খঙই, মমাংঙৈদদি নগেন্দ্র স্বর্গ লৈ হায়বসি য়ানিংজমদে; হৌজিক্তি উরে, য়ানিংলে। মহাক্না খঙই, স্বর্গদি হূংশিবা অমত্থুং অপাবনা শেখনি। "সূর্য্যমুখী লৈরে" হায়বা বাকমসিদি অবাবা পোকই—"সূর্য্যমুখী স্বর্গদা লৈরে"—মসুম খল্লগদি হূংঙাইবা কংই।

মবানিমক তুমিন তুমিন্না লৈরে। শ্রীশচন্দ্রনা খঙই, হৌজিক খেমজিনবা বাঙাং ঙাংনবা মতম নত্তে; হায়রুবা মখৈ হূঙন্না খোকনি। অতৈগা তিন্নবত্থু হূঙম খাগনি। অদুনা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রগী তুম্ফমনচিংবা লাওনবা খৌরাং তৌরে। চাক চাগত্রা চারোইত্রা হায়না হংগদকাও অকিবা পোক্লে; মহাক্না মসিগী বাকমসিদি কমলদা শিন্নগে হায়না খল্লে।

কমলত্থু তারে, সূর্য্যমুখী লৈরে হায়বা। মহুদদি মহাক করিগুম্বা অমতা শীনবা-খোংপা য়াওত্রে। সতীশ মখত্তা হন্দোক্লমগা, কমলমণিদি অহিংচু মশক ওকউ উখিত্রে।

কমলমণিনা লৈমাইখক্তা ওন্দুনা, মশম-মনা ইকা কানা কপ্পু না লৈবত্থু উবদা, মীনাইদুগীনা সতীশচন্দ্রবু মকমদুদা খাজিল্লম্নগা চংত্রে। সতীশচন্দ্রত্থু মমানা উকুল বাইকুল তৈনা, তুমিন্না কপ্প না লৈবত্থু উবদা, অহানবদদি তুমিন্না মনাক্ত দা কমতুনা লৈরে। অদুদগী মমাগী মখজাইদু শিক্লবা লৈরাংমুক খোংলবা মখুদোনবীদুনা ইনখৎলদুনা মমাই উনবা লাক্লরক্লে। কমলমণি মমাই হাইগৎলক্লে, অদুবু বাদি ঙাংদে। সতীশনা মওমদুদা মমাবু হূংঙাই-হন্নবগী দমক মমাইদা চুন্নক্লে। কমলমণিনা সতীশকী মশাদা মখুৎনা নান্নদুনা লুনা তৌরক্লে অদুবু চুন্নদি তৌত্রে, বাত্থু ঙাংত্রে। অদুদগীদি সতীশত্থু মমাগী মঙক্তা মখুৎনা কোনশিল্লগা মতম্বাক্তা হিপখদুনা কন্নক্লে। অঙাংগী খন্নোইদুদা চংদুনা নোংদম্বা নত্তনা কনানা অঙাংনা কপ্পিবদুগী মরম পুখোকপা ঙমগদগে?

উপায় লৈত্রদুনা শ্রীশচন্দ্রত্থু মশাগী বুদ্ধি শিজিন্নদুনা চানবা খররং পুন্নক্লগা মশামক্তা নগেন্দ্রগী মমাংদা থন্নরে। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "কারদে, ঐ চারোই

—নংহুৎ ওহাক্তা কন্নখো। নংগা ঙাংনগদবা যা য়াম্না লৈ—মহুগী মমক মকমসিদা লাক্লিবনি।"

অদুদগী নগেন্দ্রনা রামকৃষ্ণ রায়গী মকমদগী তাব্রকপা যাকম পুম্নমক অমতা চিথদনা শ্রীশচন্দ্রদা তক্লে। অদুগী তুংদা মানা থমকপা তুংগী রায়োল পুম্নমক্কুসু হায়রে।

শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "ব্রহ্মচারীগা নংগা লৈদা উনরক্কে হায়বসি অঙকপনি। মরমদি, মহাক ওয়াং কলিকাতাদগী নংবু থিবা মধুপুর য়োমদা চংখ্রবনি।"

নগেন্দ্র। কব্রিনোনে হায়রিবহৌবো? নহাক ব্রহ্মচারীগদি কয়ম্না খেংনরিবা?

শ্রীশ। মহাক্কি য়াম্না মপুকচেল চাওবা মীনি। নংগী পাওথুম কংক্রে-বহুদা, মহাক নংবু থিবা মথামক গোবিন্দপুরদা লাকপনি; গোবিন্দপুরদা নংবু উনবা ফংক্রে, অদুবু মাগী চিঠিহু কাশীদা থাগনি অদুগা নংনা ফংগদবনি হায়বসি মহাক তারে। মরম অদুনা থোইনা অমুক খোইরাংলুবা তৌদনা, কনাদসু কব্রিসু হায়রমদনা মহাক পুরুষোত্তমদা চৎখ্রে। মকমতুদগী হল্লকপা নংবু অমুক্তা থিবা গোবিন্দপুরদা চৎলুই। মকমতুদা মহাক নংগী পাও অমতা ফংক্রে—ঐগী ইনাক্তা চৎলগা নংগী মরম থঙগনি হায়না তাক্লক্লে। অদুনা ঐগী ইনাক্তা লাক্লে। নহাক মহাক ঐগীসিদা লাক্লবনি, ঐ মঙোন্দা নংগী চিঠিহু উহল্লে। মহাক মধুপুরদা নংবু উনবা ফংলনি হায়না খন্দুনা ওয়াং চংখিবনি। ওয়াং অহিং রাণীগঞ্জদা নংগা উনকম খোকপনি।

নগেন্দ্র। ওয়াং ঐ রাণীগঞ্জদা লৈত্তে অদুননি, সূর্য্যমুখীগী যা মহাক্না নঙোন্দা কব্রিগুবা হায়রম-লাক্লব্রা?

শ্রীশ। মহু পুম্নমক্কু ঐ হয়রেং তমগে।

নগেন্দ্র। যাহু তারগা ঐগী অযাবা হেনগৎকনি হায়না নং খল্লে। ঐগী অযাবসিদি হেনগৎনিংঙাই লৈত্রবনি। তমু।

মতুংদি শ্রীশচন্দ্রনা ব্রহ্মচারীগী মকমদগী তাবা, মহাক্না সূর্য্যমুখীগা লোয়ীদা থেংনবগী বা, মশা নাবগী বা অমসুং লাইরেংবা অতুদগী থাজদনা ফগৎলকপগী বা মতোংদা তম্রে। য়ামা শমদত্তুনা তশ্মি, সূর্য্যমুখীনা কয়ামুক অবাবা মংখিবা হায়বতুদি তমদ্রে।

মতু তাবদা নগেন্দ্র ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে। শ্রীশচন্দ্রনা মতুং ইয়রকই, অদুবু নগেন্দ্রনা খোইশাওননা ইয়রকচু হায়না থায়ে। লোয়ীদা অসুম্মক নগেন্দ্র অহিং যুথক অনি য়োবা কাওবা অঙাওবগুম কোইচৎনতুনা লৈরে। মহাক্না খল্লিবদি, মীয়াম মরক্তা মশাবু কাওজবা ঙমবনি। অদুবু মী লৎলক্লবা মতমদা—মশাবু কাওজবা কনানা ঙম্বা য়াওবগে? অদুদগীদি অমুকহম্না শ্রীশচন্দ্রগী মযুমদা লক্লে। শ্রীশচন্দ্র অমুক মাগী মনাক্তা চংলক্তুনা ফমরে। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "অতৈ বাত্ম লৈরি। মহাক কদাইদা চৎলুবা, করি তৌরবা, পুম্নমকসি ব্রহ্মচারীতদি শোইদনমক মাগী মকমদগী খঙলম-তারম্ল-খনি। ব্রহ্মচারীনা মতু নংোন্দা তম্মম-লাক্লমত্রা?"

শ্রীশ। ঙসি অমুক মতুগী বা হোৌদোক্লতুনা করি কায়খিগদগে? ঙসিদি নশাতু চোকথরে, পোথারো।

নগেন্দ্রনা পিগুম গুক্তুনা খোল কয়া হায়রকই, "তম্মু।" শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রগী মশক্তু য়েংলকই, মতুদা মানা উরে, নগেন্দ্র অঙাওবগুমথ্রে; নোংথাং-চেনবা নোংগী মতৌগুম মমাইত্থ মুগুক মুশিনখ্রে। কিয়তুনা শ্রীশ-চন্দ্রনা হায়রকই, "তমগে।" নগেন্দ্রগী মাইথোংতু মকা লায়ক্লে, শ্রীশচন্দ্রনা শয়প তম্লকই, "গোবিন্দপুরদগী সূর্য্যমুখীতু কংফাল লোয়ীদা থর থরদং ওইনা অহানবদা মখোঙনা মাইকৈ অসোমদা লাক্লম্মী।

নগেন্দ্র। নিঙিগী কয়া শাংনা চৎলি হায়বগে?

শ্রীশ। ক্রোশ অমা নত্রগা ক্রোশ অমা মথাই।

নগেন্দ্র। মাঙ্গি শৈপা অমা কাওবা যুমদগী পুখিদে—কদাইদগী কমদৌনা চাব-থকপা তৌরিবা?

শ্রীশ। করিগুম্বা হুমিত্তনা চয়া হৌরি—করিগুম্বা হুমিত্তনা ভিক্য তৌই —নংবু ভাওরবয়া!

অসি হায়রগা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রবু চৈরক্লে। ময়মদি, নগেন্দ্রদু মথন্তগী মথুংনা মথন্তগী মখোয়ি মেংথাইজগে হোৎনবদু উরকই। হায়রকই, "শিরগবু সূর্য্যমুখী কংগদ্রা?" অসি হায়রদুনা নগেন্দ্রগী মথুত্তু চিংশিল্লগা মাগী মথুং মচুংদা পায়শিল্লে। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "তম্ম।"

শ্রীশ। নং তপথনা তাল্লবদি ঐ অমুক তম্মরোই।

অদুবু শ্রীশচন্দ্রগী য়াহ্ নগেন্দ্র অমুক তাবা তৌখিদ্রে। মহাক জ্ঞান মাঙশিল্লক্লে। মহাক্না মমিৎ উইশিল্লদুনা স্বর্গ কাপ্রবা সূর্য্যমুখীগী শক্তমদু নিংশিংলকই। মদুদা উরে—মহাক রত্নসিংহাসনদা য়াগী গুইনা ফম্লি; মাইকৈ মরিদগী ইংলবা মনম মুংশিন্নবা চংশিংনা মাগী মশমশিংদু ইচাই-চাইহল্লি; মাইকৈ মরিদা, লৈনা-শাবা উচেকশিংনা কোইপাই পাইরদুনা বীনাগী খোঙ্লোক্তা ইশৈ শক্লি। মসিমদু উই, মাগী মখোঙ ময়াদা থবাল চাম-চাম ফুগাইনা শাংলদুনা লৈরি; মাগী সিংহাসনগী-থাকদা থাজ চামনা ভাল্লি; নাকল মরিদা থবানমিচাক চাম চামনা তগুপ তগুপ খোক্লি। অদুদগী অমুক উরকই, নগেন্দ্র মশামক গুরু মন্নবা মফম অমদা তুদুনা লৈরি; মশা পুম্বদু চৈনাখোলনা পুমথিৎ থিংগ্রে; হিংচাবনা মাবু লিচৈনা ফুরি; সূর্য্যমুখীনা খুদোনবা উত্তুনা মখোইদুবু খামজিল্লি।

য়ান্না য়াবা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রবু জ্ঞান ভারকবা হোৎনরে। জ্ঞান হেক ভারকপদা নগেন্দ্রনা খোল্লেল য়াংনা কৌরকই, "সূর্য্যমুখী! থবাইগী মবেম্মা! কদাইদনো নহাকপু?" লাওরকপদু তাবদা শ্রীশচন্দ্র পুমঙক ওকপ্রে অমসুং কিরদুনা তুমিন্না লৈখ্রে। অদুদগী নগেন্দ্রদু মাগী হামগী কীভমদা অমুক হজিল্লক্লদুনা হায়রকই, "তম্ম।"

শ্রীশচন্দ্রনা কিরদুনা হায়রকই, "অতৈ ভম্নিংঙাই লৈত্রে।"

নগেন্দ্র। তম্ম, নত্রবদি ঐ হৌজিকমক থবাইসি থারগনি।

কিরবা শ্রীশচন্দ্রনা অমুক তবা হোরকই, "সূর্য্যমুখীহ্ন মতম শাংনা অম্মা অবাবা ফংখিদে। ইনাকখুনবা ব্রাহ্মণ অমথক ইমুং মচুং পুহ্ননা কাশীদা চংলম্মি। মহাক কলিকাতা ফাওবা ইশিং-লম্বীদা লাকই ; নোংমা সূর্য্য-মুখীনা উথোং অমদা তুম্লিহৌদা ব্রাহ্মণশিংহ্ন মকমহ্নদা চাক থোংহ্ননা চাপে হায়না কাখৎলকই। ব্রাহ্মণগী চুপীহ্নগা সূর্য্যমুখীগা যাম্রি-বাতাই শাই। সূর্য্য-মুখীগী ফীভমহ্ন উবদা অমম্বুং মরমচত্নদা পেম্মহ্ননা ব্রাহ্মণগী চুপীহ্ননা মাবু হিত্নদা হাপ্তুনা পুবিরকই। সূর্য্যমুখীনা মঙোন্দা, মাম্ব কাশী চংকনি হায়।

নগেন্দ্র। ব্রাহ্মণ অহ্নগী মমিং করি কৌই ? ময়ুম্মা কদাইদনো ?

নগেন্দ্রনা মপুক্লিংদা করিগুম্বা অমা বাশক্লহ্ননা হংলকই, 'অহ্নদগীদি ?"

শ্রীশ। ব্রাহ্মণহ্নগা লোইননা মাগী ইমুং-মচুংগী মীওম—সূর্য্যমুখীহ্ন বহি ফাওবা চংলম্মি। কলিকাতা ফাওবা হিনা, কলিকাতাদগী রাণীগঞ্জ ফাওবা রেলনা, রাণীগঞ্জদগী বুলকট্রেন্দা চংলম্মি ; মহ্ন ফাওবদা মহাক থোঙনা চত্নুনা অবাবা ফংদে।

নগেন্দ্র। অহ্নদগী ব্রাহ্মণ অহ্ননা মাবু তাম্থোরক্লব্রা ?

শ্রীশ। তাম্থোকপা নত্তে ; সূর্য্যমুখী মশানা চৎথোকচরকপনি। মহাক অমুক কাশীরোমদা চংব্রে। কয়া কুইনবু নংগী নশক উদনা মহাক লৈবা ওমগদগে ? নংবু উনিংবদগী মহাক বহিদগী মথোঙনা হল্লকপনি।

মা অসি হায়রকপদা শ্রীশচন্দ্রগী মমিত্তা পিগী ইরা চেল্লকই। মহাক্না নগেন্দ্র তম্না রেংলকই। শ্রীশচন্দ্রগী পিহ্ননা নগেন্দ্রগী য়াম্না কাম্নবা অমা ওইনা থোক্লে। মহাক শ্রীশচন্দ্রগী মঙক্তা কোনশিল্লহ্ননা মরেংবান্দা মকোক হাইথরগা কপ্লক্লে। শ্রীশচন্দ্রগী ময়ুম য়োরকপদগী নগেন্দ্র হৌজিক ফাওবা কপ্লক্নি। মাগী অবাবহ্নদি কপ্লদগী হেনগৎলবনি। হৌজিক্তি ওমহ্ননা লৈরম্বা অবাবগী ইচেলহ্ন থোঙলৈ কম্না চেম্নরক্লে। নগেন্দ্রনা শ্রীশচন্দ্রগী মরেংবান্দা মমাই লুক-শিন্দুনা অঙাংগুম য়াম্না কুইনা কপ্তুনা লৈরক্লে। মহনা মৈচাক্ত্ ফনা কোকহনগ্রে ; কপ্লিংবা পোক্তবা অবাবহ্নদি, যমগী হ্নতক। অমহানি।

নগেন্দ্রনা খরদং নেমথরক্লবা মতমদা শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "ঙলি খাশিং-লিদা করিসু থোইনা অমুক কাম্বকম লৈতে।"

নগেন্দ্রনা হায়রকই, "করি অমুক হায়খিগে হায়বগে? মহুগী মথংদা থোকখিবা থৌদোকশিং অহুদি ঐ ইমিংমক্লা উয়ে। বহিদগী মহাক মথক্তমক মথোঙনা মধুপুর তাম্না লাকই। থোঙনা লাকপহুদা বাবনে, চাদবনে, নোঙ্জু হুংশা থাওবনে, চংজকম লৈতবনে অহুগা মথবাই হুংঙাইতবনে, সূর্য্যমুখীহু শাথীরবা লায়নানা নারহুনা লম্বীদা শিবা য়ানা অহুম্মক তাহুনা লৈখিবনি।"

শ্রীশচন্দ্র তুমিন্না লৈরে। অহুদগী হায়রকই, "করিগীদমক্তা অয়েম্বদা বাহু অমুক খল্লম্রিবনো? নংগী দোষ করিমতা লৈতে। নহাক মহাক্লা য়ানিংদবা অমদি মধা লৌদবা করিগুম্বা অমত্তসু তৌদে। মশাগী দোষনা থোক্তবা থবক্তৌদমক, অশিংবা মীশিংনা নিংঙমদবা থক তৌদে।"

হায়রিবসি নগেন্দ্র ভাব তাদে। মহাক্লা খঙই, পুম্নমক্মি মাগী দোষনি; করিগী দমক্তা মহাক হু পাম্বীগী মন্না থম্মোইহুংদগী কুক্তোকখিত্রিবনো?

---

## নিফুগুবা মতাং

# হীরাগী হু-পাম্বীগী মহৈ

হীরানা মহারত্নবু পাইগী মমলদা য়োম্থোক্লে। ধর্ম্মদি কুইনা অৱাবা খাওলগতা ঙাকপা ঙম্মি, অহুবু নোংমতং চেকশিনহৌদবদা হেক্তা মাঙই। হীরাগীসু মহু থোক্লে। মহাক্লা পামহুনা মহারত্নবু য়োনথোকখ্রিবা লন্দুদি, পাই নাতংপী অমতনি। মরমদি, দেবেন্দ্রগী হুংশিবদি ইশিং ইচাওগুম্বনি; লৈনাংনা থল্লি, মতমসু তেল্লি। হুমিৎ হুম্নিদা ইশিং ইচাওহু কংথ্রে, হীরাবু লৈথোমদা ক্মহল্লম্মে। কনা কনাগুম্বা অরিকপা অহুমদি ওইরগা মিংচত্তি পাম্বা মীশিংনা, মতম শাংনা মথবাই থুবাক্তা হাপ্পু না তানশিল্লক্লবা চেকশিন্না থম্লবা ময়লহু, মচাগী নত্রগা অত্তোপ্পা কুম্মে অমগীদমক নোংমজংগী হুংঙাইনবদা

চাঙ্গিং তৌখিবগুম, হীরাহ্ন মতম অহুক হূইনা থর্ম গুক্রক্লগা, যোংমতংগী হুংঙাইবগী দমক্তা মাঙহনখিহ্রনা, মথুং তংলবা অরিকপগুম হুংশাংলা নিংঙম-নবগী লমীদা লেপ্লক্লনা লৈরে। মথুং লেংবা অঙাংনা থজিক্তং চিকথংলবা মুক্কয়া হৈনৌগুম, হীরাহ্ন দেবেন্দ্রনা হুন্দোকপিবহ্নদা, মথ্ৎইদা প্রোক প্রোক চাকপা অমা অহানবদা পোকখ্রে। হুন্দোকপিবদা নত্তে—মহাকপু দেবেন্দ্রনা অহুক শাথীনা চোপ্পা নংহনখিবা অমসুং মথয়াই শোকহনখিবহ্নদি, হুপী ওইবীশিংগী মমক্তা ভোজবীফাও থাঙকম লৈরোই।

শকউমবগী অয়োইবা হুমিত্তুদা হীরানা দেবেন্দ্রগী মখোঙদা ওন-থোই-রহ্রনা হায়জরকই, “ননাই হুপীবু হুন্দোকপিবা তৌবিহ্ন।” মহ্র তাবদা দেবেন্দ্রনা হায়রকই, “ঐহাক কুন্দনন্দিনীবু পাম্বগী নংবু অসি ফাওবা তুনা-চায়া থবনি—করিগুম্বা নংনা কুন্দগা ঐগা উনহনবা ওয়বদি, নংগা ঐগা মরী অমুক লৈগনি, নত্রবদি ওসিনা লোইরবনি। নহাক নাপল চাওবী অমা ওইখিবহ্নগী মতিক চাবা মহৈ ফংহল্লবনি ; হৌজিক্তি নহাক মিংদা-থিবগী পোৎলুম অসি কোকথোংনরগা নয়ুমদা হল্লো।”

হীরা শাওখিবনা পুম্মম মমখ্রে। মহাক হাইফেৎ জান তাথরক্লবা মতমদা দেবেন্দ্রগী মমাংদা লেপ্তুনা, পিগুম থানা গুক্লগা, মমিং ঈমুক ওাংনা, মচিন লিপিং অমা কাংনা চৈ-থাংবা হৌরক্লে। চিনগলবী পাপচেনবী হুপী-শিংনা হৈনজবা মীচৈহ্রদা চৈরক্লে। মহ্রদা দেবেন্দ্রহ্র অশাওবা ফাবা ওম্মক্তে। মহাক্লা হীরাবু খোঙপাক্লা কাওরহ্রনা ইয়াং-শঙহ্নদগী তাম্বোরক্লে। হীরাদি পাপচেনবীনি—দেবেন্দ্রসু পাপচেনবা শানি। অসুম্না মবানিগী তুংকোইনা হুংশিনবগী বাশক্তু মহৈ চানখ্রে।

হীরাহ্ন খোঙপাক চারগা ময়ুমদা হনখ্রে। গোবিন্দপুরদা চণ্ডাল অমথক লাইয়েংবগী থবক তৌই। মহাক্তি চণ্ডালনচিংবা অতোনবা ভাংশিংগীতা লাইয়েংই। লাইয়েংবগী মওং অমদি হিদাক করিমতা থঙদে—হুগী অলিতনা মীগী মথয়াই মাঙহল্লি। হীরানা থঙই, মহাক্ত হুগী গুলি শেমনবা পাম্বীগী হু,

লৈমুংগী হু, লীলগী হু অসিনচিংবা খুদক্তা হেক শিবা হু কয়ামরুম থম্মি। হীরানা অহিংচুদা মাগী ময়ুমদা চত্তুনা মাবু অচিকপদা কোথোক্লগা হায়রকই, "লমচুই অমথক নিতিগী ঐগী চাকথোং চক্লুদগী চাক হেক হেক চায়রে। ঐহাক লমচুইচু হাংত্রিমথৈ নিংঙাইদনা লৈবা ঙমত্রে। ঐ, চাক্তা হু তোং- শিন্দুনা থম্লগা, মহাক্না ঙসি চাবা লাকপদা হু পিজচুনা হাংলগে থক্লে। নঙোম্মদি হু য়ায়া লৈ। খুদক্তা হেক শিবা য়াবা হু থম্মা ঐঙোন্দা য়োনবা ঙমগত্রা ?"

চণ্ডালদু মপুক্লিংদা লমচুইগী বারিচু থাজদে। হায়রকই, "ঐগীদা হেক অপাম্বা মথৈ লৈ ; অচুবু ঐ য়োম্বোকপদি ঙমদে। হু য়োল্লে তাবদা পুলিসনা ঐবু শোইদনা কায়গনি।"

হীরানা হায়রকই, "মচুগী দমক্তি করিমতা চিংনক্লু। নংনা য়োম্লকপনি হায়বসি কনাগুম্বা অমতা থঙলোই—ঐ ঈশ্বর অতুগা গঙ্গা ইমা ইবেম্মা পন্দুনা বাশক্লিবসিনি। লমচুই অনিথক্তং শিবা য়াবা হুচুদা ঐঙোন্দা পিয়ু, ঐ নঙোন্দা লুপা য়াংথৈ পিগে।"

চণ্ডালদু চিংনবা লৈতনা থঙলে, কনাগুম্বা মী অমগী মথাই মাঙকনগদৌ- রিবনি হায়বা। অচুবু লুপা য়াংথৈগী অপাম্বদু মহাক থিংবা ঙমত্রে। হু য়োনবদু য়াম্বে। হীরানা ময়ুমদগী লুপা পুরক্তুনা চণ্ডালদুদা পিয়ে। চণ্ডালচুনা কল্লবা মী হেক মথবাই মাঙগদবা হুচু চেদা য়োমশিন্দুনা হীরাদা পিয়ে। হীরানা চংলমদাইদা হায়রকই, "য়েংউ, মসিগী বাসি কনাদস্থ হায়দোকল্ল— হায়দোক্লবদি নংগীস্থু ঐগীস্থু ফজবনি।"

চণ্ডালনা হায়রকই, "ইমা! ঐদি নংবু নশকক্কাও থঙদে।" মচু তাবদা হীরাচু চিংনবা লৈতনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

য়ুম য়োরক্লগা হু ময়োমচু পায়রচুনা পংকপ্তা কপ্লয়ে। অচুদগী মপি তৈথোক্লগা মথক্তা থল্লকই, "ঐহাক করি ইয়াল লৈচুনা হু চাহুনা শিম্মদগে ? ঐবু হাংপা মীচুবুদি হাত্তোক্কনা, ঐনা করিগী দমক্তা শিক্লনি ? চুসি ঐ

চাদ্রোই। মসি ঐঙোন্দা মশাসি, পিশ্বিবা মীহুনা চাম্নগা চাগনি, নত্রগা মহাক্না মথবাই ওইরিবী কুন্দনন্দিনীনা চাগনি। মথোইগী মরক্তগী অমবু হাংদগা, শিরবস্থ কোম্না শিগনি।”

---

## শিফুমাথোইশুবা অতাং

# হীরাগী মবেম্মোক

"হীরাগী মবেন হম্বুবী
শম্বী ম্নেন্দাই শক্তবী।
ভগ্না চৎপী নম্বোনবী
মম্না মুংল্লেং শায়রবী।
থৈবোং উম্বী হম্বুবী।"

হীরাগী মবেন্দু চৈগু-গুরহুনা কোহ্‌-কোহনা চৎলি, মাগী মতুংদা অঙাং শংগুনা অঙকপা। শৈরেংসি থীর-থীরহুনা মথুবাক খুরহুনা অমস্তুং জগোই শার-শারহুনা কোইন-ইম্নরি।

শৈরেংসিদা মাবু থানা ঙাংবগী বা য়্রাওব্রা, মহুদি খঙদ্রে—অহুবু হীরাগী মবেন্দু শাথীনা হেক্না শাওদ্রে। মহাক্না অঙাংশিংহবু লমশি ওইনা শিয়্রো হায়রহুনা বর হেক পি অতুগা মপা মপু জাৎ নাইদবগী মচা হায়বনচিংবা কয়া কয়া ঙাংখংলকই। মসি হুমিং খুদিংগী ওইনা তৌই।

নগেন্দ্রগী থোঙাল হেক য়োরকপদা হীরাগী মবেন্দু অঙাংশিংহুগী মথুক্তগী হিংজরে, থোঙশঙবশিংগী মুশিন মুবা মকোইত উবদা মখোইপুম্বা মচোই মচোই চেনখ্রে। চেনখিবা মতমদা অঙাং অমনা হায়রকই ;—

"রামচরণ দোবে,
রাচংবদা তুম্রে,
হরানবা লাক্লগা কম্নবু চেন্দগে ?"

অমনা হায়রকই ;—

"রামচরণ পাঁড়ে,
চৈথদি লেংথোংনরে,
হয়ানবা উরগনা পুথ্রিরোমদা চেনখ্রে ।"

অমনা অমুক হায়রকই ;—

"লালচাঁদ সিং
অগোই শাই তাদিং তাদিং
তলপাকীদি যম, থবক্তদি খ্বাইগী মনিং ।"

অসুম্না অঙাংশিংহুনা অভিধান্দা য়াওদবা ৱাহৈ কয়ামুক থোঙশঙব-শিংহুদা হায়র-হায়রহুনা চেনখ্রে ।

হৌরাগী মবেন্দু চৈথ কোক কোক শুরহুনা নগেন্দ্রগী ইমুংগী ডাক্তর থানাদা লাক্লে । ডাক্তর উবদা হরুবীহুনা হায়রকই,—

"ইবুংঙো—ডাক্তর বাবু কদাইদা লৈ ?" ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐনি ডাক্তর ।" হরুবীনা হায়রকই, "ইহে ইবুঙো, ইমিৎসিসু উশিল্লক্কে—চহিসু মরি মরি থিবহ তরেৎ নিপাল নত্তেদা তরা মরি মঙাবু শুরমাক্লে—ইরাইবক থিবগী বাদি করিবু হায়নি, ইচা অমা লৈরম্মি, যমদা শিরথোকখ্রে—ইশুহুপী অমতং লৈজবহ্নসু—" অসি হায়রগা হরুবীহ ওঃ থোংনা হৌনা কপ্লক্লে ।

ডাক্তরনা হংলকই, "করি তৌরবগে অহল ?"

হরুবীহুনা যাহুদি থুমদনা মাগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারি লিথবা হৌরক্লে অমসুং রাম্না কপ-লাওরবা তুংদা মহ লোইশিনখ্রে, মহুদদি ডাক্তরহ অমুক হংবদা তারহুনা হংঙকই,—"হৌজিক পাম্লিববু করিনো ? কৈদৌরবগে ?"

অহৌদগী হরুবীহ অমুক হন্না মাগী পুন্সিগী অঙকপা ৱারিহ হৌগৎলক্লে, অহুবু ডাক্তরনা য়াম্না শাওগৎলকপহ উবদা মহ তোকথোক্ননা হৌরাগী, হৌরাগী মমাগী, হৌরাগী মপাগী অমসুং হৌরাগী মপুরোইবগী মপুন্সিগী মরমদা লিথবা হৌরক্লে । ডাক্তরহ ওহোক্না য়াম্না থানা হায়নিংলিবহ হাইক্কেত্তং

লৌশিনবা ঙম্মি—মরমদি মাগী থাম্বিত্তদা মশাগী মরম তাকপা অমম্থুং কম্মনা হায়কম থঙদনা য়াম্মনগ্রহনা।

মথুংগী থাবোলদি অশিনি,—হরবীহ হীরাগী দমক হিদাক থরা পাম্মি। অনাব লাইওংনা অঙাওবনি। হীরানা গর্ভদা লৈরিঙৈদো মাগী মমাহ্ ঙাওজ্রং- কৈত্রংনখি। মহাক মহুয়া থরা লৈরম্মগা অহুম্মক শিখি। হীরাদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না লৌশিং চংথোনবীনি—মঙোন্দা মমাগী লায়নাহ্ পকপা থক উদে, অহ্রবু ঙসি ঙরাংসি হরবীহ্ থরদং চিংনবা পোক্লে। হীরাহ হৌজিক্তি মরক মরক্তা মথক্তমক নোকই, মথক্তমক কপ্পি, করিগুম্বদনা ইমুং থোঙ লোনশিলগা অগোই হেক শাই, করিগুম্বদনা কম্না কম্না লাওরকই। করিগুম্বদম্হ হেক থাহৈ। হরবীহনা ডাক্তরদা মহুগী হিদাক পিয়ু হায়রে।

ডাক্তরনা থাখল তৌরগা হায়রকই, "নংগী নশুহুপীহ্ হিষ্টিরিয়া তৌরে।"

হরবীনা হংঙকই, "অহুদি ইবুঙো, ইষ্টিরসকী হিদাক্তি লৈব্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হিদাক করিগী লৈতদগে। মাগী মশাহ্ য়াম্না শাহল্দুনা থম্মু অহুগা কাষ্টর-ওয়েল অসি পুথো—হয়েং অয়ুক পিজো। অহুগী তুংদা অতোপ্পা হিদাক অমমুক পিগে।" মহুম তৌই ডাক্তর বাবুহুগী মহৈদি।

হরবীহ কাষ্টর-ওয়েলগী শিক্লিহ্ পায়রগা, চৈশু কোক কোক শুরহুনা হরক্লে। লবীদা লৈকাইগী হুপী অমগা উনরে। মহাক্না হংঙকই, "হীরা- খোইগী ইবেন, পুরিবহুদি করিনো?"

হীরাগী মবেন্না হায়রকই, "হীরাহ্ ইষ্টিরস তৌরে, অহুনা ডাক্তরগীদা চংলুরিবনি, মহাক্না কেষ্টরস থরা পিরকই। ঙাইথো ইবেম্মা, কেষ্টরস চাবগা ইষ্টিরস কব্রা?"

লৈকাইগী হুপীহুনা য়াম্না মুম্না থাখল তৌথরগা হায়রকই,—"কবম্থ য়াই। কেষ্ট হায়বসিদি ময়াম্মকগী ইষ্ট ওইরিবনি। অহুনা মাগী থৌজাম্না ইষ্টিরস কবা য়াই। অহুবু হীরাখোই' ইবেন, নংগী নশুহুপীহ্ কৈদৌবদগী

অসুক য়াবা য়স পল্ল্ হিবনো ?" হীরাগী মবেয়া মুয়া থরগা হায়রকই, "চহি মতাংনা ওইরকপনি।"

লৈকাইগী মুপীচুনা হায়রকই, "হেক পোকপদা তাইহিবা মমাও মচাগী মমুংদু পিথকউ। মদু থক্লবদি য়স য়ায়া কৈ হায়নৈ।"

হমুবীদু মমুম য়ৌরক্লবদা, ডাক্তরনা মখা য়ায়া শাহল্ল হায়রকপদু নিংশিংজরে। মহাক্না হীরাগী মমাংদা মৈদু চাওথ্রবা অমা মৈ গ্রুং-গ্রুং থাগৎলুনা পুশিন্নরে। মদু উবদা হীরানা হায়রকই, "শিরেদনা, মৈ থাগৎলক্লিবদি কৰিগীনো ?" হমুবীনা হায়রকই, "ডাক্তরনা নংবু নখা শাহল্ল হায়রকই।"

---

## নিফুনিথোইশুবা অধ্যায়
# অমম্বা দোলাল—অমম্বা পুন্সি

গোবিন্দপুরগী দত্তখোইগী চাওরবা দোলাল, মথোন তক্লক লোৎখ্রে—নগেন্দ্র-সূর্য্যমুখী লৈতবনা পুম্নম মমথ্রে। লোয়নশংদা লোয়নশংগী থবক তৌবা মীশিং কল্লি, মমুংগী য়ুমদনা কুন্দনন্দিনীতমক য়োক্ল্না-থল্লবা শাগে নাইতৈগী-মুপীশিংগা লৈ। অদুবু থা খোক্তনা অহিংদা আতিয়াগী অমম্ববু কোকপ্রা ? কাচিন খুদিংদা মিয়াংমক্তা,—কা খুদিংদা উফুল য়াইফুলগী মপৈ, দোলাল চিথেক খুদিংদা খুদুশিংগী মহুম, দোলালগী কম্ কম্দনা লেন্দাংগী লেন্দাং ওাক। লৈকোলদা অকংবা উনাগী মপৈ, পুখ্রিদা নাপী-শিঙবী। শুম্মাংদা লমহুই, লৈকোলদা ঙঙল, পুকৈদা উচি। পোৎচে পুবা উফুল কুপখ্রে, কোকফাই কাম্রে। উচিনা চিকথৎপনস্থ অয়াবা ওইরে। মি, চুম, লেকপী, থরমিনচিংবনা অমম্বা মরক্তা অহিং-হুংথিল নাইদনা কোইচৎ-চৎলি। সূর্য্য-মুখীনা য়োক্লম্বা উচেকশিংদু হোদোংনা অয়াবা চাথোকখ্রে। কমি কমিওম্বা মকমদা চাথিবগী লেমহৌবা ম-খা তাহুনা লৈরি। ওাদুশিং ওয়া লমহুইনা হাংখ্রে। য়াহোংশিংস্থ লমলক্তা পায়থোকখ্রে। বণশিংস্থ শরুগী শরুতাক্তা

ঙাইগ্রে—শজোম থোক্তে। নগেন্দ্রগী হুইশিংহ মতু-মমান থিংগ্রে, শাজগ্রে, থোংগ্রে—পুন্দুনতা থমগ্রে। শিথিবসু য়াওয়ে, ঙাওথিবসু য়াওয়ে, চেনথিবসু য়াওয়ে। শগোলশিংস্থ লায়না কয়া থুংলে—কহনবা ওমগ্রবা লায়নাঙাক ওইশিল্লক্লে। শগোলশঙগী মকম অয়াবদা লোংখুম মকম, অকংবা নাপী, উকুল অমসুং থুম্ব-মতু ঙাক্তা ঙাইগ্রে। শগোলশিংহুময়ক ময়ক্তা শজিক হুনবিবসু য়াওই, গুকহুন হুনবিদবসু য়াওই। লহিসপুখা শগোলশঙলোমদা মমাই ওনশিল্লে, য়াগী য়াগী হুপীগী মনাক্তদা লৈগ্রে। দোলাল মকম অমদা কম্ নিঙথাইয়ে, মকম অমদা চেকথাইয়ে, মকম অমদা মিংশেল থোঙ, মকম অমদা উপাক থোঙ কায়শিল্লক্লে, মকম অমদনা রেলিং তেকশিল্লক্লে। ইয়ুংগী লৈমাইদা নোংগী ইশিং তুঙলে, কল্লাংগী পেন্টতা লৈরিক্কী মরী মরী চেংয়ে, বুককেস মথক্তা চুমগী লৈকম ওইগ্রে থাওমৈ চয়োংগী থাকনাদা শেথাং মহমগী ই-মকুমনা থনগ্রে। ইয়ুংহু লক্ষ্মী চেন্ত্রে। লক্ষ্মীবু লৈত্রবদি বৈকুণ্ঠকাও কাং-থোং চাই।

মালৌ লৈত্রবা নাপীনা পুমকূপ কুপথ্রবা লৈকোন্দা, করি করিগুম্বা মতমদা গোলাপ অমা নত্রগা স্থল-পদ্ম অমা অক্তক শাৎপগুম, য়ুমহুদা কুন্দনন্দিনী মথন্তমক লৈরক্লে। মী অতৈ অতৈনা চারি-শেৎলিবা অহুম্না, কুন্দসু অহুম্মক মরৈ। কনাগুম্বনা য়ুমগী মথেম্মনি হায়বগী ভাবতা করিগুম্বা বা ঙাংলক্রবদি, কুন্দনা থল্লি, ঐবু লংনরিমাল্লে। দেওয়ানজীনা ময়ক্তা করিগুম্বা বা-লাং হংনিংহুনা মী থায়ক্রবদি, কিবনা কুন্দগী মনিংদোন্দু দিং দিং চোংই। থাজে-শেংনমক কুন্দনা দেওয়ানজীবু য়াম্না কি। মহুগী ময়ম অমা লৈ। নগেন্দ্রনা কুন্দদা চিঠি থক ইরক্তে; অহুনা নগেন্দ্রনা দেওয়ানজীদা ইয়কপা চিঠিশিংহু, কুন্দনা লোহল্লুরগা হেক হেক পাই। পায়গা অমুক হয়: লিখিদে—মথোইশিং অহু পাবনা মাগী সন্ধ্যাগায়ত্রী ওইনা তৌরম্মি। মতম-চুম্নদা মহাক, দেওয়ানজীনা চিঠিশিংহু শিয়ক্লো হায়মকত্রা হায়বসিগী মপুক্কিংদা অকিবা পোকই। কিবসিমকনা দেওয়ানগী মমিং হেক তাবদা কুন্দগী মমাইহু ইমক মকলিংলি।

লেওয়ানদি হৌরাগী মচিন্দগী পাওলি তারে। অঙুনা চিঠিশিংঙ অমুক হন্না পিরকৰা হায়ত্রে। মশানা মতুগী নকল অময়ম থমহৌরগা কুন্দদা পানবা শি।

থাগৈশেংনমক সূর্য্যমুখীদি অৱা মৈচাক ফংখি—কুন্দদি ফংত্রা? সূর্য্য-মুখীদি মপুরোইববু হুংশি—কুন্দদি হুংশিত্রা? পিক্লবা থম্মোইহুংহুদা লৈৱা হুংশিবদি চাংদম্নিংঙাই লৈতে। কোংদোক্ৰবা পাক্কল লৈতবনা, মতু ফাজিলবা হুংশিংকুম ইতৎতত্তনা কুন্দগী থম্মোইহুংহুদা থেংজিল্লি। লুহোংত্রিবগী মমাংদনা, চহি নৌমিতৈঙদগী কুন্দনা নগেন্দ্রবু হুংশিজয়কপনি—কনাদস্থ হায়দোক্কে, কনানস্থ খণ্ডদে। নগেন্দ্রবু মাগী ওইনবা করিগুম্বা ৱাখল অমতা পোক্লুদে; খনস্থ খল্লুদে, মাগী নিংবা কায়বস্থ মথন্তমক থাঙজত্তনা লৈ। মঙোন্দা আতি-য়াগী থা কাহুনা শিয়বিরে। অহুদগীদি—হৌজিক্তি কদাইদা চৎত্রে থাদো। করি মরাল লৈহুনা মাবু নগেন্দ্রনা খোঙনা কাওথুবিরম্লিবনো? কুন্দনা অহিং হুংথিল অনিদা ৱাসিত্তমক খল্লি, অহিং হুংথিলদা কপ্তুনতা লৈ। করে, নগেন্দ্রনা মাবু হুংশিবিত্রগনা—হুংশিনিংবা মীঙ হুংশিখিসম্ন, অহুবু কুন্দগী মরাইবক কয়া থিগ্রহুনা, মাবু অমুক ফাওবা উবা ফংত্রিবনো? মসিতস্থ নত্তনা—মহাক্লা খল্লি, কুন্দতনা অৱাবসিগী মরুনি, ময়াম্মরুস্থ খল্লি, কুন্দতনা মাঙন-তাক্লবসিগী মরুনি। অত্তবু কুন্দনা খল্লি, করি ইয়াজদগী ঐনা মাঙন-তাক্লবা পুম্নমকসিগী মরু ওইরিবনো?

কত্রবা তানফমদা নগেন্দ্রনা কুন্দবু লুহোংত্রে। খুৎলাই পান্দক্ষম উপালগী মথাদা ফম্লুবা মীমথৈ হেক হেক শিবগুম, লুহোংবসিগী মরুমনা শোকপা মী মথৈস্থ হেক হেক শিরে।

অমুক কুন্দনা খল্লকই, "সূর্য্যমুখীগী দশাসি ঐঙোন্দগী থোকখ্রিবনি। সূর্য্যমুখীনা ঐবু কনবিখি—ঐবু মনাওগুম্না হুংশিবি—মাবু ঐনা লম্বীগী চাক্লিবী ওইহল্লে; ঐগুম্না লাইবকথিবীসিবু কনা অমুক লৈরিদগে? ঐনা শিখিত্রিবা করিগীনো? হৌজিক শিত্রিবসিনা করিগীনো?" অমুকস্থ খল্লকই, "হৌজিক শিখিরোই। মহাক লাকখিসম্ন—মাবু অমুক্তংদি য়েংখিগে- মহাকপু অমুক

শক্লরোইদ্রনে ?" কুন্দদি সুর্য্যমুখী শিখিবগী পাও তাত্রি। অদুনা মপুক্কিংদা অসুম্মক খঙ্কই, "হৌজিক চুমা অসুম্মক শিবনদি কব্বি কান্নকম লৈ ? সুর্য্য-মুখীনা কন্নিগুবা লাকপা থোক্লবা, অদু ওইরবদি শিখিগে। ঐ অমুক মাগী মথেলদা তিংথং ওইরোই।"

---

## শিফুমঙ্ক অহোইগুবা অতাং

## হন্নকপা

কলিকাতাদা তৌগদবা থবক পুম্নমক লোইরে। দানপত্র ইরে। মহুদা ব্রহ্মচারীদা অতুগা মথিং থগুদবা ব্রাহ্মণদা মনা পিনবা বাকম গুগাইনা ম্নাওরে। মহু হরিপুরদা রেজেষ্ট্রী তৌগদবনি, মরম অদুনা দানপত্রদু পুদুনা নগেন্দ্র গোবিন্দপুরদা লাক্লে। শ্রীশচন্দ্রবু তোংকম থোকপা তোংদুনা মাগী মতুং ইললকউ হাম্নন পাউতাক পিন্নম্মে। শ্রীশচন্দ্রনা মাবু দানপত্রনচিংবা ইবা অমম্মুং থোগুনা চৎপনচিংবদু তোক্লবা ম্নাম্না থেমজিনবা হোৎনৈ, অদুবু পুম্নমক অয়েম্বদা তারে। ম্নাদদুনা মহাক তুরেল থোগম্মুং তুংইম্না মাগী মতুং ইম্নরক্লে। মন্ত্রী লৈত্রবদি কমলমণি পানবা ম্নাদে, অদুনা মহাকসু থোইনা হংন-থোংনবা তৌদনা সতীশ পুরদুনা শ্রীশচন্দ্রগী হিদা তোংখৎলে।

কমলমণিনা হাম্না গোবিন্দপুরদা লাক্লে, মহু উবদা কুন্দনন্দিনীদু অমুক হম্না আতিম্নাদা খবানমিচাক অমা থোক্লকপগুম থনখ্রে। সুর্য্যমুখীদা মুম থাদোক্নুনা চৎখিবা সুমিত্তগী হৌনা, কুন্দনন্দিনীবু কমলমণিনা মৈ থোকপা মথৈ শাওই, মথক ম্নেংদে। অদুবু হমক লাকপদাদি কুন্দনন্দিনীগী কংলবা শক্তমদু উবদা কমলমণিগী অশাওবদু ফোকখ্রে—মথখাইদা সুংঙাইতবা পোক্লে। মহাক্না কুন্দনন্দিনীগী মথখাই সুংঙাইহম্নবা কম্না লাক্নরক্লে ; নগেন্দ্র ম্নোরক্লগনি হায়বা পাও তাক্নুনা কুন্দগী মাইথোংদা নোকপগী মমি তাহন্নে। সুর্য্যমুখী শিন্নে হায়বা পাওসু তাক্কবা ম্নাদবনা তাক্লে। মহু তাবদা কুন্দ কপ্নক্লে।

য়াসি ভাবদা, লাইরিকসি পাবিয়রীবী নিংথিজয়বী কয়ানা পুক্লিংদা নোকপি-
রম্বা য়াই, অদুগা হায়বিবসু য়াই, "ঙা শিরগবু হোৌলোংনা কপ্পা।" অদুবু
কুন্দদি ওঙ্খোক্লা পঙথ্রবীনি। লোয়রবী শিরবদি নোকদবনি হায়বসি মাপী
পঙলবা বুজিহুনা লাম-খোকচদে। অপঙবী চুপীমচা, লোয়রবীগী দমকসু থরদং
মকপ্পি। অদুগা ইবেম্মা কজবী! নংনদি তাকপিরি, "ঙা শিরগবু হোৌলোংনা
কপ্পা" হায়না—অদুবু নংগী লোয়রবী শিবা মতমদা নহাক্লা থজিত্তং কপ্পিবা
খোক্লবদি, ঐহাক নংবু পুক্লিংদা ওঙ্খোক্লা থাগচ্চগনি।

কমলমণিনা কুন্দবু খেমজিল্লক্লে। কমলমণি মথাদি হৌজিক চুংঙাইভবা
পুম্বা থাদোকখ্রে। অহানবদদি কমলসু য়াম্না কপ্পম্মি—অদুদগী মানা থল্লকই,
"কপ্পুদুনা করি তৌগনি? ঐনা কপ্পগা শ্রীশচন্দ্রগী মথয়াই চুংঙাইতে—ঐনা
কপ্পগা সতীশসু কপ্পি—কপ্পগা সূর্য্যমুখী অমুক হল্লকদবসু নৈত্রে, অদুদি করিগী
দমক মখোইবু কপহল্লুগনি? ঐহাক কৈদৌঙুংদা সূর্য্যমুখীবু কাওবদি নৈথ্ররোই,
অদুবু ঐনা নোক্লগা সতীশনা নোক্লবদি, করিগী ঐ নোক্লোই?" অম্মুয়া
থল্লদুনা কমলমণিদু কপ্পা তোক্কুনা, হায়গী কমলমণিগুম নৈত্রে।

কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রদা হায়রকই, "বৈকুণ্ঠ অসিগী লক্ষ্মীদি বৈকুণ্ঠ
থাদোক্কুনা চৎখ্রে। অদু ওইদুনসু ঐগী ইবুংনা বৈকুণ্ঠদা লাক্লগা খোংনাং
মনাদা য়াহিপ্পগদ্রা?"

শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "লাও, ঐখোই পুম্নমকসি অমুক্তং শেংদোক-
খোতোকসি।"

খুদক্কুদা শ্রীশচন্দ্রনা চেক্তী মিস্ত্রি, মুংগী মিস্ত্রি, বাইশিংপা, কল্লাং কয়বা, মালী
অসিনচিংবা মরাম মাপী মাপী থবক থবক্তা থাজিল্লে। অসোমদনা কমলণিনা
নৈরকপদা মি, চুম, থমি, শেকপীগী কোলুপ্তা য়াম্না ইয়াং-লাংনবা অমা তৌরক্লে;
খোমশিংনা "বো বো ক্রুং" হায়দুনা চিথেক অমদগী চিথেক অমা তাম্না পাইবা
হৌরক্লে; শেম্বাংশিং পাইবদা শিবা-চংবা থঙজ্রে—মিংশেলখোঙ থিংজিবা
মকমহুদা, খোঙ হাংদোক্লিবোই নিংজনা পাইশিল্লবদা মচিন্দু মিংশেলদা

থেংজিন্নরুবা মথোক তাওনা লৈরক্লে ; মীনাইশিংনা মথুতা উমজিং শাক্লবতনা মথোই মশেল মাইকৈ শনাই থত্তনা চেম্বক্লে। খিন্নরুব মোলাংলত থবক হৃম্না মাইথোং মকা লাম্না নোক্লক্লে।

মীরৈবক্সো মনেন্দ্র লাক্কুনা থুংলক্লে। মতমচ য়াংবনি। ভুক্রেকনা অবাবগা ইঙাও লাকপা মতমদা টেচেন য়াম্না কন্নবগা, থৈক ইশোম লক্পুবা ভুগা নুমবা ইশিংনা মপুক ভগথনা থৈবিবক্তম, নগেন্দ্রগী মপুং কাবকা অবাকপী ইচেন্দু হৌজিক্তি নুমবা ইংলবা শত্তম লোখ্রে। অবাবত্তদি মরেং কমিমতা ভাবিবা নত্তে অঙ্গুবু পুক্নিং কাণ্ডমদবত্তদি মথায় চায়খ্রে। মথাক য়াম্না ইংথনা ইমুং মঙ্গুংগী মীশিংগা বাম্নি শারক্লে, মমাঙ্কপু কৌহনা বা-লাং হংলক্লে, অদুবু কনানজদ্বু মথাক সূর্য্যমুখীগী বাম্নি হৌদোক্তে—মাগী ইহৈ হৈনিংদবা মতৌত উবলা মমাঙ্কক মথবাইদা চংশাইতবা পোকই। থাইনগী মীনাইশিংনা মাবু থুকখা চংলুবদা মথম মপন্তুমক কপ্পবকই অদুবু নগেন্দ্রনা মী অমথক্তংদদি মপুক্নিংদা অবাবা পোকহনখ্রে। কুইনা থাজবক্লবী কুন্দনন্দিনীগদি মথাক অমুক্তকাও শক উমখিদ্রে।

---

### নিযুকমরিত্তুবা মতাং

## মুথরক্লবা থাওমৈদা

নগেন্দ্রগী য়াথং মতুংইন্না মীনাইমুপীশিংনা সূর্য্যমুখীগী তুম্ফম কাদা মাগী কমুং থারে। মসি ভাবদা কমলমণি মত্তক পৈখ্রে।

অহিং থেংজিন্নরুবদা, ইমুং মঙ্গুংগী মী পুম্নমক্না তুম্ন-হিপ্পথুবা মতমদা, নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীগী তুম্ফম কাদা তুম্বা চংলক্লে। তুম্নবা নত্তে—কপ্পবনি। সূর্য্যমুখীগী তুম্ফম কাদু য়ায়া পাক-চাওই অমত্তুং নিংথিজে ; মত্ত নগেন্দ্রগী হুংজাইবা পুম্নমক্কী মন্দিরনি, অদুনা মত্ত য়াম্না নিংথিনা শাকনথি। কা অদু শাকই অমত্তুং থাংহৈ, লৈমাইদু অত্তোবগা অমুবগগী নাঙবা হংনা চনবনি।

কাহুগী কক্লাংদা অপংবা, নাপু, অতাংবা উরি-ঈমা হৈ-লৈমচিংবা য়েক্ত খোংথলি ; মতুগী মথক্তা কয়তুনা মথম কয়াগী পিক্ক পিক্কবা উচেকশিংদা উহৈশিংগু চাবগী মওংমু য়াওরি। মাকম অমদা মমল য়ায়বা দাক্কনা-চনথা শামু-ময়া-হৎপা খুং-চংলবা লৈয়োং কয়ানা হৎপা কমুং, অদুগা মাকম অময়োমদনা ককরবা কীনা কুপ্পবা মথম মথেলগী উগী কক্কম অমমুং চাওরবা মিংথেল অসিনচিংবা ইধুংগী-লৈতেং পোংচৈ কয়ানা থম্মা লৈ। মাং থরম্মু ফক্লাংতদা থেংলে। মাইশিংদু বিমাটলোমগী নত্তে। সুর্য্যমুখীগা নগেন্দ্রগা পুম্মা অপাম্বা মাই খন্দুনা মরৈবাক্কী মাকয়েকপা অমত্তু য়েকতনবমি। মরৈবাক্কী মাইয়েকপদু ইংরাজ অমগী পক্কয়ানি, ককনা য়েকই। নগেন্দ্রনা মথোইশিংদু মমল য়ায়বা ক্রেম চনশিন্দুনা তুম্ফম কাদা থেংপনি। মাই অমগা কুমার-সম্ভবতগী লোথোকপনি। মহাদেবনা চিংদোন্দা মুংপাক্তা কয়তনা তপ তৌরি। উরিগী থাংপোক থোঙজিন্দা নন্দী—মথুং ওইদা শনাগী চৈত—মচিনবাক্তনা খুদোনবী থম্মদুনা উমংগী নিন-খোংবা থামজল্লি। উমং পুম্মচিক চিকই—খোইমুশিংনা উনাৱক্তা লোংথলি শজিশিংনা তুমক্তুনা লৈরি। মতমতুদা হরগী ধ্যান থুগাইনবা মদনমু লৈরি। মতুগা লোয়ন লোয়ননা বসন্ত কাও-রক্লি। মাংথনা বসন্তগী লৈরাংনা হকচাং পুম্বা লৈতেংলবা পার্ব্বতীনা মহাদেববু খুরুম্বা লাক্লি। উমানা শম্ভুবু খুরুম্নবা নোমখরক্লি, খুকউ নামনা লৈবাক শোকনিং লোকমাং তৌরি, নাম অমনা লৈবাক শোক্লি, লেংজুমদা কোমনা মকোক নোমখরক্লি, হায়রিবা কীভমসি লাইতুদা য়েক্লি। মকোক নোমখিবদুনা শমজী চন্দ্রকলাগী নাপদা য়ানবা জবাকুসুম অমা অনি কেন্দুনা থম্মক্লি, শরাক্তগী মী হাইকেং নাহরক্লি, মতমদুদা মন্মথনা থম্মা থাগ্নপ বসন্তনা-মকা-লামহৎলবা উমংলক্তা তংথাই অমা লোত্তুনা, খুকউ নামা লৈবাক্তা শোৎনা, কপ্পরবা লিক্কংদু লিমি চিংদুনা, লৈগী লিক্কংদা ঐগী তেন তেমা থোংথলি। অদুগা মাই অমদনা শ্রীরামনা জানকী পুরকহনা মক্তাকগী য়েক্লি, অনিমক বরুনা লৈতেংলবা লোমাইদা তেম্লেদুনা গুন আতিয়াবা চংথলি ; শ্রীরামনা জানকীগী

ময়েংবান্দা মখুৎ নাম থম্লি, অদুগা মখুৎ নামগী খুদোনবীদুনা থাদা পৃথিবীগী নিংথিবদু থিল্লদুনা উৎলি। দোলাইগী মাইকৈ মমিদা মচু কয়াগী নোং—শংবাম্মবা, ঙাংলি ঙাংলিবা, অঙৌবা—মৈথুগী ইথক হৌবগুম কোইপাই পাইরি। থাদনা অমুক পাক্লবা শংবাম্মবা সমুদ্রদা ইথক মপৈনা ইচাই চাইরি —হুমিংকী মঙালদা ইথকশিংদু হীরা চবুনগুম ইরং লংলি। তোর্বান বাংমদা য়াম্না থাম্না "ফুরা দোলাদনা লুহুপ্পবী লকা"—মাগী দোলাদ পরেংগী সনা মোম্লবা মতোনশিংদু হুমিং মঙালদা তরং তরংলি। অতোপ্পা তোর্বান্দনা শংবাম্মবা মচুনা লৈতেংলবী "উপাল থাপাল উরি থারিগী শংবান্নবনা থান্নবী" সমুদ্রগী তোর্বান। মরক্তা গুন্দা কাংঙ পরেংনা তুবৎ পাইরি। অদুগা লাই অমদনা অর্জ্জুননা সুভদ্রাবু হুদুনা দোলাইদা পুরি। দোলাইদু গুন্ আতিয়াদা নোংমরক্তা ফাওদুনা চৎলি, তুংদা মশীং লাকঙমদবা যাদবী লান্মীনা তান্নরক্লি, থাপ্পা মখোইগী কীয়াল পরেং অমসুং লুপা ফুদোংবগুম্নবা নোং মপৈ উরি। সুভদ্রা মশামক্তা সারথি ওইদুনা দোলাই থৌরি। শগোলশিংদু মমাই ওনশিন্নরদুনা চেল্লকপগী খোঙথাংনা নোং পুম্বা চাইথাইরি; সুভদ্রানা, মশানা দোলাই থৌবা হৈশিংবদুদা পেনজয়রদুনা, মমাই লৈশিল্লক্তুনা অর্জ্জুন তম্না হুংশি-মিৎচিনা য়েংলি, কুন্দ লৈরাংগুবা য়ানা মচিনবান চিক্লদুনা মোমোন মোমোন নোক্লি; দোলাইগী খোঙচৎ কনবনা হুংশিংনা হুমদুনা মশম পুম্বা চোইলাইননা পাইরি—শম চবুন মচা অমা অনিসু হুমাং লৈরিক কারদুনা লাইবক্তা কোইরপ শক্তুনা লৈরি। অদুগা লাই অমদনা সাগরিকাগী কীজোম্দা য়ম্বাবলীনা, তরু তরুরবা থবানমিচাক্কী মঙালক্তা তমালগী উশাদা য়ান্দুনা মথবাই থারগে চৎলি। তমাল ম-শাক্লদগী লংলবা লৈরাংনা-য়োম্লবা উরি অমা হাইথরক্লি, য়ম্বাবলীনা খুৎ নামনা উরিদুগী মতোন শাম্নরদুনা মথোয়িদা য়েৎশিল্লি, অদুগা মখুৎ নামনা মিত্তগী পি তৈথোক্লি, উরিগী লৈরাং-পুম্বা মহাক্কী শমলাংথক্তা অঙকপা ফংনা লৈতেংলি। অদুগা লাই অমদনা, শকুন্তলানা দুষ্মন্তবু য়েংনিংদুনা খুমাদগী মুন্নু মুদবা কুশ-মতোন শত্তোকপা

লাক্লি—অনসূয়াগা প্রিয়ংবদাগনা নোক্লি—শকুন্তলানা শাওনিংবগা ইকাই-বগনা মমাই হাইগৎক্রি—দুষ্মন্তগী মাইকৈ অমম্ব য়েংবা ওমত্রি। অতুগা লাই অমদনা লানগী ফীজেৎ শেৎলদুনা নোংশা মঁচাগী মতৌওম্লবা মথৌনা কয়বা কুমার অভিমন্যুনা উত্তরাগী মকমদা লান-চৎনবা বিদায় লৌরি—উত্তরানা লান চৎহল্লোই হায়দুনা খোঙ থিংজিল্লদুনা মশানা খোঙদা ঙাপ্নি। অভি-মন্যুনা মানা কিরিবদু উত্তুনা নোক্লি, অতুগা মতৌ করম্না ইয়াই লাইনা ব্যূহ মনুং চংগদগে হায়বদু লৈমাইদা খাংদোম্না য়েক্লদুনা উৎলি। উত্তরাদি মচু শুকয়েং য়েংদে ; মথুং অনিনা মমাই খুম্লদুনা কপ্পি। অতুগা লাই অমদা অমুক, সত্যভামাগী তুলাব্রত য়েক্লি। শাক্লবা হুংচনবা শুমাংনি, মতুগী মনাক্তা অবাংবা দোলালনা লৈতেংলবা ম্লাকোয়ুংগী শনাগী মতোন্দা ইরং লংলি। শুমাংদা থোইনা পংবাং-বাংদবা লুপানা শাবা খল অমা য়ুংলি। মতুগী না-ম অমদা কাথৎলদুনা নোংথাংগী মঙালনা লংলবা নোং মতুম অমগুম, ফজরবা ফীজেৎ লৈতেং খোম্লবা, মীয়াই চনবা চহি মভাং ওইরবা দ্বারকাগী মপু শ্রীকৃষ্ণ কল্লি ; মদোমথংবা খলগী শরুক্ত্ লৈবাক শোক্লি। অতুগা মাইকৈ অমদনা রত্ন কয়া কয়াগা লোইননা শনাগী মপৈনা লৈপুংগুম পৈথৎলি, অদুবু খলগী ফম্পাক্ত্ মালংদা অদুমক লৈরি। খলগী মনাক্তা সত্যভামা লেপ্লি ; সত্যভামা মীয়াই চল্লবা চহি মভাংনি ; ফজে, তোঙ্গানৈ; নোয় পেম্না শাবান কজবীনি, লৈতেং কয়া শেৎ-চারি, মিৎম্না থম্বাল মঙংনি ; অদুবু খলগী ফীভমদু উবদা মাইথোং মকশিনখ্রে। মহাক মশাদগী লৈতেংপুম্বা লৌথোক্ত্না খলদা লংশিল্লি, লৈহাও ওংদা মানবী খুৎশানা নাপদগী রত্নগী লৈতেং লৌথোক্লি, ইকাইবনা লাইবক্তা হুমাং মরিক মরিক কারি, য়ুংঙাইতবনা মমিত্তা ইরা চেল্লি। শাওনিংবনা নাতোল ফল্লপ তৌরি, মচিনবান চিক্লি। হায়রিবা ফীভমসিদা লাইয়েকপনা মাবু য়েক্লি। তুংদা লেপ্তু্না শনাগী মুক্তি-শুম্রবী রুক্মিনী য়েংলি। মাম্মু মাইথোং লাংশিল্লি। মহাকম্মু মশাগী লৈতেং হুক্তোক্ত না-সত্যভামাদা লানশিল্লি। অদুবু মাগী মিৎকমদি শ্রীকৃষ্ণয়োমদা

থম্লি ; মহাক মপুরোইবা অমা চেপ্লগ মিৎচিনা য়েংলগুনা হাইকেঙ্গং চিনথান থাকচিদা মোমোন তৌরি. অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি মীলোক্কু্দা লোয়রবীগী হুংঙাইবদু মপুং কানা উবা কংলি। শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোংদি য়াম্না চাং-লেম্মি, ইংই. কয়িসু থঙলবগুম্না তৌরি, অদুবু মহাক মিৎচিনা লোম্লগ রুক্মিণী তম্না য়েংলক্লি, অয়োন-মিৎয়েংভ্রদসু হাইকেং নোকপগী মমি তারি। মরক্তুনা অঙোৱা কীজোন শেংপা, অঙোৱা কুচুনা লৈজেংবা দেবর্ষি নারদ লৈ ; মহাক য়াম্না হুংঙাইবগী মওংদা পুম্নমকসি য়েংলি ; হুংশিংলক্কা মাগী কীজি অমসুং কোইছু পাইরি। মাইকৈ মরিমক্তা মখীং থীঙমত্রবা কোমুংগী মীশিংনা মথম মচু কয়াগী কীজেং শেংলগুনা ঙাহোইহুনা লৈরি। ভিক্ষা নিবা ব্রাহ্মণ কয়ামুকমু লাক্লি। কোমুং ঙাকপা কয়ানা ইয়াং হৌদনবা লাক্লি। হায়রিবা লাইসিগী মথাদা সূর্য্যমুখী মথুৎমক্লা ইতুনা থম্লি, "মানা মানা তোঙবা মানা মানা মকংই। মপু-য়োইবগবু শনা লুপাগা চাংদম্বা ?"

নগেন্দ্রনা থা মচুংচদা মথন্তা চংলকপা মতমদুদা, অহিংগী য়ুথক অনি হৌখ্রে। অহিংতু অকিবগী মশক্লি। য়াচংবা মতুংদগী নোং হাইরগ হাইরগ তাই অমসুং নুংশিং শিংলি। হৌজিক্কি নোংথোঙ কুইনা লেপ্তুনা তাশিল্লক্রে, নুংশিংসু শউম য়াম্না কনথংলক্রে। য়ুমগী থোঙনাও হাংদোক্লা থর্থশিংদু, হৌরবা থোনকমগা লোইননা নুংশিং মাইয়োক্নরক্রে। মিংথেলথোঙপুম্বা শ্রেং শ্রেং হায়বা থোঙ্হোক থোক্লক্রে। নগেন্দ্রনা তুম্ফম কাদা চংলক্লগা থোঙ থিংজিল্লে। অদুদদি নুংশিংকী শউমদু থম্না শাফখ্রে। ফমুং মনাক্তা থোঙ অমথক্তি হাংলি—থোঙতদদি নুংশিং চংলক্কে, অদুনা অদুম্মক হাংদুনা থম্লে।

নগেন্দ্রনা তুম্ফম কাদা চংলক্লগা গুংশাবর মপী শাংনা হোন্দুনা সোকা অমগী মথক্তা হিপ্লম্মে। নগেন্দ্রনা মদুদা কমদুনা কম্না য়াম্না কপশিবা, কনামতনা থঙত্রে। কয়াম্বক হম্না সূর্য্যমুখীগা মাইয়োক্লনা সোকাদুগী মথক্তা কমদুনা হুংঙাইয়রবা থারি কম্না শাথি।

নগেন্দ্রনা হম্না হম্না মথবাই শান্দবা কক্তমদুবু কোনথানে চুমনে তৌরক্কে।

অদুদগী অমুক মনাই থাজদ্রনা সূর্য্যমুখীনা দুনা চাম্না তৌজরবা দাইশিল্লবু য়েংলক্লে। ইমুংদা ভালবা থাওবৈ থাদি- মহুগী ভখক্লবা মঙাঙদা অয়েকপা লাই পুম্নমক্ত মথক্লাই পালবঙর উম্নরে। লাই খুদিংমক্তা নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীবু উবা হৌরক্লে। মহাক্না নির্দেশিংলকই, উনাপা হৈন্দী-হৈংতেংদু উবদা, সূর্য্য-মুখীস্থ নোংমা লৈ য়াম্না থেংনিং-ফিরিংঙশ্মি। মতুদা নগেন্দ্র মপামক্না লৈকোন্দগী লৈ হেক্লু হুনা মথুংমক্না সূর্য্যমুখীবু লৈশঙনা লৈতেংবী অমা ওইনা শেম্বিরম্মি, মতুদা সূর্য্যমুখীনা মথবাইদা হয়াওজখিকহুবু, কমাওব্বী হুপীনা মণিমুক্তাতনা শেং চারবা কাওবদা মহু য়োনা হুংঙাইজবা ওনমত্রা? অতুগা নোংমনা সুভদ্রানা দোলাই থৌবহু উবদা সূর্য্যমুখীস্থ নগেন্দ্রগী গাড়ী য়াম্না থৌনিংলশ্মি। মাগী হুপীবু হুংশিনা-চাম্না থলবা নগেন্দ্রনা খুদক্ত মতুদা পিক্লবা গাড়ী অমদা পিক্লবা শগোল অনি পানশিন্দুনা হংখোলহুংগী লৈকোলদা সূর্য্যমুখীনা থৌনবা পুরক্লে। মবানিমক মতুদা তোংখংলে। সূর্য্যমুখীনা চুপ্লি পায়রে। শগোল-শিংহু মথন্তমক চংচরক্লে। মতুদা সূর্য্যমুখীনা সুভদ্রাগী মতৌওম নগেন্দ্রয়োমদা মমাই ওনশিল্লক্তনা চিনবান চিক্লহুনা মোমোন মোমোন নোক্লকই। ভাক্লক-সিদা শগোলশিংহু থোঙ্গাল মনাক য়োরকপা উবহুনা গাড়ীহু মপানলোমদা লমজাও শোয়োক ভাম্না চিংহুনা পুথোক্লক্লে। মতৌহুদা সূর্য্যমুখীহু মীয়াম মমাংদা ইকাইখিবনা মমিং তুকথরহুনা কোকখুম কী চিংথবা লাক্লরক্লে। মহাক্না বাবা মতৌহু উবদা নগেন্দ্র মথুংমক্না চুপ্লি পায়হুনা গাড়ীহু হংখোলহুং ভাম্না অমুক মমাই লৈশিল্লক্তনা পুরকই, অত্রদগী মবানিমক গাড়ীদগী কুমথ-রহুনা হায়কম থওদনা নোকখি। মতুংদা তুম্কম কাদা চংলক্লগা সূর্য্যমুখীনা সুভদ্রা য়েকপা লাইহুদা খুত্তম ঈংলত্তনা হায়রকই, "মাওন-তারবগী মশক ওইবী নমেন্তা খুদোং থীবা পুম্বসিগী মক্লনি।" নগেন্দ্রনা মহু নিংশিংলক্তনা অয়োক্ত অথম নাইমনা কপ্লক্লে। অমুক মৈচাক্ত থাওবা ওম্লক্তনা কৌপক্তনা কোইচং চংপা হৌরক্লে। অত্তবু য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈ পুম্নমক্তা সূর্য্যমুখীগী খুদথওমক লৈ। ফক্লাংদা লাইয়েকপনা য়েকপা উম্বিত্রগী মতৌ অমহুনা

সূর্য্যমুখীনা উরি অমা য়েক্লম্মি। মহ হৌজিকস় লেংদনা অহুম্নক লৈরি। নোংমা মাঙশংদা সূর্য্যমুখীনা মপুরোইবদা কুমকুম চাইরম্মি—কুমকুমদ নগেন্দ্রদি পাঙ্গ্রহনা কক্লাংদা শারে। ওসি কাওবা আবীরগী খুদমহ লৈরি। মুমহ শাবা লোইরবদা সূর্য্যমুখীনা মখুৎমক্না মকম অমদা ইহনা থমখি—

"১৭১০ সংবৎসরদা

ইষ্টদেবতা

ইপুরোইববু ইরাচ্চনবগী দমক

মন্দির অসি

মনাই হুপী সূর্য্যমুখীনা

লিংখচ্চে।"

নগেন্দ্রনা মহ পারক্লে। কন্নারক হন্না পারে—মহ কাওবদা অপেনবা নাইদ্রে—মিত্তগী পিনা হন্না হন্না মাগী মিৎয়েংহ মমহল্লক্লে—অহবু মপি তৈথোক তৈথোক্লহনা অহুম্নক পাহনা লৈরক্লে। পানা পানা উরক্লে, থাওমৈহ মমথরক্লে। হন্না লৈ-হনা য়েংওরকপদা, থাওমৈ মুৎথরকপহ উরক্লে। মহদদি নগেন্দ্রহ খর মপী হোল্লগা কমুংদা তুম্বা চংখ্রে। কমুংথক্তা হেক কমথবগা খঙহৌদনা খোঙহৌ খঙকন কনশিন্না নোং হুংশিং শিংকংলক্লে; মাইকৈ মরিদা থোঙনাওশিং হাই-হুবগী মখোল তারক্লে। মতমহদা থাও লোইখ্রবা থাওমৈহ, মুৎনিং-মুৎনিং তৌশিলক্লে—তন্দনমুক্তং ওান্দুনা লৈরে। অমম্বগা অমহা ওইরবা মঙান্দুদা মহাক ঙক্লবা থৌদোক অমা মমিত্তা উরক্লে। কল্লবা নোং হুংশিংকী মখোলহদা খঙবোই লাকপোই, কমুংনাক্তগী হাংদোক্‌না খম্বা থোঙলোমহদা হেক য়েংথোক্লুই। হাংলিবা থোঙহগী ম-পাদা মন্নি মন্নিবা মরক্তা মমিঙখা মুত্তি অমা মহাক উবা ফংলক্লে। মমিহ হুপীগী শক্তমনি, অহুবু অসুম অসুম উশিল্লকপদা মহাকী মশাপুক্তহ খাই লাওখ্রে, মখোঙ মথুং নিকশিলক্লে। হুপী ওইবাগী মূর্ত্তিহ সূর্য্যমুখীগী মওং মতৌগা চপ মান্নে; নগেন্দ্রনা মহবু সূর্য্যমুখীগী মমিনি হায়রনা মপুকনিংদা হেক লৌরকপদা,

কমুংথক্কগী লৈমাইদা চোংথতুনা মমি তম্না কম্না চেনশিল্লকই। অদুবু মমিদুদি খাই মাঙখ্রে। তাপ্লাহুমক্কদা খাওমৈনু মুৎখ্রে। মতৌদুদদি নগেন্দ্রন্দ কম্না লাওরম্লগা লৈমাইথক্তা তুথখিদুনা অতম্মক বাম্থ্রে।

---

## নিফুমগাশুবা মতাং

## মমি

নগেন্দ্রনা জ্ঞান লাকপা মতমদু কাওবা, তুম্মম কাহু শাথীনা মম্নি, অদুবু মহাক মথং মথং জ্ঞানদি অসুম্মক তাথরক্রে। মহাক্কা বাম্থখিবগী বাম্নম পুম্নমক অসুম নিংশিংলকপদা, মহাক ঙকপগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ঙকখ্রে। মহাক লৈমাইথক্তা বাম্থদুনা তুখিবনি, অদুবু মহাকী মকোক্তা থাঙলিবা মোন্দুদি কদোমদগী লাক্লিবনো? অদুগা চিংনবা অমনা—মসিবু মোনলা? মোনদু মথুৎনা পাম্নতুনা য়েংলে—মসিদি মোন নত্তে। কনাগুম্বা মী অমগী মকৈগন্নি। থোংপদুদা হুপীগী মকৈগন ওইরমগদ্রা নিংলে। কনা লাক্কুনা মানা বাম্থরি-ঙৈদা মকোক্কু মকৈগন্দা থাঙৎলরিবনো? মসিবু কুন্দনন্দিনীরা? চিংনবা কোক্লবগী দমক হংলকই, "কনানো নহাক?" অদুবু কোক থাজংলিবা অদুদি করিমতা খুম্মকপা তৌদ্রে—অশাবা মিংকী পি মরিক অনি অহুমদং নগেন্দ্রগী মরাইবক্কুদা তারকই। নগেন্দ্রনা খঙলে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, মীসি কম্লে। খুম্মক্কুবা অদুদা নগেন্দ্রনা মশা অদু পাম্নরদুনা য়েংলক্রে। খুদক্কু-মক্কদা খঙহৌদনা নগেন্দ্র মবুদ্ধি মাঙখ্রে, মশাপুম্বা তু থ্যাও চুংখ্রে। মহাক শুকলেং লেংদনা অশিবগুম ঙহাক তুমিম্না লৈখ্রে। অদুদগী তপ্না তপ্না হুংশা-খম্ন খিংলদুনা হুপীদুগী মকৈগন্দগী মকোক্কু থাঙত্তুনা কম্লে।

হৌজিক নোং-হুংশিং লেপখ্রে। আত্তিয়াদা নোং অমুক লৈখিদ্রে—নোংপোক মাইকৈদা চিংথৈ হুল্লক্রে। মপান্দদি কনা নিংখিনা ঙালে—ইমুংদসু খোঙগী কাম্নক কাম্নক্কা মঙাল খম্না খম্না ফাওজিলক্রে। নগেন্দ্রনা হৌগত্ত না

কম্নগা উরক্লে, সূর্যমুখীনা হৌগৎলক্লে অদুগা অম্মা অম্মা থোঙজোমদা চৎপ্রে। মতমদুদা নগেন্দ্রনা খঙলকই, মসিদি কুন্দনন্দিনী নত্তে। অদুবু তাঙাহৌ মী মশক হেক খঙবা ঙম্মা ঙানবদি নত্তে। ফীভম অমসুং শাজত্তি হাইফেং হাইফেং খঙবা মঙম্মে। ফীভম অমসুং শাজত্তু নগেন্দ্রনা মিকুপমুক মুম্না য়েংলক্লে। মদু উবদা মহাক লেপ্লিবী সূর্যমুখীগী মখোঙ ময়াদা তুথরক্লে। বায়রবা খোনকমদা মমিত্তা পিগী ইরা পানা চেল্লদুনা হায়রকই, “দেবীবু ওইরবসু, ভাইবং মাওইবীবু ওইরবসু, নখোঙ পায়দুনা হায়জরি, ঐঙোন্দা বা মচেৎ-অমতংদা ওইরবসু ঙাংলম্মু। নত্রবদি ঐগী থবাইসি থারগনি।”

সূর্যমুখীনা কর্রি হায়রকপনো হায়বদু, মরাইবক থিবনা নগেন্দ্রদি খঙবা ঙমহৌত্রে। অদুবু হায়দোরকপা খোনকমদু নগেন্দ্রগী মনাকোংদা হেক তারক-পদা, মহাক তক্লিং তফিংনা ফুক হৌগৎলরে অমসুং লেপ্লিবী সূর্যমুখীবু মথাদা কোনশিনগে লাক্লরক্লে। অদুবু মতমদুদা পুক্লিং হকচাং অনিমক সুংশি-ইথৌ-মৈচাক পুংপং পংথখিবনা, অমুক হন্না উপালদগী নাম্বরক্লবা উরিশুম শুমহৎ-নবগী-মশক-ওইরবী অদুগী মখোঙ ময়াদা তুথপ্রে। অমুক বা ঙাংখিদ্রে।

সূর্যমুখী অমুক মফৈগন্দা মকোক্তু থাঙৎলদুনা ফমথরে। নগেন্দ্রনা পংথক্লবা নত্রগা মাত্তাক্লবা অদুদগী মিং পাংথোরকপা মতমদদি সুমিৎ থোক্লম্রে। ইমুংদু পুমঙান ঙাম্লে। য়ুম মনাক্কী লৈকোলসুংগী উপাল খুদিংদা উচেকশিংনা হৌনা লাঙনা খোংলম্রে। কোক্তোংনা হুংলিবা মঙাল-চংকমদগী হুন্দোরকপদা ঙাইরিবা সুমিংকী মশেক ইমুংদা তারক্লে। মতম অদুদসু নগেন্দ্রনা উরে, কনাগুম্বা অমগী মফৈগন্দা মকোক্তু থাঙলি; মমিৎ য়েংথৎলুবা তৌদনা হায়রকই, “কুন্দ, নং করম্বা মতমদা লাকই? ঐদি ঙসি অহিংচুম্না সূর্যমুখীবু মঙদা উই। ঐগী মঙদুদা, সূর্যমুখীগী মতম্বাক্তা ইকোকসি ঙাথরদুনা হিপ্লি হায়না তৌই। নং অসিনা কল্লিগুম্বা সূর্যমুখী ওনবা ঙম্লবদি কয়ামুক্তা সুংঙাইগবা!” সূর্যমুখীনা হায়রকই, “শকখিবী অদুবু উরগা মহাক্না অদুক য়াম্না সুংঙাইগদবা লৈরবদি, ঐহাক শকখিবী অদুম্বক ওইরবনি।”

নগেন্দ্র মমাই লৈহনা য়েংঙকই। ঙকপনা মমখিহনা হৌগত্তুনা কয়্রে। মমিৎ নোইরে। অহুদগী অমুকস্থু য়েংঙকই। মকোক পায়হনা ঙহাক তুমিন্না কমহনা লৈরে। অমুকস্থ হন্না মমিৎ নোইরগা মুন্না য়েংঙকই। অহুদগী অমুক হন্না মমাই লুকথরহনা তপ্না তপ্না মশা মথন্তা শোঙরকই, "ঐবু ঙাও-রবরা, নত্রগনা সুর্য্যমুখী হিংলিবরা? ঐগী ইরাইবকসি অসুম্না থোকই হায়না তমগ্রবোইরে? ঐ অঙাওবা হায়বহু ওইরেদনা!" অসি হায়রহনা নগেন্দ্রনা লৈমাইথক্তা হিপথরগা মপান্থোম কারক্তা মমাই লোৎলহনা অমুক কপ্পা হৌরক্রে।

হন্দক্তি স্বপ্নীত মাগী মথোং অনিমক কোয়্রক্রে। মাগী মখোঙহৃদা মমাই লুকথরহনা, মমিত্তগী শিহ্বরকপা পিনা পুমচোৎ চোংহল্লক্রে। অহুগা হায়রকই, "হৌগৎলো, হৌগৎলো! ঐগী থবাইগী মবুঙো! লৈমাইথক্তগী হৌগৎলো। ঐহাক্না থাঙলকপা অবাবা পুম্নমক্কু ঙসিদি পুন্নোই লোইরে। হৌগৎলো, হৌগৎলো! ঐহাক শিদ্রি। অমুক হন্না নংগী নখোঙ সেবা তৌজনবা লাকচরবনি।"

কন্ধি অমুক ঙক্লিংঙাই লৈরি? অহদগীদি নগেন্দ্রনা সুর্যমুখীবু চেৎনা কোনশিল্লক্রে অমস্তুং মাগী মথাদা মকোক্কু থম্লহনা, বা ঙাংদনা অতৈং অথম লৈতনা কপ্লক্রে। মতুংদা মবানিমক অমনা অমগী মরেংবান্দা ঙাথনরহনা লোই নাইদনা কপ্পরক্রে। কনাস্থু বা মচেৎ অমকাও ঙাংনদে—কপ্পু নত্তা অহুম্মক লৈ। কপ্পনা কয়্রামুক্তা ঙুংঙাইবা ওইরিবা!

---

## শিফু তরুককশুবা মতাং

# হৌখিবা বারি

মতম চায়ক্রবদা সুর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রগী মপুক্লিংদা ঙকপগা লোইননা লাং-তক্নরিবহু কোকহল্লে। মানা হায়রকই, "ঐ শিদে—কবিরাজনা ঐ শিদ্রে

হায়রিবা বাড় ওইরবা বানি। কবিরাজদি খঙদবনি। ঐহাক মানা লাই-
রেংবদুদা হকচাং কপৎলক্লদুনা, নংবু উনিংবদগী গোবিন্দপুরদা চৎননবা
পুক্নিংসি ইরাংতা লাংদুনা লৈরে। ব্রহ্মচারীনা অতৎ অথম লৈতনা তক্লরে।
মমৈথংদা মানা ঐবু গোবিন্দপুরদা পুদুনা চৎপিরগে হায়রে। লোংমা য়াচংলবা
তুংদা চাক-ইশিং চারগা মাগা লোইননা গোবিন্দপুরদা চৎনবা খোঙশাল্লক্লে।
মকমসি য়েরিবক্লবা মতমদদি, নহাক খুমদা লৈতে হায়বদু তারে। ব্রহ্মচারীনা
ঐবু মকমসিদগী ক্রোশ অহুম লাপ্পা ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা মচানি হায়জিন্দুনা
থনম্নগা, নংবু থিবা চৎখ্রে। মহাক অহানবদা কলিকাতাদা চৎতুনা শ্রীশচন্দ্রগা
উনরে। শ্রীশচন্দ্রগী মচিন্দগী নহাক মধুপুরদা চৎকদৌরি হায়বা তারে। মতু
তাবদা মহাক অমুক মধুপুরদা চৎলে। মধুপুর য়েরিবক্লগা তারে, ঐখোইনা
হরমণিগী মমুমদগী হেক চৎখোক্লকপা খুমিত্তু মক্তদা, মলাকী মমুমদু মৈনা
চাকখ্রে। হরমণিদু য়ুম মৈ চাকপদা অঙম্মক য়াওখ্রে। নোংঙাল্লগা মীয়াম্না
মৈ চাকপা মীশক্ত অসিনি হায়বা তশেংনা খঙদ্রে। মখোইনা লেপ্পরে,
য়ুমসিদা ছপী অনি লৈ, অমদি শিরে—অমনা লৈদ্রে। অদুদি অমথক্তি
চেন্দুনা মথন্নাই হিংহৌবা তারে—অমনা মৈ চাকপদা য়াওরিবসি ওইবা
তারে। চেনখিবা ওবসিদি মপাঙ্গল কনবদুনি, অনাবীদুদি চেনবা ঙম্মোই।
মরম অদুদগী মখোইনা হরমণিদি চেনখ্রবনি, ঐসিনা শিরবনি হায়না লেপ্পরে।
মদু অহানবদা তাবনা শাবা বাকমদমক ওইরম্মি, অদুবু মমৈথংদদি মমাম
অসুম অসুম ঙাংনরকপদগী অশেংবা ওইনা নিংনরক্লে। রামকৃষ্ণনা বাতু
তাবদগী নঙোন্দা হায়বনি। ব্রহ্মচারীনা পুয়মকসি খঙলবা তুংদা, মসিমসু
তারক্লে, নহাক মধুপুরদা লাক্লম্মি, অদুবু ঐ শিরে হায়বসি তাদুনা মাইকৈ
লোমদা অমুক চৎখ্রে। মহাক খুদক্তু মক্তদা তকিং তকিং নংবু থিবা অমুক
হল্লক্লে। ওবাং হুংখিল মহাক প্রতাপপুরদা থুংই, অদুবু ঐহাক নোংমা নিনিগী
মতুংদা নং য়ুমদা থুংলম্নি হায়বসি তাই। মদুগী বাথল তৌদুনা নহাক ঐ
মকমসিদা লাকপনি। হৌজিক্তি ক্রোশ অহুম খোঙনা চৎপসি কবিরসু বানা

থোক্তে—থোঙনা লমপাং চৎপা ঙৈনরে। নহাক নং য়োয়ক্তে ভাহুনা ঐ অমুক হয়ে, ওয়াং অমুক ব্রহ্মচারীগা উনরবা তুংদা গোবিন্দপুরদা লাকপনি। ঐনা মকমসি য়োয়কপদদি, অহিং য়ুথক অমা হৌগ্রে। ঐনা অসুম লাকপদা, মতমচু ফাওবা চেকপলগী থোঙ হাংদি হায়বচু উরে। অচুদগী য়ুমদা চংলক্লে—কনাসু ঐপা থেংনদে। সিঁড়ি মথাদা লোত্তুনা লৈরে। মতুংদা ময়ামক তুমখ্রবদা সিঁড়ি অচু কাথংলকই ;—নং মকমসিদা শোইদনমক তুমমগনি হায়বসি ঐ খল্লি। তাঙাহুদা উরক্লে, থোঙ হাংদি। থোঙ মরুমদা লোয়া য়েংবদা, নহাক নকোক্তা নথুং হাপ্লহুনা কমহুনা লৈবচু উই। ঐহাক নথোঙদা চেনশিন্দুনা কোনজনিংবা অমা পোক্লক্লে—অত্তবু অমুক অকিবা অমা থঙপোক পোক্লকই—নংগী নকমদা লঙজখিবা ইয়ালচু নংনা করিগুম্বা ঙাকপিয়মত্রবদি হায়না! ঐদি নংগী শক্তমত্র উজরগতা পেঞ্জবা পোকই। থোঙনাও মরুমদগী লোয়া অসুম্মক য়েংজৈ; অত্তবু তাঙাত্রদা শক উহল্লগে হায়না খল্লক্লে। শকসি উৎনবা চংশিল্লক্লবনি—অত্তবু থোঙ-মপাদা ঐবু হেক উবদা নং য়াম্বগ্রে। মতমত্তদগী তম্বাক্তা কোনথত্তুনা কমহুনা লৈরকপনি। অসুক শুংঙাইবসি ঐগী ইয়াইবক্তা তম্মগনি হায়বা ঐ থাজক্লদে। অত্তবু ঙম্মোকপনি! নংদি ঐবু করিমতসু হুংশিদে। নহাক ঐগী ইশাদা নথুংনা শোক্লকাও ঐবু শক থঙদে—ঐদি নংগী শউম ফংবতদা নংবু থঙবা ঙম্মি।”

---

## শিফু তরেৎশুবা মতাং

# পুকচেল তিংবী অমসুং লীল অমোম

তুম্ফম কাদা অময়া মুংঙাইবগী ইপাক্তা তাওনা তাওনা নগেন্দ্রগা সূর্য্য-মুখীগা থম্মোই ইংনকম ওইরবা বারিসি শান্নিঙৈদা. য়ুমগী অতোপ্পা নাকল অমদা থঘাই মাঙনকম ওইবা বারি অমসু শারি। অত্তবু মসিগী মমাংদা হৌখিবা অহিংগী বা থয়দং হায়হৌবনা চুম্মি।

য়ুম যৌয়রুগা নগেন্দ্রনা কুন্দগা শক অমুক কাওবা উনম্রে। কুন্দচু মাগী তুম্ফম কাদা যোন্দা মমাই লুকশিনহনা অহিং চুপ্পা কপ্পু না লৈয়ে। তুপীয়চা ওইবীগী হৈনবী মকপ্পু নত্তে—মথবাই পোক্লহনা কপ্লকপনি। কনাগুম্বনা কয়িগুম্বা কনাগুম্বা অমদা নহা ওইরিবিগুদা লৌথুপ-লোকোই পক্তনা মশাবু কংথোকচহনা মমল নাইত্রবা থম্মোই পিথোকপ্রগা, মহ্রগী মহুত্তা থোওইবিদবগী শক্তমক ফংবা য়াওরবদি, মহাক্কু দনা অস্তুম্বা মকপ অসিগী থাগুমত্রবা মৈচাক্ খওবা ওমগনি। মতমহ্রদা কুন্দহু নিংওমদবা পোক্লক্লে, "কয়িগী দমক্তা ঐনা ইপুয়োইবগী শক উনিংহনা হিংহনা লৈক্রিবনো ?" মসিমস্থু খল্লকই, "হৌজিকপু কয়ি হুংঙাইখিগনি হায়রনা হিংকম থোক্লিবগে ?"

অহিং চুপ্পা তুমত্রবা অমস্থং কপ্লবগী তুংদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা মতমদদি কুন্দহু থমা থমা উইথয়ক্লে। উইক্লম উইক্লম তোনা কুন্দ অমুক্তা হমা অকিবগী মশক ওইরবা মঙ অমা মঙলক্লে।

মহাক্লা উরক্লে, চহি মরিগী মমাংদা মপাগী য়ুমদা অশিবা মপাগী নাক্তা তুম্লিবিগুদা, মঙালগী মশক ওইরবী মুর্ত্তি অমা মমাগী শক্তম লৌহনা মমগুদা কাওরকখিবহু, ঙসি অমুক মঙালগা লোইননা চিংলেম্লবা মুর্ত্তিদা কুন্দগী লুখম ওইনা কাওরক্লে। অহবু হন্দক্তি মহাক্কু অমকপা পক্তনা ঙোরবা থাজগী ময়াইদা ঙাংহোইবী নত্রে। শাথীনা শুক্লা মুয়বা চুরমদাই ওইরবা নোংগী ময়ক্তা কম্লহনা কুমথয়ক্লি। মাগী মাইকৈ মরিদা মম্লবা অমুবা মনিলগী ইপোম্ কমা হৌখি, অমঘহগী ময়ক্তা তাইবং মীগী মুর্ত্তি অমথক্লা নোকফেং নোকফেং তৌরি। ময়ক্কুদা য়াম্না ভোয়না নোংথাংস্থু কুপ্লি। কুন্দনা অকিবগা লোইননা উরকই; নোক্লিবহগী শক্তমহু হীয়াগী শক্তমগা চপ মায়বগুম্লি। অমুকস্থু উরকই, মাগী মমাগী থোজালগী মশক ওইবা শক্তমহু, হৌজিক্তি হুংস্থ-হুংজানবগুম তৌগ্রে। মমানা হায়রকই, "কুন্দ! ঐনা হায়বা বা লৌদহনা, ইতুং ইম্লকউ য়াথিদবদগী—হৌজিক্তি নং কয়াদা অথাবদা তারবা ?"

কুন্দ কপ্লক্লে।

## বিষবৃক্ষ

অহুদগী মমানা অমুকহয়া হায়রকই, “ঐহাক নঙোন্দা অমুক কনকখিনি হায়রম্মিদনা, অদুনা ঙসি লাক্লিবসিনি। হৌজিক্তি নহাক তাইবংপানগী হুংঙাইবা হায়বত্ পেঙরবদি, লাকও, ঐগী ইতুং ইরক্নো।”

মতুদা কুন্দনা কপ্পদুনা হায়রকই, “ইমা, নং ঐবু পুবিয়ো। ঐ অমুক মফমসিদা লৈজনিংদ্রে।”

মতু তাবদা মমাদু হরাওরদুনা হায়রকই, “অদুদি লাকও।”

অসি হায়রম্মগা মঙাল্গী মশক ওইবীদু মাঙখ্রে। মিকপ থোক্লকপদা কুন্দনা মঙদু নিংশিংদুনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরকই, “হন্দকমুক্তি ঐগী মঙসি মহৈ য়াল্হনবিয়ো!”

অমুক্তা হীরানা কুন্দগী থবক-হৈংথাং তৌনবা কাদা চংলক্রে। মতমদুদা মানা উরে কুন্দ কপ্লি।

কমলমণিনা লাকপদগীদি হীরাদু কুন্দগী মফমদা নোমুকপগী মওংদা চংলক্রে। নগেন্দ্র লাক্লগনি কায়বা পাওদুনা মসিগী মরু ওইবা মরম্মি। হায়রা-চংখিবা-ভুক-হাইগংপা শাজত্তুগী প্রায়শ্চিত্তকী মওং ওইনা অহোইনদুম হীরাদু হায়দগী হেম্না কুন্দগী হুংঙাইনবতা ঙাংবী অমসুং য়াথং ইনবা ওইরক্লে। অতৈ কনাগুম্বা অমা ওইরবদি লৌনম শাজংসি ইনাই লাইনা থঙবা হেক্তা ঙমগদবনি,--অদুবু কুন্দদি হায়কম থঙদনা চমথ্রবী হুপীনি অমসুং খজিক্তদা পেনগনবীনি—মরম অদুনা হীরাগী অসুম্বা অনৌবা মাবু হুংশিবগী শাজং চংজকপসিদা মপুক্লিং পেনবা নত্তনা চিংনবা কম্নিমতা পোক্তে। অদুনা হৌজিক কুন্দনা হীরাবু হায়গুম থাজবা য়াবী হুপীনি হায়না অদুম্মক লৌই। কারিগুম্বা মতমদা বাঙাং কনবীনি হায়না খনবা নত্তনা থাজবা য়াদবীনি হায়বদি গুকথন থল্লদে।

হীরানা হংঙকই, “ইবেম্মা, করিগী কপ্লিবনো?”

কুন্দ খুমদে। হীরা তম্না য়েংলকই। হীরানা উরে, কুন্দগী মমিৎ মমাই পোম্রে, মোন পুমচোৎ চোৎলে। হীরানা হায়রকই, “করিনো তৌরিবা

মতৌসিদে ? অহিং মোংশোইবা কপ্পা নডা লৈরব্রা ? কৈদৌরবদে, বাবুনা ঙাংলবরা ?"

কুন্দনা হায়রকই, "করিস্ত ভৌদে।"

অসি হায়রগা অমুক হন্না খামঙমন্ত্রবা পিয়াংগা লোইননা কপ্পক্লে। হীরানা খঙলে, করিগুম্বা শাথীবা থৌদোক অমদি থোক্লে। কুন্দগী অবাবত্তু উবদা মহাক মুংঙাইবগী মপাল নাইখিদ্রে। মাইথোং শুকথরদুনা মহাক্না হংলকই, "বাবুনা য়ুমদা য়ৌরকপদগী নংগা বা-লাং ঙাংনরব্রা ? ঐথোই মীনাইরপীদদি, মহু তাকথোকদবনি।"

কুন্দনা হায়রকই, "করিগুম্বা অমতা ঙাংনদে।"

হীরানা ঙক্লদুনা হায়রকই, "করি বামো অদুদে ইবেম্মা ! হৃমিৎ অসুক কাময়বগী তুংদা উনববু ! করিগুম্বা অমতা হায়দবা ?"

কুন্দনা হায়রকই, "ঐগা মাগা শক-শকবু শুকউ উনদ্রি।"

বা অসি হায়রকপদা কুন্দগী কপ্পত্তু থিংঙমদবা ওইরক্লে।

হীরাত্তু মপুক্কিংদা য়ায়া য়ায়া হয়াওরে। নোক্লদুনা হায়রকই, "চরোদা ইবেম্মা, মদুগবু কপ্পা হৌনব্রা ? মী কয়াগী পুঙমন্ত্রবা অবাবা কয়া কয়া কোক-তোনসি লাম্বুনা চৎপ্রবনি—অদুগা নংদি উনবা থজিক্তং থিস্থবগী মমক্তপু কপ্পিবা ?"

"পুঙমন্ত্রবা অবাবা কয়া" হায়না পল্লিবা বারোলসি কুন্দদি করিমতা তাব তাবা ঙমদে। হীরানা অদুদগী মথা তাথরকই, "ঐদোনা খাঙববু তারবদি, নহাক্তি নহালনা নশা নথক্তা শিজবনি।"

"নশা-নথক্তা-শিজবা" হায়বা অমঙলগী মশক ওইবা বাহৈসি কুন্দনন্দি-নীগী মনাকোংদুদা ওৎহোক্লা অকিবা অমা ওইনা তারে। মহাক খাই লাঙ-খিদুনা হৌগত্তুনা কয়ে। অহিংদা কয়ারক হয়া মহাক মশা-মথক্তা-শিজবগী বাকমসি খল্লুরবনি। হীরাগী মচিন্দা বাকমসি তাবদা মহাক্কী যমঙমা খনপ্রে।

হীরানা হায়থরকই, "ঐনা বারিবগী ময়মত্তু লিসে অদুক তাও। ঐসু

মী অমবু ইথবাইদগী হেন্না হুংশিজকই। মহাক ঐগী ইপুরোইবা নত্তে—অদুবু ঐনা তৌরুবা পাপ অদু, ঐগী ইবেম্মদা লোৎলুত্তুনা করি কাম্নগনি—ভগেংনমক ভমথোকপনা ফৈ।"

ইকাই-শঙোই হাংলবা বাসি কুন্দদি না ওইনবু ভাকুদে। মাগী মনা-কোংদদি "নশা-নথস্তা-শিজবা" হায়বা বাহৈত্রতা শুংত্তুনা লৈরি। ভুত্ত অমনা মনাকোং মন্নাদা মুরুম মুরুম শোনবগুম তৌরি, "নহাক নশা-নথস্তা-শিজবা ঙমগত্রা? মৈচাকসি থাঙবনা করিত্রা, নত্রগা শিবনা করিত্রা?"

হীরানা লেপ্তুনা শায়বকই, "মহাক ঐগী ইপুরোইবা নত্তে, অদুবু ঐনদি মাবু ইপুরোইবা লক্কা অমদগী হেন্না হুংশিজে। মহাক্নদি ঐবু হুংশিবদে: ঐ ভগেংনা থগুই,—মহাক ঐবু হুংশিদে—অদুগা ঐঙোন্দগী শরুক চাম হেন্না মগুণ য়াওত্রবী পাপচেনবী অমবু মহাক্না হুংশি।" অসি হায়রগা হীরানা মরাই-লৈদা-লুক্রিবী কুন্দ তন্না অমুক্তং থারবা মিৎয়েংনা য়েংলকই, অদুগা হায়রকই, "ঐহাক মদু থগুজদুনা মাগী মনাক শুকনক নক-চরুদে; অদুবু নোংমদি ঐথোই অনিমক বাথল শেন্নায়গ্রে।" অসুম্না বা-হৌরদুনা হীরানা শন্নপ কুন্দদা মশাগী থম্মোই চাকপগী বায়োল তন্নক্রে। কনা-মতগী মমিংদি শন্দে, দেবেন্দ্র কুন্দ অনিমক্কী মমিং শুকহায় হায়দোক্তে। বারিদুদা, কনানো হীরানা হুংশিন্নিবা, অদুগা মানা হুংশিন্নিবা নিপাদুনা হুংশিরুন্নিবী অদুনা কনানো হায়বনচিংবা মীশক থগুবা য়াবা বায়োল অমত-কাও য়াওদে। অতৈ বাস্থু শন্নপ্না তন্নি। মমৈথংদা থোঙপাক্রা কাওরকপগী বাদু তন্নবা তুংদা হায়রকই, "মতমদুদা ঐনা কন্নি তৌই থগুত্রা?"

কুন্দনা হংলকই, "করি তৌই?" হীরানা মগুক-মনা হাইরদুনা হায়-রকই, "ঐ থুদক্ক মক্তদা চাড়াল কবিরাজগী মযুম ভান্না চৎলে। মঙোন্দদি, হেক চাবদা মী শিবা হু ভাক্তা পিক থন্না লৈ।"

কুন্দনা ইংথনা খোয়াং শোন্না হায়রকই, "অদুদগীদি?"

হীরানা হায়রকই, "ঐ হু চাদুনা শিগ্রগে হায়দুনা হু লৈরুরে, অদুবু

মরৈথংদা, মীতোপকী মমক্তা ঐ কৈদোদনা শিজরুদগে হায়না থল্লক্লে। অঙুনা হুহু কৌটাদা হাপচিল্লগা উপুদা অঙুমক থমজিনখ্রে।"

অসি কাররঙুনা হীরানা অতোপ্পা কা অমদগী মাগী উপুঠু লৌরুরে। উপু অসি হীরানা মাগী মবুঙোগী য়ুমঠুদা কংবা অরেম-অরাক, মনা অমসুং হুরানপোংনচিংবা থমজিরবা য়ুমতদা থম্মি।

হীরানা উপুসিদা মচাক্তা লৈকবা হু ময়োমঠু থমজিনখি।

উপু হাংদোক্লগা হীরানা কৌটাদা য়াওরিবা হু ময়োমঠু কুন্দদা উহল্লক্লে। ঙা-মিতারবা হৌদোংগুম কুন্দনা ময়োমঠু মুম্না য়েংলক্লে। মতমঠুদা হীরানা বাখল কৈরেংনখিঙনা উপুঠু থিংজিনবা কাওথোকখিবগী মতাগুম্না কুন্দা থেমজিন-রাহৈ ঙাংখবা হৌরক্লে। তাঙ্গাসিদা খঙকৌদনা অয়ুক ঙন্তাতদা, নগেন্দ্রগী দোলাল মন্নুংদা য়াইক-খুদমগী মোইবুং মখোল অমসুং খোল্লাও তারক্লে। ঙক্লঙুনা হীরা ক্ষৗংনা য়েংউনবা চেনখ্রে। লাইবক চাওবী কুন্দনন্দিনীনা তাল্লক্কুদা কৌটা মন্নুংদগী হুগী ময়োমঠু হুরালহৌরে।

---

## নিফুনিপাল্সুবা মতাং

# কুন্দগী থবক্তা-খুং-হাবা

হীরানা য়ৌরক্লগা মোইবুং থোংলিবগী মরমদা উরিবা থবক্কু অহানবদা করিমতা ভাব তাদ্রে। মহাক্তা উবা হায়ববু, চাওরবা কা অমগী মথংদা য়ুমঠুগী মুপী অঙাং কনামতা চিথবা লৈতনা কনানো অমথকপু কোরশিল্লহনা য়াম্না নিল-থোংলি। ময়ামঠুনা কোয়শিলহুনা ইয়াং লাংলিরা মীঠু—মুপীনি—হীরানা মাগী মশম মথৈদি উবা কংই। হীরানা উরকই, শময়াম অহু কৌশল্যানচিংবা মীনাইহুপী কয়ানা মনয় মুংশিরবা পাও তৈরঙুনা শমজেংনা, তরু তরু হাংলি। মারু কোয়শিন্দুনা লৈরিবা ময়ামঠগী মরক্তগী কনাগুম্বনা নোক্লি, কনাগুম্বনা কল্লি, কনাগুম্বনা চৈম্বি, কনাগুম্বনা আশীর্বাদকী য়াঙাং

ঙাংলি। নিপামচা হুপীমচাশিংনা অগোই শাখি, ইচৈ শক্তি অদুগা থুনাক খুরি। ময়ামদুবু কোয়র-কোয়রদুনা কমলমণিনা য়োইখুং থোরলি, হনুবখলি শুতৌরি অমসুং কপা কপা নোক্লি—অদুগা ময়ক ময়ক্তা কোইবৈ-সৈনা য়েংলগা অমুকন্থ অগোই শাখি।

মদু উবদা হীরা ইঙক ঙকখ্রে। হীরানা কোয়শিলিবা ময়ক্‌দা মঙক লিংশিল্লগা মুনা য়েংলকই। হেক উবদা মহাক চংঙক-যাইঙক্লখ্রে। মহাক্না উরকই, সূর্য্যমুখীনা থোলাললী সৈমাইথক্তা কল্লদুনা থোইথুমবা হুংশি মীনোক নোক্লদুনা লৈরি। কৌশল্যানচিংবনা মাগী ইপুন-পুনশিনখ্রবা শম মক্তামঙ্ক লৈনরা-হায়বা থাও তৈরি, কনা-অমনা শমজেংনা হাংথরি। কনা-অমনা অচোংপা ইরু-থুদৈনা মাগী মখাদু তকথোক থোংতোক্লি। কনা অমনা মাগী হায়া শেং-চায়বা লিক-কোল পুম্নমক শিজিন-থোংচিনবিরি। সূর্য্যমুখীনা ময়ামদুগা লোইননা হুংশিরবা থাঙাংদা বাম্রি শাখি—অদুবু ইকাইবনা মমাইদি ঙাংলি, হাইকেং ময়াল লঙজরবী অমা গুইনা থোইরুম মীনোক তৌরি। মথজাইদা হুংশি-ইকাংলবগী ইরা চেন্থরি।

সূর্য্যমুখীদি শিগ্রবনি ; মহাক অমুক হন্নক্‌না ইমুংদা ঙাম্বোইরয়ে, হুংশি-মীনোক নোক্লরে, মদু মমিংমক্তা উর'কাওবদা হীরা পাক হেক থাজবা ঙমদ্রে। হীরানা লোল্লপ ইমুংগী হুপী অমদা হংঙকই, "কনানোনে হুপী-সিবো?"

থাদু কৌশল্যা কোক হেক ভাথোকখ্রে। কৌশল্যানা হায়রকই, "থঙ্গ্র-থোইরে ভাং-হৈবী? ঐথোইগী য়ুমগী মবেম্মনে, অদুগা নংগীদি যমনে।" কৌশল্যাদু নহাল মথৈ হীরাবু কিবনা হয়ানবীগুম লৈক্রবনি, অদুবু ঙলিদি তাঙা কংলদুনা ওমজবমথৈ মঙক হাইগংলক্রে।

মশম-মনা কী-য়োন পুম্নমক শেমজিন থোংচিনবা লোইরগা, ময়ামগদু হায়ম কয়া কয়া হংদোক-হংজিন তৌনরবা তুংদা, সূর্য্যমুখীনা কমলদা য়ায়া লোয়া হায়রকই, "ইথানি চংশিন্নদুনা অমুকং হুন্দ উনকসি। ঐগী ইকমদা

মহাক্কী করিগুম্বা মথাল অমতা লৈতে—অদুগা ঐনস্থু মাবু শাগুবা লৈতে। মহাক হৌজিক্তি ঐগী শোকমিন্নবী ইনাও ওইরবনি।"

কমলগা সূর্য্যমুখীগা মখোই অনিতমক কুন্দ উনবা লাক্লে। অদুবু মখোইহু মায়া থিহল্লে। মৌরক্লবা তুংদা কমলমণিহু তুজুংবা অকিবা শক্তমগা লোইননা কুন্দগী ইমুংদগী থোরক্লে অমম্বুং মায়া ফিংনা নগেন্দ্রবু কৌক্লনবা মী থাল্লে। নগেন্দ্র মৌরক্লবদা, ইনথশিংনা কৌরি হায়রদুনা কুন্দগী কা অদোমদা তাক্লক্লে। নগেন্দ্র কাহুদা চংলক্লে। থোঙজিন্দা সূর্য্যমুখীগা থেংনল্লে। সূর্য্যমুখীহু কপ্পি। নগেন্দ্রনা হংগুকই, "কৈদোৱরবগে?"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "মাগুনে। ঐ হৌজিক্কা থগুনে, ঐগী ইয়াই-বক্তা লোংমতা কাগুবা হুংগাইবা হায়বতু অয়মত্রবনি—অদু নত্রবদবু ঐহাক্কা অমুক হুংগাইরবা হৌরকপদা ঙাইবিরিৱৈদা অমুক তমথীবা থোদোকসি কৈদগী থোকদগে?"

নগেন্দ্রনা কিরদুনা অমুকন্থু হংগুকই, "কৈদোৱরবগে?"

সূর্য্যমুখীনা অমুক হম্রা কপ্লদুনা হায়রকই, "কুন্দবু ঐহাক্কা মায়া নৌরি-ঙৈদগী য়োকথংলকপনি, হৌজিক্তি মহাক ঐগী ইনাও ওইরে, মচে অমা ওইনা ঐহাক মাবু হুংশিনা তম্বাম-তম্বাম কোনগে থন্দুনা লাকপনি। ঐনা থজবদু মঙলান তাল্লে। কুন্দ-হু থকল্লে।"

নগেন্দ্র। অওইত্রনে!

সূ। নহাক মাগী মনাক্কা লৈবিরম্বু—ঐহাক ডাক্তর মাইবা মাইবী কৌহল্লুখিগে।

অসি হায়রদুনা সূর্য্যমুখী চৎল্লে। নগেন্দ্র মথন্তমক কুন্দনন্দিনীগী মনাক্কা চংলক্লে।

নগেন্দ্রনা চংলক্লগা উরে, কুন্দনন্দিনীগী মমাইহু মুগুক মুশিনল্লে। মমিৎ তুকথল্লে, মথা পুৰতু পুমহিক হিকথল্লে।

---

## নিপুমা পাল্লগুবা অতাং
## হৌজিক্তা বা ঙাংলক্লে

কুন্দনন্দিনীনা কাংথোক্লগী কম্‌দা মকোক ঙাপথক্লগা নৈমাইথক্তা কম্রি—নগেন্দ্রনা মনাক্তা চংলকপচ্চু ঊবদা মমিত্তগী মপিচ্ছ থক্তহোৎলগা চাংজোম্পানা চেহ্‌ক্লে। নগেন্দ্রনা মনাক্তা লেপ্লরবদা, কুন্দ থদংগিরবা উরিগুম মাগী খোঙথক্তুদা মকোক শোক্লা তুথক্লে। নগেন্দ্রনা খোল তনিক তনিক্লা হায়রকই, "কম্নিনো তৌরিবদো কুন্দ! কম্রি ইরাল নৈক্তনা নহাক ঐবু খাদোক্তুনা চৎকদৌরিবনো?"

কুন্দদি কৈদৌহুংদা মপুরোইবগী মাংদা খুদা তৌদে—ঙসিদি মহাকী পোলোই মতমদা কম্রিমতা চিংনদনা মপুরোইবগা বা ঙাংনরক্লে—হায়রকই, "ঐগী কম্রি ইরাল নৈক্তনা নংদি ঐবু হন্দোকপিরিবনো?"

মহ্র তাবদা নগেন্দ্রত্থ বা ঙাংদনা, মমাই লুকখক্তনা কুন্দনন্দিনীগী মনাক্তা কম্নরে। মতমহুদা কুন্দনা অমুক হায়রকই, "মতম থম্বদংগী মমাংদা—কম্রিগুম্বা নংনা অন্তুরা লাক্তুনা অমুক্তং কুন্দ হায়না কৌবিরম্লবা—মতম থম্বদংগী মমাংদা কম্রিগুম্বা নংনা অমুক্তং মতৌ অস্তুরা ঐগী ইনাক্তা কম্বিরম্লবা—ঐ কৈদৌহুংদা পিক্তররোইদবনি। ঐদি মতম থজিক্তা মঙাইহিরি নংবু ঐগী ওইনা কংজবা—নংবু মেংজবদা ঙসি কাওবা ঐহাক পেঙবা পোক্তি। ঐ কৈদৌহুংদা পিক্তরোইদবনি।"

হুংশিবনা থলবা তাশোনগুম্বা মাহৈশিংসি তাবদা নগেন্দ্রগ্র খুকউ মথক্তা মরাইবক ঙাপথক্লনা তুমিরা নৈপ্রে।

অহুমগী কুন্দনা অমুক হায়রকই,—কুন্দ ঙসিদি মারা মো মো লাওরবী অমা ওক্লে, মহাক্তি অমুক হম্না মপুরোইবগা বা ঙাংনবা কংজগদবা হুন্নিং নৈব্রে—কুন্দনা হায়রকই, "হংক্তাইতে, নং অক্লা বা ঙাংদনা তুমিরা নৈগক্ল।

ঐহাক নংগী মাইথোংদুদা য়েংকনচু উবা উনা শিজখিবা ওমত্রবদি—শিরবসু হুংডাইগনবা নৈতে।"

সূর্য্যমুখীসু হাইহেনিবক হায়খি ; লোমোইগী মতমদদি পুরমকনি চপ মাটে।

মতমদুদা নগেন্দ্রনা মথক্তাই লৌরকুনা থামবা থোনকয়না হায়রকই, "কমলিগী মসকা মহাক অমুবা থবকসি তৌকরিবনো ? মহাক ঐবু কমলিগী অমত্তকাও কৌরক্লিরবনো ?"

কুন্দ নোংথোং হুইনা মরোল মরোল হৌজিনরকুবা নোংলক্তা কুপ্পা নোংথাংগুম য়েঙনা হুংশিনবা অঙকপা মীনোক লোক্লরুনা হায়রকই, "মচুগী থাচু থম্ররব। ঐনা হায়খিবসু, চিন্নাং-থমাং অচক পংহায় হায়খিবনি। নং য়ৌরক্লিগী মথাংদগী ঐহাক পুক্লিংদা লেপথ্রবনি, নংগী নশক্তং উয়গা শিরগে হায়বসি। পুক্লিংদা চপ-যুংনা থনথ্রবনি, করিগুম্বা ইচেনা হল্লকপা থোক্রবদি, মত্তোম্দা নংবু শিররমগা ঐহাক শিথ্রগে—অমুক হন্না ঐহাক মাপী হুংডাই-নথেলদা লৌ ওইনা লৈররোই। ঐহাক লোইদনা শিরগে হায়বসি কন্না লেপ্রবনি—অদুবু নংগী নশকসি উয়বদি ঐ শিনিংবা লোক্তে।"

নগেন্দ্রচু করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা পিবা ওমত্রে। ওসিদি মহাক হুপী-মচা থাঙাং-হৈখিংদবী কুন্দনন্দিনীগী মকমদা লোম্ন থোক্তবগুম্না লৈখ্রে।

কুন্দচু ওহাক তুমিন্না লৈখ্রে। মহাক বা ঙাংবগী পাঙ্গল লৈখিলক্তরে। অশিবনা যাবু লাকখীনক্লে।

মতমচুদা নগেন্দ্রনা অশিবগী-মমিনা-উরুম-লাংখিনরুবা মাইথোংদুদা হুংশি-মকালাথকী মওং উবা ফংলক্লে। মহাকী অচুবা থম্মোইতুনা-চৈনা-থোন-লাংলবা মচিনবাদা হাইকেং-কুমকপা-নোংথাংবু-ওমজনবা মীনোক অমতং লোকখিবসু, নগেন্দ্রনা চহি অমল ওইরকুবা মতম কাওবদা গুকাও কাওবা ওমখিত্রে। মুলদা অদুক মতম থক্তং লোথায়গা, লেনহৌদবগী মত্তো-ওয় অদুকেদা থাবা-থম-থাংনা কোনরুনা হায়রকই, "ঐহাক বা ঙাংজিংবগী

ইথৌ লাংবসি কোকপা ঙমগ্রে—ঐহাক নহবু লাইমক্তি হায়না থগ্রে—কৈদৌ-য়ুংদা নমাংদা য়া কাথোক্নুনা বা ঙাংবা ঙমজরক্তে। ঐনা নিংজবসি মপুং কায়া ঙমগ্রে—ইশাদি তুকথরক্রে—চিনবান থক-খা কংশিন্নক্রে—লৈয়েং কাজিন্নক্রে—ঐগী মতম লোইশিন্নক্রে।” অসি হায়রগা কুন্দ কয়ুংদা ঙাথবহ্ তোক্নুনা লৈমাইথক্তা হিপথরগা নগেন্দ্রগী মতম্বাক্তা মকোক ঙাথরক্রে অমসুং মমিং উইশিন্নহনা তুমিন্না লৈগ্রে।

ডাক্তর লাক্রে। য়ুম্না চংখোম্না য়েংলগা হিদাক থাগ্রে—আশা লৈত্রে হায়বা উরহনা মাইথোং মক্তা হনগ্রে।

অহুগী তুংদা মতম য়োশিন্নক্রে হায়বা খঙলহনা কুন্দনা সূর্য্যমুখী অমসুং কমলমণিবু উননিংই হায়রক্রে। মথোই অনিমক লাক্লবদা, কুন্দনা মথোইগী খুয়াগী উকুল লোয়ে। মথোই থোজেল থাংনা কপ্পরক্রে।

অহুদগী কুন্দনন্দিনীনা মপুরোইবগী মথোঙ অনি কায়ক্তা মমাইহ্ লৈ-থরক্রে। মহাক্না তুমিন্না লৈখিবহ্ উবদা মথোই অনিহ্ অমুক্তা হম্না হোনা কপ্পক্রে। অহুবু কুন্দদি বা অমুক ঙাংখিদ্রে। অসুম অসুম জ্ঞান মাঙশিন্নক্নুনা খোঙলক্তা মকোকতু য়ম্নগা নৌনা মথোক কাজরক্লিবী কুন্দনন্দিনী মথবাই থাগ্রে। মকা লাম্না শাংকাইজক্লিবী কুন্দলৈয়াং কংগ্রে।

অহানবমক্তদা কপ্পা লেপ্তুনা সূর্য্যমুখীনা লোজাগ্রবী লোম্নবীহবু য়েংলগা হায়রকই, “লাইবক কবী! নংগুম্না লাইবক কবী ঐসু ওইজগে। মতৌ অসুম্না ঐসু ইপুরোইবগী মথোঙদা কোকসি থমজহনা পুন্সি মতোল লোয়ঙ-খিগে।”

অসি হায়রহনা সূর্য্যমুখীনা মমিত্তা পিগী ইয়ানা খল্লবা মপুরোইববু মখুং শমহনা অতোপ্পা মকম অমা তাম্না পুথোকখ্রে। মতুংদা নগেন্দ্রনা পুক্নিং থানা কাথরহনা কুন্দবু তুয়েল মপাল তাম্না পুরগা হোনবী নংকারনচিংবা তৌহনা চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবী শনাগী মুর্ত্তিহবু তেংবান্দগী শক্লোংহনখ্রে।

## হ্নাইথেন্তরবা মতাং

# অরোইবা

কুন্দনন্দিনী লৈথিজ্রবা তুংদা মরামক হংনরক্লে, কুন্দনন্দিনীদি হু কদাইদগী কংলুই ? মসিগী মরমদা মরামক চপ মান্ননা চিংলৈ, মসি হীরাগী থবক ওইরমগনি হায়না।

মতমচুদা হীরাগী মথক উবা কংজ্রব্রুনা, নগেন্দ্রনা মাবু কোক্লনবা মী থাদে। অদুবু হীরাবু থিবা কংজ্রে। কুন্দনন্দিনীনা শিবা মতমচুদগী হীরা মাঙজ্রে।

মতমচুদগী কনাগুম্বা অমতনা নমচুদা হীরাবু উবা কংখিজ্রে। গোবিন্দপুরদা হীরাগী মমিং অমুক তাখিজ্রে। অমুক্তং চহি অময়োম লৈরগা মহাক দেবেন্দ্রগা উনবদি লাকখি।

মতমচুদা দেবেন্দ্রনা থাখিবা হু-পাকীগী মহৈ য়ানে। মহাক য়াম্না তুকচরবা লায়না পক্লে। অদুগী মথক্তা য়ু থকপহু লেপ্তবা মরমদগী অনাবহু কহনবা ঙম্বা থোক্লে। দেবেন্দ্র শিরমদাইগী কমুংদা য়াতাক্লনা লৈজ্রে। কুন্দনন্দিনীন লৈথিজ্রবা মতুং চহিমুক লৈরগা দেবেন্দ্রস্ মথরাই লানখ্রে। শিগদবা তুমিং হম্নি মমিনি লৈম্নিঙৈ, মহাক্না কমুংদা য়াক্ফক ভানা হৌগৎ-কাংথৎপা ওমদন লৈরিঙৈদা, মাগী থোঙজিন্দা য়াম্না নিন-থোংবা অমা তৌরকই। দেবেন্দ্রন হংওকই, "কৈদোয়ে ?" মনাইশিংনা খুমকই, "অঙাওবী অমথক ইবুঙোব উনগে লাক্লি। থিংবা লাক্লববু ওকয়া য়াদে।" দেবেন্দ্রনা য়াথং পিয়কই, "চংহনকউ।"

অঙাওবীহ ইমুংদা চংলক্লে। দেবেন্দ্রনা উয়ে, মহাক্ য়াম্না শাথান ভোনগ্রবী হুপী অমনি। মহাকপু অঙাওবী অমনি হায়না কনা লোক্লনবা য়য়র থোইনা উদে—অদুনা য়াম্না ভোরবী চাক্লিবী অমনি হায়নদি থনি। মহাক চহি থোইনা পংয়াম য়ামল্লি অমতুং মমাংঙৈদা কক্তয়বগী খুদম পুব হৌজিকতু লেংজি। অদুবু হৌজিক্তি মহাক শাথীনা অন্নাবদা ভারে।

পেৎলিরা মকীচু ওহোক্না মোংলে, পেঁদাহৈবন্ত কোৎপনা পুমথম থম্লগ্রে, অত্তুগা পিক্লিবস্থ থুকউ মথা কৈপথগ্রে, মক্লনা কোক নগেন কুম্না থুংগ্রে। মশাম মমা থোইজুনরে, পুনগ্রে, উজুল মাইকুম থাক্কা থাইগ্রে—কম্লিওথা মকমনা অটা তাখিবস্থ মাওরে। মরেক-মহাও থোক্ত্রবা মশাহু হুমানা থরে, কৈথোম কৈনাং পুম্রৈত কৈবে।

চাক্লিবাঁত দেবেন্দ্রগী মনাক য়োমক্লপা অস্কী মতিক থানা য়েংলক্লে, মচু উবদা দেবেন্দ্রচু থগলে, মনাইশিংনা হায়বস্থ অচুথনি—মসি অঙাঙবী অমনি।

অঙাঙবীদুনা কনা কুইনা য়েংলবগী তুংদা হায়রকই, "ঐবু শক থঙগ্রে-থম্না? ঐ হীরানি।"

মতমস্থদা দেবেন্দ্রস্থ শক খঙলক্লে, হীরানি। গুরুচুনা হংলকই, "নংগী অস্থক শাথীবা দশাসিদি কনানা থোকহল্লিবনো?"

হীরানা মমিৎ ঐ কানা মচিনবান চিক্লচুনা থুত্থম চিংলগা দেবেন্দ্রবু কুগে হোৎচিল্লকই। অত্তুদগী থংলেপ লেম্লগা হায়রকই, "নংনা অমুকস্থ হংবা শাম্লি—ঐগী দশাসি কনানা থোকহল্লিবনো হায়না? ঐগী দশাসি নংন্তনা থোকহনবনি। হৌজিক্কি ইশক থঙগ্রে—অচুবু নোংমা ঐঙোন্দা চিরোন্দি কম্না তৌথি। হৌজিক নং কাওগ্রে, অচুবু নোংমা-কা অসিদা কম্লচুনা থোঙসি পাম্লচুনা ( অসি হায়রগা হীরানা কাংথোল-মথক্কা মথোঙ থাদংলে ) নংনা শকথি—

"স্মরগরলখণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং
দেহি পদপল্লব মুদারম্'।"

অস্নুথা বা কম্না চিংথোক্তুনা হায়রগা অঙাঙবীচুনা অমুক হায়থম্লকই, "নংনা ঐবু লুখাক তাহন্দুনা থোঙপাক্লা কাওচুনা তাহোকরকপা হুমিত্তু মগী, ঐহাক অঙাঙবী ওইরবনি। ঐ ইশা ইথম্না হু চায়গে থোঁরাংলুরবনি—অচুবু হুংঙাইবা বাকম অমা নিংশিংলক্লে—হুচু ঐহাক্কদি চাদনা মঙোন্দবা মকসা, নংগী কুন্নদম্লা অমদদি পিজগে হায়না থন্দুনা, মতম থমা ওস্মিমথৈ ঐহি আম্র

